# ꯃꯩꯗꯤꯡꯉꯨ ꯒꯔꯤꯕꯅꯤꯋꯥꯖ/ꯃꯌꯥꯝꯕꯥ

# মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ/ময়াম্বা

অইবা:-

বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা

পুন্না ফংফম:—

গৌরাঙ্গ প্রেস্

অইবা :-

বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা, ব্রহ্মপুর, খাজপাৎ মপাল,
ইম্ফাল-৭৯৫০০১

অফোংবা :-

চিংথাম যুগেশ্বর সিংহ, খা-ইম্ফাল কৈশাম লৈকাই




অহানবা ফোংবা :-

থরানগী ১৫ নি (পুর্নিমা) তাং ১৫/৮/২০০০ ইং,

লাইরিক মশিং :-

১০০০ (লিশিং অমা)

মখুম অথাবা লুপা ১০০/-
মমল লুপা ৭০/-

লাইরিক কংকম :-

১। বুক কেভ গভর্ণর রোড
২। রাজেস বুক ষ্টোর " "
৩। সেলস দীপোৎ বি:টি: রোড।

লাইরিক নম্কম:- শ্রীগৌরাঙ্গ প্রেস, হাওবম মরক, কৈশাম লৈকাই

# অহিবনা হন্সংচবা বারোল

"মৈদিংঙু পরিবনিরাজ/ময়াম্বা" কৌবা লাইরিক অসি য়াম্না হৈ-শীংলে হায়রছুনা ইজরুবা নংচদে, মৈদিংঙুসিগী সনা খুংময়া ম্যান্মারগী সিৎ-কিয়াং ( Tsit-Kiang ) গী ক্যাউ-মুডো লাইশঙ / পেপোদাদা য়ায়রগী লৈরিবা থাঙকম অসিমতং ইতিহাসকী লামায়দা কনশিন্দুনা থম্নবগী পান্দমসিদা ইজরুবনি। লাইরিকসিগী মশাদা অরাবরা-অশোয়বা কয়া য়াওরম্নবস্থ তাকপীরভুনা চুমথোকচবা ঙমহনবীরবদি মতুগী লমন তোনশিনজনবা শেম শ জদি। লাইপোকম্নবা শা লানগী লানজিং পুরেন অসিগী কল্লকচনীংঙাই ওইরবা লান্দা-লানচনশিংসি ইতিহাসকারশিংগী পুক্নিংদা থম্নীনবগী রাকৎকা লোয়ননা হজচরিবা রাকমসি লৌবীছুনা মৈদিংঙুসিগী মকম অমা ইতিহাসকী লামায়শিংদা হায়দগী হেন্না চাওনা কলহনবীয়ু। ঙাখাদদি শঙবাই অমা, হেক্তাক্তদি খুৎমেৎ অমথক্তগা মান্নবগুম্বনি অদুবু উ-রিবু উ-পৌনা পুন্নি হায়বগুম্না অরিবগী মছুৎ অনৌবনা শিনখিগদবা ঙাক্তনি অদুগা খিজিন হুমজিনবগী পনখৈদি লৈতে হায়হুনস্থ অচুম্বছুবুদি খক লোত্তুনা থম্বা য়াদে, মৈবু কিনা খুম্বা, কুপ্পা য়াদে। পামজদবা ঐখক্তনা পামজদবগী, হৈনদবগী চানীঙদবা য়েনশাংছু চাদ্রগা লোয়রে, মতু নংলমদ্রে থায়নগী মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা শান্নবীরম্নিবা লীলাসি, চীন্দা ঙাংবগা খুংনা ইরম্বগা মান্নবা থম্বীরমদ্রে অছুবু মানা মানা পাম্বা লৌ-রি, মাগী-মাগী রাখলনি।

মীওইববু খিজিন-হুমজিনবগী মহৈ-মশীংগী মায়কৈদা মীওইবনা নোংমা-নোংমগী চঙশিল্লক্নি অদুবু মৈতৈ জাতিগী মাঙধ্রগদবা, কাউছুনা তোকধ্রগদবা মৈদিংঙুসিগী পুন্সি রারী, লান্দা-লান্থেংনবগী রারীসি মাঙগী অহিবা কয়ানস্থ ইবীরম্নে হৌজিকস্থ নৌনা ইজরিবসিনি মহাকী

মথৌনা-মরীংজেন্দ্রবু নীঙশিংহনা লৈননবা। ইতিহাসকী হৌখ্রবা থৌদোকশিং অমুক হল্লকউ হায়বা য়াদ্রবস্তু, মীগী অশোনবা শরুক্তু দা থিহনা পুথোক্রবস্তু অমসুং পামজদবশিং লৌথোকচরগা তমজনীঙঙাই ওইবশিংহুদং ফিদমগী পান্দমমুক্ষম ওইননবা খ্বাই-তরাগী মমাঙদা লাম্নোকচবগী হঙ্গৎচবগা লোয়ননা মৈদিংঙু সিনা মৈতৈগীদমক্তা ভৌবী-রম্বশিংহু অমুক মহাক্কী মফমদা "লৈখিদবশিংগী নীঙশিং খুদোল" ওইনা কংচবনি। খ্বাইনা লৌবীহুনা মৈদিংঙু সিগী সনা খুত্তা মৌহনবীয়ু মরমদি মৈতৈনা মুত্ত-মাঙদনা হুংঙাইনা, নীঙতম্না লৈবহুনা মৈদিংঙু সিগী অপাম্বনি অমসুং অপেনবনি অহুনা খ্বাইনা চানবীহুনা লাইরিকসি পাবিভৈগী মতমসিদং ওইববস্তু মহাকপু নীঙশিংবীরবদি কৎচরিবা খুদোলসি মৈদিংঙু সিগী সনা-খুত্তা য়োয়ে হায়বা রাখল অমসুং রাখল-লোনসি থমজরি।

অইবা

তাং ১৩/৮/২০০০ ইং,

## অতেনবা—শমজিনবী খণ্ডনবা

১। —খৃ: =খৃস্টাব্দ, খৃস্টগী কুমশীঙ।

২। চৈ: কু: =লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: চৈথারোল কুম্বাবা (ইম্ফাল, ১৯৮৯)।

৩। লা: =লামায়।

৪। ম: লাই =মথক্কী লাইরিক।

৫। নিং: লম: =নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল, ১৯৬৭)

৬। বি: ঈ: =বর্মীজ ঈরা, অরা/বর্মীজ/ম্যাম্মা/ব্রাম্মা কুমশীঙ

৭। Pp. =Pages

৮। P. =Page

৯। M.S.M = In the possession of Manipur state Museum.

১০। M.S.A = In the possession of Manipur state Archives.

১১। S.A.M = In the possession of State Archaeology, Manipur.

১২। op. cit. = Above referred book of the Writer.

১৩। Ibid. = Same as above.

# হিরম লামায়


| মশীং | হিরম | লামায় |
|---|---|---|
| ১ । | রাহৌদোক | ১-৬৭ |
| | অ । শক তাকপা | ১-৩ |
| | আ । মিংলেন মিংথৈ অমস্মুং মিংথোলশিং | ৩-৬ |
| | ই । গরিবনিৱাজ | ৭-৯ |
| | ঈ । শক খঙনবা শক্তাকপা | ৯-১৩ |
| | উ । শক্তাকপশিং নৈনবা | ১৩-১৫ |
| | ঊ । শারিং-শারাকী ওঝাগী ৱারোল | ১৫-২০ |
| | ঋ । চীনবুঙ-ইতিহাসকী ৱাৱী শীঙবুন | ২১-৬২ |
| | ৯ । References | ৬৩-৬৭ |
| ২ । | নিংথৌ ওইদ্রিবৈগী পুন্সি | ৬৯-৯২ |
| | অ । মালেমদা খোঙদারকপা | ৭০-৭২ |
| | আ । পোক্লক-শাংলকপগী ৱাৱী-শীঙবুন | ৭২-৭৫ |
| | ই । মচীন-মনাওশিং অমস্মুং মচন-মচেশিং | ৭৫-৭৬ |
| | ঈ । অঙাং ওইরিবৈগী পুন্সি | ৭৬-৮০ |
| | উ । ঈনখৎলকপা মতম অমস্মুং কাংদোং ফারকপা | ৮০-৯২ |
| | ঊ । য়ুৱানবা অমস্মুং পুন্সিগী থৌরম পরেং চৎথবা | ৮২-৮৭ |
| | ঋ । মপাইবুংঙো নোঙ্গাখিবা | ৮৫-৮৭ |
| | ৯ । References | ৮৮-৯২ |
| ৩ । | নিংথৌ ওইবগী পুন্সি | ৯৩-১০১ |
| | অ । পোইরৈ লৈঙাকপা অমা ওইবগী মতম | ৯৩ |
| | আ । নিংথৌ ওইবা (ফম্বাল কাবা) | ৯৩-৯৬ |
| | ই । নিংথৌগী কংলা ফম্বাল তোংবা | ৯৬-৯৯ |
| | ঈ । ফম্বাল লান | ৯৯-১০১ |

| মশীং | হিরম | লামায় |
|---|---|---|
| ৪। | লৈঙাকলোনগী ওইবা পুন্সি | ১০১-১৯৩ |
| অ। | শাকম-লানকম অমসুং লান্দা-লানচনবা | ১০২-১০৩ |
| আ। | ফম্বাল তোংগ্রিবৈগী লান্দা-লোইচন | ১০৩-১০৪ |
| ই। | ফম্বাল তোংলবা মতুংগী লান্দা-লোইচন | ১০৫-১৭৩ |
| ঈ। | অরাগা মৈতৈগগী লান | ১০৭-১৪১ |
| উ। | সমজোক্কা মৈতৈগগী লান | ১৪১-১৪৭ |
| ঊ। | অতৈ লান্দাবা খর | ১৪৭-১৫৩ |
| ঋ। | তখেলগী লান্দা-লানকন | ১৫৩-১৬১ |
| ঌ। | ভাংখুন চীঙশাংগী লানহৌ | ১৬১-১৬৩ |
| এ। | মরীং খুঙ্গংশিংদা লান্দাবা | ১৬৩-১৬৫ |
| ঐ। | অতৈ লান্দাবা খর | ১৬৫-১৭১ |
| ও। | অতৈ-অতৈ লান্দা-লানজনখিবশিং | ১৭১-১৭২ |
| ঔ। | লৈপাক মমুংগী-খুনকন-লৈকনবা | ১৭২-১৭৩ |
| অং। | References | ১৭৫-১৯৩ |

# বাহৌদোক

মৈ'দিংগু গরিবনিরাজ মহারাজ মৈতৈ লৈপাক মনিপুরগী নিংথৌ ফম্বালদা ফমখিবা য়াঙ্কোগুবা মৈতৈ নিংথৌনি। মহাক অসি হিন্দু ধর্ম্মবু মনিপুরদা চংনহল্লম্বা নিংথৌনি হায়রুনা ১৮-১৯ শুবা খৃস্ট কুমশীঙ চাদগী হৌজিক ফাওবদা মরাল শীনরিবা নিংথৌনি। কনা কনাগুম্বা খরনদি মহাকপু ফিমুংদা খুত্তুম শীঙনখিরম্মী অমসুং শীঙখি। মহাকপু মিংদা থীহনবা, মহাক্কী ফত্তনবতা হায়বা অমসুং মহাকপু চৈবা, নোক্নবা অমদি শীধবত্তনা মশাগী মুংঙাইবা ওইবা মীওইশিং কয়া লৈখি অমসুং লৈরি। মতুংগী মরম হায়ববু মহাক্না হিন্দু ধর্ম্ম চংনহল্লম্বা অসিনি। অদুবু মহাক্কী মরমদা কদায় ফাওবা খঙবা য়াবগে হায়বা রাহংসিনি হৌজিক্কী মীরোন্দা ইতিহাসকারশিংনা হংলিবসি।

## শক্লাকপা অমসুং শকখঙ-মায়খঙনবা

„মৈতৈগী নিংথৌ গরিবনিরাজ মৈতৈ লৈপাক মনিপুরদা পানখিবা মনীং-মখ। তম্বা, মশা মতোমতা লৈঙাকচবা নিংথৌ পুম্নমক্কী খ্বাইদগী হেন্না চাওরবা, খুংকন-পাঙ্গল্লবা অমসুং হিরম পুম্নমক্তা পুমহেন হেল্লবা, লাইপোক ওইনা শীঙথানবা নিংথৌরেম্মি। নিংথৌরেন অসিগী মপাঙ্গল মথৌনানা মৈতৈবু অমসুং মৈতৈ লৈপাকপু খৃস্টগী ১৮ শুবা কুমশীঙ চাগী অহানবা তংখায়দা খা নোংপোক এসিয়া অমসুং খা এসিয়াগী অরাং নোংপোক থংবা নিংথৌ পানবা লৈপাকশিংদা মমিং তাহনখি। মহাক্না তৌরম্বা থবকশিংবু মরম চানা থিগৎপা অচুম্বা অশেংবা থিবা মিলিটরী ইন্টেলিজেন্স অফিসার ঈঃ ডবলিয়ু ডুন্না কুপ্না থিরবা মতুংদা অকংবদু ইদুনা থম্বীরম্মী, মহুদি * ১—

........ From 1475 to 1714, the date of accession of the Raja Gharib Newaz or Pam Heiba, nothing of any importance is recorded in the meagre annals of Manipur. From this period we find the people assuming a position of peculiar interest: emerging from their mountain strongholds, they wage war successfully in the fertile valley of the Irrawaddy, attack and reduce the most important Burmese towns and villages on the banks of the [illegible], [illegible]win, and Irrawaddy rivers and at last [illegible] standard in the capital itself. The truth of this portion of their historical annals receives most unexpected and satisfactory corroboration from the records of Ava, in which all the principal circumstances are narrated nearly as we find them in the [illegible] of Manipur, with a trifling variation of three or four years in the dates assigned to them, for the knowledge of which we are indebted to the researches of Leiutenant Colonel Burney, the Resident at Ava. Very shortly after Gharib Newaz ascended the throne, he commenced that the career of conquest which we find recorded in the Burmese annals.

মহাক্কা নত্তে, অতৈ ইতিহাসপু মীনম্বা পামদবা, মীবু নমথাক তৌনীংদবা অমস্থং অতোপ্পগী অফবা রাখল্লোনবু হাংতোকনীংদবা অমদি মীচঙ-মীথায় নাইদবা কয়ানস্থ ইতুনা থম্বীরম্মী । অতুবু মনাকোন

মেনশিল্লবা, মমিং উইশিল্লবা অমসুং মশাগী অখেন্না মশক খঙজব্রবা অমদি মমিং তাকচবা ঙমজব্রবশিংনা মমায়দা মায়থুম হাপ্লগা লৈপাক মীয়াম্দা উং চায়হনা তোকডা শন্দোক্লগা মশাগী খুদোংচাবা লৌনবা হোংনবা অমা অমসুং তোকডাহ্ন থিংনবা তোকডা অমা অমুক পুথোকপা অমা অশিংসিগী রাবী-শীঙবুন লৌম্বগী লানগী হিরম্না মৈদিংগু গরিবনিৱাজগী ওইবা অমদি লানফমহুগী মহৈগী মৈ হৈথবনা সশিংগী ইতিহাসতা হৈথকম ওইবি। মহুনা মৈদিংগু সিগী ওৈলা হাউ ... রাজবা লানগী ... অমসুং অরা কোম্বুংগী কোঙমহু ... হৌদিং ... লৈরিবা থাংফমগী ময়েব লাইন ... সিগী মশক-মমিং থিগল্লি। আর্মি ইন্টেলিজেন্স অফিস ... মরমদা মখা ... ।

........In 1725 he attacked and defeated a Burmese force at the mouth of Maglang river; the following repulsed an army of 30,000 men, which had penetrated into the valley, and captured three divisions, In 1735 he crossed the Ningthee river, attacked and destroyed the town of Myedu, on the banks of the Muvarin and carried of numerous captives. Two years subsequently he successively defeated two Burmese armies, amounting to 7000 foot, 700 horses and ... elephants, and devastated the whole country from the banks of the Khodoung Canning to Dabayen. In 1738 he again crossed the Ningthee river, attacked and dispersed a Burmese army of 15,000 foot, 3000 horses and 30 elephants, and at the termination of the rains of the same year, at the head

of a Force of 20,000 men, marched between the Burmese army, three divisions of which occupied the town of Matsen, Dabayen and Myedu, and to use the the langauge of the Burmese historians, "without stopping" attacked and carried the stockaded positions around the ancient capital of Sagaing, of which he obtained possession.

মনিপুর, মৈতৈ লৈপাক্কা মনীং-মথা তম্মা নিংথৌ পানখিদ্রবদদি অখন্ডবশিংস্তু খণ্ডদবশিংস্তু মনীং তৌনরক্লে। খণ্ডদবনা অখণ্ডবা শাদুনা থারী অমুক হন্না লীরে, অখণ্ডবশিংনা খণ্ডদবা শাদুনা তুম্মিন্না তারে। মান্নকনা য়াদে, মায়য়োক্কনা উনবা যংদে। যুমদুনা থঙ্করম্বশিং পুন্নমক গনতন্ত্র লাকপদা পোকথায়নরকখি। মতুগী ফজবা মহৈ মথৈনা নিংথৌ-রেন লাইবক থীবসিনা মিংদা থীবা ফংহৌই। অদুবু গনতন্ত্রগী মতেং লৌরিবশিংদুনদি খণ্ডজিন্দবা তানা তানা তাদে, গনতন্ত্রগী য়ুঙ্কমদুদা চাওরকপা ভারতবাসি অমনা ঈংগ্রেজ মচাশিংগী লাইরিক পারুরগা অমুক মনিপুরগী ইতিহাসতা মরূভূমিদা শুহা তৌন্দনা মোংফমদা অচুম্বগী থাউমৈ অমা চুপংনীরম্মী। থাউমৈদুগী মতৌদি ঃ ৩?

...... It is doubiful whether the valley of Manipur ever enjoyed peace and prosperity prior to the accession of Garib Newaz in 1714 A.D. .. .... .... In the beginning of the 18th Century we see the dawn of a new era in the history of Manipur and from i[illegible] period we can follow the fortunes of Manipur and its inhabitants with a reasonble amount of clarity and accuracy ... .... the then people assuming

a position of peculiar interest : emerging from their mountain strongholds, they successfully wage war in the valley of the Irrawaddy, attack and reduce ... .... ... of Ava. But the event which was fraught with the most fateful consequences for the people was the introduction, or as some will have it, revival of Hinduism.

মীনা চংখিবদি হল্লকই, তুরেন্না চেন্থখিবদি অমুক হঙ্গংলক্কে, মতুনি ইতিহাসকী খোঙচংস্তু। History repeats itself হায়নরিবসি, Repeat নত্তে Revive নি। মীওইবা কনাস্থ লাইপোক ওইনা পোকখিদে মাগী মাগী থবক্কা মীনা লাইপোক ওইহনবনি। হিরম পুন্নমক্কা মপুঙ ফারবা মীঁ কনাস্তু লৈতে, মতুনি গরিবনিরাজ মহারাজস্থ। হিন্দু বৈষ্ণব সমাজনা সম্পূর্ন অবতারনি হায়নরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণতু অইবা, কবিনচিংবা কয়াগী খুংশেমগী পোথোক্কি। শিলেটিয়া গৌরাঙ্গ পোক্লমত্রবা-লৈরমত্রবদি বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ড, শ্যামকুণ্ড হৌজিক ফাওবা লৈরমদবা য়ারি, পুথোকপীনবা মী লৈতবনা। নিমাইনা বঙ্গদেশ/গৌরদা পোক্লমত্রবদি চৈতন্য থক ওইরম্লোই, লাইপোক ওলহলবীনবা লৈতবনা। শাক্ত ধর্মগী প্রভাবনা মথরাই হাপ্লমত্রবদি গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মনা রাংনা থাঙ্গংলিবা জয়দেব কবিগী "গীতগোবিন্দ" অস্তুপ থাক রাংলম্লোই। অতুবু পুন্নমক অসিদি রোমান্টিসিম/ফিক্সনমি, লিটরেচরনি অতুগা হিস্টোরীদি ফেক্কি, ফেক্টসনস্থ ফিক্সনস্থ ওইরোয়, অতুনা অচুম্ববু ঈশ্বরনি হায়নরিবনি।

## মিংলেন, মিংথৈ অমস্তুং মিংথোলশিং

মৈতৈগী মবুংঙোসিগী খ্বাইদগী হেন্না মমিং চংপা, ফাওবা অমস্তুং খ্বাইনা হেক্কমক শকখঙনবা মিংলেন্দি, "গরিবনিরাজ" হায়বসিনি।

অহুগা হেক্তা খঙনবা মিংথৈনা "ময়াম্বা" অমসুং পামহৈবা (পামহাইবা) হায়বা অনিসিনি। অকোনবগী মিংথৈসি, লাইয়িংথৌ মৈদিংঙু মচা পামহৈবা থোংনাং লিশিং চায়বা (ঈশিং চায়বা) হায়বা মিংথৈদগী লৌহুনা ফাম্বাল মিংহুনখিবা, "মৈদিংঙু নোংপোক রাইরং পামহৈবা" হায়বা *৪ মিংহুনসিগী শমজিন-তেনশিনবা মিংথৈনি। মৈদিংঙুসিগী অহানবা অমসুং হেক পোক্লকপগা থোনবা মিংদি—নিংথেম ময়াম্বা হায়বসিনি *৫। মসিমা নিংথৌ ওইরবা মতমদা মৈদিংঙু ময়াম্বা হায়না খঙনখি *৬। নিংথৌ ওইনা লান মথং মথং ঙম্লক্লবদা ফংখিবা লানফম অমমমগা কোন্নর-বা মিংথোল থোল্লম্বশিংদি *৭ —(১) লোইবী শচুঙঙম্বা, (২) লৌরূ ঈচৌন্দা খৌশাবা, (৩) খোকেপ লান্থাবা, (৪) শেনবী নমমেন ঙম্বা, (৫) চান্দা ঙম্বা, (৬) নোংপোক পাঙ্গা লান্থাবা, (৭) ঔরা চৌথাপ-লানচিংবা, নম্দক্রুথাং অথৌববু কায়নহনবা, (৮) শমজোক ঙম্বা, (৯) তখেন ঙম্বা, (১০) লেংলেন/নিংঙেন লম্মচুমদা থৌতোংবা, (১১) মবীং খুনবী ঙম্বা, (১২) সাইরেম ঙম্বা, (১৩) হাখেন থোম্বা, (১৪) মেন্তু চঙনা থোম্বা (১৫) ফুরা তাংকা লানমিংনাই কায়নহুনবা, (১৬) ঔরা চেকোং লান্থাবা, (১৭) ঢাকোলোং যিমফঙু য়ানবা, (১৮) নোংপোক কোইতারেং ঙম্বা, (১৯) লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা, য়োইবা তাংলৈঙানদা থৌতোংবা, ঐরাবতি লাইজা ঈপান তানা চেক্রাং লৈময়ায়দা খোমহামবা, চৈরৈ ফিরান য়ুংনা লমচন থৌবা কোইতারেংঙম্বা, কোংমুগা লানমিংনাই চোইনৌদনা লৈওইনববু কায়ন-হুনবা—হায়বশিংসিনি। শেন ময়েক্তা মেখলীদেশকী মবুংঙোনি হায়হুনা থাবা মিংথোলনা, মেখলেশ্বর গরিবনিৱাজ হায়বসিনি। লাইনীং পুক্লিং চেংপগী বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা, শা-শল ঙাকপীবা-বনবীবগী গোপালসিংহ হায়নসু *৮ মিংথোল পীনৈ।

## গরিবনিৱাজ

মৈদিংঙুসিগী "গরিবনিৱাজ" হায়বা মিংলেন-মিংথোল অসিগী মরমদা চক্রি-নীংঙায় য়াম্না তৌনৈ অমগী ৱাথন্না অমা, অমগী ৱাথল্লোম্না অমা পুথোক্কে। মথোয়শিংঙুগী খুদম খরা উংচরি —

(১) খৃঃ ১৭০৯ দা গোপালসিংহ মহারাজনা চহি ২০ দা ফম্বাল কারে, মাগী মমিংদি মীতৈগী মরক্তা গরীবনিৱাজ মহারাজ হায়না কাওই। মিংথোল অসি পাওননা থোক্লৱনি। অর্থদি লাইরবা য়োকপিবা হায়বনি *৯।

২) ... ... According to the author of "Bijoy Panchali" the word "Garib Newaz" is a corruption of the word "Karigumba Nawa" which means the assumption of the throne by a prince who was lost. *১•

৩) ... ... Then comes Pamheiba .. . who ascended the throne in 1709. He was variously known as Majamba, Gopal Singh, Garib Newaz and Karigumba Nawa ... ... ( P. 35 ) .... .... He was kawon as 'Karibaniwaj' which meant, "a prince who was once lost. *১১

৪) .... .... the word. Garib Newaz is a corruption of the word. "Karigumba Nawa" ... ... But perhaps it is more likely that the name was assumed under the influence of Islamic civilization, which at this period of history, extended as far as the Darang district and embraced within its fold Sylhet and a portion of the neighbouring district of Cachar. * ১২

অসিনচিংবনি। মথক্কী পুন্নমকসিদা অহানবগীসি নত্তনা অতৈদি বৃটিশ মচাশিং মতৌ তমদ্রনা (ভারত মচা নত্তবগুম্মা) ইবনি। মসিনা তাক্লিবদি মথোম্মনা রাইহেসিগী রাহন্দোক খঙলবস্থ খঙজিন্নত্রে, সাহেব ইংলিসকী মচা ওইখ্রে। মথক্কী অহুমসিনা থিল্লিবা মথোয়গী মরী মথোঙ লৌকমসি মুতুরা ঝ্লোনগী খৃ: ১৯৪৭ তা ফাংখিবা বিজয় পঞ্চালী হায়বা লাইরিক্তুগীনি। মবমদি Garibniwaza বু Garib নত্রগা Gharib Newaz হায়না ইরম্লিবসি ইংলিস মচাশিংদনি। মৈতৈ মচাস্থ, বেঙ্গোলী মচা অনিস্থ লৈয়েং ফাইবে। অহুনা মথোমন থিল্লিবা মুতুরাগী লাইরিকশিংদি ফংদ্রে। অহুম ওইনমক মৈদিংগু গরিব নিবাজবু 'করিগুম্বা নবা' হায়দুনা থোনবসিদি ইতিহাসকার, ঈকাই খুম্নফম ওইরবা ঝ্লোনবাবুননি থংদ্রে। মসিগী হায়নবিতৈসিদা J. Roy মোশাইগা নিংভোম্বম ইবোবী সিংহগনা অনৌবা অনা অমুকস্থ লৈতংগীবে করি-বনিরাজ (Kari-baniwaz) which meant a prince who was once lost), হায়বদি অমুক মাঙলুরবা নিথোমচা হায়বনি হায়না। ফজ্জে, থাগৎচরি, হিস্টোরীগী ওঝা বোয়না হিস্টোবীবু মীনম্বা থাগৎনীংঙাইনি।

গরিবনিবাজগী রাফমসি মীৎতোপ্পা থোকহল্লকপা নত্তে, পণ্ডিত ওইনীংলুবননি। মবৈপাক, মজাতি, ইতিহাস অমস্থং মমারোনবু মুংশিবগী থুদম নত্তে মুতুবান মুতুবাগীনমক লল্লোনবনি। মবম অমনা, মৈতৈলোনগী চৎনবী (Colloquial) দা, মগুন ফোংদোকপা রাইহে লান্না শীজিন্নবসিনা য়ান্না রানা কোক শীজিন্নবীবে তাকপনি। পেকা করিগুম্বা 'হায়বা রাইহেসি শীজিন্নৈ, অহুগা মীদনা "কনাগুম্বা" হায়বা রাইহেসি শীজিন্নৈ, করিগুম্বা পোৎ, কনাগুম্বন/অঙা হায়নৈ, কনাগুম্বা পোৎ হায়নদে। মরম অসিনা "গরিবনিরাজ" তাহন্নবা করিবনিরাজ ওইহন্নবা, করি-বনিরাজ শেম্নবা করিগুম্বা নরা শেম্বনি। 'নরাদি' দি অঙাং হায়বনি, নিংথৌ মচা হায়বস্থ নত্তে, ঈঙাও ঙাঙনবেদা, লাইবু তোংলবা করিনো ?

গরিবনিৱাজ আৱব লৈবাকী আৱবী লোন্দগী হৌৱকপনি। মুস্লীমশিংনা পুৱক্লগা ভাৱতকী উর্দ্দু লোন্দা চঙলক্লগা হিন্দি লোন্দা অমুক চঙখিবনি। ৱাহৈসিগী শৱমদা য়াম্না ভেম্না পীৱবদি *১০:—

গরিবনিৱাজ ( Garibniwaz ),-adj. Kind, merciful to the poor. অসিনি। "গরিবনিৱাজ" হায়বসি দেবনাগৱী মৱেক্তা ইবহ্ বেঙ্গোলী ময়েক্তা ওন্থোকচবনি।

**শকখণ্ডনবা শক্তাকপা অমসুং নৈনবা**

মৈদিংঙু সিগী মশক খণ্ডনবা মশক তাকপগী ৱাক্ষমসিদগী কোচী কয়ানা কোৎশিল্লগা ফিজং থক্লিহ্না অমুক থম্লি। ফিজং অসি হায়দোক্লমম্লবদি মহাক্কী ইতিহাসকী ওইবা ৱারী চথবদা মুংঙাইবগী মপুঙ ফাগদোবা মান্দে। অসিনা ৱাক্ষম অসিমতংদা থমজল্লি। শক খণ্ডনবা শক্তাকপীবম্বশিংহ্ লৌখৎচরি :—

( 1 )...... In fact, until about 1714, the annals of this country passes but little interest even to a Munnipo-ree. In that year, Pamheiba, who appears to have been a Naga boy, brought up and adopted by the Raja Churai Romba, shot his adopted father it is said accidentally, whilst hunting, and succeeded him. * 14

(11)........*15 Pamheiba, who appears to have been a Naga boy, brought up and adopted the R Churai Romba, shot his adopt father, it is said, accedentally, whilst hunting, and succeeded him . The following is the account given of Pamheiba by the ut!ıoritie:

who deny that he was of Naga extraction. The father of Pamheiba was, they say, the Raja Churai Romba himself; The name of his mother was Nungtil Chaibi, one of the raja's wives, but not the head wife or rani. The custom at that time in Manipur was to kill all male children by any of the wive except the rani. Nungtil Chaibi concealed the fact of the birth of Pamheiba and anxious to save his life, persuaded her father to take charge of him. This he did and carried off the child to a village named Lai Sangkong, to the extreme west of the valley. When Pamheiba was about four years old, the rani heard of his existance and sent secretly to kill him. The boy's grandfather escaped with him to the village of Tangal, in the hills to the north occupied by the Quireng tribe of Nagas. Time went on, and the rani havig no family, there arose a difficulty about the succession. The Raja was unaware up to this time of the existance of his son Pamheiba, although he had a suspicion of the fact. He made a declaration before all his wives that if any of them should have concealed a male child, they would be freely forgiven, and the child be made his heir. The mother of Pamheiba promised to make enquiries if the raja would swear that no harm would be fall the

child, and on his doing so, she confessed to the existance of Pamheiba. The boy was sent for, and acknowledged by the raja and people to be the son of Churai Romba. The villagers who had sheltered the boy were also awarded. Churai Romba, according to the Manipuri account was killed by a poisoned arrow in fighting a tribe to the south, called tusuk, upon which Pamhei, better known by his Hindoo name of Gharib Newaz, ascended the gadi.

Gharib Newaz succeeded to the raja when he was twenty years of age, At this time, according to the Manipuris Manipur would appear to have been a powerful state. Their influence is said to have extended to Ava, and although that country was not occupied by the Manipuris, they established a Burmese Raja on the throne, who acknowledged the supremacy of Manipur.......... Another account states, "Charib Newaz several times invaded the Burmese dominion .. .... and his last expedition, in the year 1749, resulted in a retreat, his safty in which was only secured by his giving up his daughter to the Burmese king, "The Manipuri deny that any such retreat took place, and say the princess given in marriage to the Burmese king was a daughter of a brother of Gharib Newaz, for it would appear that he was not

only one who escaped slaughter under the custom above alluded to killing the male children of all but the head wife; Four other were brought forward afterwards. This custom was appropriatly abolished by Gharib Newaz who had himself so nearly fallen a victim to it.

(III)* 16 Opinion deffer as to be the parentage of Gharib Newaz. British writers have identified him as the son of a Naga, while local legends ascribe him a royal parentage as a son of king Charairongba. According Brown, in that year (1714) Pamheiba, who appears to have been a Naga boy brought up and adopted by Charairongba. Shot his adopted father, it is said. accidentally whilst hunting and succeeded.

(Iv)* 17.. All sources of information point to his being brought up by a Naga chief in the midst of a Naga society . British writers, therefore, identified him as the son of a Naga. Actually he was the son of, Charairongba. He was known as 'Kari-baniwas which meant, a prince who was once lost. Khongnangthaba refused to recogised Pamheiba as kshetriya (Hindu) and proclaimed him a Naga descent. This must have been due to the fact that he was a strong apponent of the changes made by Pamheiba in religious matters.

(v) মনিপুরদা শৈশরুরিবা পেনা অমস্তুং খোংজোম পর্ব্বগী রারী পরি ডাঃ রোবর্ট ব্রাউণ্ডনা পীরিবা মশীঙ (ট্রী) ঙীসিগা মাংনৈ। চীস্থাং য়েন্থুনা পুর্নরুবনি।

(vi) মিয়াদ/মিয়াং তা পরিবনিরাজ পামহৈবা পোকপসি থায়ায়ননা পী, মমিং পন্দে, অদুবু নোংচুপ লমগী লগোইবদা মহারানীনা মচা নীবদা কোমুং ফমজাওদা কাহুনা মহারানীদা জীব পী, হায়। নোংথিল/খুংথিল চাইবী মহারানীগী মনাই নিংথেমস্নুবীনি, হায়। মহাকপু মহারানীনা রাই-খোং খুল্লা কপদা থাজহুনা রাইখোংদা পুরবদা মহাক খুংথিল চাইবী নিংথৌগী ঈনা গর্ভ পুরে, মাবু ভাকপীয়ু হায়। নিংথৌগী মচাহু রাইখোংদা পোকখি, অদুদগী হুইদ্রোম খোইদোংগীদা, মথংদা উয়ালতাবমদা থমই, হায়।

## মথক্কী শকখণ্ডনবা শক্তাকপশিংসি নৈনবা

মৈতৈগী মবুংভো নিংথৌরেনসিগী পীরিবা শক খণ্ডননবা শক্তাকপশিং অসিদা অকোনবগী অনিসি নত্তনা অতৈশিংসিনা পীরিবা নাগা মচানি, নাগা খুল্লাকপা অমনা নাগা খুন্নাইদা য়োক্লকপনি অসি-নচিংবা হায়নরিবসি মৈতৈনা পীবা ঈ-পাউ নত্রগা মরী-মথোঙ/রারী-রাখোঙ অমস্তুং রারী-শীঙবুন্দা হাও মচানি হায়বত্থদগী লৌহুনা হায়রকপা ভাক্কনি। হাওবু নাগানি হায়বসিনা মনিপুরগী পিঃএঃ (পোলিটিকেল এজেন্ট হায়নৈ, মতাংসিদদি পোলিটিকেলগী থবক তোক্কুনা সোসিয়েলদা মাওশিল্লকুবনিনা পোল্লুটিং এজেন্টঃ Polluling Agent ওইরে।) ওইবিরম্বা (১৮৪৪-৬২ অমস্তুং ১৮৬৩-৬৭) মেজর বিল্লিয়ম মেকল্লোক (Majore William Meculloch) না হায়বদগী শিন্দোকপা ভাক্কনি। মেকল্লোক্না হায়বিরিবশিংসিদা মহাক্না মরু ওইনা লৈরিবসি লৈয়ক খুল্লকী নত্রগা লৈপুঙ ফমগী পণ্ডিত নত্তে, সনা কোমুংগী পণ্ডিত লোইশঙ কাবা/পুবা পণ্ডিত ওইগনি। পণ্ডিতনা হায়রিবসি লাইরিক/

পুরান/পুয়াদগী রারী চিনুক্ষা পুহৌবা নত্রগা মীনা লীবিছুনা খণ্ডবা নত্রগা লাইরিক য়েংথুনা হায়বা ওইরম্বা য়াই, মরী লৈনরমগদবা, পণ্ডিত লোইশঙদা থমগদবা— "মৈতেই ময়ামপাগী বিজয় পঞ্চলী * ১৮— অমা লৈরম্বগী রাকম থেংনজে। লাইরিকসিদি মশক উজদ্রি, সাহেবসিংনা মৈ থাবগী লিস্টতম্থু থেংনজদে, চহি তরেৎ খুন্তাকপদা মাঙখিরম্লগত্রা খঙজদ্রে। অছুবু লাইরিকসিদা গরিবনিরাজ মহারাজবু হাওনি নত্রগা হাওমচানি হায়না ইরমগনি-হায়বসিদি থাজবা ঙমদে। মপা পোকপা মবুধোব ভাগচন্দ্র/চীংথংখোম্বনা পাল্লিভৈসিদা অমসুং ইবুংশিজ মন্ত্রি কীর্ত্তিচন্দ্রনা লাইরিক ইবা য়াওরিভৈসিদা রাকমসিগী/রারোলসি মঙদা ফাওবা মঙলুবা ঙমজদে। অছুদি হাও মচানি হায়বা রাকম অসি কদায়-দগী, করম্না, করিগী, কৈদৌভৈ, কনাদগী অমসুং করিদগী থোক্লক্লিবনো? বাহংশিংসিগী পাউথুমদি মিয়াৎ লেংবিরম্লিবা শকলোৎপা মরৈপাক, মজাতিবু সুংশিজবা মগাক অছুতনা পীবা ঙমগদবনি।

ক) অরাবনি, হে নিংথৌরেল, মহারাজগী পুন্সি অমসুং মপোক্কনা জাতিগী অমসুং লৈপাক্কী তৌরম্বশিংছু মখোয়না পামদবা খোঙকম খরগী মীওং-মীনৈবা ভারে, জাতিগী য়েক্লবা ওইরে অমদি লৈপাক্কী মীয়ুখাঙ কৌনরে শিং।। কাইনিংঙাইনি, রাখল মাম্নদবা মীওইবা কয়াগী মোংশিং ঙসি নিরোন্দা চমম্নহল্লি। মীগী কান্নবা তৌরুবদা মীথানবা হৈব্রবা, মমিং-মমায় লোৎলবা ফিমুগী চীনবুন লাকপা কুমলং ফিনা থদাংচেৎ শেংপশিংগী কাংখল মন্নুংদতা পা-ও—হায়রম্বা লাইরিকশিং মীচৈ * ১৯ অমসুং মহু কম্ফোক্লবা লাক্লবদা লাইনিং চৎলবা খানুচপ্পা কৈজোম শেংপা শল্লাই কোকয়েং য়েৎপা, নিংথৌফি শাইকক লিংপশিংগী ফিক্তিসিয়স চানবুঙ-ইতিহাসকী রারী-শীঙবুন অমসুং মসিগী অমুক শেমদোক্লিবা

লাউড স্পিকরশিং-পেনা অমসুং খোংজোম পব্ব, পুন্নমক অসিনা মুংশিবীদুনা তেংথারি মৈদিংঙু নিংথেম পামহৈবা, গরিবনিরাজ মহারাজগী রোমান্টিসজমগী পোক্লকপা, য়োকপা অমসুং নিংথৌ কোন্দা লাকপগী পুন্সিবু। হে মহারাজ মখোয়গী রারীছ মতেক অমাতং খঞ্জগে :—

## শারিং-শরাক্পী ওঝাগী রাক্লোল

মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা পীতাম্বরসিংহ খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯ ফাওবা চহি ১২ নিংথৌ ওই ;

মৈদিংঙু চরাইরোংবনা সাপম চন্নু মুংখিল চাইবীদা খৃঃ ১৬৯০ মুবদা মজা ইবুংঙো ময়াম্বা (পামহৈবা গরিবনিরাজ) পোকএ। (চৈথারোল কুম্বাবা পুরান লামায় ৪৪)।

সাপম চন্নু অতোম্বীদা লোয়ম্বা পোকএ। থাংজাম চন্নুদা (১)খপলাং পনশাবা (২) মনশাই পোকই। হিজম চন্নুদা খম্বাংব পোকই।

নিংথেম ময়াম্বা গরিবনিরাজ হায়বসি পোকপগী মরমদা পুরান পণ্ডিত সিংগী মত খর খেন্নৈ মন্থুদি :—

১) তুবী চরাইরোংবগী মপাবুং অহন মৈদিংঙু পাইখোম্বনা মচা পোক্কবা মরমদগী, মনাও যুবারাজ ম্বোনশেন ওম্বনা পোকপা চরাইরোংবসিবু হেক পোকপদগী মৈদিংঙু পাইখোম্বনা মচা ওইনা সনা কোন্নুংদা য়োক্লনা থমই।

মৈদিংঙু পাইখোম্বনা খুমন লান্দাক্রবদা খুমননিংথৌ শাগৈদা ওংবী, খেয়ঙ্গা মিহুন লাংলবী (গর্ভ ভৈরবী) মুপী অমা মৈতৈ মহারানীগী লানওম মায়োক ওইনবা পুরকই। অদুগী খুমন চন্নু অদুনা থা শুরবদা, মৈতৈ কোন্নুংদা মচানুপী অমা পোকই মসি তুংদা সাপম চন্নু মুংখিল চাইবী কোন্না, গরিবনিরাজ পোকপী মমা ওইরগনি।

নিংথৌনা য়োক্লিবা চরাইরোংবসিগা, খুমন চন্দ্রনা পোকপী মুপী- মচাসিগা থংমু নাউমুনি. চহি থোইনা হন্নদে।

অঙাং অনিসি সনা কোন্নুংদা লৈনা চাউরক্লবদা চরাইরোংবনা মুংশি মুংঙোনগী রা হায়রুবদা, খুমন চন্দ্রসিনা মহাক্কি মপাবুংনি থৌনা লান্দা ফাবকপীগী মচানি, নাইশৌংদা, লোইশৌংদা চনবীনি, তুংদা (P– 72) রাঙ্গোন নিংথৌ (যুবারাজ) ওইবিনা চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইরবদা মানা (খুমন চন্দ্রদুনা) মহারানী ওইবদা যারোই হায়রনা য়াদ্রবদা, চরাইরোংবনা, মাবু মহারানী হাপকনি, শোয়রবদি থক্কী তেন্না (রাজ্রনা থাবা ওইসমু হায়না সরি নামুং শোন্দুনা রাশক্লবদা অনিদু হৈরাঙ লোনজশিন্নবে, লৈবাং লোনশিন্নবক্রে। খুমনচন্দ্র খোইজি মিহুন লাংখবে, তাইঙীং ংক পনখবে।

রাসি লৈমা নিংথৌ তাবক খঙংক্লগনি হায়না মহুং ওইবা অঙম্বা খবনা তানন্না সাপমচন্দ্র মুংখিল চাইনী থাঙ্গাল দীংদা কনা খঙহন্দনা থৈংগ্রে।

খুমন চন্দ্রসি চরাইরোংবগা, মুংখিল ওইরা মতমদা খোঙলাই-মীংতাই হায়বগী মুংখিল চাইবী (মুংশেল চাইবা অমুম, পিতিতসি না মিংহুনখি।

থা গুরবদা থাঙ্গাল চীংদা সাপম চন্দ্র মুশেল চাইবী মপারী অম্না শাৎলে। অভাংসি তুংদা নিংথৌবেল পরিবনিবাক্ত পামহৈনা হায়না ফাওরে।

মপাবুং পাইখোম্বনা নোঙ্গারবদা, চরাইরোংবা খৃ ১৬৯৭ শুবদা নিংথৌ ফম্বাল কারে। চীংবুরোয় তম্বুরোয় কোয়ন। থিহুনা মপারি শকখঙহনা, হাওমচানি মুংশিহুনা য়োক্লে তৌবনি হায়না, পামহৈববু হাওমচা খরগা সনা কোন্নুংদা পুরক্নুনা থমখ্রে।

অমরোমদা মপারি কায়নবগী রাবগা, মথংলেন মমান মচাগী মুংশি মৈচাকনা থাঙ্গাল চীংদা খুমন চন্দ্র মুংশেল চাইবী মতম চাদনা নোংগাথ্রে।

চরাইরোংবা মমীংতম্না, মশানৌবু লৌশিনবা ঙমঙ্গবমু থমোইমুংদা কাউবা লৈতনা, মতম তাইহুনা লৈরিবৈদা মশানৌনা নৌনা কেমখিবদা,

মুংগী অৱা মুংশি মৈচাক্না, হীক্না হীক্না ত্তেংথাদুনা শৈশকখি—

চীংদা শাৎপা ইত্তাল্লৈ
চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকইদা কল্লকই।

মথংলেন মমান মচাগী ত্তেংথারোল তাবদা, খুমনচমু লাইবক চাউবীনা কোরো থক্তগী লৈচীন ফীরুক হাংদুনা খোল্লাইদবী মরোম্মা খুম্নকই—

ঐনা কেনগে কেনবরা
মালংবনা হুম্বগী
কেনবনিদো কেনবনি।

নিংথৌ চরাইরোংবনা থমোই লকামুংদা চাকপা মুংশি মৈচাক্না অমুক্না হেন্না শৈশকখি।

মালং ঐদি কৈদৌদে
লৈরাং লৈখোক লোয়বগী
কেনবনিদো কেনবনি।

(নিংথৌরেন কুম্বাবা পুরান)

## পুরান অমগী মতনা—

তুবী চরাইরোংবগী মহারানী সাপম চমু মুংথিল চাইবীসি লিক্লাই মরু পানখিবা ( গর্ভ লৈখিবা ) থা ৫ সুরকপদা, চরাইরোংবা নিংথৌনা পণ্ডিতসিংবু দশা য়েংহন্দুনা হংবদা, নমোম শাৎপনা হাল্লবদি পুন্সি মুংশাংগনি, নপারিমা হান্না শাৎলবদি পুন্সি মুংশাংলোইদৌরি হায়না হন্দৎলবদা, মচাগীদমক মুংশা থীরবী সাপম চমুনা থাঙ্গাল খুল্লাকপা খুল্লাকপী কৌদুনা মচা হেক পোকপগা থাঙ্গল চীংদা থৈখি। অস্তুন্না থৈখিবা অঙাংসি নিপানি, গরিবনিরাজ পামহৈবা হায়না মৈতৈ নিংথৌরেন অকাওবা অমা তুংদা ওইরবদুনি।

অসুম্না নিংথৌরেল অসিগী মপোকসি পোকত্রিঙৈদা মমাগী গভ´দা লৈরিঙৈদা মমাগা লোয়ননা থৈখিবা অমা, পোকলগা থৈবা অমা অসুম্না অনি থোক্লা হায়নরকই।

খৃঃ ১৭০৯ সুবদা মৈদিংঙু সিনা তাকুথা পাংতা থমজেং চাবা চংপদা মবুধৌ পাখংবা মথি ফোংলম্বদা খণ্ডজদবদগী তেম্না থারুবদা, পাখংবনা পাং পুম্বা কোঙ্গোল পুরুক পুরুক শৌহুনা শাউবগী খুদম পী। মকম অদু হৌজিক ফাওবা পুরুকশৌবী লাইকম হায়না লৈ। খুদম অসিদা লৌরেম্বা থোংনাং থাবা পণ্ডিতনা মবুধৌ পাখংববু সনা কোম্মুংদা পুজা তৌরিঙৈদা খারম হাও লান হৌরক্লুনা থিংবা য়াদ্রবদা চরাইরোংবনা পুজা লোয়ত্রিঙৈদা হাওরান ঙাকপা লেঙথোকখি।

হাও লুচিংবা ললাম্বা ফাহুনা হাংলগা লান ঙমহুনা হল্লকপদা সগোনবন নম্বুন তুরেন খোঙবান্দা হৌবা সনা থোংনাং পাম্বী অমগী মথোংদা পোথারিঙৈদা খণ্ডহৌদনা নোংখর মংলগা বজ্র তারক্লুনা সনা থোংনাংদু ময়ায়দা থায়না তাখি। মতুগী মৈশানা মৈদিংঙু চরাইরোংবা রাম্বহুনা লৈ।

মপাবুং লোংনা রাম্বহুনা লৈরদা, শাবোং লানবোং শেংনা মপাবুং থৌগন তৌরকপা মজা ইবুংঙো পামহৈবা মপাবুংবু কোনখংকে হায়না হেক নোম্বরকপদা নমদগী তারোন তাহুনা নানথরক্লুনা চরাইরোংবগী থজিন্দা থিনখি। পামহৈবনা তাতু শংকে হেক তৌবদা চরাইরোংবা নিংথৌ স্নান তারকপগা মান্নহুনা, মপাবুংনা কনানা থিল্লিবা তানো হংবদা, মচাগী মথুত্তগী থিনবনি হায়বা খণ্ডলহুনা পামহৈববু মচা থাজ্ঞ-শেংবনি হায়বা খণ্ডহুনা হায়রকই:

পারি ঙাইখো, তা শংখিম্মু, য়াইবী মাঙবনা হান্নিনি, নহাক অসি ইপানা পোকপা তশেংবনি, নংনা নত্তে ইপাগী দোসনি, ইপানা ইম্বৌ পাখংবদা তেম্না থারুরগী দোষনি, ইপানা কংজিবনি, ইপানা য়াইবী

মাঙদিডৈঙদা নখুৎ পায়না নিংথৌ খুবম শিন্নরবনি। ইপানা অন্না তোংদোই নিংথৌবু নমেম সিজগী লমন শিংগে থৌন্নাংবা ঙম্নমদ্রে পান্নি নংনা শিংলকউ। অসি হায়রম্নগা চন্নাইরোংবা লাইনিংথৌ নোঙ্গাখি।

হঙ্গিন হঙ্গিন ইরুবগী কান্নদে, মথক্কীসিংগা নোটশিং
য়েংলগা য়ারে। মসিনা অশুম অশাবনি তাক্লে ।

রাজকুমার সনাহল : সংজাল (ইম্ফাল, ১৯৭০) : লাঃ ৭১-৭৪

Notings. অশাংবম ইবোতোম্বী

1) Para No. 3 (L.1)—সাপম চন্নু অতোম্বী লোয়ম্বা পোকএ

সাপম = সাংপম/শাংপম— বনান ইবা ছৌএ।

লোয়ম্বা = লোইয়ম্বা — ,, ,, ,,

চন্নাইরোংবগী মুপী অমা হেনগহনবীরে। হে যুবরাজ বংশ you are Patricidal descendants—

[L-(ii)]—থপলাংপমশাবা = থমলাং পামশাবা, থম্বাংবা=থমপাম্বা

2) Para No. 6—when? whether was there khuman principality

(L.I.)—খুমন নিংথৌ শাগৈদা ওংবা } — মীশক অমতদা অমুক খুমন
(L. 4)— অতুম্বী খুমন চন্নু } — লৈমা অমুক খুমন চন্নু

খুমন নিংথৌ তারোয়ব (খৃঃ ১০৩৫)গী শাগৈদি "খুমম্বেম"

3) Para – 7– a) চন্নাইরোংবা শক ১৫৯৫/১৬৭৩ ইংঙা ৫ নি থাংজ পোকই।

(C.K.P. 48)

b) চন্নাইরোংবগী মত হৈন্নাম চন্নু শক ১৬১০ ন্নাকচিং থাদা শি।

(C.K.P. 54)

c) ,, মচা ময়াম্বা শক ১৬১২ পোইন্থু থা ২২ নি থাংজ পোকই।

(G.K.P. 55)

d) ,, মচা লোয়ম্বা শক ১৬১৭ হিয়াঙৈ থানিন লংমাই-জিংদা পোকই।

(C.K.P. 58)

e) ,, মত নোংথিল চাইবী শক ১৬১৮ ইংঙা ২৭ নি ইরাইদা শি।

(C.K.P. 59)

4) Para—8—(L-II) মুংথিল চাইবী খুমন চম্বু হায়রে।।

(P.6,L.4.) and (P.8 L.II) খুমন চম্বুনা খুমন চম্বু পোকপরা?

(P.6, L.1) and ,, খুমন নিংথৌ শাগৈগী য়ুম্নাকসি

5) Para—10—full—মিয়াং খুংয়ি খুমম্বেম্না ?—শাংপমলা?

অতোপ্পা রানী

Para 1— (L.I) মহারানী হায়বনিনা নিংথৌ চহি ১৬৯৭ গী মতুংগী রানী। মসিদা গরিবনিৱাজ পোক্লি।

Para 2— Why two differcnl stories for the birth of only one pcrson.

Para 3— ( Shinkhal-Iamkhal, Lamhei-Lamdai )

(L.VII)—খারম হাও

4 th Para—হাওগী মমিং ললাম্বা, কদায়দগীনো ? and Pakhangba cult –

Para 5— নঙ্গন্দা তারোনতা হাপ্পবরা ? তেন্দোংথাঙ পুনবরা What is Taronta define and describe.

Last Para—ননেম শীজ—

চকপা মথাও ওম্মী—চরাইরোংবগী মচম্না ? মতমসিদা শীজনা খঙনবসি নিংথৌগী মুপীবুনি।

চৈথারোল কুম্বাবা পেজ ৫-৬

## চৈনবুঙ-ইতিহাসকী ৱারী-শীঙবুন

ৱারীসি ড্রাকর স্যার্‌ মাউঙনা Authorcties না পীবনি হায়না য়াম্না ইরিবত্রনি। অদুবু খেন্নবদি ৱারীসিদা চংনবা-লোমচং নিংথৌগী য়াথং অমা পীরিবত্রদি য়াওদে। ৱারীসিগী য়াম্না তেম্না লীথোকপগী মওংদি —

খয়োকৈরোন শাংগাম চন্ন ৩২০ নোংখিল চাইবী য়েদিংঙ চরাইরোংবগী লৈমরেন নত্তে। মহাক্না মহাকী মচাম্নুপা পামহৈবসি পোক্লিঙৈদা নিংথৌ কম্বালপীগমন্তা। লৈমরেম্না পোক্কবা মচানিনা হাংখিগদি হায়বগী চৌংনবনা অঙাং উমবত্র কনাসু খঙহন্দনবা থৌশিল্লম্মী। অঙাং অসি শিনা পোক্লে হায়না পাউথোক্লগা লোম্না অঙাং পুথিনবা অমসুং চাওক্রিবা কাওবা য়োক্কনবা মহাকপু পোক্কপা শাংগম চাওবদা শীন্নরম্মী। অদুনা অঙাংসি মমা পোকপা মপুনা পুথিদুনা লৈশাংথোংদা য়োকখি। অঙাংসিনা চহি ৪ ভুরকপদা নিংথৌগী লৈমরেম্না/মহারানীনা অরোংপা অঙাংসিগী পাউ তারক্তুনা লোম্না অঙাংসি লোইশিনখিনবা মী থারক্লম্মী। অদুবু শাংগম চাওবনা হাক্লনা শম্নিন খঙবদগী অঙাং পুরগা চৌংদা চেনখি। লাক্লবা ভমক্রবা অরাং-হাও (হৌজিকী মাও,মরাম) গী লমথৈ মন্নুংদা লৈরিবা থাঙ্গাল খুন্দা চেন্দুনা লোংখি। মসি মতুংদা লৈমরেনসিগী অঙাং লৈক্লবনা লৈবাক য়াওনা মথং কম্বাল কম্নগদবা মী/নিংথৌমচাগী মরম থম্নরকখি। মতুদা নিংথৌনা লৈমশিংবু মাঙ্গী মাগী মচাশিং লোম্না লোক্কনা থম্নবদি পুথোরক্রবা খঙহনখি অমসুং অঙাংদুবু নিংথৌগী মচা ওইনা লৌশিন্দুনা কম্বাল পীনবা তৌগনি হায়রম্মী। নোংখিলচাইবীনা য়াথংসিগী মতুং ইন্না সুমিং থম্ননীগী মতুংদা নিংথৌবু মখোয়/লৈমশিংনা লোংলম্বা মচাশিং অমত্তা হাংলোয় হায়দুনা য়াশকহল্লম্মী। নিংথৌগী য়াশক ভাঙ্গবদা নুংখিল চাইবীনা মচা পামহৈবগী মরমদু হায়রম্মী নিংথৌসু হয়াওনা য়ারবদুনা থাঙ্গাল খুন্দগী মচাবু কম্পাক্লা কৌথরম্মী। মদুদা পামহৈদনা মথাম্নবা থাঙ্গাল মচা থরগা লোয়ননা লাক্কনা নিংথৌবু খুরুমজরম্মী।

চরাইরোংবনা ছুমিংসিদগী পামহৈববু মচানি হায়না লৌশিল্লম্মী। মহাক অমসুং মহাক্না লোয়নরকপা হাও মচাশিং অচুম্বীদমক্তা মৈতৈ কোমুংদা হাওমচা লোইশঙ লিংখৎখি। অসুম্না কোমুংদা মচাবু য়োক্লপসিনা পামহৈবনা শাদানবা চৎপদা খঙহৌনবদগী শা ওইরবোই নীংহুনা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা লৈরিবা মকমদা হুগী তেল কাপশিল্লকখি। তেল অছুনা পাম্নুনা মৈদিংঙু চরাইরোংবা নোঙখি। নোংজাদিৈঙগী মমাঙদা ঔরা নিংথৌদা থাজখিবা মচন মুপী চকপা মখাওঙম্বীবু ঔরাগী রানী কম্মদগী থৈথবগীদমক লান্দে খনবা ভয়মত্রে, মহাক্না লাম্নাহুনা ঔরাগী মথক্তা লমন থুম্নকউ তাকপীরম্মী। মসি মতুংদা পামহৈবনা মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বল কাখি।

মসিদগী লৌহুনা ডঃ ব্রাউনা মহাকী রারোলশিংসি ইখি।

## পেনা, খোংজোম পর্ব'গী রারী শীওবুন

রারীসি কনাগুম্বা অমন'/খরনা মথকী রারী শীওবুনসিদা মুক্কম ওইরগা মিয়াংকী রারোল খর হাপ্লগা অনৌবা প্লোটশিং অমসুং ইন্সিডেন্ট-শিং কাপচিল্লগা তাবনা মুংশিবা পোকহনবা অমসুং মীচমদা মুংঙাইবা কাওহনবা হয়াও-তয়ামগী মতমদা তোকঙা শন্দোকপা ওইবা রারীনি। রারীসি য়াম্না তেম্না লীথোকপগী মওংদি —

১ মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবগী সনা হাক্তক্তা লৈমরেন ওইরিবী শাৎপম চমু নোংথিল চাইবী মৈদিংঙু সনা হৈরু পনখরে, খোইজি মিছন লাংখরে। অছুবু মৈদিংঙুগী মনাই অমাইবীশিংনা খোইয়ুম লাইবাও চেন্নরে — লৈমগী পীবুক্লংদা লৈরিবা অঙাংসিনা ফিপা ওইনা পোরক্লবদি অঙাংহুনা চাওরক্লগা মৈদিংঙু চরাইরোংববু হাৎলগনি। লাইবাওসি লৈমনা কাবদা নত্তনা মৈদিংঙুগী সনা নাকোংসু য়োখরে, লৈবাক অঙম-অথৌ খরসু খঙনরে। নিংথৌ চরাইরোংবনা অঙাংহুনা মুপা ওইরক্লবদি হেক পোক-

পগা হাৎননবা অঙম্বা থরদা সনা য়াথং শীরগ্রে, অঙম্বাশিংস্থ মিকুপ-নাহুম শেম্নগ্রে। অমরোমদা মমা ওইবীনা মচাবু কনম্নবা থৌরাং শীরগ্রে। নাউশুবী মাইবী অমস্থং মায়য়োক্নবী মাইবীদা রাচংগ্রে, লন-থু্ম মতিক চানা থাইখরে, অদুগা থাজালচীঙ মতা খুল্লাকপী মী থাদুনা পাউ খঙহন-গ্রে, মরোন শুম্মক শীরগ্রে। অঙাং উম্নবা নুমিত্তুদা অঙাংদু মাইবীনা লোন্না পুথোকখিদুনা হাওশম পুদুনা ঙাইরিবী মকেং থাজাল খুল্লাকপীদা পীদুনা শীরগ্রে। মতা খুল্লাকপীনা শমদা হাপ্তুনা পাংথোক্ক লাবা খুমজিন্দুনা পুথরে *। নিংথৌ অমস্থং মীয়াম্না হংবদা মুও ওইনা পোক্লে হায়না মাইবীনা খুম্নগা মুও অমা ঈ তৈহন্নগা উংলি হায়। থাজাল চীঙদা কাথরে। অস্থম মকেং থাঙ্গাল খুল্দা অঙাং অদু কনাবুস্থ খঙহল্দনা খুল্লাকপা, খুল্লাকপীশী মচা ওইদুনা য়োকখরে। লাইবক থিবী নোংথিল চাইবীনদি অরোনবা মনাই থমদুনা মচাশী পাউ লৌরি।

অঙাংদু পুংকক চাওরক্লে, খুল্লাকপনা শাগী শাকা, লানশী লানকা-নচিংবা তস্নীরে। অঙাংদুনা পাথং ফারক্লবদা মপা খুল্লাকপবু মৈতৈদা লোইপোং পীদনবা হায়রে। খুল্লাকপস্থ য়ারে, লোইপোং কাব্রে। মৈতৈ লম্মুনা লোইপোং থৌবা লাকপদস্থ লোইপোং পীরয়োই হায়রে, অকন-অরেং শিংলে। মৈদিংগু চরাইরোংবনা মকেং থাজাল্দা লান্দারক্লে। চীঙখোঙ য়োবদশী চীঙশা পুম্নমক থ্ুংনা লৈচিন্না পুমকুপ কুপশিন্দুনা লৈখরে। মরুধো পাথংবনা তৌহনবনি, মুমিং ৭ নি কৈহিন্দু হাইদোক-খিদেহায়। চরাইরোংবনা লান্দারয়োই চান্নরগে রাশক্লবদা লৈচিন থাবদো কথরে। মৈতৈ নিংথৌ লম্মীগা লোয়ননা থাজাল চীঙদা কাখক্লু খুল্লাকপা উম্নরে, চান্নগ্রে হায়। অদুনা পামহৈববু উক্লবদা শুমহৎগ্রে, কনাশী মচা-নো হংলে। খুল্লাকপা মচানী হায়দুনা তাক্লে। অদুদি অঙাংসি ইচা শক্লা য়োকচক্লরগে ভম্পাক্তা পুরগে হায়না নীরে, খুল্লাকপনা পুম্নমক খঙব-নিনা য়াদবা শানা শানা য়াদবা য়াদবশী মঙংদা য়ারে, প্যান্নহৈববু পীরে।

অঙ্গুম্না কৌম্বুংদা পুম্বক্তুনা মমাঙ্গবা হাও মচাশিংগা লোয়ননা হাওমচা লোইশঙ তিংবক্তুনা থোক্লে।

হৌজিক্কি মতম থৱগী মমুংদা মমা-মচা শকথংলবথে, চাম্না চীয়না লৈরম্মে। মতমসিদা মৈদিংগুনা তুবা চয়াইরোংবনা ভারথাদা শাদানবা চংলদা পাথংবদা তেম্না থারক্রে। মতুংগী মহেৎনা পাথংবনা চয়াইরোংবা নংশু লোক্লারো হায়রে। মৈদিংগুগী খুদোংথীবা লানকমসিগী কোম্বা ঈম্বাং খৌনীদি তুম্নিং ৭ নি ইমুংদগী মপান থোক্লনা, থোক্লাল হাংনা লান্দনা লাইয়িংথৌ সনামহী থাগোম্বতুনা হীগী কোম্নু অতুগা লইম্বিংথৌ পাথংবগী মীচৈ অমসুং ওক্নবগী মহী-ময়াইতু কোক্কনি হায়রে। অদুনা মৈদিংগুনা লাইয়িংথৌ সনামহী থাগোম্বা হৌরে।

মতমসিদা তুগুক হাওশিং লম হেন্নক্লে, লান হৌরক্লে। লৈপাকী লাম্মী তেঙ্গোল থাতুনা মথোয়বু লাকশয়বা লাক্লরে, অদুবু কায়দে, মথোয়বু নমথবা ঙমদে, মখোয়বু নমথবগী মতুঙ্গা মথোয়না মৈতৈ লাপ্মীবু মায়থীবা পীরে। তুগুক হাওশিংনা কংলৈ তম্না তকথংলক্লে, শংলোলবন লমশাংদা চাইরক্লে হায়বা পাও তারে। কংলা কোম্বুং তম্নকলৌরে। মতমসিদা চয়াইরোংবগী লাইয়িং থাগোম্বগী মতম লোইগদবা তুম্নিং ৭ নি তুগদবা পুংজা থম্নদা মতাইরে। অমাইবা অমসুং মাইচৌশিংনা শেম্নক্নি। মতমসিদা তুগুক হাওয়াম্না কংলা কোম্বুং তম্নকপনি, রাহেংবম লৈকায়দগী ম্নৌরকলৌরে। মৈতৈনা মায়থীবগী পাউ, হাওনা চংশিল্লকপগী রা তারুবদা চয়াইরোংবা লান চংনবা শেম-শাম্নে। অমাইবগা মাইচৌশিংগনা থাম্মী, মৈদিংগুনা য়াজ্রে মৈতৈ লপ্মীগী অনৌবা মথৌনা হাপ্লুনা নিংথৌ চয়াইরোংবা চোঙথোক্লুনা তুগুকশিংগা লান তৌনম্নে। মৈতৈ লাপ্মীনা মায় পাক্লক্লে, হাওশিং মমাম্ন লৈজতুনা চেম্নরে, মৈতৈনা তাম্না তাম্নতুনা হাংলে। হাওশিং চেনক্রবদা মৈতৈশিং হম্নক্লে। মৈদিংগুনা চয়াই-রোংবনা তাইহাক্লা লোপাখিসি হায়না থোংনাং পাম্বী অমগী মথোঙদা চঙতুনা কমথরে । মতম সিমকুদা নোং মংদনা, নোং থোংদনা নোংমৈশীজত

তাঁরক্নে, মৈদিংগু্না লৈপ্লিবা খোংনাংহুদা তাশিনথ্রে, খোংনাংছু খায়রে। মৈদিংগু্ চয়াইরোংবা মৈশা লাংলে, রাখল-লৌশিং মাগুহুনা লৈমায়রা তারে। মতম্সিদা হাওবম শেল্লুংবনা ইনশিন্নুনো মচাইহুংঙো পামহৈবনা তা পাংলে, মৈদিংগু্ চয়াইরোংবগী থজিন্দা তানা লংলে। চয়াইরোংবা ওাইহাংক রাখল মাংলুরগা শিরমদাইহুদা রাখল-লৌশিং তায়ক্নে। কনানো হংলে, মচানি খত্তলে। মচনম্নুপী চকপা মখাও ওম্বীবু অরা নিংথৌনা মানী কমদগী থৈখবগী লমন থুয়কউ তাকপীরে। অতুপা নপা ঐবু নংনা হাংলবনিনা নত্তম নচাগী মথুক্তা থরাই মাওলকউ হায়না মীচৈ পীরম্নগা লেকথক্রে। শোক্লবা হকচাংত মচানা পোহুনা কোম্নুং ওম্না কায়রকপদা কোম্নুং য়োগদবা রাংলিক্নে, খোংনাংগী থবা লাপথোক্লবগা লমংথদা থরাই থাখি।

মসিগী মতুংদা পামহৈবনা নিংথৌ কম্বাল কাখি।

## অতোপ্পা য়ারীশিং— মুংশি নুংঙোলগী য়ারী মচাদা

I) মুংশি-মুংঙোলগী থীমদা চৈথারোল কুম্বাবা হাইকেং মিৎয়েং থম্লগা থুম্নাই থাক থেম্নবা অমম্নুং অতাং ওইনা য়ুম্বানহম্নীংদবগী প্রোক্লেমদা চয়াইরোংবগা নোংথিল চায়বীগা তাউজীং হৈক পম্না পুম্না পাইথোম্বা নিংথৌনা থায়দোক্লরগা নোংথিল চায়বীবু থঙ্গালচৌগুদা থমখিংগী প্লোটহো ইবা অমম্ন লৈরি। মথং তারকপদা থঙ্গালচৌগুদা পামহৈবা পোকপা, মমা নোংথিল চায়বীনা থঙ্গাল চৌগুগী খুন্দা মচাবু য়োক্লকপা, চয়াইরোংবনা নিংথৌ ওইরক্লবদা লৈপাক-নিংথৌ পনবা মশাগী মুংশিবগী পনগ্গা লৈপাক নিংথৌ পম্না রাংখিবনা মশানৌ লৌশিন কোনশিনবা ওম্নদবা, চৌগবুরোই কোয়রক্ক্না মপারি শকথওনবা, হাও মচানি মুংশিহুনা য়োক্নে তৌবনি হায়হুনা পামহৈববু মৈতৈ কোম্নুংদা পুরকপা অমম্নুং মচা পুখিবদগী নোংথিল চায়বী থাঙ্গাল হাওথুন্দা শিখিবা অসিগী ইথিনশিং হাওু্না ইরি।

হাও মচা লোয়শঙ নিংথৌকোন্দা লিংখৎপা, মচা য়োক্লকপা তুম্নক লান হৌরকপা অমসুং ওখ্বা, খোংনা মখোঙদা পোত্থবা, লাই পন্থুনা রাশকখিবা রাশক তাক্তবগী তাইবং মপুগী চৈরাক পীনবা মোংয়ৈ শীংজঙ তাবা অমসুং চরাইরোং শিবা—অসুম্না মতাংসিদা খোংনাং হোগায়বী শেংথায়গা লোয়শিনখি।

II) অহানবগী চীনবুঙ ইতিহাসকী রারীসিদা য়ুক্কম ওইরগা পুংয়ান রানথায়নরগা বেক্তোলীদা ইরগা মৈতৈ লোম্না রাহন্দোক পীবা লাইরিক থীবা-হায়বগী মওংগী অমসু লৈরি।

## লাইরে-লাথুপা শাতনা লীবা রারী-শীঙদুন

III) মীয়াম্তা য়ুক্কম ওইরগা লৌরেম্বম খোংনাং থাবগী কন্দম নত্রগা মচীন শাতনা রারী লীবা, মিয়াংকী—"পাকুনম হিতেন মপানতা কৈক্তা হিতং মসুমাংতা॥ তংবং শেনকাং য়ৈপতি।। রাংলেন পুঙচাও থিনপতি॥ করিনো:—

৭ সেনপুঙ য়ৈপা॥ রাংলেন পুঙকাঙ ফুপতি॥ তুপি নক্ক থাপতি হৌতালে॥ মুকাকলৈ মরু থাপতি হৌলোএ॥ হায়ধসি লৌথোক্লগা অরায়বা লোন্দা হাপ্পা অমসুং খৃঃ ১৯৫০ রাগী লোন্দা পুদা য়াওবা রারী অমসু লৈরি। মসিগীদি মীয়াংকীদা য়েংবীয়ু।

অসুম্না ইনরিবশিংসি অইবশিংনা মখোয়গী মরাল পুমমক লৌরেম্বম খোংনাং থাবদা মমিং খোংজিল্লি। হৈত্তবা মতে বাবু, শগোন শেনসে মশেনসে, চেককোন্দা লৈসে মরৈসে, কছার চেনসে মচেৎসে; লাইগী মচা ইবুংঙোশিং—কেকু, ফোং-ফোং। মৈবু ফিনা কুপ্পা য়াদে মরমদি মৈগী মৈরিদি মথক-মখা ওয়রবসু লৈখাদা থক তারক্তে।

খ) অঙকপনি, হে মৈতৈ খুন্নাই. নঙগী নচাশিংসিগী খোনাশিংদুব বৃটিশ মচাশিং ব.টকী খোঙখাদা লৈরবা নিংথৌরেলসিগী মতাংদা ঈদে জ মচাশিংনা রারী তারগা ইরম্বশিং অসি রাঙ্ছেবম যুমজাও নঙনা কনা অমঙনসু অইবনা পাউথুম পীখিবগী রাফম থেংনিজ্রি। পাউথুম পীবগী মহুত্তা মতৌচুম তমশিল্লি। মখোয়দু মমা লৈপাক মজাতিগী লানঙম ফিরাল পুদুনা চীঙ লৈথুনসিদা কাওবা য়োরক্লম্বনি—ডিভাই এণ্ড রুল (Divide and Rule) গী—খুজিল-থৌরাং তৌরম্লিবনি। পোন্দা য়োকপা তেনরানা তম্বীখা মীরোল অদুথক্তমক ঙাংই, উচেক্‌না তাবা থরম্বুদমক হায়। অদুগী রাহং অমনা তেনরনা মীরোল ঙাংবসি মীগী অশেংবা খোঞ্জেন্দুনা ঙাংবা ঙমদ্রা ? অদুনা অকক্লবা মমিং কাওবা চুম্না ইবিরমদে। মখোয় চাওখৎলবা জাতিনি, ঙসি কাওবদা মখোয় মশাগী ওইবা ময়েক লৈজদ্রিবা, অদুনরা ? মখোয়গী চাওখৎপদু মৈতৈমচানা তম্মী।

## অচুম্বা অমস্থুং অশেংবা থৌদোক-রাথোক থিবা

অচুম্বা অমস্থুং অশেংবা থৌদোক থিবগী লমদাংসি মথেল অনিথোক্লা লৌখৎচনিংই, মখোয়গী মওং মতৌ মথাদা তুংশিল্লকখিগনি। অদুবু লৌখৎচনীংলিবা মথেন অনিসিগী অচুম-অরান লেম্নগী থৌদাংসিদি পুকচেল শেংলবা, ইশাগী ওইজবা থাদোকপীরবা, অচুম্বদা অমস্থুং মীরমচৎ, চৎনলোনচৎনচিংবদা যুক্কম ওইবীবিবশিংনা লৌরিবদি মনিপুরগী ইতিহাসকী লাইবক ফবা ওইগনি অমস্থুং মৈতৈ জাতিগীসু রাইফগনি।
লৌখৎচরিবশিংদুদি —

## (ক) চৈথারোল কুম্বাবগী রারোল

চৈথারোল কুম্বাবগী রারোলশিংসি অচুম-অরানগী রাফম, অসি ইণ্টেলিজেন্স অফিসার ঈঃ ডবলিয়ু ডন্‌গী থঙজ-উতহৌবা ওইবগী রাফম

থৰক্তা পাঁইবে । মহাক্তা নক্তনা মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ৱবক পুথিৰম্বা কোলোনেল জে: শেক্সপীয়ার (খৃঃ ১৯০৫-০৮, অমস্থং খৃঃ ১৯১৯-১৪) নস্থু চৈথারোল কুম্বাবগী ৱারোলসি চুমই হায়বদিগী থক্তহৌ উহৌবগী ৱারোল পৌরি। মৱম অসিনা লাইরিকসিগী ৱারোলশিংসি খর-নৈনজ-রিবা মতম অসিরাইসিদগীদি থাজদবা ওমদে। খর-নৈনজরিবা হিরমসিদা মরী লৈনবা ৱারোলশিং খর ৱারী ৱাখোঙগা কোননা উৎচরি —

(১) *২১ খুমুকচম য়োইচাগী কুম শক ১৫৯৫, ইংঙা থা, ৫নি থাংজদা নিংথেম চারাইরোংবা পোকখি।

খৃঃ ১৬৭৩ দা মৈদিংঙু চরাইরোংবা পোকখি।

(২) *২২ রাংথৈরাকপম খোংজোম্বগী কুম শক ১৬১০, রাকচীং থাদা নিংথেম চরাইরোংবগী মতু হৈরাম চন্দ্র শিএ। খৃঃ ১৬৮৯গী জনুৱারী কেত্র রারীদা নিংথেম চরাইরোংবগী অহানবা মুপী হৈরামচন্দ্র শিখি। মতমসিদা চরাইরোংবা মশাগী চহি ১৫, থা ৬, মুমীৎ ২৫ শুরে।

(৩ *২৩ থোকাউজম মুবগী কুম শক ১৬১২ পোইন্নু থা ২২নি থাংজদা নিংথেম ময়াম্বা পোকএ।

খৃঃ ১৬৯১ গী জানুৱারী অহানবা থাখায়দা নত্রগা খৃঃ ১৬৯০ দা মৈদিংঙু গরিবনীৱাজ পোকখি। তুবী চরাইরোংবনা মৈদিংঙু ময়াম্বা/গরিবনীৱাজ পোকপি (শাংপম চন্দ্র নোংথিল/জুংথিল চায়বী চাইবী) সি করম্বা চহিদা পুহোংতুনা লৌবগে হায়বদি পীবিরমদ্রে, অদুবু খৃঃ ১৬৯০ সিগী মমাঙগী চহি ১৬৮৯গী অদুরাইদগীদি লোয়-নরক্লে। মতমসিদা মৈদিংঙু চরাইরোংবগী মশাগী চহি, চহি ১৭ থা ৬ মুমিৎ ১৭ নি শুরে অমস্থং মৈদিংঙু পাইখোম্বা (খৃঃ ১৬৬৬-৯৭) না নিংথৌ ওইরি।

(৪) *২৪ হাওবম মুংয়াম্বগী কুম শক ১৬১৭ হিয়াঙৈ থা, থানিনোং লংমাইচিংদা ইবুংঙো লোইয়ম্বা পোকএ। খৃঃ ১৬৯৫ গী নবেম্বর

ডিসেম্বরদা মৈদিংঙু চরাইরোংবগা শাংপম চন্থু মুংখিল চায়বীগগী অনিগুবা মচা, মৈদিংঙু গরিবনিরাজগী মনাও নিপা মৈদিংঙু চাইবুংঙো লোইয়ম্বা পোকখি। মতমসিদা চরাইরোংবগী চহি, চহি ২২ থা ৬ মুমিং ১০ নি অমম্মুং গরিবনিরাজগী মশাগী চহি, চহি ৪ থা ১০মুমিং ২৩ নি গুরে। মৈদিংঙু পাইখোম্বা (খৃঃ ১৬৬৬-৯৭) না নিংথৌ ওইরি।

(৫) * ২৫ য়েংখোইবা লাংমৈগী কুম শক ১৬১৮ ইংঙা থা ২৭ নি ইবাইদা মৈদিংঙু ময়াম্বগী মমা শাংপম চন্থু মুংখিল চাইবী শিএ।

খৃঃ ১৬৯৬ কী জুনগী অহানবা থাখায়দা মৈদিংঙু চরাইরোংবগী মপী মৈদিংঙু গরিবনিরাজ অমম্মুং মৈদিংঙু চা লোইয়ম্বা অনিগী অপোকপী মমা শাংপম চন্থু নোংখিল চাইবী শিখি। মতমসিদা গরিবনিরাজগী মশাগী চহি, চহি ৫ থা ৫ মুমিং ৫ নি অমম্মুং লোই-য়ম্বগী মশাগী চহি, চহি-০-থা ৭, নি মুমিং ১২ নি গুরে। মৈদিংঙু পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইরি।

(৬) * ২৬ চনম্বা শরাগী কুম শক ১৬১৯ রাকচিং থা ২৮ নি শগোনশেন্দা মৈদিংঙু পাইখোম্বানা চহি ৫৩ দা সনা কৈরাক কায়এ॥··· ···· ···· লমদা থা ··· তরানি ইরাইদা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা চহি ২৫ দা ফম্বাল কায়এ।

খৃঃ ১৬৯৭-৯৮ গী জানুয়ারী অরোয়বা থাখায়দা মৈদিংঙু পাইখোম্বা নোঙখি। চহিসিগী মার্চ এপ্রিলদা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা নিংথৌ ওই। মতমসিদা মশাগী চহি, চহি ২৪ থা ৭ মুমিং ২৩ নি গুরে। পাইখোম্বনা শিবগা চরাইরোংবনা ফম্বান কাবগা মুমিং ৪২ নি থেম্রৈ। মতমসিদা গরিবনিরাজগী মশাগী চহি, চহি ৭ থা মুমিং ৬ নি অমম্মুং লোইয়ম্বনা চহি ২ থা ১ মুমিং ১৩ নি গুরে।

(৭) ✻ ২৭ অশাংমম অয়োইবী কুম শক ১৬২৮ ''''' হিয়াঙৈ থা ১১ নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম ময়াম্বনা তম্পাক লৈরিইদা শিজ অহন পোকএ।

খৃ: ১৭০৬ কী নবেম্বরগী অয়োয়বা থাথায়দা মৈদিংঙু গরিবনিরাজনা যুবারাজকোনা / তম্পাকয়ুমদা লৈরিঙৈ, নিংথৌ ওইত্রিঙৈ মশাগী চহি, ১৫ থা ১০ মুমিং ১৯ শুবদা মহাকী খৃাইদগী অহানবা অঙাং মচানুপী অহন, শিজ অহন পোকখি। মুপীগী মমিং পীরমদে. অদুবু গরিবনিরাজগী মুপী অহানবা/অহন্দি অরাম্বম চমুনি, মথংনা হাওবম চমুনি। অরাম্বম চমুনা পোকপা ওইরম্বা য়াই।

(৮) ✻ ২৮ থৌক্লাউচম খুনঙমগী কুম শক ১৬৩১ '' ইঙেন থা ৭ নি লংমাইচিংদা মৈদিংঙু চরাইরোংবা নোংকাএ। '''' ''' ''' থরান থা ২৩ নি য়ুমশকৈশদা মৈদিংঙু ময়াম্বনা চহি ২০ দা ফম্বাল কায়এ।

খৃ: ১৭০৯ গী জুলাইগী অরোয়বা থাথায়দা চরাইরোংবা নোঙ্গাই। '''' '''' '' মৈদিংঙু গরিবনিরাজনা চহিসিগী সেপ্তেম্বরগী অহানবা থাথায়দা নিংথৌ ওই অমসুং মপা ইবুংঙো চরাইরোংবা শিবগা মহাক্না ফম্বাল কাবগা মুমিং ৪৬ নি থেয়ৈ।

## তুসুক হাওগী মতাংদা পীরমবনা—

### (ক) মিয়াং লাইরিক্তা ✻ ২৯

••• ''' অরাং হাওকা তাংখুনকা ২ মানা।। নিংথৌতা লাকতুনা ননাই য়িখোই লানফম তৌকে।। ননাই য়িখোইপু য়েংপিংও।। হায়ল্যাপাতা মখোয়সুং লানফম তৌলে। নিংথৌকি য়েংনপা সাকায় সালে।। নিংথৌ চৎতানা কুমমৈ য়েংএ।। মৈতৈ নিংথৌনা হাওয়াম ''' '''' থামলে।। অতুতাকি থঙকান্দা সুরুঙ ১ মা লৈএ হায়তুনা নিংথৌনা সুরুঙ য়েংপা চৎলে।। সুরুং য়েংলমলাবাকা

নিংথৌনা হললকপাতা ॥ তুস্নুক হাও ফুংকা ৩ পুলকতুনা ॥
খ্ৰাইলমপল ৱাংমাতা তাহল্লে ॥

(খ) চৈথারোন কুম্মাবদা *৩০

(১) নিংঙোম্বম মাইচৌগী কুম শক ১৬২২....... লাংবন ১৬ নি নিং-থৌকাবদা লুহুপ্পগা থাংকানকা ১ মানা ৱাইতোনবী লৌদ্ৰুক্তা খোংফেন হায়্নেএ।

মথক্তা মীয়াম্না ইরিবসি থাঙভৈরোন *৩১ পাৱগা ইবনি। থৌদোক সিগী চৈথাবোল কুম্মাবদা পীৱিবসিনা উৎলিবসিনি। ম্রসি খৃঃ ১৭০০ কী সেপ্তেম্বর-ওক্তোবরদনি।

২) i) অরাম্বম খুঙ্গানগী কুম শক ১৬২৪ কালেন থা ২৪ নি থাংজদা মাইবা হিদং হৈৱামচানচিংনা অচাইবা ২মানচিংনা তুস্নুম নাবা চংএ। য়োদনা হল্লকএ।

ii) খুমুকচম মোইরাম্বগী কুম শক ১৬২৫ শজিবু থা ১৭ নি লৈপাক-পোকপদা মাইপান্নাম অচ্নবনচিংবা অহল্লপনা তুস্নুক নাবা চংলে মাইস্নামচা অমা শিরকএ।

iii) বামোন মনিগী কুম শক ১৬২৯ ফাইরেন থা ১০নি থাংজদা ঙাং-বমচা লমলোইনা চিংদুনা তুস্নুক নাবা চংএ। ক্ষেত্রি পৈরাকি শিৱৌএ।

iv) থৌৱাউ খুনঙমগী কুম শক ১৬৩১ শজিবু থা ৭নি লৈপাক-পোকপদা নিংখেম্না তুস্নুক নাবা চংএ। ক্ষেত্রি কেৱাকি (পৈরাকি) মকোক লৌরকএ। লান ১৫ কাএ। য়োইরেন তাওবিয়াম্নুং কবো লৈম্নু শুংবা অমম্নুং অনিনা য়ুপিংদুনা শিহৌএ। ১৭ নি ঈরাইদা নিংখেম খৎলাএ। ২৮ নি লৈপাকপোকপদা ম্নাশাবা কৈরুংবনা শেঙ্গাওপান নাবা চংলে। য়োদনা হল্লকএ। ১৯ নি য়ুমশকৈশদা নিংখেম শিজ শেৱৌদা লম য়েংবা চংএ। কালেন থাদি লংমাইচিংনহিনএ। ৮ নি লংমাইচিংদা লাইৱা হায়বগী শজায় শজায়এ। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা

হনএ। ৭ নি লংমাইচিংদা মৈদিঙ্ চরাইরোংবা নোঙাএ।। ...... ।। ২০ নিদা শিঙ সনারোকপীগী শুমাংদা কৈ অমা ফাই। থরান থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২৩ নি মুমশকৈশদা মৈদিংঙ্ ময়াম্বনা চহি ২০ দা ক্ষাল কায়এ।

## (গ) অতোপ্পা পিজনিংলিবা থর

### i) নিংথৌরোল লম্বুবদা *৩২

...... হাওরৈ থানা পাংবরম তুম্মুক মনিল নাইবা মালৈ নোংথৈচুপ হেমবা থাংচেন শাবা লোইবী তুইথিংপুং হেমবা তুইনা চঙ লোইবী তুইমাঙ লাইজা ঈশিংবোং ৩ থকপ', হেম্বা তুইনাচঙ লমবীস্নুং ৩ চংপা পুঙদা খৌশাবা, কোরৌ মুমিৎ চুপনা লাইরেন থাঙলেন মথুংস্নু খুরেন য়াইফ্ মনমফ্ য়াংনম শিংমিৎ লোন লাইরেন সনা মনাশি ঙি.বলাই সনা মনায়ানবু তাউথংলময়ে। অচুনোংগীবু মৈদিংঙ্ তুবি চরাইরোংবা সনা চুংশৈনকোন-ও হেমবা মুংফানলোক কাচে থাঙশাখুল লোইবী শেককু-চীঙ থারম কোনহৈ চীঙ-ও থোম্নৈএ। লাইরেন মৈদিংঙ্ লোইবী তুইশাঙমদা খৌশাবা উপাক লুথুম য়িমচৈশৌ নমপোক মরোল ছ য়াঙবি মরিন থৎ য়িমবি থিঙবা মপনলোই মরান থুম্বী মৈমাং চন মৈবি তাংগোই পাই, মৈথু নোংদা কা চংলম ফানশাং থ্ম, শাইবু মৈতান পক থংনং লৈতং লেংনা চুঙলেপ ৬০ চোং কাওরেন শনথাঙ ১০ লাননা পম্বেংথবদি তুগুক য়াকা চায়রে।

### ii) সমসোক ঙম্বদা *৩৩

লাইরেন ইতেংঙ্ পিতম্বর তুবী চরাইরোংবনা মতাইরেম পোইরুই লানথী পুম্নমক হাওরৈ থানা পাংবরম ঙাঙোই য়োয়মোংবা লোইকেনবরম। কাকলেন লানতাবরম য়োরোন থোংকনবদা হেবল লানঙাথিয়ে। হাওরৈ থানা পাংবরম থারম তুম্মুক মনিন নাইবা মালং চয়রোয়ননা হেম্বা থাংচেন

৭ থক্তা লোইবী তুম্নিংপুঙ মারেম তুইনাচং হেমবা তুইসাঙন লাইজ্ঞা ঈরোং-খোং অহুম থকপা হেন্বা লমদাংসাংস্নুং ৭ চৎপা পুঙদা খোৌসাবা কোরৌ মুমিং চুপনা লাইরেন থ'ঙলেন মখুৎস্তু ভীমেন মচুংচেৎবা খোকলাং মখুৎস্নুবু খুৱেন মাইখু মনম থুনা য়াংনম সীঙমিং-মপু লোল্লমএ। লাইরেল সনা মনায়ান কোলৌয় মখুৎসিবু লীক্লাই সনা মনায়ানস্নুং তৌথঙেম্এ। অহুনোংগীবু লাইরেন মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা সনা চুঙমেল কোল, হেন্বা মুঙকাল লোংবা কজেং থাঙজা থুল লোইবী সেকচিঙ থারম কোনহুইচীঙ-ও থোনরমএ। লাইরেন মইতেংঙনা লোইবী তুইসাঙন্দা খোৌসারা হেন্বা উপাক লুখম মুমু চাইসো নমপোক মরোল হু, হুমদং য়াঙলী থৎ মুন্বী থিংবা মপাল লোয়, মরাল থুম্বী মইমাঙ চল মইবী তাগোই পাই, মইখু নোংলোন কানা চৎলম কানসাং থুম সাইবু মৈতাল পক চুঙলেপ ৬০ চোং, কাংরেল সনথাং ১০ লান থংনং লইতঙ লেংনা পম্বেংথবদি তুস্নুক য়াকা চায়রে। লোইবী মপুঙ তাক্লে॥ ........

## iii) ইতিহাসকার অমগী ৱারোল *৩৪

তুস্নুক লান চৎপগা চরাইরোংবনা শিবগা অনি অসি ওম্ন্থোক্ল। অঙকপগী ওইরবা মরী অমা থোকহনবা য়ানবা ৱারী তাক্তা শেমদোকখ্রে। মরম অসিনা মসিগী মরমদা থর মুন্না নৈনবনা মনিপুরগী ইতিহাসকী তরুবা মতাং অমা থঙনবগী পাম্বৈনি অমস্নুং মসি য়াবগী মথৈ মুন্না থঙলবতদা অচুম্বা ৱা থঙনবগী পাম্বৈ ওইগদবনি। তুস্নুক অসি কনাগুম্বনা ৱাহেংবম লৈকায়দনি অমস্নুং চরাইরোংবা অসি খোংনাং হোগায়বীদা তুবনি অসিন-চিংবা হায়নরি। লৈকায় লাযাৎনচিংবা লাইরিক থরদা ৱাহেংবম লৈকায়গী ময়া অসিবু মৈদিংঙু চরাইরোংবগী তুস্নুক লময়াংবুং (য়ংবুং) নচিংবা থারি, অহুনা লম অসিদা তুস্নুক হাওখুন তারম্বগী ৱারী অহু চেংশিনখ্রে। অহুমদি ওইরবদা ঐখোয়দি তুস্নুক অসি অম্নুপ নকনা লৈরমগনি

হায়নিংদে। খোংনাং হোগায়বীদা চরাইরোংবা তুবগী রারী অসিস্থ থাঙ্গৈমক শেংনা অশেঙ্বা রানী। ...... চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওরিবা মতাং অসিগী রারম অদু মথাদা ঐখোয়না ময়েক মশোন কাওবা হোংদমা কোংখংলি,—থৌরাওজম থুনঙমগী কুম শক ১৬৩১ শজিবু থা ইমশা কৈশানা হুলএ। ৭ নি লৈপাকপোকপদা নিংথেমনা তুস্থুক নাবা চংয়ে। ১৭ নি ইরাইদা নিংথেম থুংলৈএ। ২৯ নি ইমশকৈশাদা নিংথেম শিজ্জা শেরৌ লমরেংবা চংএ। কালেন ৪ নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম থুংলে। অদুনদি তুস্থুক নাবা চংপদা মহারাজ নোংগাখিবদি ওইকম খোক্তে...... "মিয়াদ" কৌবা লাইরিক অদুদা ফংবদি—তুস্থুক অসি তাংখুল হাওনি, চরাইরোংবা মহারাজনা লমহেনবা য়ুম ৩৬ কারক্তুনা খ্বাইরম্বন ময়াদা থমই, মখোয় অসিস্থ ভাওরক্লদুনা মী থমদুনা শংহল্লি। হুজিক্তি থুল অসি মমিং পুমতা তাখিদ্রে। অদুরদি ওইরবদা অরাং হাও অভাওবা লমহেনবা জাংনি, মখোয় খরগী মথৈ কারক্তুনা রাহেংবম লৈকাই ময়া খ্বাইরম্বন্দা থমই, মখোয় অসি ভাওরক্তুনা অমুক খর হাংন-খিন্নবা তাই। মরম অদুনা পুরান্দা হাওখুল অসি লাপনা লৈবগী মতৌস্থ তৌবা নকনা লৈবগী মতৌস্থ তৌবনি। .... .... (লাঃ ৪৬) হুজিক তুস্থুককী থার অমতা লৈত্রে। ঐনা নিংবদি গরিবনিরাজনা মখোয় অসি তুম্না মাংহনখ্রমাল্লে।

মখক্তা পৌত্রখ্রিবা রারোলশিং অসিদগী ফংজরিবদি চৈথারোল কুম্বাবগী রারোলশিংসিবু নাথৈনবা কনাগুম্বা মীওই থরনা মশাগী মনীং থ্বংদবা খরগী থরুম তৌদুনা লৈবদগী থোকলকপনি মিয়াংনা হায়রি- "মকেং থাঙ্গালদগী চরাইরোংবনা তুস্থুক হাও য়ুঙ্গা অদুম পুরক্তুনা খ্বাইরম্বন রাংমদা তাহল্লে।" মাগীসি লৈয়েংদি ফাইরে, অকিসকী ওইনদি মৈতৈনা লৈয়েং কাইরবদি কোর্টতা কেসতা রারোল জৌনদে। অদুবু রাকম অমতং থমজনীংবদি—তুস্থুক থুন ইন্তাল কংলৈগী থা

মায়গৈদা লৈ হায়বহ্ নিংথৌরোল লম্বুবা অমস্থং সমসোক ঙম্বা লাইরিক অনিনা উৎলি। মখোয়বু অরাং হাও (মাও, মরাম, থাঙ্গাল অসিনচিংবা) নত্তে, তাংখুল হাও (লুহুপ্পা, চৌঙশাং, হুন্দুং, পকক্রন অসিনচিংবা) সু নত্তে, খারম হাওনি, মসিস্থ নিংথৌরোল লম্বুবা অমস্থং সমসোক ঙম্বনা পীরি। অদুগা অমুকস্থ মখোয় খারমশিংসিবু মৈদিংঙু খাগেম্বনা নমথবগী রারোলদা মখোয়গী খুনগা লোয়ননা নমথমিন্নখিবশিংদি— মোমতিং, লমনেম, লাইপাই, তোনপুঙ, খারম (চৈঃ কুঃ, ৩৭) = অসিনি। খাগেম্বনা নমথরিবসি মখোয় খুন মপীহুনি, অতৈ খুনশিংসিনা মরিংনি। মখোয়গী খুন মপীহু হৌজিক পন্নেন্দা খারম পলেল হায়না খঙনরিবা অসিনি। *৫৫ অদুগা মিয়াংনা থাঙ্গান্দগী খারম পুহল্লকই। থাঙ্গালদি অরাংলোমদা হৌজিকী ইস্কাল ডিমাপুর লম্বীদা কাংপোকপীদগী তুময়োন খুল্লেন লাক্লগা থাঙ্গাল খুল অহুম নিংথৌকম থাঙ্গাল অমস্থং হেম্বুং য়ৌড্রিঙৈনা অমগা (1891 দা মেলভিনগা, রাইলগা হাংখিবা মফম, মমাঙৈদা মৈতৈ থানা কম্লম্বা মফমহুদনি) লৈ। মখোয়গী খুন মপীদি লম্বীদগী নোংপোক্তা উখিবা চৌঙশাংহুদনি।

## পরিবনির্রাজ/পামহৈববু হাঙমচানি হায়বা

রাকম অসি মৈতৈ থরগী মচিন্দগী কাংলুপকী রাখল লোম্না, ফুরূপকী ওইজনবা অমস্থং য়াইকনবা রাখন্দগী খোক্লকখি অহুনা মহু ব্রিটিশ মচাশিংনা শন্দোকখি। মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট (1917-18, 1924-28 অমস্থং 1928-33) J.C. Haggins না— "you Meitei are tribals" হায়খিবদগী সার চুডাচান্দনা করি থৌরাং-থৌশীল তৌখিবগে? মহুনা অমুক মৈতৈগী আইডেন্টিটিদা মোরেল এসাসিনেসন লাকখিবহুনা হৌজিক ফাওবা মহুগী রাথোক লোয়দ্রি। ইঙ্গ্লেজশিংদি চৎরে অহুবু মখোয়গী ডিভাইড এণ্ড রুল পোলিসীহুদি চদ্রি, লৈরি।

হৈহিৎচ নোংপোক রাম্নরং পামহাইবা/পাম্নহৈবর্ হাওমা নি হায়বগী রারোলসিগী হৌরককমস্থু হায়কত্না কাম্নদে চপ অতুম মান্নে। মথক্কি রারোলশিং অথঙ-অহৈহিশিংগী রারোলশিংকগী শব্বোক্তনা উৎপ্রিবশিংসিগীদি পুক্কিং লৌশিং ওইরে। হাওমচানি হায়বদিগী মতাংসিদস্থু থেংনবা রাকম থরদং পাউদমকম থোকই। মথোয়শিংদুগী নৈনবদি অপুনবা ওইনা রাহৈ অমমম অমিনিদং শংকৎলগা উংচগে। থেংনজবা রাকমশিংছদি :—

## ১) নিংথৌরোল সিঙকক (অচৌবা) কী র'রোল *৩৬

নিংথৌরোল সিঙকক্পু স্নিচালক্কে॥ শ্রীহরি তাইপঙ বালবগী মপু ক্রু সিতপপু খুসুমনা মিচাসককে॥ কৌলেমপা খোঙনাং থাপা॥ লাঙরোল লুখোই॥ মোইলাং সাথি॥ খোঙঙা খোঙতেকচা॥ গাপুই তোলপা॥ লালসোনভি ক্কৌ॥ গনোক থেংগুলা॥ ক্রু ৭ মমা খোকসঙতা কমতানা॥ লাঙ্গয়িংথৌ থাকেমপতা॥ নিংথৌলোল সিঙকক॥ গোপা অসিপু॥ সিসনবিএ।......॥ কুমসিং অচৌপা ১৬ জা ৯ সুপতি॥ লাঙ্গয়িংথৌ তুম্নি চলাইলোংপনা॥ নিংথৌ খোইগাতানে॥ *॥ কুমসিঙ অচৌবা ১৬২০ তা॥ থাংকামাতাপি হাঁও মচা ১॥ কুমলগনি। চহি ১২ পালকানি॥ মানা য়োকপা হাওমচা আতুনা॥ মহাকপু হাংলকানি॥ মানা চহি ১৪ পালগানি॥ পামহাইবনা পালবা মুংঙাইবা নৈতে॥ ১৬৩৩ অসিতা পাখংপকি গুমসিঙ লোইলে॥ মতুংতি স্নামহিনা রোইলে॥ সোক ন্নিসিং ১৬৪২ তা॥ নোংপোকতা খোং অচৌবা ১ তৌলগনি॥ *॥ মতুংতা শোক ১৬৪৩ সুপাতা॥ নাপুথৌ সনামহিনা॥ নোংপোকলমতা চৎখিগাতানে॥ তরনা হললককনি॥ কুমসিঙ ১৬৪৭ সুপজা॥ তাথেন পাইখু ২ মানা॥ চাননা লাকাতানে॥ ২ মানা ঙমগাতানে॥ চাহই ১৯ নে॥

কুমসিঙ অচৌবা ১৬৬২ সুপাতা ।। পাইখুত্তা থইলাগাত্তানে ।। কুমসিঙ ৪ কি মতুংতা ।। সোক ১৬৬৭ সুপাতা ।। নোংপোত্তা ।। থবাই মাঙ্-কাত্তানে ।। .... .... ...

## (২) অনিশুবা কংলরিবা রারোল

শ্রীখোয়না রাবীদা তাবদদি গরিবনীরাজবু পোকপা শাংপমচন্দ্র নুংথিল-চাইবী অসি চরাইরোংবা মহারাজগী মহারানী অহল্লি অমসুং কনাগুম্বা অহৈ-অশিংদা চরাইরোংবা মহারাজদা হক্কী অঙাং অসিদা নুপী পোক্ল-বদি মহারাজ নহাক মাগী মখুত্তা শোইরগনি অসিনচিংবা তাকপনা মচা অসি হেক পোকপগা থাঙ্গাল হাওখুন্দা থৈখিবনি অসিনচিংবা রারী ফংই। অদুগা শা-পম চন্ নোংথিল চাইবী অসিদি থাৗৈমকশেংনা মহারানী ওইথিদে। চরাইবোংবা মহারাজনা নিংথৌওইদ্রিঙৈদা শিথবনি অমসুং গরিবনিরাজ মহারাজদি পাইখোম্বা হাক্তক খৃঃ ১৬৯০ দা পোকই অমসুং চরাইরোংবনা ফম্বাল কাবনা খৃঃ ১৬৯৭ অদুগা চরাইরোংবা মহারাজবু খোংনাং হোপায়বীদা থকী তেম্না হায়বদি নোংমৈশিংজংনা পাল্লিনচিংবা হায়নবা অদুসু শমজোকওম্বা কৌবা লাইরিক অদুদা ইবগা করিস্‌ মায়দে। লাইরিক অদুবদি চরাইবোংবনা তুসুক হাও নারুবা মতুংদা কোম্নুংদা পুকচংলে অমসুং শিরমদাইদা মজাইবুংঙো গরিবনিরাজবু কৌশিন্দুনা ইপাদি শিগদোরে, অমুক্তং অরা লান্দারুদুনা মচন শকপা মথাওভম্বীগী লমন থুমলুপে নিংববু ওমলমন্ত্রে নং ইপাগী ইহুৎ শিন্দুনা অরা লমন থুম্নকউ শিন্নরন্মী। মরম অসিদগী গরিবনিরাজ মহারাজনা নিংথৌ হেক ওইবগা অরাগী লম শমজোক্তা লান্দাবা শাল্লে। করিস্‌ ঠৈতবা হাওখুন্দগী ওরাংদা লাকলিবা মী অয়াম্বনা মাবু হাও মচানি হায়না থংনরিবা নুপা অদুনা চরাইরোংবগুম্বা নিংথৌ অমবু হাত্তোক্লগা নিংথৌ থুবম মুনবা হেক মতুংদা অহানবমক্তদা মাগী থুবম চেৎনবা হোৎনবদা চংগদবা মতম

অতুনচিংবা ইয়াও য়াওদনা শমজোক লানমাগদবগী চোংথোকপা অসি চুম্নগী রা নত্তে মসি কৈদৌউদস্সু ওইথোক্তবনি, অতুদগী হেন্দোক্লনা শমজোক অসি শমজোক নিংথৌত্তগী লম নত্তে অরা নিংথৌগী লমনি মাবু চেক শোকপদা মিংনা কুপ্পদা চোংথোকপা য়ারবনি। অন্না অসি চুম্নগী অরা নত্তে মনিপুরগী মমিংতা থাকপমকস্তু থুপলোইদবগুব নিংতুনা লৈরিবা জাংনি। মবম পুম্নমক অসি মুন্না থন্দুনা য়েংলবদি গরিবনিরাজ মহারাজদ্ হাওনি নত্রগা হাওদা থৈতুনা য়োকউবনি অসিনচিংবা রা অসি কৈদৌন্নংদস্সু থাজবা যাবা রানি হায়না ঊমদে। অতুদি করম্না রাবীশিং অসি থোকক্রিবনো হায়বা পাওহং অমা লাকপস্তু য়াই মসিগী অশম্বা পাউথুম অসিনি:—শান্তিদাস মহাপুরুষনা মনিপুরদা নৌনা পুরকপা পরমার্থ ধর্ম্ম, রামন্দি ধর্ম্ম অসি গরিবনিরাজ মহারাজ লৌখ্রে অমস্তুং মতুগা লোইনন মমাংদৈদা চংনরম্বা ধর্ম্ম অমস্তুং খুদমনচিংবা মুংথংলবা হোৎনরে অতুদগী হেন্দোক্লনা লাইরিক্লচিংবা পুম্নমক থোমগত্তুনা মৈ থাদোকলে। অওইবমকতি মহাক্লা খুং থিংজিল্লমদবা মীৎত্তে লাইরিক অমজ্তা, মাগী মতুংদা লেংলম্বা নতুনা তুন্তিক অসি ফংবা খর রারে, মহারাজ অসি অসিগুম্বা থবক অসি উবদা থাইনগী লমচংনচিংবা মাংহল্লিংদবা পণ্ডিতশিংনা মথরাই মুংঙাইত্রে অমস্তুং মাবু হাও মচানি; মরম অতুনা অস্থুম্না তৌরিবনি হায়বা পাউথোক অমা শেমলে। খুদমগী মশক ওইনা মকম অসিদা ঐথোয়না নিংথৌরোল শীঙ্কক কৌবা পুরান অতুগী রা খরদং হায়নিংই। পুরান অসি মনিপুরগী তুংদা থোক্লগদবা রারম ইবা লাইরিক্লি থাগেম্বা হাক্তক্তা পণ্ডিত ৭ না ভাংনখিবা রানি, অতুগা নাকোং ৬ গুনা তাফদে অসিনচিংবা রা ইতুনা লাইরিক অসিবু য়াবগী মথৈ থুম্না থম্নবা হোৎনরে অমস্তুং গরিবনিরাজ মহারাজনা পুরান মৈথাবা অমস্তুং থাইদগী লমচং মাংহনবনচিংবা ইরগা মাবু তুপলপনা হাওনি ইরমলে। লাইরিক অসি মুন্না থন্দুনা য়েংলবদি থাগেম্বা হাক্তকতা ইবা নত্তে অমস্তুং মসি লেংবদি গরিবনিরাজ মহারাজগী

য়াজসভাদা লৈরম্বা অঙোম গোপীগুম্বা পণ্ডিত অহুনা ফম্বা ওইরবসু য়াই। অসিগুম্বা পণ্ডিত অসিগী লাইরিক্তা গরিবনিৱাজ মহারাজবু হাওনি ইরম্লে, মৈরিকপীনা মৈজাওবী ওল্লে, করম্না হাও ওইরম্বনো তুংগী মীশা য়াম্না থম্লরে, মীনাবু করিগুম্বা লাং থাকলবদি মতুংগী পাউখুম অমদি চুম্থ চুমলে লানবু লাল্লে থোকপা হৌনবনিনা কনাগুম্বা লৈহাও ফবা থোপ অমনা চরাইরোংবা মহারাজগী মচা হাওদা লৈরুবনি, মানা মপা হাংখি অসিনচিংবা রারী থোকপ্রে। মতুংগী মথা তারকপদা চরাইরোংবগী মচানি হায়বা ফাওবা তোকতনা হাওমচা অমনা নিংথৌ ওইপ্রে হায়রম্লে। মসি অঙকপা রানি, হাওনা মীতৈগী কোম্নুংদা নিংথৌ ওইদুনা মীতৈ ওন্দুনা লৈববু শক্তি লৈরম্বা মীতৈশিংনা তুমিম্না লৈগনি থাজবা রাংলি পুম্নমক অসিনা গরিবনিৱাজ মহারাজবু ঐথোয়না চরাইরোংবনা তম্পাক যুমদা পোকপা মচাম্নপ! অহল নিংথৌগী ঈ তশেং তশেংবনি, মাগী মরমদা ঙাংনরিবসি রা পুম্নমক অহু রাখল চাওবা থোঙ্গী থোকখিবা ঙাক্তনি, মসি মরু ওইবা মরমদি গরিবনিৱাজ মহারাজনা খুৎ-হাখিবা অমসুং অঙোম গোপীনা কলম হাখিবদগী থোকখিবা ঙাক্তনি, মতুংগী মহৈনা মীতৈ ঐখোয়গী কোকথক্তা হুজিক ফাওবা মৈ হৈরি। মতিক চাওবা মহারাজ অসিগুম্বা নিংথৌ অমা মহাক্কী মমাংদা মনিপুরদা পানখিবসু তাপ্রিদি, মতুংদা পাল্লককনিসু নিংদে, ...... । অসিগুম্বা নিংথৌ অসিবু হাওনি নত্রগা হাওনা য়োকউবনি অসিনচিংবা হায়জিন্দুনা মী পুম্নমক্কী মপুকনিংদা চিংনবা অমা ইরাই লাইনা পোকহনবা অসি মীতৈগী মরাইবক থিবনি। শক্তি লৈরবা মপাগী মঙনদি কৈদৌম্নুংদা তোংতুনা লৈকদে মতুদি মুমিংনা নোংপোক্তা অমুক অঙনবদা সনা ফুদোংতুনা ঙানবগুম মশাগী মশক তোঙান তোঙানা মতুদি লাকহল্লি ঈশিংনা ঈশিং ওইদুনা লৈগনি শজোমমা শজোম মওইজগনি। মৈবু ফিনা কুপ্পুনা থম্বা য়াদবগুম মশানা ফোংদোকচদুনা লৈগনি।

মথক্কী রারোল অনিসিদা অহানবগীবু অমসুং অতৈ অইবশিংনা গরিবনিৱাজ/পামহৈববু হাও মচানি নত্রগা হাওনা য়োক্লকপনি হায়বহুবু অনিশুবগী রারোলসিনা ককথংপনি। অহানবগীসি ককপদি ককই হায়-ববু অনিশুবগী রারোল অসি য়াম্না ডিফেক্তিভ (defective) ওই। হিস্টোরিকেল পোইন্ট — মুংখিলচাইবী চরাইরোংবগী অনিশুবা মুপীনি। মচা মুপা অনি চরাইরোংবগী মচাশিংগী মমুংদা থ্বাইদগী অহল অমসুং য়ায়মা পোকপীনি অহুগা থোক্লক্লিবসি অঙোম গোপীদা তাইনরি, মহুমা নত্তে, কাউবীরোয়দবদি মনিপুরদা লৈবা মৈতৈগী য়েক ৭ শলাই ৯ গী মীনা অসিগুম্বা থক তৌরোয়। অঙোম কবিনা অসিগুম্বা লোন্দা থক ইবিরোয় অহুগা মহাক্কি গরিবনিৱাজগী রাজসভা য়াওদে, কোম্মুং কাদে। অহুগা মাইচৌ তরেৎ শাবিবা শকলোংপা মীশিংনা পীরিবা মাইচৌ ৭ কী মমিং-সি করম করম্বা মতমগীনো, মতম চপ মান্নরক্রা মান্নদবরা হায়বসি খঙদ্রে। থাগেম্বা মতমগী মীদি ৩ দগী হেন্না য়াওদে অমসুং খোঙঙা খোঙতেক হায়বসিমা লৈতে, খোঙঙা খুন তেনীপা/তেবিবা হায়বদি লৈ। ১৮-১৯ শুবা খ্রস্টকুমশিঙ চাগী অরোয়বা অমসুং অহুমশুবা মশুংসিগী লোনশিং থুদম ওইনা — লাইরিংথৌ পাইথোম্বা পালএ। মহাকথক্তা।। লাংবাচক হৌএ।। চৈথাবা ভমএ (খৃ: ১৭৮৫গী)। ...... লাথা ১১১৮২৭ সুবদা হরিবু নোঙখিগদবনে (খৃ: ১৮৬৯গী গোবিন্দ স্বর্গারোন)-অসিশিংসিনি।

মসি মীচম্না শেম্বদি নত্তে, য়াম্না হৈ-শিংনা শেম্নলবনি মহুদি লৌশিং শুনা ময়েক হৈতবা, লোনশুদবা লোইরা-তময়াগী খুংই অমুক শা, পাঞ্জি অমুক শা অমসুং হিন্দুগী ভবিষ পুরান মতৌ অমুক তমশিন্নবগী মিয়াদগী রারাল, কাইবরোনচিংবা পারগা থোরকপ্রা হাইবগী রাহং কয়া লাকই!

মৈদিংঙু চরাইরোংবনা হিন্দু ধর্ম্মা খৃ: ১৭০৪ দা হান্না লৌবনি। অহুগী মতুং ইন্না গরিবনিৱাজবু লৌবনি। অহুবু চরাইরোংবনা হিন্দু ধর্ম্মা লৌরিবা অমসুং গরিবনিৱাজনা হিন্দুধর্ম্ম য়োথক্কনা মনিপুরবু হিন্দুরাজ্য

ওস্থোক্লবা তৌরক্লিথসি করিনো ? খুন্নুংগী অহলশিংছু খণ্ডখিত্রবস্থু লৈঙাক-লোনগী, খুন্নাইলোনগী অমস্থুং শেনবা-খুদ্বারোনগী মিৎয়েংদা থমহুনা য়েংবিরগা করি উবা কংবিবগে হংননিংঙাই ওইবা রাকম থমজরী।

## খুন্নম-চাংদমনহনা চাংয়েং তৌবা

মথক্কী শিংসিদা মরুওইনা কংখ্রিবা রারোলশিংসিদা অমগা অমগা থর থর পুনরবস্থু নত্রগা পথবা রাওরবস্থু রারোনগী মখেল মঙানি। মখোয়হুদি ১) চীনবুঙ ইতিহাসকী রারী শীঙবুন, ২) পেনা খোংজোম পর্ব'গী রারী-শীঙবুন, ৩) মিয়ামকী রারোল, ৪) ঈংলিস মচাশিংগী রারোল অমস্থুং ৫) চৈথারোল কুম্বাবগী রারোল অসিনি। মথক্কী অহুমসিগা অকোনবগীসিগা চাংদমনবগী রারোলশিং পায়থহনা অচুম অরানগী লমথৈ অমতং য়াংনবা পায়থংচরি।

## (ক) চীনবুঙ ইতিহাস অমস্থুং চৈথারোল কুম্বাবা

চীনবুঙ ইতিহাসসিগী অইবা থেংনদে, হৌজিক কাওবা চীনকাদা অহুম লৈরি। চীন অমদগী অমদা মথং মথং শমথরি অমস্থুং মসি ডাঃ ব্রাউণগী য়ুম্কম অমস্থু ওই। চৈথারোল কুম্বাবসিদি অইবা লৈ অমস্থুং মসি খৃঃ ১৭৮০ দা ইবনি হায়না লৌনৈ লাইরিক মশাদস্থু হায়। ৩১ E.W. Dun অমস্থুং J.W. Shakespare নস্থু শোগংলি। নিংথৌরোল লয়বা, শমসোক ঙম্বা, চাদা লাইহুনস্থু শোগংলি।

### চীনবুঙ ইতিহাস

॥ ১ ॥ মসিদা মৈদিংঙু গরিবনিরাজসি পমহৈবা কৌই। মহাক চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইরবা মতুং পোকপনি হায়রসিনি।

### চৈথারোল কুম্বাবা

॥ ১ ॥ মসি মৈদিংঙু গরিবনিরাজসি মৈদিংঙু/নিংথেম ময়াম্বা হায়। মহাক চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইত্রিদৈ পাইখোম্বা (খৃঃ

পোকপগী চহি থবান্নচিংবা পীদে।

॥ ২ ॥ মমাগী মমিং মুংথিল চাইবী মপানা তুবী চরাইরোংবনি।

॥ ৩ ॥ অঙাংসি লৈমরেনগী শরৌনা হাংখিগল্রা কীতুনা পোকপগা লোন্না লৈশাংখোংদা পুতুনা য়োকখি। মহারানীগী মমিং পীদে। চরাইরোংবনা নিংথৌনি।

॥ ৪ ॥ গরিবনিরাজনা চহি ৪ শুরকপদা মহারানীনা শরৌ শীরকপদগী নোংথিল চাইবী মপানা অঙাং পুরগা থাঙ্গাল হাওথুন্দা কনাস্থ খণ্ডহন্দা য়োকখি। চরাইরোংবনা নিংথৌনি।

॥ ৫ ॥ চরাইরোংবগী মতুংদা ফম্বাল ফমহৌগদবগী থম্নবা, পামহৈববু চীঙদগী কৌথরগা মচা ওইনা চরাইরোংবনা লৌশিল্লি।

১৬৬৬-৯৭)না পাল্লিঙৈ খৃঃ ১৬৯০ দা পোকই।

॥ ২ ॥ মসিদি চীনবুঙ ইতিহাসকা মান্নে।

॥ ৩ ॥ অঙাংসি তম্পাক য়ুমদা পোকই, মকমদুদা য়োকই। লৈমরেন ●ইকম খোকপন্থ মুংখিল চাইবীনি মরমদি চরাইরোংবগী মুপী অহল হৈরামচন্দ্র খৃঃ ১৬৮৯ দা শিথ্রে।

॥ ৪ ॥ ফত্তবা শরৌ কম্নিন্থ লৈতে। গরিবনিরাজনা চহি ৪ থা ১০ শুবদা মনাওনিপা লোইয়ম্বা য়ায়মা পোকখি। মতমসি পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইরি। চরাইরোংবা রাজোম্নিংথৌনি।

॥ ৫ ॥ চরাইরোংবগী মশাগী চহি ২৫ দা ফম্বাল কাবনি, চহি ১২ মা পানবনি। অহুনা মশা শিবদা মশাগী চহি ৩৭ থক্তনি। মতমসিদা মশা শিগনি নত্রগা মচা মুপা পোক্লরোয় হায়বগী রাকম লৈতবনা ফম্বাল শিলহৌগদবা মী থিবগী রাকম লৈতে। মরমদি মহাক্না নিংথৌ ওইদিঙৈদা মচামুপা

অনি পোক্নুনা লৈরবনি। পামহৈবগী লোইয়ম্বগা নিংথৌ ওইহ্রিবৈদা খৃঃ ১৭১০ অমসুং খৃঃ ১৭১৫ দা পোকখ্রে ।

॥ ৬ ॥ চৈরাইরোংবগী মতমদা চৌঙদগী লাকপা পামহৈবা অমসুং মহাকী মমাম্নবশিংগীদমক্তা মৈতৈ কোম্নুংদা হাওমচা লোইশঙ লিংখংলি অমসুং পামহৈববু কোম্নুংদা য়োক্লকই।

॥ ৬ ॥ পামহৈবা ঙম্পাকয়ুম/যুবারাজকোম্বগী নিংথেম কোন্দা লাকপনি। অনিসি পঙ্জ ৪০০ লাগৈ, চৌঙদগী লাক্তে, কংলা কোম্নুং লম মচুংদা তৌনবনি। হাওমচা লোইশঙ গরিবনিরাজনা নিংথৌ ওইবগা লিংখৎপা লোইশঙনি। * ৩৮ চৈরাইরোংবগী মতমদা লিংখৎপা লোইশঙদি অনম্নশঙদনি। অনমশঙ হঞ্জব কম হান্মি। * ৩৯

॥ ৭ ॥ পামহৈবনা চাওরক্লগা শাদানবঃ চংপদা খঙদোদবদগী হু লৈতবা তেন, শা লৈরবোই নিংছুনা কাপশিনখি। মচুনা চৈরাইরোংবদা পানখি অমসুং চৈরাইরোংবা নোঙাখি। মসি হিন্দুগী বারী শ্রবনকুমারগী বারীদগী লৌথোকপা প্লোট অমসুং ইন্সিডেন্টনি। মপা হাংখি হায়বা ধানবা শেম্বা অশেম্বা শরৌনি। খৃঃ ১৮৬৭ তগী

॥ ৭ ॥ মৈদিংঙু চৈরাইরোংবা করম্না শিবগে পন্দে। অহুবু সমলোক ঙম্বদা —খ্বাঙ নোংচেং লাউ, হায়য়ু মচুং সং, শুংনাং মনা লেক্না, সেতঙ ভঙঙ্গা মোইহোইনা অনা লাইথোইরক্লবগি অমসুং খোম্বাল থোংবু তেম্বা চুবা ঙাইচা য়েক্লক্লে, খ্বাঙ ঐবু নোংচেং লাউ, খুংম্না থমলোন স্নুনা অনা লাইথোক্লে "হায়রি, অহুপা শিরি।

খুঃ ১৮৭৫ কাওবগী মন্নুংদা ঙুংবনি।

॥ ৮ ॥ চকপা মখাওঙম্বীগী লমন খুম্নবা শিরমদায়দা অরা লাম্দানবা শিন্নরম্মী।

* ৪০ মসি তাক্লিবদি নাহুনা শিবনি, লাইনদি পুকচংপা (Cholera) নি।

॥ ৮ ॥ মসিনা চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওব্রবস্তু সমসোক ঙম্বনা অরাংপা মেনখংনলি। মরোল মাইয়ে।

## খ: পেনা, খোংজোম পর্ব্বগী য়ারী অমসুং চৈথারোল কুম্বাবা

পেনা, খোংজোম পর্ব্বনচিংবদা নিংথৌরোল শৈশক ওইনা শরুরিবা য়ারী শীঙবুনসি মথক্কী চৌনবুঙ ইতিহাসকী অসিদগী শেমদোকপা—থিমদি মায়বগা প্রোব্লেম, প্লোট অমসুং ইন্সিডেন্ট মায়হন্নবা য়ারীনি। অম্সুমা ইতিহাসকী য়ারী কাংহনবসিনা তুংদা করি ওইরগদগে থন্দনা অত্তাবশিংগী পুক্নীঙ পেলহন্নগা পোপুলারিটি ফংলগা ওইজবা ফংনবা শেন্দানলম্বীদা ঙুংঙাইনবা শেমজিনবা য়ারীনি। মীবু ঙুংঙাইহন্নবা ত্রেজিককোমেডী স্টাইল অমসুং টেক্নীক্না পুং-ঈশৈ নত্রগা ঈশৈ-নোংমাইগী ওইনা করি জৌরিবনো খঙদনা অয়ানবা পাউ শন্দোকপনি। আর্ট ফোর আর্ট সেক (Art for artsake) নত্তে Trick for tricksake নি, মীনা পায়নবা, তোয়না কৌরয়গা শেন্দানবা কোয়নবা। মসিগীদমক্তা ফরবা কোক্তু শীজিন্নবিরিবসি মুতুরা ঝুলোয়া গরিবনিয়াজবু "করিগুম্বা নরা" হায়না পুথোক্লকপগুমবনি।

## পেনা খোংজোমপর্ব্বনচিংবগী শৈশক য়ারী শীঙবুন চৈথারোল কুম্বাবা

॥ ১ ॥ মসিদা গরিবনিয়াজবু পায়হৈবা কৌহনা নয়া শীজিয়ে।

॥ ১ ॥ মসিদা গরিবনিয়াজবু নিংথেম/মৈদিংঙু ময়াম্বা কৌহনা

চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইদ্রিবৈগী মতমদা গরিবনিরাজ মীরোল্লী।

।। ২ ।। মমাগী মমিং শাৎপম চম্ম মুংথিল চাইবী, মপাগী মমিং তুবী চরাইরোংবনি। নোংথিল চাইবীনা নিংথৌগী লৈমরেল্লি। চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইরবদা গরিবনিরাজ মিরোল্লবদা মাইবী লাইফাওদা অঙাংনা মুপা ওই-রক্লবদি নিংথেম চরাইরোংববু হাংলগনি হায়না লাইবাউ পী। অমসুং চরাইরোংবনা অঙাং হাৎ-হন্নবা চেকশিন থৌরাং লৌখৎলি। মুংথিল চাইবীনা মচা কন্নবা মাইবী লৌতুনৈ, মতা থাঙ্গাল খুল্লাকপীদা পাউ পীরগা অঙাং হেক পোকপগা থাঙ্গাল হাওথুন্দা থৈথি। অতুগা মফমতুদা থাজাল খুল্লাকপা খুল্লাকপী মচা ওইনা য়োক্লকখি।

প্লোট অসি কৃষ্ণ অমসুং কংসগী মরীতুনি—কংসদা অকাশবানী, কৃষ্ণ গোকুলদা থৈরগা নন্দরাজ অমসুং যশোদনা য়োকখিবতুনি। অসুম্না হিন্দুগী রাখল্লোন কয়াসু পুশিল্লি।

নম্মা শী হিনৈ। চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইগদবা চহি ৮ রাৎলি-নৈদা মীরোল্লী, চহি ৭ রাৎলিনৈদা পোকই।

।। ২ ।। মমা-মপাগী মমিং মান্নৈ। চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইদ্রিবৈ, রাঙ্গোল নিংথৌ ওই-রিবৈগী খোদোক্লি। মহাক্কী মুপী অহল হৈরাম চম্ম খৃঃ ১৬৮৯ শি, অনিশুবা মুপী মুংথিল চাইবীনা খৃঃ ১৬৯০ দা গরিবনিরাজ, খৃঃ ১৬৯৫ লোইয়ম্বা য়াইমা পোল্লমগা গরিবনিরাজ চহি ৬ চঙ্ককপা লোইয়ম্বা থা ৭ হেল্লকপদা মুংথিল চাইবী শিখি। কোম্মুং কংলা মম্মুংদা পোকপনি, কদায়দসু থৈখিবা লৈতে। নিংথৌ মচা রাঙ্গোন নিংথৌগী মচা ওইনা পোল্লকই, যুবারাজকোন অমসুং নিংথেমকোন্দা য়োক্লকই। মরমদি মহাক্না মশাগী চহি ৭ শুবদা খৃঃ ১৬৯৭ দা নিংথৌ ফম্বাল কাখি।

।। ৩ ।। লোইপোং পীব্রবদা চয়াইরোংবনা থাঙ্গাল হাওখুন্দা লান্দাই। লাইগী খুদম ওইনা লৈচিন্না কুপশিন্দুনা লম্বী থিংই। পাখংবদা লান্দাররোই য়াশক্লগা লৈচিন থাবা ফখি। থাঙ্গাল খুন্দা চঙলগা চান্নখি, য়ান্নবা পুরকখি। পামহৈবা উকবদগী য়োকচরগে হায়ন্থনা মমান্নবা হাওমচা ৩/৪ গা লোয়ননা পুরক্লুনা য়োকখি। হাওমচা লোইশঙ, গরিবনিরাজ হাক্কী চয়াইরোংবনা লিংখৎখি।

লৈচিন থাবগী ইন্সিডেন্টসি ত:খল ভম্বা লাইরিক্কী লৌবনি। * ৪৩ অতৈসিনা বৌনা শাগৎপ্নি।

।। ৪ ।। চয়াইরোংবনা তাক্ল-খাদা শান্দানবা, পাখংবা তেম্না থাবা অমসুং সুমিৎ ৭ নি সনামহী থাগোরবা অসিনচিংবগী প্লোটশিং য়াওরি।

প্লোটশিংসি কাইবরোন * ৪৪ লাইরিক খররগা তক্লাখাগী

।। ৩ ।। নিংথৌমচানা নিংথৌমচা ওইনা অমসুং নিংথৌগী মচা-সুপা অহল ওইনা য়োক্লকই। মচিন-মনাও ৫ গী খ্বাইদগী অহন্নি। *৪১ অপোকপী মমাদি খৃ ১৬৯৬ তা লৈখিদে। মমা অতোম্বী অনি শেনগোইরেম্বী (মহারানী) অমসুং থাবাওম্বী (লৈমখুবী) লৈ। তম্প্যাকয়ুমদা য়াংগোন নিংথৌ ওইনা লুহোংবদগী হোংদোক্লম্বা য়াই, খৃ ১৭০৬ তা গরিবনিরাজগী মচাসুপী অহল ফংখি। *৪২ মতমসিদা মশাগী চহি, চহি ১৫ থা ১০ সুমিৎ ১৯ শুরে। — হাওমচা লোইশঙ গরিবনিরাজনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা ভিংখৎপনি, চয়াইরোংবনা লিংখৎপা নত্তে, লোইশঙসি লিংখৎপা মতমদদি চয়াইরোংবদি শিগ্রে।

।। ৪ ।। চয়াইরোংবনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌবা (খৃঃ ১৭০৪), কালিকাগী, কৃষ্ণগী কিয়োং শাবা অওম্ব-শিংনা তুসুক থারমহাও লান্দাব, খুল্লক্কী য়ুম হোংদোকহনবা, কৈ ক্ষাবা, তুসুক নিংথৌ মশানা তুম্না মাঃহনবা, খুন মৈ থাহ্নুনা খুগায়বা

য়াথোক লোৌবা, গম্ভীরসিংহ নোঙ্গা বগী * ৪৫। কুকা/গুকা চগুবগী প্লোটশিং পুশিল্লকপনি হায়নিংই।

॥ ৫ ॥ চরাইরোংবগী লাই-য়িংথৌ থাগোল্লবা মুমিং শুত্রিভৈদা তুম্বুক লানগোবা, কোম্বং তমশিল্ল-কপা, লাইনীং মুমিং শুদনা লান চংপা তুম্বুক হাও তাম্থোকখিবা, খোংনাং মখোংদা নোংমৈ শীওজও-না শোকপা, পামহৈবনা তা পাংবা অসিনচিংবগী রারী, রারোলগী প্লোটশিং য়াওই।

তুম্বুক হাও তানখায়রগা হল্ল-কপদা নোংমৈ শীওজওনা পান-বনি। তুম্বুক লান্দাবগা মুমিং ৫০ নি খেৈন। পল্লেম্বগী তুম্বুক/খা-রম হাওনা লান লাকপসিনা শী-ওজমৈদা, খাগেমপল্লিদা লাম্থেংন-দনা শগোলবন্দা তুম্বুক লাকহনব-সি শগোবন্দ তেরাগীলিজেও অমা খারমশিংগী লিজেওসিগা মান্নবা গৈত্রা খৈঞ। নংলমত্রবদি লল্লো-নবা মহাজনগী খৌনাও লল্লোনব-শিংদা শেন্দোই পীবিবনি। মহা-জন্না শেন্দোই পীবা ওইংথোক্কে।

* ৪৩ নিংথেম শিজ শেয়েৌদা লম-য়েংবনচিংবা থৌদোকশিং য়াওই।

॥ ৫ ॥ তুম্বুক হাওখুনবু চরা-ইরোংবনা খগায়বসি খৃঃ ১৭০৯ গী এপ্রিল-মে (শক ১৬৩১, শজি-বু ৭ তগী ১৭ ফাওবা) দনি। চরাইরোংবা শিবনা চহিসিগী জুন জুলাই (শক ১৬৩১, ইঙেন ৭ নি পানবা) দনি। মুমিং ৫০ নি খেৈন * ৪৭।

খগায়গ্রবা তুম্বুকা কংলা কো-ম্বং য়েৌনা লান্দারকখি রাখন্দদি য়াই মংদস্থ য়াবা য়াই, তাইবংদদি ওম্থোকপা রাগনি। চরাইরোংবা নাবগী রা সমসোকওম্বদা পীরি। চরাইরোংবগী মতমদা তুম্বুক হা-ওখুন তারিবসিদগী গরিবনিরাজগী হাক্চক (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) তগী শুপতা তাখিত্রে গনখিত্রে * ৪৮। মখোয় চায়খায়তুনা মচেৎ মচেৎ তাথ্রে।

মহুবু পীরি, মহাক্তন লাইরবহুস্থ মচুম থর থর ফংনবা।

।। ৬ ।। চয়াইরোংবনা শিন্নম-দায়দা চকপা মখাও ঙম্বীগী লমন থুম্নবা শীম্নরম্বা, মীচৈ পীরম্বা মপা হাংলবনিনা মহাকস্থ মচাগী মখুত্তা শিন্নকউ হায়বা, মচানা পোবা, থ্বাইরম্বল পন লাল্লগা থরাই থাবা অসিনচিংবগী রারী য়াওই। মসি নিংথৌরোল শীঙকক অমস্তং মিয়াংতগী লৌরগা শেমদোক পনি * ৫০।

।। ৬ ।। চয়াইরোংবনা নাহুনা/ পুকচক্কুনা শিগদৌরবদা মচাম্নপা কৌশিন্দুনা মচন স্থপী চকপামখাও-ঙম্বীগীলমন থুম্নবগী রাকম হায়র-স্বগী রারোল চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওদে, অহুবু সমসোক ঙম্বদা য়াওরি * ৪৯। মীচৈদি পীরম-দে। কোম্নংদা, নিংথৌগী ফম-জাওদা সোর লেপ্তুনা নোঙ্গাখি-বগী মওংনি।

## (গ) মিয়াংকী রারোল অমস্তং চৈথারোল কুমবাবা

মিয়াং লাইরিকসি মৈতৈ নিংথৌ থুদিংমকপু পাউথোকপা, ওইদবা হায়জিন্দুনা অমস্তং মীওইবগী লমচংকী রাংমদা লৈবা থবক মথৈগী মরাল শীহুনা মীবু মিংদা থিহন্নবা অমদি মিংচং মাঙহন্নবা লাইরিক্নি। লাইরিকসি ইরম্লিবা মশক মমিং লোংপা মীশকসি মশা মত্তোমতনা মশা মতোমতা মীনমজবা, মশাগী মরল মশানা হুজবা, মচাম্নপী লৌবা ঙম্বা অমস্তং লৌম্ন লৌরমগদবা, মীগী অকবা উরগা মুংঙাইবা ঙমদবা মীকিথী মীম্নখাঙ ওইবা মীশক্নি। লাইরিক ইবসি করিনো হায়বা কুপথনা খঙজত্রিবা, লৈপাক্কী নত্রগা মীগী রা খঙজদে, মশাগী কান্নবনা হেন্না পুনা খঙবা মীওইনি। অহুবু মহাক কনানো খঙত্রবস্থ থম্লিবা লাইরিকসিনা মহাক্কী মতম তাকচরি। লাইরিকসিদা চয়াইরোংবগী মতমসিদা পল্লি—'মৈতৈ নিংথৌনা।। পাইতেনে, অকাম হাওনে ২ মা অসিপু।। লোই চন্নমকে হায়না।। ... ... "।। অকাম হাও মৈতৈনা

খঙনবা, শরুবসিনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতম খৃঃ ১৮৪৬ ডনি। * ৫১ অহুগা "পাইতে" হাব্রবসিসু য়াম্না নৌরিবনি, মৈতৈনা খঙবসি। অমরোমদা চৈথারোল কুম্বাবগী অচুম-অরানগী মতাংদদি কেপ্তেন ডুন অমসুং কেলোনেল সেক্সপীয়ারবীগী ৱারোল মথক্তা পল্লে। হায়রিবা মিয়াৎ, অসিদগীনি পুম্নমকসি থোক্লকলিবসি। অতুগা নিংথৌরোল শীঙককনা হাওমচানি হায়না হৌরককম ওইহল্লগা লৌরেম্বা থোংমাং থাবদা অমসুং মাইচৌ ৫ দা, ৭ তা অমসুং ৯ দা হেক্তা মমিং পীশিল্লগা ইশিল্লহনি। মাইচৌশিংছুদি মীওইবগী, মীগী অমসুং মশাদগী তোপখিবা মীশিংগী ৰুনবতা থনবা অমসুং তৌখিবা মীওইশিংনি। মথোয়বু চেন্থহনবা, চেন্নহনবা অমদি হায়হনবসি অৰুবা ওইরোয়, পাপ লঙ্শিনবা ওইগনি।

## মিয়াৎকী ৱারোল

॥ ১ ॥ মিয়াৎকী পৌরিবা ৱারোলশিংসি মৈদিংগু চরাই-রোংবনা নিংথৌ ওইরবা, খৃঃ ১৬৯৭ কী মতুংগী ৱারোল ওাক্তনি। মতমসিদা চরাইরোংবা মচা পোক্লি।

॥ ২ ॥……"চলাইলোংপ"……। মানা নিংথৌ ওইপা কুমতা নোংচুপ লমকী লমপোইপা ১ মা থোকলকএ॥ ……নিংথৌ খোংঙনা চঙ্না থুরুমএ॥ ……ননাই মহা-রানীতি থুরুমপা ৰুংচাতারে …

## চৈথারোল কুম্বাবগী ৱারোল

॥ ১ ॥ চৈথারোল কুম্বাবগী ৱারোলগী মরমদদি মথক্তা অনি-মকহল্লা উৎচম্লে। মহাক্না ৰুমাল কাবা মতমদা মচা অনিদি লৈরে, সুংথিল চাইবী শিল্লে।

॥ ২ ॥ মৈদিংগু চরাইরোং-বনা নিংথৌ ওইবা কুম অসিদা খৃঃ ১৬৯৭ অমসুং ১৬৯৮ অসিদা গোসাই/বামোন অমতা লাকপগী ৱারোল চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওদে।

লমপোইপনা ঐ লাককে হায়-
লৌএ ॥ .... কোসাই কোন্নংতা
লাক্লে ॥ ... নংনা ঐপু খুরুমপতি
নপুক্তা করি রাম্রম লৈপা ...
মহারানীনা ঐপু ইচা পোক্কে,
ইচা অমতা পোককে .... নিংথৌ
অসিকা ॥ মহারানী নঙকা ॥
নপিংঙানতি । নচা পোকও ।
হায়পা লাইনা স্তমত্তে ॥ ...॥ঐকী
ইচা ১ পোকচৌও। হায়লপাতা
মহারানীস্নুং য়ারে ॥ ফমচাওতা
কাতানা রিবা পীলে ॥ নিংথৌতি
খঙতে ॥... ....

নিংথৌগী মুপীবু মীতোপ্পা
অস্নুম্না তৌবসিবু মৈতৈসিবু কত্তনা
পোক্লবরা। মিয়াং ইরম্নিবা মুপা
মশাসিনা খ্বাইদগী শিংলবা মীনী
খনজত্নুনা মশাগী জাৎপু য়োল্লম্বনি
হাইজনিংই ।

॥ ৩ ॥... ... মুংথিল ময়াইর্তা ॥
নিংথেমমুপী ॥ শাংপম চম্নু
নোংথিল চাইপীতা খোংতাইএ ॥
য়োকচা অহুমনা কারে ॥ ... ॥
কাইখোঙ খুল্লাকপা ... মুপী
লৈতালপাতি কৎতলে হায়র্তুনা

॥ ৩ ॥ শাংপম চম্নু মুংথিল
চাইথীগী য়াফম মথঙ্গা পজরে,
অমুকস্নু হঙ্গগে মহাক নিংথৌ
চরাইরোংবগী অনিশুবা মুপানি,
খৃঃ ১৬৯০ দা মৈদিংঙু চরাইরোং-
বগী ঈনা মচামুপা অহল মৈদিংঙু

নিংথেমচুপী চাইপীপু পীতানা পাম্নাহন্নে ।।''' চাইপীনা হায়এ ।। '''ঐপু নিংথৌ মচা ঈশ্বু ঐনা কর্ত পুইএ ।। ''' নিংথৌনা রাজম সুরমক সিননক্লে ।। মাস্থু মখুনতা ইরককলে ।। কম পাল ফুকতানা ।। হুইক্রোম খোয়ক্তোংকী মত্নিমতা মমমে ।। অতুত্তাকি উয়ামক্ত' অমুক থমলুক্লে।

অইবনা হায়নীংলিবসি নোংখিল চাইবী মীনাইনি। মখনা লোকপা মচা নিংথৌগী ঈনি, নিংথৌ লমচৎ নাইদবনি, মীনাইমিনা থ্ম ভুংবা মীনাইস্থু ওইবা লোইস্থু ওইবদা খাজবনি। মচাহ্ খাইথোঙদা পোকপনি, উয়াম মৈই/নাইদন য়োক্লকপনি।

* পাখিরিবনা মিয়াংকী লৌন্দাসিংগীদমক্তা ওাকিপীগনি। মশাগী মরোম্নি, শেমদোকচত্রবনি। মজাতিবু ছুংশিবা দেশভক্তা সিথাত্তসিংগীদা লৈয়্রেং কাডিজবনি। মথঙ্কী মশীঙ ।।১।। দা হায়খিবহ্ মচা লৌবগী মাকমগী মরী লৈনব্রা? মহ্ মশাদা য়েংবিয়ু।

নিংথেম ময়াম্বা/ পামহৈবা /গরিবনিরাজ পোকই। মসিনা তাকপদি মহাক চরাইরোংবগা খ্ঃ ১৬৮৯ দদি লৈমিন্নয়ে। মতুংদা খ্ঃ ১৬৯৫ দা চরাইরোংবগী ঈনা মচানিপা য়াইমা লোইমবা পোকই। অহুপা ময়াম্বনা চহি ৫ হেল্লবা, লোইম্বনা খা ৮ চঙলকপদা খ্ঃ ১৬৯৬ তা তম্পাকয়ুম (কোয়ুংগী) নোঙাখি। মশাগী চহি চরাইরোংবদগী অমা নৌনা পাক্লবদি চহি ২০ রোম ওয়ে। মাগী মতুংদা নক্লপা মতমদা চরাইরোংবনা খিবর নোংখোম্বম অহু মেনখোইরোমী অমমুং মাংজম চহু খাবাঙঙ্বী লোই। মরয়াবী শেনখোইরেম্মীনা কই।

মথঙ্কী মশীং ।।৬।। দা মহাক্নামী হায়রিবহ্ শেনখোইরেম্বীবু ওইকম থোকই, কই। চৈথারোল কুম্বাবগীদি মীওইবগী চংনবা লিচ্ছ্দা ইথজি। মতমবু এডল্ট্রি (Adultery) থোক্লোই হায়বগী মাকম নত্তে, শকথেকপা তুমলপা লোয়ননা তুণীবু মদি

॥ ৪ ॥ মনাও ২ মাপু মকম হাম্না উলাপতা মমা মহারানীতা ॥ কলারাজনা হংএ ॥ য়িনাও মী-রোন খংভাপাপু কমহাপনতি ॥ ইমা নং খংপরা ॥ মহারানীনা খুমএ ॥ ...... ॥ মংবুতি নিংথৌ পোকপা নত্তে ॥ হায়না মচা য়ি-পুঙো অহনভা ভাক্কে ॥ ...... ॥ ইনাতি কনামো হায়না হংএ ॥ য়িপুংঙ্‌ নংতি নোংচুপ লমভাকি লাকপা কৌনারকি মচানে ॥

মতাংসিদা মিয়াংকী অইবনা ভাওশিন্নরগা মনাও ২ গী কম থা-বম লাকপা অমসুং রাংথৈরাকপসি পনশিন্নি। অহুপা মহারানী ওই-রিবী শেলগোইরেম্বীন। মৈদিংঙ্‌ চরাইরোংবগী ঈনা থমপাম্বা (কো-ইরাম্বা) পোকই (মসিগী মপোক চহি; থা, থাবান, মুমিং পীবীরম দে)। মীয়াংকী কছার মীহুসিনা মহারানীগী মচাসি শঙ্কী (লম-বোইবমচা) হায়হল্লবা হোৎলনক-কৌনবগে ? মহুনা নিংথৌগী মহারানী ওইবা চংনরা, করি লৈপাক্কী চংনবগে ?

॥ ৪ ॥ রারোলসি চকপী মথাও ওবী থাজবিবা (চৈরু:, ৬৭ :- মিয়াং, ৩১) গী মতুংগী মতমগী রারোলনি। হায়রিবা মতমসিদা মৈদিংঙ্‌ চরাইরোংবনা রায় বর্ম-মালিদগী খৃ: ১৭০৪ দা হিন্দু ধর্ম লৌবা; গরিবনীরাজনা রা-জোন নিংথৌ ওইহুনা ভম্পাক য়ুম, যুবরাজকোন্দা মহাকী অহান-বা মচানুপী খৃ: ১৭০৬ পোকপা মৈদিংঙ্‌ চরাইরোংবগী ঈনা থাং-জম চনু থাবা ওবীমা মহাকী মচা-নুপা অহন থম্মাংপামশাবা রাংথৈ-রাকপা খৃ: ১৭০৭ তা পোকপা * ৫২ অমসুং থমলাং পামশাবগী মমাও মুংরাম্বা/মনশাই খুরায় লাকপা পোকপা (মসিমকি মপো-ক চহি; থা, থাবান, মুমিং পী-রমদে) গী মতাং ফাওবনি।

চৈথারোল কুম্বাবাগী অইবনা। পাম্নিবসি কুম অহুমা থোক্লকপা। খোঙজোক্লু ইশিনবত্তনি। মহুনী

নিনা মন্থ থমপাম্বদা তাবে। অন্থ-পা মহাক্না মচা ইবুংঙো অহল চায়রিবসিনা পাম্দমলিবসিমা গরি-বনিরাজবুনি। মহাক্কি যুবরাজ ওইন্না মচাইবেম্মা ফংখ্রে। অস্তুবু মহাক্না গরিবনিরাজবু গোসায়/সনম্বোগী/লম্বোইবগী মচ ওইচনীং-বসিগী মরমদি রাহেংবম মুমক্কাও-নন্থ হায়খ্রে। হিন্দু ধর্ম্মগী মবমদ-গীনি। অস্তুবু মহাক্না লৈপাক-সিবু হিন্দুরাজ্য অমা ওম্মোক্নবা তৌরম্মিবন্থু করিক্নো, মহাক্না সনামহী, পাখংববু তশেংনা মীরায়-ব্রবরা, মন্থ শান্তিদাসনরা, অন্থ ওইরবদি মিয়াংকী অইবগী হংখো-লন্থ লৌজরগে, হেক্কা লাক্লগা উপু ফাক্লগে য়াগত্রা, য়াফম থোকই, শান্তিদাসকীস্থ য়াখি।

মসি মৈদিংঙু তুবী ঈশম থোবা সার চুরাচান্দ (খৃ: ১৮৯১-১৯৪১) দা "কৈবুলা" থাবা চিঠি থার-ক্নুনা, তিকী য়োনবী মচা "হায়না চৈখিবন্থুগী থৌনাস্থ য়োদে *৫৪।

।। ৫ ।।........ঐপু পোকপা ইপাক্তি কৈক্তা লৈপা ... নংপু য়োকপা মপাক্তি ...।। অয়াকী লোক্তা মক্তেং পাংবা অমস্থং শৌগংপা লাইরিক কয়ামরুম থোকচক্কপা নত্রপা লৈরকপগী রাদনি। খন্নাং পামশাবগী মনাও মুংয়াম্বসি, খন্নাং পামশাবনা বামোন মনিগী কুম শক ১৬২৯, লাংবন থা ১৬ নি নিংথৌকাবদা পোকপনিনা *৫৫ অমস্থং মৈদিংঙু চরাইরোংবনা শক ১৬৩১, ইঙেন থা ৭ নিদা শিগদমনিনা নাউরোন খুনা পোক্ল-মগনি। অমুক লৈমরেন শেন-গোইরেম্বীগী মচা, মন্নাংমচা ওই-হন্নীংবা থমপাম্বা অসিনা খন্নাং পামশাবদগী হন্নি, হায়না থাজে। অন্থুবু মহাকসি অঙাং ওইরিঙৈদা শিখিরমগনি। মাগী রারোলসি লাইরিকশিংদা থেংনদে। অন্থুবু থাজবা অমদি মাগী রারীসি মিয়াংনা মৈদিংঙু পামহৈবদা পানশিন্নবা হোৎনবা মাল্লি।

।। ৫ ।। মতাংসিগী চৈথারোল কুম্বাবদা পীরিবদি—খৃ: ১৭০৯গী শজিবু থা ৭ নিদা তুম্নুক লান্দাথা

হাংলে হায়পকি কোসায়লোক কৌএ ॥ অতু ওইলাপাতি ইপা হাংপকি মঙসক খুমকে ॥ হায়না মমাতা ভাক্লে। ইমা নংনে। অঙোম লৈমখুপিনে। খুমন চন্থুনে। ... অসিহোরেন হাওপম সেলুংপানা ॥ অহিং ফমমাং চঙপ্তা ঐস্নুং য়াওনা চঙলকে ... চঙ-লাকলে ॥ নিংথৌনা তুমলাপাতা .... তুমলিপা নিংথৌপু থাঙনা থললে। মচা নিপাপু নিংথৌনা কৌতানা হায়এ। ঐপু থাঙনা খনপাতি নমানা তাকপলা। নমানা তাকতনা তৌহনপনে .... ইপানা নংপু করিস্নুং লানতা-পানে ॥ নংপুস্নুং নচানা হাংস্নুনো ... নিংথৌতি স্না হকচাং য়িলে অমস্নুং তুস্নুক হাওস্নুং লান হৌরকএ হায়এ। মরৈ অস্নুম তৌহুনা নিংথৌ মচা ২মা ... অপোং য়িনখোনতা মাংহল্লে ... কোম্নুংকী থোঙ অয়ামপা থোক-থিপস্নুং চঙলকপস্নুং থিংলে। .... নিংথৌতি সনা হকচাং য়িপা খর ফরে। নোংসিং লাংকে হায়রে.... নিংথৌপু লাইকি মঙক ওইনা ....

চৎপনা ১৭ নি পানবদা হল্লকখি। হায়না খৃঃ ১৭০৭-৮ দা শিহোবা ক্ষেত্রি বৈরাগ্যগী মকোক লৌরকই লানফা ১৫ ফায়রকই। খৃঃ ১৮৯১গী এপ্রিল তাং ২০ গী নোংয়ায়দগী রাংখৈ মৈরাবা পোইল/মেজরনা লান চৎপা ইম্ফালদগী থৌবালদা নোংঙাল্লগা পুং ৬ অরাইদা থুংলুই। খারম পল্লেসি ইম্ফালদগী থৌবালগুম্বা অনি লাপই খল্লসি। অহুবু মতমতুগী লাগ্মী ফিবম খন্দুনা থোঙচৎ অমদা মুমিং নিনি পারগা মুমিং ৪ গী মতম লোপ্রে, মুমিং ১০ নিগী লানচত্তা অতুনদি মুমিং ৬ মিসি লানগী মতমনি। খুন অতৈ খায়দোক্কে, তুস্নুক মথন্থনি। লান ওল্লক্লিবসি হন্দকৌসিদনি, মমাঙদদি মৈতৈনা মায়থিতুনত্তা লৈবনি। করি ফরম তৌরমগদবগে খন্থবীরো। অতুগা লানফা ১৫ ফারকপসি খ্‌াইরমপন পাল্লি মনাক্তা লৈহল্লম্বা য়াই। মতুনা খুন্দাবা কৌবদি য়ারোই। মখোয় ১৫ সিনা লান হৌরগা মৈতৈনা কৈদৌবা হৌনবগে। খৃঃ ১৭০৯ গী তুস্নুক লানসিদগী

নিংথৌতি থোঙ ৱাংমা লানকক্লে। খ্বাইলমপন থোঙ ৱাংমা ॥ লান লাকপাতা তুলাইকি মথা অহো-পতা তারে। করিনা তাপনো হায়লাপাতি ॥ নোং খোংতানা নোংমৈ সিঙচঙ তাইএ। অতুনা তুপী ইনিংথৌপু থক্কী তেম্না পান-লে। হায়তুনা সৈসক্লপতি ...।

মিয়াৎকী অইবনা পাল্লিবসি গরিবনিৱাজ ময়াং মচানি, মীনা তুল্লিহৈদা খুংলাই থাবা পাংদবা, মপা হাৎপা ওম্বা মীফত্ত-মী-হিং-চাবা, অসিনচিংবা হায়হননবা শীনবা অসিনি। লোয়ননা মো-ঙ্গংদা শাগৎলুবা নোংমৈ শীঙজঙ তাবগী ৱাফমত্থগা তুম্নুক লান হৌহনবগী ৱাফমসিগনা খোংনাং হোগায়বীদা চরাইরোংবা শিহন্নব-গী ৱাবি ৱাখল চাওবশিংনা পুথো-রুকবগী লংলা লংজীন পীবিরিব-নি। ময়াং মচানা মৈতৈ কম্বাল কাই হায়বত্থমদি মৈতৈনা পামদব-নিনা হাওমচা নত্রগা হাওৱক্কা য়োকপা ওইহল্লকপনি। ময়ুমদা লৈতানা শিজরিবা নিংথৌ চরাই-রোংবসু লমশি শিনা তাহনবীবা তুম্নুকসি চহি ৫০/১০০ মমিং তাররোই, শুপতাবু তাখিদ্রে। অরৈবদি, খুনলিংলবদি মমিং তাই। ৱাহেংবম য়ুমজাওনা গরি-বনিৱাজনা তুম্না হাৎপ্রমাল্লে হায়বহ্ রেকোর্ড লৈতে। চরাইবোংবনা খুন থুগায়ত্থনা চায়থোকখিবনি। তুম্নুক হাও ১৫ সিনা অত্থুক চাওবা লাঞ্জাও থোকহনবসিদি মৈতৈ মচা হেনমল্লি, সনা ইবুংঙো নিংথৌ য়াজনীংবসু ৱাখল থেমল্লি।

তুম্নুক লান্দগী হল্লক্লগা নিংথেম শীজা লময়েংবা চৎলি। চহিসিগী কালেন থাগা ইংঙা থাগা পোথা-রি। অত্থগা ইঙেন ৭ নিদা নোঙ্গারি। মতমসি লাইনা কন-বা চহিগী মতমল্লি; নাহ্থনা শিব-নি হায়বসি সমশোক ওম্বনা পীরি।

নোং তাবা, নোংমৈ শীঙজঙ তাবা মতমসুনি। অহুবু মীয়াৎনা পীরিবা লোন্দা, তৌথোরক্লিবা মতৌ অমসুং পাউথোক্লিবা খুং-পাউথোক অসিনা তোকঙা শন্দো-কপত্থ চান্নরা লৌরে। য়ুমদাংবগী তোকঙা থিংনবা হোৎনবদা উচী

ঙুংঙাইজে অদোমগী খুজিল-খৌরাং অমসুং ফওবা লৌশিংগী শরৌ।

অহুগা মিয়াম্তা মপানা মচাদা মীচৈ পীরিবহ্ন খৌদোক খঙদোক্লগা হায়বনি। কিথ্ মপুবা অমুক শাশিন্নবনি হায়জনিংই।

কল্লকু্না য়ুম্বুনা য়ুম মৈ থাবে, অহুবু লৌ মপুবু য়োংনা তানবদি লেপত্রি, লেপ্লোয়, মহু য়োংগী লমচৎনি।

## (ঘ) ঈংলিস মচাশিংগী ৱারোল অমসুং চৈথারোল কুম্বাবা

ঈংলিসমচাশিংগী ৱারোলশিং অমসুং ঈঙ্গ্রাজী হৈবশিং, মখোয়দ্ লাইগুম থঙ্ববশিং অমদি মখোয়গী থাওবুনাইশিংগী য়ানবা চংপশিংগী ৱারোল মথক্তা পীজখ্রে। অহবু মখোয়না মৈতৈগী ইতিহাসতা অকৈঅপা শারিবসি মখোয়গী মরালদি নত্তে, মখোয়গীসিদি মোয়না, তেনৱাগী মরোলবু নত্রে, চোংঙা অমুবীগী মরোল্নি। মখোয়নদি পীজরি "ওথোরিটিশিংনা" (Authorities) হায়ত্তনা হায়না। মখোয়না হায়রিবা মখোয়গী ওথোরিটিশিংহ্ন চৎনবীগী ৱায়েল-ৱাখুল শেম্বা ঙম্বা কৈশিংলবা, মপাঙ্গল লৈরবা, অচুম অরান ৱাখল লৈরবা অমসুং মাঙলমচৎ তুংলমচৎ শেম্বা ঙম্বা মাইচৌশিংনি কল্লকচৈ।

| ঈংলিসমচাশিংগী ওথোরিটিশিংগী ৱারোল | চৈথারোল কুমবাবগী ৱারোল |
| --- | --- |
| (১) ওথোরিটিশিংসি মথল অনি থোক্লা লৈরি মহুদি — | (১) চৈথারোল কুম্বাবগীদি ৱারোল হোংদে। লেংদনা অহুম লৈ। |
| অ) মেক্লোকী,<br>আর: ব্রাউওগী | |

(অ) মেক্কুল্লোক্কী ওথোরিটীশিংগী

……Pamheiba, who appears to have been a Naga boy, brought up the Raja Churai Romba, shot his adopted father; it is said accidentally, whilst hunting and succeeded him.

W / M. Mcchcloch সাহেব নথোয়গী London গী throne দু Scothighlander শিংনা থক ফম্বা য়াত্রা ? Stupid !

পামহৈবসি হাও ( Naga ) নখে, কোম্বুংদা খ: ১৬৯০ দা পোকপনি। কোম্বুংদা নগুনা লমদা পোকপা মচাশিংদি চৈথারোল কুম্বাবদা চনখৎনদে। য়োক্লকই হায়রিবসি, চুরই, মপানা মচা য়োক্রুবদি কনা য়োকপীগনি, পুম্নমক মথক্তা নৈনজথবহনি। হঞ্জিন হঞ্জিনবা থোকনি।

আ) ব্রাউণ্ডগী ওথোরিটীশিংগী

i) পামহৈবা মৈদিংঙু চরাই-রোংবা অমসুং শাৎপম চমু নোং-থিল চাইবী অনিগী মচানি।

i) মসিগী রারোলসিদা পীরিবা মমা মপা চপ মাল্লৈ।

ii) The custom at that time in Manipur was to kill all the Children by any of the …. …. except the Rani … …. and say, the princess q ₁ … … to the Burmese King was

ii) Custom সি লৈবগী রাকম চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লে, অতৈ লাইরিকশিংদসু লৈতে। মসিগী Mr. Brown না নত্রগা মাগী Authorities না অনৌবা মৈতৈ Traditional custom অমা শেম্বীরে। মনিপুরগী

a daughter of a brother of Gharib Newaz ... ... escapted slaughter lend the custom ... ... This custom was appropriately abolished by Gharib Newaz, who had himself so nearly father a victim to ii.

custom and Traditions শী Danial অমা লাক্লে-A Danial comes to the customs court. মনিপুরগী ইতিহাসকী মেজিগমিয়ান অমদি মরৈরে । কনা ওইরমগবা, হে পণ্ডিত ।

iii ) মসিদা হায়রিবসি চরাই-রোংবনা নিংথৌ ওইরবগী রাকম্নি । মতমসিদা পামহৈবা পোকপগী রানি রানী (Cheif queen ) দি মমিং পীরমম্রে ।

iii ) চরাইরোংবা খৃ: ১৭০৯ দা নিংথৌ ওই । নিংথৌ ওই-দ্রিবৈ খৃ: ১৬৯০ দা গরিবনিবাজ পোকখ্রে । মমা নোংথিল চাইবী মনাও লোইয়ম্বা খৃ : ১৬৯৫ দা পোক্লম্লগা খৃ: ১৬৯৬ তা শিখ্রে । মসিনা তাক্লিবদি রাজওগী Authorities সি গঞ্জা থক্ক্‌রব্রা করিনো মোন্দ্রং ঙস্তানা শাজরে ।

iv )... ... The Raja was unaware up to this of the existance of his son. Pamheiba. He made a declaration before all his wives that if any of them have concealed a male child they would be

iv ) চরাইরোংবসি রাম্না পঙ-হনবীরে অহূগা চরাইরোংবগী হিংহৌরিবা মূপীসি ২ থক্কনি । অতোম্বীহদি থেংনা খৃ: ১৭০৪ গী অহূমাইদা লোবা মাক্নি । মচা খৃ: ১৭০৭ তা পোক্নি । হেম্না থেংথনা লৌরম্বস্তু মারি । অহুমু মনিদদি মূপী ১০ দগী তাদবা

freely forgiven and the child be made his heir. The mother of Pamheiba promised to make equiries if the Raja would swear that no harm would be fallen the child own doing she confessed to the existance of Pamheiba.

নিংথৌ মশা, লৈপাক্কী অঙম অথৌ অমসুং লৈপাক মীয়ামদা খঙহন্দবা চংনবী, রায়েল অমসুং লোনচং কাংলোন শেম্নসি Brownগী ওথোরিটিশিং অসিতনা ঙমই। মেক্‌ল্রোক্না হায়রগুম মৈতৈনা Superstition থাজবা * ৫৬ অহুগা ব্রাউগুনা মীনা হায়জিনবা শাজিনবা ব্রাব্রীদা Addict ওইবা হায়বতুনি।

মতৈ-মনাগুনা মচা পোক্লগা মুপানা খঙদে হায়বসিনদি মতৈ-মনাও পুন্না লৈমিন্নদবা ভাবনি। অহুগা রাশকহনবগা তৌরিবশিং-সিদি পুন্না লৈমিন্নবগী মওংনি।

মালহল্লি। হান্নদা মচা লৈন্নবদা মচা লৈহন্দবা, শিগদবা চহি ১ তা ভাইবা (খৃঃ ১৭০৭ গী মতুংদা অর্থাং ১মু পোক্লি) মশাগী চহি ৩৭ তদা শিন্নিবা মীশক অমদা হায়রিবশিংসিনা Theme, Problem, Plot নচিংবা পুন্নমকসি মীনম্বনি হায়বতু উংলি। পণ্ডিতনা ওইদবা, মমথাক তৌবা য়াদবনি (কমলোন, লাইস্লাকম, মশীন)। শিগ্রবা মী, মুংথিল চাইবীবু মোংকমদগী হৌগংহনবসি পণ্ডিত-শিংনা তৌবি। মহাক লান চংহন্দুনা—মকক, অনাল, সেকমু, কবো মুংয়োং, লনহাং, লোনতাই, মাকং অমসুং তেখাওলৈ থুনশিং-সিদা লান্দাহল্লি অমসুং লোই চলহল্লি। * ৫৫ মখোয়না মুংথিল চাইবী শিবগী মতম চৈথারোল কুম্বাবদা চল্লিবতু উদে। অতুনদি মতু করিগী কুম্বাবদা চল্লিবনো হায়বতুসু খঙলমগনি থাজত্রে। থাজাল চাঙদা লোই ওইনা নত্রগা লৈশাংথোংদা নত্রগা মফম অমদা মীচম অমা ওইনা শিথিবদা

অম্মুন্না নমথাক ময়াম তৌবসি হেন্নমনবনি।

লাইবক থীবদি ব্রাউণগী ওথোরিটিশিংহুগী মমিং পীরমদে। পীবিরম্নবদি—মুংথিল চাইবীগী মরাইবকসি মখোয়না লেম্মিরম-লবনিনা মনিপুর ইতিহাস মাও-থোকপগী দ্বয়িত্বসু মখোয়না লৌকম থোকই।

চৈথারোল কুম্বাবদা চনবা য়াত্রা? গরিবনিৱাজগী মচামুপা অহল, নিংথৌ ওইকম থোক্লা থোক্লা ওইখিদবা শ্যামশাই খুরাই-লাকপগী মচামুপা ভাগ্যচন্দ্রনা পোকপা ফাওবা চম্লমদহুনা হৌজিক রানরিবসিনি। পামহৈবা খৃ: ১৬৯০ দা পোক্লগা মতুংদা খৃ: ১৬৯৫ দা লোইয়ম্বা পোক্লগা খৃ: ১৬৯৬ তা মুংথিল চাইবী শিথি। মসিনা তাক্লিবদি মহাক চরাইরোংবগা তম্প্যাকয়ুমদা লৈ-মিন্নরি হায়বনি। মুপা য়াওদনা মুপী মথন্তনা মচা পোকপা য়াদে, মুপাগা লৈমিন্নদনা নূপীহুগী মচা পোকড্রা?

## পুম্নমকসিগী রারোয় তানবদা

মীওইবগী পুক্নীংগী রারোল মরোল য়ামই, থম্মোইগী ফিবমসু ফিরোল নাই। অহুবু অনীংবা লমথৈ অমগী শুমথৈ মমুংদা পান্দম অমগী মথাদা থনবা রাথন্দগী থোক্লকপা পুক্নীংগী ফিবমগী মশক-মতৌ অমসুং মরোন্দি তোপ্পা তাহনা লৈ। মী অফববু শীঙথানত্রবা, মীগী লানথিবা শোয়থিবা অহুতবু হম্না হম্না শীঙথারবা, মীগী য়াইফবা উরবগা খোয়রাং খোয়শাওরবা অমসুং নোংমাংখাবু থূমই হায়না য়োৎলবদি থৌদোক থোকথ্রবা মতুংদা মী তাহন্দনা মীবু পাউথোকপগী অমসুং তোকতা শন্দোকপগী অমদি মীবু মাংথোকপগী অমসুং মিংচৎ থিন্নবগী চৈননবা

থোৱাং শীনবগী ময়াক কন্নবা য়ু থক্ক্ৰবনি। অশিংবনা চৈবনা লাইশোন ওইনৈ অমস্তুং অপঙশিংনা চৈবনা মপা চৈবা ওই। মোংথক্কা তিন শিংকৎলগা মমায়দা অক্ষুম্মক মতায়।

মীওইবগী পুক্নীংগী অয়াঙবা অমস্তুং অয়াংবদি চৎনবকপা অমস্তুং চৎনব্রিবা চৎনবীগী লীপুন্না পুনবা তাই। মতুদগী হেন্দোকপ্রবদি খুজ্জি নাম্ণোকপ্রবা শগোলগুম্বনি অমস্তুং পুম্নমক্ক্না মীওইবদ্ নমথাক্কী লাং থাকপা হৌরকই, হৌরকপদগীদি হৈনখি। অতুবু নোংমদি অচুম্বা হায়বতুদি মশক থঙলকখিগনি। অচুম্ববু মীনা খঙখিগনি হায়না লোৎ-লিবদো অচুম্বা নত্তে। অতুনা পুম্নমকসিগী য়ারোয়দা খল্লিবদি—

১) গরিবনিরাজবু হাওনি হায়রিবদো হায়জিনবনি। মহাক হাও নত্তে, অশেংবা মৈতৈ নিংথৌমচানি। মপানা মৈদিংঙু ভুবী চয়াইরোংবা, খোইমোম লাইয়িংথৌনবু শায়োনবনি অমস্তুং মমানা শাংপম চন্থু নোংখিল চায়বীনি।

২) মাবু হাওখুন্দা থৈ. হাওনা য়োক্লকখি হায়রিবতুম্ম হায়জিনবনি। মহাক্কি মৈতৈগী কোম্নুংগী তম্পাকয়ুমদা পোক্লকখি অমস্তুং মফমতুদা য়োক্লকখি।

৩) হাওমচা লোইশঙ লিংখত্তুনা লোইশঙতুদা লৈরকই, কারকই হায়বতুমম্তু নমথাক্লি। মহাক্কা তম্পাকয়ুমদা চাওরকখি। তম্পাকয়ুমতুদা ভুবী থমং লৈমচা থমং নিংথৌ লাইরেল রাজোল লৈমচা রাজোল নিংথৌ ওইনা পাল্লকখি।

৪) মহাকপু মপা হাংপগী মরাল শীরিবতু—তুম অমনা য়ুবদা তুম অমনা হুন্নবা হোংনবগীনি। রাজনিতি, ধৰ্ম্ম'নিতি অমস্তুং অর্থনিতি লমদাং লমদাং খায়দোক্নবনি। মুংদা নীংগে হায়বগা সনামহী নীংঙু, পান্দা নীংগে হায়নগা পাথংবা নীংঙু—হায়বা লৈবনি। মহাক্না মপানগী পাথংবা নীংবনি, মপুংদা সনামহীগী লাংওম্নি। অতুবু কলম্না থাঙলগী

হেন্না কনবনি—রাজনিতিগা মনাৎ/কলচরগা মপান্দা রাজনিতিনা কমবনি অহুবু মন্নুংদা কলচরনা শান্নবনি। অহুননি মহাক্না মিংদা থিবশিংসি নংলিবা অমস্তুং ঙসি ক্ষাওবা মীচৈ কংলিবসি। মহাক্না মপাবু হাৎখিদে, থুং থাখিদে অমস্তুং মশ্নিংনা ফাওবা কন্না য়েংজরমদবা য়াই। মপা নীংবা মপানা হায়রম্বা কাউদবা অমস্তুং মপানা শিগ্রবদা লেপ্লা য়াথং ঙাকখিবদি মহাক্নি। মহু চকপা মথাও ঙম্বীগী, মপানা শীন্নরম্বা অন্নাদা লান্দখিব-শিংহুনা থুদম চাংদম ওইরিবসিনি।

৫) মহারানীবু লমচং নাইদবী ওইহনবা অমস্তুং নিংথৌবু লমশিশিহনবদি মহাকপু মীনা হাংপীগদবদগী ঙাকপী-শেনবীরিবা, মরল-মথুম, মরৌ-ঈংখোন কনবীরিবা লৈঙাক মপু অমস্তুং লৈঙাকলোনগী রায়েল রাথনবু করি থঙজ্ৰবা মীওইনি অমস্তুং তৌবিমল থঙব্রবা মীশক অমনি। মাগুম্বা অথঙ-অহৈ অমা হিংলম্বদি লৈপাকী ফৌগৈ ময়েং তানবনি, মালেম লৈমনা লুম্নবনি। মরমদি—

A scholar must end his life
As the candle burns on its own fire
To give light ty others
To light another light.

# References

* ১ – E.W. Dun. Capt.: Gazettar of Manipur ( Delhi, 1981 ) : P. 37.

* ২—Ibid : pp. 37-38.

* ৩ – M. Bhattacharyya: The Gazetteer of Manipur (Calcutta,-13, 1963): pp. 36-37.

* ৪—(i) ওইনাম ভোগেশ্বর : নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল, ১৯৬৭): লা: অমস্থুং (ii) নিংথৌরোল লম্বুবা, M S. ( অনিশুবা শরুক):—গম্ভীরসিংহ, নরসিংহনচিংবা নিংথৌশিংগী কম্বাল মিংছুন তম্বগী মতাংদগী লৌজবনি।

* ৫ —শ্রী লাইবেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহ অমস্থুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চৈথারোল কুম্বাবা ( ইম্ফাল, ১৯৮৯ ) ( লাইরিকসি মতুং তারকপদদি চৈ: কু: দমক ইরগা খণ্ডপ্রগে): লা: ৫৫।

* ৬ – মথক্কীসিদা: লা: ৭২, ৫৯।

* ৭—ওইনাম ভোগেশ্বর মথক্কী লাইরিক ( মসি : ম: লাই: দমক হায়রগা খণ্ডনজবগে): লা: ৩৩৯-৪৩।

* ৮—(i) সনামহী লাইছুই (অচৌবা) খুংয়ি; (ii) খাগেম্বা লাংজৈ, খুংই; (iii) সনামহী লাইকন, খুংয়ি, অসিনচিংবা।

* ৯—রাহেংবম য়ুমজাও সিংহ: মনিপুর ইতিহাস ( ইম্ফাল, ১৯৫০ ): লা: ৪০।

*১০—J. Roy: The History of Manipur ( Imphal, ): p. 35.

*১১—N. Ibobi Singh: The Manipur Administration (1704-1407) (Imphal, 1476). P. 34-35 and 38.

*১২—M. Bhattacharyya: op. cit: P. 37.

*১৩—Radhakrisna Sachadeva: Gowrab Hindi-English Dictionary (New Delhi): P. 159.

*১৪—M./W. McCulloh Account of the Vallay of Manipur (Delhi-110035, 1980): P.6.

*১৫—R. Brown: Statistical Account of the Native State of Manipur and the Hill Terretories under its Rule (Calcutta, 1874: Delhi-110035, 1475): Pp. 54-60.

*১৬—M. Bhattacharyya: op, cit.: P. 37.

*১৭—N. Ibobi Singh: op. cit.: P. 35.

*১৮—চৈ: কু: লা: ১৩৮—

তাইজমব তাংখুনগী কুমদি শক ১৭০৪ (খৃ: ১৭৮২)…… লাংবন থা …… থানিননোং নিংথৌকাবদা ইবুংশিজ মন্ত্রি ইবুংঙো কীর্ত্তিচন্দ্র, লাইরিকয়েংবা হঞ্জবা, তুলসী নারায়ন ও মানা মৈতেঙ্ মযামপা (ময়াংভম্বা) গী বিজয় পকাপী শেম্বা লোইএ।

*১৯—মিয়াং, খুৎয়ি মিয়াংকী য়ায়োলসিদি কোম্বা নৈনজরকে।

*২০—(i) শজায় কম্যাঙ খুৎয়ি। (ii) ইরোম অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা: শাগৈ শলাইরোল (ইমফাল,১৯৯৪): লা: ২৩৬—শাৎপমসি মৈদিংঙ্ কাইনৌ ইরেংব (চাও খূ-১০৭৪) গী মচাম্বুপা খমলাং পামশাবগী চাদা নাওদা থাজা তাবা হৈস্নামদগী থাম্বা সিঁয়াংপম/শাৎপম হায়বসিনি। নিংথৌজা য়েক্লিনা মৈদিংঙ্ তুবী চয়াইরোংবগা শাৎপম চম্নুগা লৌন-নৈনবা য়াদে। অহুবু নোংখিল চায়বীসি লৌনদবা য়াত্রবদা মখোয়গী শাগৈ মচেৎসি খুমন য়েক ওজু হায়চ্ছনা য়েক ওহোবথি। অহুনা

হৌজিক কাওবা শাংপম য়ুম্লাক্তা নিংথৌজা য়েকঅমসুং খুমন য়েক অনিমক লৈয়িবসিনি।

* ২১—চৈঃ কুঃ লাঃ ৪৮ ।
* ২২—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৫৪।
* ২৩—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৫৫।
* ২৪—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৫৮।
* ২৫—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৬০-৬১।
* ২৬—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৭০।
* ২৭—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৭২।
* ২৮—মিয়াং খুংগ্রিঃ লাঃ ২৯ ।
* ২৯—চৈঃ কুঃ লাঃ ৬৪,৬৭,৭১ অমসুং ৭২ঃ (মথং-মনাও নাইনা)।
* ৩০—ব্রহ্মচারিময়ুম কুলচন্দ্রঃ থাঙমইরোন ( ইম্ফাল, ১৯৮৯ ): লাঃ ১৮-২১।
* ৩১—ওইনাম ভোগেশ্বরঃ নিংথৌরোল লম্বুবা ( ইমফাল, ১৯৬৭ ): লাঃ ৩৩৭-৩৮।
* ৩২—i) মোইরাংথেম চন্দ্রসিংঃ সমসোকগুম্বা (ইমফাল, ১৯৮০): লাঃ ৬-৭। ii) সমসোক গুম্বা, খুংই।
* ৩৩ - রাঃ য়ুমজাও সিংহঃ মনিপুর ইতিহাস ( ইমফাল, ১৯৫০ ): লাঃ ৪০-৪৬ ফুট নোট-য়েংবিয়ু।
* ৩৪—সুমিলা অশেমঃ The L.Ms. Law College Megazine, 1988-89 ( Imphal, 7.10.1989 ); English Prose Section; (Pp.1—8).
* ৩৫—চৈঃ কুঃ লাঃ ৩৫৪—

মিয়াং—মিয়াদ ( য়ুমজাও, ৪৫ ), হায়বসিনদি মমি য়াংপা, মমি তাহনবা, খুদম খঙনবা থম্বদগীদি মিয়াদ তাবা, বক্সীদা মিয়াদ তারবা,

তশেংনমক রায়েল লোম্নরহুনা মরাল লেপ্লবা. মরালগী মতীক চারবা মতমহুদা লেংহন্দনা ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্নবা মশক/মতম/মরাল লেপ্লবা মীশক, জেলগী রাকমসি বন্দী কৌবা ক্যাদোক থম্নবহুবুনি হায়জরিবসিং সুমশঙ নত্রগা কৈশুমশঙবু হায়জবা নত্তে, অনিসিনা মমাঙগীনি।

*৩৬--রাহেংবম য়ুমজাও সিংহ মথক্কী লাইরিকঃ লাঃ ৩২-৩৫।

*৩৭—চৈঃ কুঃ লাঃ ১৮।

*৩৮—খেলচন্দ্রঃ ফমলোন (ইমফাল, ১৯৮৯)ঃ লাঃ ৬।

*৩৯—মথক্কীসিদাঃ ল'ঃ ৬।

*৪০—মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহঃ মথক্কী লাইরিকঃ লাঃ ৮।

*৪১—ইরোম অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবাঃ মথক্কী লাইরিকঃ লাঃ ২৫০।

*৪২—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ২৫০।

*৪৩—তখেলঙম্বা, খুংয়ি মনিপুর স্টেট মিয়ুজিয়মদা লৈবা।

*৪৪—কাইবরোন, খুংয়ি।

*৪৫—গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা, খুংয়ি। i) চন্দ্রসিংহঃ গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা (ইমফাল, ১৯)ঃ লা।

*৪৬—চন্দ্রসিংহঃ সমসোক ঙম্বাঃ লাঃ ৮-৯।

*৪৭—চৈঃ কুঃ লাঃ ৭২।

*৪৮—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৭২-১১৯।

*৪৯—চন্দ্রসিংহঃ সমসোক ঙম্বাঃ লাঃ ৮-৯।

*৫০—i) নিংথৌরোল শীঙকক, খুংয়িঃ ৭ ii) মিয়াং খুংয়িঃ লাঃ ৩৩-৩৪ অনি পুনশিন্নগা অমুক শেমদোক্লুনা শাজিনবনি।

*৫১—চৈঃ কুঃ লাঃ ৩৩২।

*৫২—মথক্কীসিদা: লা: ৭১

*৫৩—মথক্কীসিনি।

*৫৪—"কৈবুলা" হায়বসি অরবিক ৱার্ড'নি, "Anomymous" হায়বনি। চিঠি থাররিবা মুপাসি মনিপুরী মুস্লীলগী খুলৈবম/খুংলৈবম/খুংহৈবম শাগৈ/য়ুম্নাক্কী মুপা অমনি মহাকপু চুড়াচান্দ মহারাজনা মনিপুরদগী তাম্থোক্‌না কাছারদা লৈহনখি। কাছারদা কবর তৌখি।

*৫৫—ওয়নাম ভোগেশ্বর: মথক্কী লাইরিক: লা: ৩৩৯-৪৩।

*৫৬—M/W. MacCulloch.: op. cit.: P. 3

## "মৈদিংঙু গরিবনিবাজ/ময়াম্বা" নিংথৌ ওইদ্রিবগী পুন্সি

মৈতৈগী মবুংঙো গরিবনিৱাজ, ১৮ শুবা খৃস্ট কুমশীঙ চাগী অহানবা তংথায়দা অৱাং-নোংপোক ভারত অমসুং অৱাং-নোংচুপ ম্যাণ্মার অনিগী লাংদায়ফমগী শুরুবা চীঙমুংগী লমদমসিদা মৈতৈ জাতিগী দমক্তা লানশঙ খুদিংমক্তা অমসুং লাইশঙ খুদিংমক্তা মতমদুগী জগত্তা মঙান নাইরবা থাউমৈ থানবীরম্বা মৈত্রবাক মনিপুরগী নিংথৌরেলশিংগী নিংথৌরেম্নি। লাইয়িংথৌ খাগেম্বা ( খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২ ) না চমথংপিরম্বা উচান-মৈরা অমসুং মৈদিংঙু পাইখোম্বা ( খৃ: ১৬৬৬-৯৭ ) না চুথংপিরম্বা উতোং মৈনম, অনিমক্কী মঙানগা ঈরোয়ননা মৈতৈ জাতিগী লৈখিদ্রবশিংগী মোংফমদা অনৌবা পুন্সি ফংননবগী দমক্তা মৈরা কংপীরম্বা মৈতৈগী মবুংঙোনি। মৈতৈগীদমক মৈত্রবাকী লানঙম ফিরান পুদুনা — খাগী-থাব্রন, অৱা-কবো, তেখাও-ময়াং, য়েলহাং-লনহাং অমসুং তখেল-কুমিলা থুংনা কোয়দুনা লানশীঙনবগী লাললাউ, শাগ্রেম্নবগী শরাউ লাউরম্বা কন-থৌরবা মৈতৈ নিংথৌরেম্নি। মৈত্রবাকী ৫০ শুবা নিংথৌরেলসিবু উংনা থুমজিন্নবা শয়ী-মৈতান অচাকপনি খঙদবনা :—

Wading through blood he came to the throne
Shedding blood at Ningthi he met his rueful end
A prince—a Pratricide ? Not he
But the hand of Destiny—or of a Curse. *১

হায়না কনাগুম্বা মরৈপাক-মজাতিবু মুংশিজবা অমনা অয়ুক চাকচামাঙ অমদা শৈথারম্মী। অদুবু মিৎয়েং খজিক্তং কুপশিনবীরম্নবদি শীরিবা

পোক্লক-শাৎলকপগী মরালসিগী মহুক্তা থম্মোই শোক্লা তেংথা-নাউঙই-বীরমগনি—

Sacrificing own blood he came to the oriental stage
Venerating his blood to the Mother-country he met his revered God
An emperor—a Deceived one ? Not he
But the hand of Desting—or of a Curse.

## মালেম তাইবংদা খোঙদাব্রকপা

গরিবনিরাজ মহারাজ, নোংপোক চীঙমুংগী তক্ষা-য়াই, লোইবী লোকমুংগী লীক্লাই-মৈরা অসি; পোইরৈ-মৈতৈ মাইচৌশিংনা হিরম অমগী খুদম-চাংদম থঙহৌনবা মতোমতদা, "তুবী" মিংথোল শাগোম্লহনবা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা, খোইমোম লাইয়িংথৌবু শাইয়োনবা অমসুং মহাক্নী অনিশুবী তাল্লোয় শাংপম চমু কোরৌ নোংথিল চায়বী অনিগী খ্বাইদগী ঈহান হানবা মপারীনি, অমসুং মপারীসিনা মৈদিংঙুসিগী মচা ইবুংঙো-ইবেম্মা পুম্নমক্কগীসু খ্বাই পুম্নমক্কগীসু অহল ঈঙই ওইবা মচা ইবুংঙোনি।

গরিবনিরাজ মহারাজ মৈদিংঙু শেনবী পাইখোম্বনা মৈতৈ নিংথৌ ওইনা পাল্লিডৈ, থৌক্লাউজম মুবগী কুম শক ১৬১২, পোইমু থা ২২ নি পানবা থাঙজা মুমিং (খৃঃ ১৬৯১, জানুয়ারীগী অহানবা থাথায়) তা মালেম-তাইবংদা খোঙদাব্রকখি *২। মহাক্না পোকপা তাইবংপাল্লা কাওরকপা মতমসিদা মপাইবুংঙো তুবী চরাইরোংবা, পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকী রাজোন নিংথৌ, নিংথৌ-মখং খনবা ওইমুনা মৈতৈ কোমুংলেন কংলাগী রাজোল তমপাকমুম (যুবারাজকোন) দা পাল্লি অমসুং নিংথেম গরিবনিরাজসি

হাঙ্গোল তমপাকয়ুমসিমক্তদা পোকখি *৩। মহাকপু মক্কমসিদা মহাক্কী পোল্লকপগা খোনবা অহানবা মমিং ওইনা নিংথেম ময়াম্বা (ময়াংভম্বা) হায়না খঙনখি।

নিংথেম ময়াম্ববু পোকপী শাৎপম চন্নু নোংথিল চায়বীসিগী মমাঙদা মপাইবুংঙোনা মহাক্কী পল্লেম অহল নোংপানলোন হৈরাম চন্নুবু অহানবা তাল্লোয় ওইনা লৌহুনা পানমিন্নরম্মী। অদুবু লৈমা অহল হৈরাম চন্নুসি রাংখৈরাকপম খোংচোম্বগী কুম শক ১৬১০, রাকচীং থা (খৃ: ১৬৮৯, জান্নুঃ-ফেব্রুঃ) দা নোঙ্গাখি *৪। মসিদগী পাহাং-নোংজেং ওইরবা নিংথেম চরাইরোংবগী পুন্সিদা রাংভমলোন শাৎপম/শিয়াৎপম চন্নু নোংথিল চায়বীসিগী মমি তারকখি। হৈরাম চন্নু লৈখিদবা মতমসি নিংথেম চরাইরোংবা মশাগী চহি ২৫ থা ৭ লোমদা মঙাইরি। মৈতৈ কোম্নুংগী লৈমা-নিংথৌকোন্দা নোংথিল চায়বীবু পোকপী মমাসি মতমদুগী মৈতৈ লৈমা খয়োইরোন হাওবম চন্নু পোংলেন খোম্বীগী নিংথেমন্নুবী, ইপী

| | |
|---|---|
| পলেম মমা শাৎপম চন্নু নোংথিন চায়বীগী মরমদা | খোঙনা ফংবী ওইবদগী মমাগাঙাইহাক লৈতনা লৈমকোন্দা লাকপদগী/লৈবগী নিংথেম চরাইরোংবগা নোংথিল চায়ীবগা অনিসি শকখঙ-মায়খঙনরকপা ওইরম্বা য়াই। মখোয় অনিসি য়েক খোক্লবা, |

লৌন-লৈনবা য়াদবা নুপা-নুপীনি। অদুবু কনানা খঙবা ঙমগনি নোংদম্বা মহাক্লা তম্লম্বা নোংদমবু! মখোয় অনিগী মরক্তা খায়দোক্লবা কায়নহনবা ম্নারয়োয়দবা লুংশি লীপুন্না কনাবুম্নু খঙহন্দনা পুল্লমবনা মখোয়নিগী মরম খঙলকপা মতমদদি চন্নু চরৈ চিল্লম্বা তাউজীং তয়াল তমপ্রবনা খায়দোক্লবা য়াখিদে: মরম অসিনা রাংঙমলোন শাৎপম চনু নোংথিল চায়বী, খয়োইরোন শাৎপম চন্নু নোংথিল চায়বী ওনখি, য়েক হোংখি। মঙুংলাংগী শাৎপম মচেৎ অমা নিংথৌজা য়েক খাদোক্লনা খুমন য়েক

ওইখি *৫। মখোয় অনিগী লোন-লৈনবসিনা মৈতৈ কোম্বুংদা ৱারৈ চেনবা অমসুং ময়মসিদগী ৱাথোক-লাম্থোক্লবা অমদি কোম্বুংগী পণ্ডিত-শিংগী মত খেন্নবা থরদি থোকখিরম্বা য়াই, অদুবু ঈমু-নাইমু তানবগী ৱারোলদি খেংনম্লে। লৈমা-নিংথৌকোন্দা পোম্লকপী শাৎপম-চমুত্নু রঙ্গোল তমপাকয়ুমদা শাংখি। মুক্তা পীবুকমুংগী মুংশি-থুদোলদু তাইবং-মাসংপান্দা খৃ: ১৬৯১ দা উজবা ফংজখি।

## পোক্লক্-শাৎলকপগী ৱারী শীঙবুন

মালেমসিগী অচৌ-অচৌবা মীশিং, অথোইবা নিংথৌশিং অমসুং মীথোই-মীহেল্লবা নিংথৌরেলশিংনা পোকলক-শাৎলকপগী মপোকশিংগী মরমদা লাই-তীনগী ওইবা নত্রগা লাইওই-তীনওইবগী ওইবা ৱারী-শীঙবুন অমমম নত্রগা অমদগী হেনবা শেমগৎ-শাগত্নুনা থম্মৈ/লৈনৈ। অদুগুম্বদুনা মৈতৈগী মবুংঙো, নিংথৌরেল গরিবনিৱাজ মহারাজগীসু লৈ। অদুবু মহাক্কী ৱারী-শীঙবুন থরদি লৈকায় ফোঙ্গথোম্না খুবাক পোক-থোকপা হায়বদু থোক্লবা ওইরবা ৱারী শীঙবুনশিংনি। মখোয়সি থাদোক্লম্লগা লীগদৌরিবা অনিসিসু নীংথমথাগী মুংশা য়াইবদা নঙ্গন পোকথোকপা হায়বদু অদুম থোকই। অদুবু থোকচসম্মু, মৈতৈ মাইচৌ অহনশিংনা পীবিরম্বনি, ইতিহাস ঙাক্তনসু পানবা য়াবা নত্তে।

মৈদিংঙু পামহৈবা, গরিবনিৱাজ মহারাজসিগী লাইওই-তীনওইবগী মপোক ওইনা পোকপগী মরমদা খাইনা, চৎনবী ওইনা লৌনরিবসি মৈতৈ নিংথৌশিংগী মরক্তা 'লাইয়িংথৌ' হায়বা মিংথোল ফংঙবা, শিদয়েন-নাদয়েন খঙগ্রবা, অমসুং মপোক

লাইওই-তীনওইবগী সাংওন মশক খঙবা হায়বদু ওইঙ্গবা

মপোক লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মশাগা থারগা মপোক অদুম্লক পোকদবা অদুগী

অনিবকপুরা মপোক সাংওন্নি হায়বসিনি। লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী

মতাংদা পীরম্রিবা ব্লারোলত্তদি *৬ —

…… হে: লাইয়িংথৌ খাগেম্বা, নপোক ৎগুবদা মাইকৈ ৪মক মমখিত্না চাকচা ফিজং অমা তৈরব্লগনি ‥ নোংশা নিংথৌবু মমা শাক্ত' লৌচাওবীনা পোকপা মচা কৈ নিংথৌনা অপোকপা নোংশা নিংথৌবু নোংপোকলোমদা তাম্থোক্লগনি। মাগী মীচৈনা অব্লা অনা ফংগনি। …… … … অসিনি। অত্তুগা নিংথৌসিগী মপোকসিদা লাই-তীনগী ওইবা মপোক-লাংওন ওইনা পীবগী ব্লারোলস্তু লৈরি, মত্তদি *৭—

মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্বনা পানখিনবা মতুঙ, থংনবদা মনাও ঈবুংঙো ঙোনশেনঙম্বগা পাম্নবী মনাও ঈবেম্মা ঙাইখোংঙম্বীনা পোকপা খৃ: ১৬৯৭ শুবদা পানবা মৈদিংঙু চরাইবোংবনা খৃ: ১৬৯৮ শুবা মতমদা লোইদাম শজিফু থাগী পানখংলক নিমাংগী ১০ নি পানবা কোরৌ শগোলশেন হুমিংকী অয়ুক য়ুথক খানবা মতমদা “লাইয়িংথৌ অশিবা সনামহী” না মৈদিংঙু চরাইবোংবনা তাইবং মীওয় মপোক্তা থোকঙমখিবা মরম্তু কমদৌরকপা হায়বগী খর চিংন্দুনা লৌরেম্বা অমসুং থেংগ্রা অনিবুস্তু উন্দুনা “মৈতৈ চংলম লমদাঙ লুতীন মাঙহনগম্ভ পাঙতাক পীগে” হায়বগী “সনাগী শজি” অমা ওইনা য়াথোক্তুনা কংলা মমুংদা কোংনা চত্তুনা য়েংলগা পুঙ অমদা লেপ্তুনা চরাইরোংবা নিংথৌবু ঙাইনা অস্তুম লৈ।

মৈতিংঙু চরাইরোংবস্তু মতম অসিদা ভরা লুকহা শঙদগী মথেল লুকোয় হাবা লোৱহুনা মপাল লাংদা লেঙথোরকপদা সনাগী শজি অমা কংলাগী মমুং মরুশিদবা পুঙগী মোইরাং শম্থোঙ পাংবা, লাংপুঙগীনা অরাং, থাপুঙগীনা মোইরাং শম্থোঙথংববা, হুপপুঙগীনা কৌব্রু পাংলকপা চৈরক অত্তুদা লেপ্তুনা লৈরম্ববু উরক্লে। মৈদিংঙু সনা পুক্লীঙদা ব্লাথল অমা থনখিহুনা সনাগী শজী অহুবু কাগে ব্লাথন্দুনা শঙলেল শঙশায়হুংদা লেঙশীনখিহুনা পম্থৌ মপাবুঙ পাইখোম্বনা মরাম হুন্দগী পুব্রক্তুনা লুখুম

কাদা থেগ্ডুনা থম্লিবা মখুৎশু লীরুঙ-তেন লেম্না মাঙহল্লববু জৌথোক্নুনা সনা খোঙলেঙথোরক্লগা শজীনা লৈবা মায়কৈ তম্না চঙশীল্লক্লে। লাই-য়িংথৌনা লীরুঙ তেন অহুবু উবদা লৈবা ঙমল্লহুনা হম্না হম্না য়েংহুনা মফম অহুদগী চেম্বোরক্লে। সনাগী শজী অহুনা চেনখিবগা মৈদিংঙু চরাইরোংবম্বু অমুক অপনবা লৈতনা কম্না হেক কোয়ভান তাম্নহুনা লীম্নী তেংগা থোং-থাহুনা শজীবু তম্না তেন কাপ্লক্লে। খুদক অহুদা লীরুঙ অহু ময়'য় থীগাঙদা তেক্নুনা সনা খুংগী মালেম লৈমায়ৎক্তা তাখরে। মফম অহুবু "চবাইবোংবা লীতেক তেম্বা পুঙ" হায়না মতুঙদা খঙনখি। কেগ অহুনা শজী তম্না পাইশিনখিহুনা শজী অহুগী মঙকশমদা পানখরে। তেম্না পাল্লনদা শজী চেনবা ঙমল্লহুনা মুংজেংগী চৈরক্তা ঙহাক লেপ্নুনা পন্দুনা লৈরম্নগা মকোক মখা পাংনা ঙন্দুনা য়াতুরগা হায়রকই—চরাইরোংবা! নঙগী নবুক রাখল লিংদবা নঙনীদনা। ঐবু নঙনা করিগী তাথীরিবনো? কাপফম নত্তনা কাপ্লকপনা নখুৎশু খুৎলাই ওইগদববু তেক্লনা লম্মথাঙদা মাঙলেদো। শোয়হদবা তেম্না পাল্লবনিনা নঙগা ঐগা লাংলোন শাম্নবা তারেদনা। ঐবু নঙনা শক খঙদবা অসিগুম্না মচা মশক খঙদবা ওইনা শাইন্দুনা পোকঙম্লগে। নঙগী তেম্না থাহুনা ঐশু অমন থবৈ কুম্বা অবে। লমন অসি তাইনঙ মপোক ওইনা পোক্নুনা শিংলগে। ঐগী ইখুৎশু "কোরৌ নোংথৌ তেম্না" পান্দুনা ঐগুম্না নঙশু অমন থরৈ কুম স্নু। মতম অহুদা নচাগী অমদি ঐহাক্তী ঈশকপুশু খঙঙম্বা ওইহনগে। লুতুং মউ লিংদবা লৈজহৌরো—অশুম হায়না মীৎম্না অনিমক্তা তরঙ ঈরা শিম্নহুনা হায়রম্নগা তেনগী অকনবা মৈশাবু থাঙঙমখি। মতম অহুদা সনাগী শজী তেম্না থাহুনা মালেম লৈমায়থক্তা তুখরে; শজী খুনগে হায়না লেঙশীল্লক্নুনা সনা খুৎনা পায়গে তৌবা মতমদদি শজীশু তেনশু খুদক অহুদা মাঙখোকখরে। মৈদিংঙু চরাইরোংবদি সনা পুক্লীঙ অরা ড়ুরৈ চন অঙকপা মশক ওইহুনা সনা শঙগায় তম্না লেঙশীল্লক্নুনা লৈখি। অহুনা চরাইরোংবনা

ফম্বাল ত্তোংবা মতুং চহি ১২ শুবা হাইস্নাম অতোম্না চৈথাবা কুম অসিদা তুশুক হাওগী লাল ঙাকপা চৎপদা শগোলবন খোংনাং মখোঙদা কোৱৌ থক্কী তেন ( ব্রজ ) না অমদি মচা ঈবুঙঙো গৱিবনিৱাজনা ত্তায়োন তানা থৌগল ফংবদগী য়াইবী থৱাই মাঙহনহ্নুনা লমন শিংবা ওইখিহ্নুনা অৱোয়বা য়াহীপ তানখি ।

অসিনি। মৈদিংঙু নিংথৌৱেলসি পোকপশী খিম; প্রোব্লেম, প্লোট অমস্নুং ইন্সিডেন্টশিং খেন্ন-খেন্নবা অমদি স্টাইল অমস্নুং টেক্নীক তোংঙান-তোংঙান্নবা সাহিত্যদস্নু ৱাৱেং ৱারী কয়ামক্লম পুথোক্লে, লৈ। অহুবু মখোয়শিংহ্নু সাহিত্যদস্নু লঙজৱবা ইতিহাসতস্নু লমলান্নবশিংনি।

## মচিন-মনাওশিং অমস্নুং মচন-মচৌশিং

নি'থেম ময়াম্বনা পোকপা মতমসিদা মহাক্কী মপাইবুংঙো অমস্নুং মমাইবেম্মা অনিমক মৈতৈ কংলাগী ৱাজোল তম্পাকয়ুমদা লৈরম্মী। মহাক্কী মশাগী চহি ৩ থা ৭ লোয় শুৱকপদা মহাক্কী মমা মপা ত্তিন্নবা মনাউ ইবুংঙো লোইয়াম্বা, হাওওইবম মুংয়াম্বগী কুম শক ১৬১৭, হিয়াঙৈ থানিনবোং নোংমাইজীং স্নুম্নিং (খৃঃ ১৬৯৫, নবেঃ—ডিসেঃ) তা ৱাজোল তম্পাকয়ুমদা পোকখি *৮। মতমসিদা মহাক মহাক্কী মমা অত্তোনবী পীথেৎ-

মনাউ ইবুংঙোশিং

লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চম্নু, হিজম নোংথোনবম নিংঙোল শেনগোইৱেম্বী ফংলম্বা য়ানা লৈৱে, অহুবু অৱেম্নদি হায়জবা ওমজদে। লাইবক্কী নোংদম থীৱকপনা মনাউ লোইয়াম্বা পোকপা মতুং থা ৭ লোম শুৱকপদা মখোয়বু পোকপী-

শাৎপমচম্নু নোংথিল চায়বী নোংজাখিবা

ৱম্বী মমা ইৱেম্মা শাৎপম চম্নু নোংথীন চায়বী য়েংথোইবা লাংমৈ কুম শক ১৬১৮, ইঙা থাং ২৭ নি, ইৱাই স্নুম্নিং (খৃঃ ১৬৯৬,

জু লাইগী অহানবা থাখায়)তা লাইগী থুংল্লি। তানখি * ৯। মতুংদা মমা-তোন শেনগোইরেম্বীনা মনাউ ইবুংঙো খমপাম্বা পোকখি * ১০। মসিগী মতুংদা নিংথেম ময়াম্বনা মহাক্কী মমা ইবেম্মা ঈতোন তোনবা থাংজম চম্ন থাবাওম্বী কংজহুনা মমাসিদগী মনাউ ইবুংঙো অনি, মনাউ ইবুংঙো খমলাং পামশাবা বামোন মনিগী কুম শক ১৬২৯, লাংবন থা, ১৬ নি নিংথৌকাবা (খৃ: ১৭০৭, ওক্তো:) মুমিত্তা * ১১ অমসুং মনাউ ইবুংঙো মুংয়াম্বা/মনসাই অতোনবা (পোকপা মুমিং পীরমদে) ফংজখি * ১২।

নিংথেম ময়াম্বা অমসুং মনাউ ইবুংঙো লোইয়াম্বা পিবা অনিসিগী মরক্তা শক ১৬২৪, ফাইরেন থাদা অরা নিংথৌগীদমক্তা পীয়ু হায়বা লাকপী চকপা মখাও ঙম্বী শাৎপম চম্ন নোংথিল চায়বী পোকখিরম্মী!

মচন ইবেম্মশিং

মহাক পোকখিবগী অরেপ্পা চহি কুমশিংদি পীবী-রমদে। অত্তবু শক ১৬২৪ দা হায়বা লাকপসিনদি * ১৩ মহাক চহিসিদা মপুং মরৈ ফারে। মরমসিনা মহাক্না পোকখিবনি খৃ: ১৬৯১ অমসুং খৃ: ১৬৯৫ গী মরক্কী মতমসিগী মমুংদা ওইবা য়াই। অতৈ মচনশিং পোকখিবগী য়ারোলদি ফংবা ঙমজদে।

## অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি

নিংথেম ময়াম্বা, গরিবনিরাজ, মৈতৈ-কোম্নুংলেন কংলাগী য়াঙোল তম্পাকয়ুমদা পোক্লকখি অমসুং চাওরকখি। মহাক্না য়াঙোল নিংথৌগী মচাদা অহল ওইবগা অমদি কোম্নুংগী অঙাংশিংগী মমুংদা মুপা মথম্ভগা ওইবগা মুংনবী মচা ওইহুনম্নু লৈম-নিংথৌকোম্দা মনেম শীজ কোইরেম্বী খৃ: ১৬৯১ দা পোক্লকজুনা লৈজরবম্নু ময়ামসিগী পোথাকমদি মহাক্না ওইরম্বা য়াই *১৪। মথং মথং ওইনা মনেম শীজ অনি—খুয়োইঙম্বী অমসুং কৈথেন থানবী মথংশিংনা খৃ: ১৬৯২ অমসুং খৃ: ১৬৯৩ দা

পোক্লকখি *১৫। অমস্তুং মহাকী মচল ইবেম্মা চকপা মখাও ওইবী মতেম শীজ অত্তোনবীসিংগা কুম অমত্তগী মজা ওইনা পোক্লকখা য়াই। অহুবু অতাং মুশা মখোমতা ওইবসিংদা য়াজোল তুম্ম্যাকমুম অমস্তুং লৈম-নিংথৌকোল্মা নিংথৌ শাগৈগী মখামগী করোক অহুম ওইরমগদবা যাম্লি। মহাক মনাও ইবুংঙো লোইয়ম্মা পোক্লকপদগীদি মহাকপু থর মথৈ লম্মানখিরমগত্রা থওদে, অহুবু মতমতুগী য়াজোল নিংথৌগী মচাইবুংঙো অহম্লিনা থোইনদি মীয়াময়ম্মোই থাজদে।

পীক্লিঙৈ অমস্তুং পুংকক চাওরকপা

অহুবু লাইবক থীবদি মহাক মশাগী চহি ৫ থা ৬ কী মতমদা তাইরিঙৈদা অপোকপী পলেম কায়রখিবা অসিনি। অহুগা মতম-সিদা মনাউ ইবুংঙো লোইয়ম্বাদি থা ৭ লোমদ। তাইরি, অহুবু মহাক্না মনাউবু য়েংশিন-খোংচিনবীবা, মচনবু শেমবিবা ভদ্বগী মতম নত্রি। অময়োমদা হায়রিবা মতমসিদা মপা ইবুংঙো তুবী চয়াইরোংবা ওমপাকমুমদা লৈনা লৈনা মখোয়বু চাওয়েং ওইনা মিৎয়েং থম্বা মম্ভনা হকচিনবা ওয়ম্লোই, মরমদি য়াজোল নিংথৌ

চয়াইরোংবনা য়াইস্কুলাকপা কম ওইবা

ওইবসিংগী মথক্তা লৈপাকী য়াইস্কুল লাকপা কথ ওইহুমা লৈতাক্লোনগী থোদদা পুক্নীং চঙবা থোগায় পুবা হৌরকপা, শা-লান চৎপকচিংবা থৌদাং শরুক নীংথিনা য়ারক্লে। অহুনা মখোয় মচীন-মপা অহুম্মক মমাঙোন শেনগোয়রেম্বীগী হিংয়েং মথাদা চাওরকখি। মৈতৈ লৈমসিংগী খুংশি-চানবীবগী লীচিং মথাদা থুপচম্না মমা নৌনা কায়নখ্রবা তুংলমচংকী নিংথৌরেল অহু নোংমা নোংমগী খুন্দি লেমকখি।

নিংথৌরে ময়ামদা মশাগী চহি, চহি ৭ থা ১ মুমিং ৬ থক্তা তাইরিঙৈ, চনমা শরাগী কুম শক ১৬১৯ য়াকচিং থা ২৮ নি পানবা শম্বাকলেন

কুম্বিং ( খৃঃ ১৬৯৮, কেন্দ্রব্যরীগী অহানবা থাবায় *১৬ ) তা মখোয় পুন্নমকপু কোনবীরম্বা মবুথৌ ইবুংঙো শেনবী পাইখোম্বা। অরাং কোয়ো নোক্লাখি। মসিগা লোয়না লোয়নবা

মৈদিংগু পাইখোম্বা নোক্লাবা অমসুং মৈদিংগু চুবী চরাইরোংবনা কম্বাল কাবা

মপা ইবুংঙোনা 'মৈদিংগু চরাইরোংবা" হায়বা মিংথোক লৌহুনা চহিসিগী লমদা থাগী ১০ নি ঈরাই কুম্বিং (খৃঃ ১৬৯৮, মার্চকী অরোয়বা থাথায় ) তা .মশাগী চহি ( খুথেক্কা ), চহি ২৫ দা নিংথৌ কম্বাল কাখি *১৭। মসিনা নিংথেম ময়ামগী মফমদা পুরক্লিবা অহোংবদি

মহৈ-মশিংতম্বগী পুন্সিগী লমদাং

য়াকোক নিংথৌ ওইনবগী/ওইবগী মহৈ-মশিং তমবগী চমদা'দনি। মশানা তাক্লরকপগা, মশাগী চেমকত্রবা মথৌগা ওইবপা মতমসিদদি নিংথেম মযাম্বগী মহৈ-মশিং তম্মনবগী

থৌশীল-থৌরাং তৌয়ে। নিংথৌ মচা ওইবগী, অতুগী মহক্তা মতমতুগী খ্বাইদগী হেন্না চৎনরিবা অমসুং তম্নরিবা মহৈ-মশিংদি- শা-লানগী শাথেং-লাস্থেংনবা, শাফা-লানকাবগী মহৈ মশিং অসিনি। মহাকসি চাওরৈ কনবা, মশা-মউ ফনা শাক্নৌ শাবান ফকনা হৌরকপা পুংকক চাওরকপা অঙাং অমা ওইরকখি।

মহাকী শাওং শাদা অমসুং শাবান- ফিরেপ কক্লে হায়বসি 'সনামহী লাইকন ( সনামহী লাইকয়োন ) পুয়ানা

শাওং-শাবান অমসুং মীওই-মীতৌগী ফিরেপ

পীরিবসিগী খুদম-চাংদমদগী য়াথয়া লাকশিনবা ওমই। মহুদি *১৮—

...... হে লাইরেল ইনোংয়াই নঙনা খোইমম মুত্তি ইহকশাংবু শানশেমহৌগে হায়রবদি লাইরেনগী খুবোম থাঙদোন-লম, খুং পমশি-থোং, য়াঙলেন লাইকাবম, ওকশম তোংদম-তা, চিনসনা মোইকাই-রেম, 'পিওম পাগোই-থোং পুম্না' শোয়হন্দনা শীনশেম-ও।

হায়বসিনি । অহুগা অমুক , মশা-মউ করসিনা মীকি লাইকিদবা, শা-লানগী রারী-শীঙ্‌বুন তারগা মশাদা মুঙাইবা কাওবা অমসুং পোকপা মুপা মচা ওইবগী মুপা থোকপগ মতৌ লৈবা অমা ওইরকখি । মরমশিংসিনা শা লানগী মহৈ-মশিংশিংসিদা মীথক থোংবা অমসুং মীথোই-মীহেনবা ওইরকখি । পুম্নমকসি মহাক্কী তুংগী পুন্সিদা থোক্লক্লিবা লানকমশিংনা খঙহৌ উহৌবগী রারোল পীবগুম খুদম চাংদম উংদক-খিগনি । শগোল-লাম্মীগী মহৈ খোঙমী-লাম্মীগী লৌশিং অমসুং হিরোই লাম্মীগী লানশোক্লা অমতা থাক্তনা রারোল পরিং নাইনা তম্বা অমসুং হকথেংনা তম্বা মহৈ-মশিংশিংগী ওরায়বা, শাজেল অমসুং হোৎনবগী লম্বী খুদিং তম্বা হৌরকখি ।

লৈঙাক- রায়েল-থৌদাগী পাউতাক লৌবা মহৈ-মশিংগী অহল-লম্মনশিংগী মনাক্তা কম্বানচিংবগী মহৈ- মথল-মথেলশিং মশিং তম্লক্লমগদবা মাল্লি । অহুম ওইনমক

লাইবিক-লাইগুগী মহৈগী লমদাংদদি কনিগুম্বা ঈ পাংড অমতা ভাকা ফংদে । নিংথৌ মচা ওইবগী হৌনবা হকচাংগী শাজেল, লাকমা কানবা অমসুং শগোল মথক্তা তোংনা তোংনা তারোল তা হুনবা, খাঙদাং য়েংথাঙ-ওয়থাঙ শীজিন্নবা, শগোল শাবন্দা অবাম্বাই তেন্দোং মান্দুনা নীঙ মাঙ অরাম্বাই হুন্দুনা লান্দাবা অমসুং লানকনবা, শায়াঙথক্তগী অরাম্বাই নীঙলোমদা হুন্দুনা লান্দা লান্দানা লাক্লেরবা অমসুং শগোল নাকথং কাওতুনা খুরুপ থৌরগা শাগী মথাদা কোন্দুনা লাক্লম নাকন্দা হকচাং থপ্পুনা উহন্দনা লান্দা লানকন তৌবা অমিনচিংবগী শাজেল তৌনবা হৈনবী ওইরকখি । হাকথং তা শীজিন্নবা, তেন্দোংপ্রাঙ শাগোন্নবা, নমথু লাংশোয় লুপুমতানজিংবা খুংজোয়হন্নবা ঊয়ারবদা মুঙাইবা পোকপা হৌরকখি । কীরুং তেন শীজিন্নহুনা শা তা কাহুনা খুংশায়হুনী, মহৈ মশিংহু খুত্তা পুহন্নবা হোৎনহুকখি । হোৎনবগী মথা লোনবশিংগী হোৎকম থোকপশিংহু হোৎননবা মশানা মথাবু থাজনবা

থরকখি শারিং শারাক্কী মহৈশিংদনা মতমহৌদা হেক্না মপুং ওইবগী হেক্না খোয়রজও খোয়দাংদবা শাক্তি। লাইরিক লাইউ কাহেক্না পুক্তি চংলমদবা মাই। ময়মদি মতমগী চংনবী সমাজ অমসুং ইতিহাসনা সাথিনি।

## ঈনথংলকপা মতম অমসুং কাংলোং কারকপা

পুক্তিগী ঈনথংলকপা মতমসিদি মহৈ-মশিং তথগী খ্বাইদগী হেক্না করবা অমসুং হেন্না তন্নরিবা তাঙ্গানি। নিংথেম ময়ামবগী পুক্তিদসু অহুনি, লেপ্তুনা মহৈগী সন তাল্লকখি। অদুবু পুক্তিগী অভনবা তাংকক্তা অপোকপী পলেম কায়নখিবনা মহাকসি চহিদি অঙাং ওইনা অহল শাবা-ওইবা হায়বা মীশক অদু ওইখি। নিংথৌ মচা ওইদুনসু মমাগী অয়াংপসিদি- লৈ রুহুনা, রায়রুহুনা নক্রগা মীনা হেক্তিন্না সুংশিবীদুনসু মেনখংপদা থর রানা থোকই। অদুনা মহাক্না পীক্লিবী মচন অমসুং মমাউ অনিগী থোদাং লৌবিবা/য়াবিবা, চক কনবিবা অমদি য়েংশিন-খোংচিনবীবগী থবকশিং তৌদবা য়াদবা ওইরকখি। মদুনা মহাকপু অঙাংনা অহল ওইহনখিবনি। অদুবু মদুনা

মহাকী রাথল-লৌশিং চাওথংহন্নবা ওইখি। লমচং-শাজং
মমানা মপানা পোকপদগী খ্বাইগী অহল মীকৌ-মীওক
ওইবগী মতৌর-মনাও অমসুং মচন মচেনশিং চীকোন-মাঙাকায়া
চীকোন নাউকোনকম থোকপদুগী মথক্তা মী খোনবা
মীকৌ-মীওক কনবা অমসুং নোঙ্গুকপা

রাথক্তোম লোয়রবে। ভমপাকয়ুম অমসুং লৈম-নিংথৌকোকগী হেক্নোর্দুনা কোন্থগী পরশাম/পমখাল লৈকাইদা লেরিবা মপন-মপাহমশিং, মচেন-মপাক্তোরশিং অমসুং মথোক্তনা পোকপা মচীন মমাউ, মচন মচেনশিংদা লোয়রবতিমবা অমসুং তোংগ শন্নবা মীশক মচনা মথক থোংরশিংদা মকোক মোনথা অমসুং মথা থাবশিং লাজোন লানকয়না থৌরাংলীবা

মীশক অমা ওইরকখি। মসিগী খুদম চাংদম হায়ববু পীশক-পীশক পীক্লিবা মনাক্ট ইবুংঙো মরি (লোইয়ম্বা, খমপাম্বা, খমলাং পামশাবা অমস্তুং মুংয়ম্বা) না মপাল্লল মপুঙ কাপ্রিঙৈদা মহাক্না নিংথৌ কম্বাল কাবদা নিংথেম মচা কনানস্তু য়েংলক্কবা অমস্তুং লানহৌ-লাম্মোয়রক্কবা অমদি লৈপাকপুবা অঙম্বশিং অমস্তুং নিংথৌঙম্বা অঙম-অথৌশিং পুম্নমক্না মহাক্কী মায়য়োক্তা লেপ্লগী মহুত্তা মহাকপু শৌগত্তুনা কম্বাল লাংহনখিবহুনি।

অপোকপী মমাগী মকমদা অমুক হন্না নাউতে শাজকম লৈজন্দ্রবা, মঙোম্বা মচন অমস্তুং মনাউনা নাউতে শাকমগী খুদোংচাবহু পীগ্রবা, মীথোই মীহেম্লবা নহা মপা নীঙবগী ওইরিবা নিংথৌমচা অসিগী মরায়বক্তা মনিপুর অয়োৌবী থাক্কী ইতিহাসকী ময়ায় ওইবা মতমগী তাংকক্তা খুদম হক্রম্বা চহি ৪০ রোমগী মতম অমগী মনিপুরগী/মৈত্রবাক্কী লাইবক লেপ্লগদবগী মঙাল অহু কাওরি। মহাক মমাগী শেগাদগীদি মপাগী মতমপাক্তনা হেন্না তোয়না কম্নকপন্না হায়বসি খন্থবা য়াবা রাকমনি। মহাক্না মপাবু মুংশিবগী খুদমদি মপা ইবুংঙো লৈখিদবগী চহি কুম ওল্লগা পাংথোকদবা লৈখিদবগী কুমওন থৌরম লুপুঙ থোনবা কুম লান্দনা পাংথোক্লিবসিনি। লৈখিদবনা ইঙেন ৭ নিদা লৈখিদ্রগা চহিসিমক্কী কাইরেন ২১ নিদা কুমওন থৌরম তৌরিবসি মপাবু মুংশিজবহু তাকপনি। মুংশিবা মীগী খর মচেকশিনবা, মুংশিদবা মীগীনা খর মরাম্নথোকপা হায়বসি তাইবং মীওইবগী লমচৎনি। নিংথেম ময়াম্বা, মপা নীঙবা মীশক অমা ওই' হায়বসি মহাক্না গৌরিয় বৈষ্ণব নিম্বাদিত্যয়/নিম্বার্ক/নিমান্দি ধর্ম' শথা থাদোক্তুনা রামাৎ/রামান্দি ধর্ম' শথা লৌবসিনস্তু খুদম ওইনীঙঙাইহন্নি। মহাক্না রাম নীঙবসি হিরো রোশিপ্পর অমা ওইবদগীদি' কাডর রোশিপ্পর অমা ওইবদনা নকপা হেল্লি (মথাদা ধর্ম'গী মতাংদা য়েংবিয়ু)। মহাক্না

A Father worshipper more than the Hero worshipper

মপা নীঙবা মচা অমা ওইনা মপাগী য়াথংদগী অরা লৈপাক চায়থাম্নথিবনি-হায়রংসি হায়মনবা থোক্লোয়। মপা ইবুংঙোনা খুম্প্রম্মদায়দা, মচন ইবেম্মা চকপা মখাও ঙম্বীগী লমন থুম্নবগীদমক অয়া লৈপাক্তা লান্দা-ও, হায়না য়াথং তাকপীরম্মুহুদগী অরাগা লানথিনবা-লানশীংনবা হৌথিবনি। মরম অতুনা মহাক্না অরা/বর্মা/ম্যাণ্মার লৈপাক্তা খৃস্ট কুমশীঙশিং—১৭৩৪, ১৭৩৫, ১৭৩৬, ১৭৩৭, ১৭৩৮ ১৭৩৯ অমসুং ১৭৪০ হন্না হন্না, থংনা থংননা চহি তরেৎ (খৃঃ ১৭৩৪-৪০) লান্দাহুনা কুমলেপ্তুনা লৈখি *১৯। অতুগা অরা/বর্মা/ম্যান্মার ব্রাম্মাশিংনসু কাউদনবা মৈতৈ-শিংনসু নীংশিংনবা অরাগী সগাঙ (SAGAING) কোম্নুংগী কোঙমুদো পেগোদা (কোঙমুদোগদ লাইশঙ) দা নিংথৌ মশামক্কী নীংশিং-লানঙম- থাঙকম হক্তুনা থম্লম্বা *২০ অসিনা মুত্রবা খুদম্নি। অহুবু পেন্দবা খরদগী থাঙকম অসিবু থঙজিন্নদহুনা মীগী তৌবিমল কাউরবদি মৈতৈ লৈমা ঈমা নিংতম্বগী মফমদা লঙজবা থোক্কনি।

Khodoung Myedu Kyaung দা থাঙকম

## য়ুম্বানবা অমসুং পুন্সিগী থৌরম-পরেং চৎথবা

নিংথেম্ন মহাম্বা, থোইদোক্না লমহেন-তুহেনবা অঙাং অমসুং হায়বা ইন্দ্রবা পাখং ওইরকপগী খুদম-চাংদম কয়া কংজদে। অহুবু অহোংবা অমসুং অওন্নবা হায়বা তাইবংপানবগী য়ায়েল অনিসিনা মীওইববু লাই ওইহন্নি, মীওইনা অহুম লৈহন্নি নত্রগা মীবু শা ওনহল্লি, মহুশিংহু করম্না, কৈদৌঙৈ, কন্নায়দগী করিগী অমসুং করম্না মিমুংগী ওইরকখিবনো

হায়বতুদি মশা কনানসু, লোইনখিবা মীওইশিংনসু অমসুং মীতোপ অতৈনসু খঙহৌদে। থোকখবা মতুংদদা খঙনরকপা ঙাক্তনি। অতুবু হিংহনা পাম্নবগী লোনচংকী থোদাংদি পুম্নমক ওইহনসু অতুম চথনখি। অতুনা মরম ওইহনা মৈদিংঙু চা ময়াম্বা মীওই শুরহনা মথোক কায়ক্লবদা মতমহুগী চংনখিবা নৌনা য়ুম্বানবগী চংনবীগী লীপুম্না পুন্দুনা

অরাম্বম চন্দ্রবু লুহোংহনা অহানবা ওইনা য়ুম্বান' পুন্সিদা

লৈখি। অতুনা মহাক, সুংবান অরাম্বা পাম্বা ময়ুমগী য়োইক্লমলোন লম্বাসু (অরাম্বম নিংঙোল/চন্দু, কোম্না কম্বাল তোংলবদা, ঙম্পুং লাম্বাবী" হায়বা মিংথোল পীখি।) গা মশাগী চহি ১৫ চঙলকপা (চহি ১৪ থা ১০), খৃ: ১৭০৫ দা লুহোংহনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা থোঙদাখি। মতমসিদা মৈদিংঙু চাসি পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকী রাজোন নিংথৌ ওইরে অমসুং লুহোংলবসিদগীদি রাজোন তম্পাকয়ুমদা হোংদোক্তুনা মতোমতা মথুম লেপচরে। মসিনা ওল্লকপা চহি, অশাংবম অরোইগী কুম শক ১৬২৮, হিয়াঙৈ থা ১১ নি, লৈপাকপোকপা (খৃ ;১৭০৬, নবেম্বর অরোয়বা থাথায়) সুমিত্তা মহাকী অহানবা মচাইবেম্মা শীজ অহন পোকখি *২১।

মৈদিংঙু চা ময়াম্বাসি মপাইবুংঙো মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা উরিষ্যাগী ভুবনেশ্বর, পুরীগী সেন্ত গঙ্গাতুলশী ঘাটতগী নৌনা খুম্নোক-

শাক্ত দক্ষিন্যচারী ধর্ম্ম শথাদা লাইমিং লৌবা

খুনহোংলকপা ব্রাহ্মন রায় বনমালী আচায্যদগী হিন্দু ক্ষেত্রি বর্ন'শিংনা পাম্নবা শাক্ত ধর্ম্ম *২২ দক্ষিন্যচারী *২৩ সম্প্রদায়দা মোইরাং কোংয়াম্বগী কুম শক ১৬২৬, শজিবু থা ৫ নি, য়ুমশকৈশ চুমিং (খৃ: ১৭০৪, এপ্রিল) তা লাইমিং লৌবসিদা *২৪ গুরুজীগী মচানুপা রায় জগন্নাথ

ঠাকুরদগী শাক্ত ধর্মদা লাইমিং লৌখি *২৫। অমুম্না ধর্মগী লমদাং-সিদা হিরো ৱোর্সিপ ( Hero worship )কী মমি তাখি।

নিংথেম ময়াম্বনা তম্পাকয়ুমদা লৈরিবৈসিদা মহাকী মমাতোন মৈতৈ লৈমা থাঙজমচম্থ থাবাওম্বীনা মহাকী মচাম্নুপা অহন সনা খম্নাং পামশাবা বামোন মনিগী কুম শক ১৬২৯, লাংবন থা, ১৬ নি পানবা নিংথৌকাবা (খৃ: ১৭০৭, সেপ:-ওক্তো:) দা পোকখি *২৬। অদুগা অতৈ লৈমা নিংথৌকোন্দা পোকখিবা মৈদিংঙুচাশিং অতৈদি মপোকী চহি-থানচিংবা পীদ্রে! মথোয়না লৈমাকোন্দা লৈরগা মনাউ ইবুংঙো লোইয়ম্বসিদি পোকমিন্নবা ময়াম্বা অহন ৱাঙ্গোন নিংথৌনা কোন্দুনা তম্পাকয়ুমদা লৈরমগনি হায়না থাজজে। নিংথেম লোইয়ম্বসি মতমসিদা মশাগী চহি ১২ চঙলক্লবনি। অদুবু অঙাং ওইনা অদুম লৈরি অদুগা মচন ইবেম্মা চকপা মথাও ভম্বীদি মপা ইবুংঙোনা খৃ: ১৭০৩ দা অৱা নিংথৌদা থাজখিদুনা মমাং চহিদা অৱা লৈপাক্তা ওংশ্রবনি *২৭। মবমশিংসিনা মৈদিংঙুচা ময়াম্বাবু মশা কোমথোকহনবা পীদুনা লৈপাক নিংথৌগী থৌগায়-থৌদাংশিংদা গুরুং থিংজিনহল্লম্বা য়াই। অদুগা মহাকসি তমপাকয়ুমদা হেক লৈরকপদগী মপাইবুংঙোনা শা তানবা শামু ফাবনচিংবা *২৮ চৎপদা তুং ইন্দুনা থৌগল চৎলম্বা য়াই। মরমদি মতমসিদা নিংথৌ খুবম ফংহৌগদৌরিবা অমসুং খর চাওরবা মপুঙ-মরৈ ফারবা মৈদিংঙুগী মচা ইবুংঙো হায়বদু মহাক মতোমতনি।

লৈঙাক থৌগায় শরুক য়াবা

চহি কুমওনগী ওইবা চৎলক্লিবা থুম্নাইলোনগী থবক থৌদোকশিংমসু মৈদিংঙুচাদি শরুক য়ারে হায়বসি মহাকী মচা ইবেম্মা শীজ অহন পোকপা মতমসিদগী শোয়দনা তোরে হায়বগী মমি তারে। মতম

**খুম্নাই থৌদোক-থৌরম পরেং শরুক য়াবা**

কুমচৎকী থোক্লক্লিবা অমসুং মীওইবগী পুন্সি থৌরম পরেংগী পাংথোক্লিবা উক্রোং য়ুংবা/হোঙবা, কাই খিনবা, লাইশঙ শঙ্গাব নচিংবা *২৯ থৌপাং-থৌদৌগী-থৌদোক য়াথোক্তা শরুক নীংথিনা য়ারে। অমুম্না নোংমা-নোংমগী মাঙলোমদা চঙশিল্লক্লিবা পুন্সিগী ঈচেল্লসিদা মকম-মরাং, মওং-মতৌনচিংবা ঈখঙ খঙহৌদনা মপা ইবুংঙো তুবী চরাইরোংবা থৌক্লাউচম খুনঙমগী কুম শক ১৬৩১, ইঙেল থাগী হৌগৎলকপা মতমসি (খৃ: ১৭০৯, জুলাই লোয়শিল্লকপা) দা সনা হকচাং ঈরকখি। কুমগী মোংজু-মুংশা ওল্লকপগী চাক্কী-ঈশিংগী মমল ওইনা অহানব- মৈদিংঙুগী সনা হকচাং ঈরকপা দদি থোইদোক্না থম্নরমদে। মনাথোক্কী মনাথোক ওইনা লৌনরম্মী। কনাস্পু, কম্নিসু কম্না লৌনরমদে।

## মপাইবুংঙো নোঙ্গাখিবা

মীগী মচীন মেল্লুবা ঙমদে অহুবু মৈবু ফিনা কুম্নদি য়াদে। চুম্না ঙমদেদা হায়রম্বহুনা মপাইবুংঙোসি তোপ-তুনা নাশিনম্রে। কুমগী লাইচৎ

**লাইনা মথল—পুকচৎ-খোঙহাম্বা**

পুকচৎপনা মৈতৈ লৈপাক থুংলবা মতমসিদা লাইনানা মৈদিংঙুগী হকচাং পানম্রে। পুকচৎ-খোঙহাম্বা অসিনা খুল্লক-ইরক্তা নানবদগী হেঞ্জিল্লক্তুনা মৈতৈ কোম্নুং ম্লোশিনম্রে। মৈদিংঙুসি লাইনাসিনা কম্না নাশিল্লক্লে *৩০। তশেংনমক ফমশেন্নদবা য়ারক্রে। মমা শীজ অনিনা শিল্লোন-শিঞ্জিন ফমশেন্নরে। মশাগী ফিবম শোকচিল্লকপসিদা মতোমতা পুন্সি মৈরা মুৎলগনি থঙলকপা ওইনা তৌরে। মচাইবুংঙো মৈদিংঙু ময়াম্ববু কৌশিল্লুনা পুক্লীঙগী অনীং

**অরা লান্দাননবা**

বা শীন্নরমগে খল্লুনা ফমশেন্নরিবশিংগী মরক্তা

পাউমেন্নৱম্বা-পাউশিন্নৱম্বা

মচাইবুংঙোবু কৌশিল্লে *৩১। অনাবা মুংঙাইৱক্লে খঙলবা মৈদিংঙুচান্দ্ মপাইবুংঙো অনা-কমজাও মনাক্তা চঙশিন্দুনা মৈদিংঙুগী য়াথং পাউমেন ঙাইতুনা কৈরকখি। খোঙহাম্বা লাইনা পাদ্দা পুক্চৎপগী মৈচাক কংতুনা পাঙ্গল মমি শাম্লবা মৈদিংঙুনা *৩২ :—

……"লাইরেন ঈপারি ও, লাইরেন নপা মইতেংঙুনা নমাল্লোন চকপা মখাউ ঙম্বীবু থাম্রন মপুঙয়ায়দা কাউজনখিববু সনা কম্বাল থইথরে হায়না তারে। অতুম্বুও মতোমদে লাইরেন ঐগী ঈরোই লোইবীরেন তরাউ খুন্দোন মনিন নাইববু পীৱবতবগী তমকম্বুঙ ঔরা তোঙদোয় নিংথৌবুম্বুঙ থাঙলেন খুৎনা ফংনা য়াম্নগে হায়না কংলা ৱাশক্লবদা চেংলও ঈশক য়েংবম্বুঙ লাইজা ঈগুম ঙাহঐ। খোম্বালথোংবু তননা চুবা ঙাইজা য়েক্লকলে, খ্বাঙ নোংচেং লাউ, খুয়া থমলোন মুনা অনা লাইথোইরকলে। নমাল্লোন চকপা মখাউ ঙম্বীগী তমকপু হয়েং পোইরৈ চাতোম্না ৱাকাউনকরোই …।

ৱাহৈশিংসি তাকপীতুনা পাউমেন্নৱম্নগা ঙাংলম্লিবা ৱাহৈগী খোঞ্জেল নেমথখিবগা লোয়ননা হোল্লম্বা নোংশাম্নু মপান থোকখি। অম্নুম্না মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা, খোইমোম লাইয়িংথৌবু শাইয়োনবনা নিংথেম ময়াম্বগী পলেম মমাতোন অনি, মনাউশিং, মশা মশাগী চহিশিং-১৪, ১০, ৩ অমসুং ১.[1] গী মখা লৈৱিবশিং, মহাক মশামক্ত অমসুং পোইরৈ মৈতৈ পুন্নমকপু হুন্দোক্লমলগা ভাইবং মপুগী খুৎয়া তানখি। অম্নুম্না মৈদিংঙু তুবী মপাইবুংঙো চরাইরোংবা, খৌৱাউচম খুনঙমগী কুমসিদা নোঙ্গাখিবা ইংঙেনগী ৭ নি নোংমাইজীং মুমিৎ (খৃ: ১৭০৯, জুলায়গী লোয়শিন্নকপা থাথায়) তা মশা চহি নৌনা চহি ৩৭ চঙলকপা (চহি৩৬/১/২), কম্বান্দা চহি ১২ (চহি ১১/৩/২৭) শুনা পানবা

হৌগৎসকপা মতমদা মালেম তাইবংপান থাদোকখি *৫৩। তুবী মহনফমদা হন্দুনা লাইরেন মতেকমদা তেশিনখি।

মৈদিংঙুচা ময়াম্বনা মপাইবুংঙো লৈখিদবা মুমিৎসিদগী ঈমুং-মমুং পুবগী থৌদাং মপানা পোকপা মচাম্মুপা অহন্না লৌফম থোকপদু লৌবতা নঙ্গনা পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক ঙাকপগী লৈঙাক রায়োল-থৌদা তৌবগী থৌদাং অদুস্সু লৌখি। লৈখিদ্রবা মৈতৈ নিংথৌগী চৎনবী কয়া পাউতাক্তুনা *৫৪ লৈখিদবগী তৌবা ফৌনবা মথৌ-মঙমশিং পুম্নমক পাংথোক্লবা শীনখি। য়াইবী থরাইনা থাদোক্লম্লবা মপাইবুংঙোগী সনা

মালেম লৈরোন
চনবা. অশিবগী
মথৌ-মঙম তৌখিবা

হকচাংবু পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌগী নোঙ্গাথৌগী "পোইরৈ চৎরা/চৎনবা ( Meitei Custom code )," মতুং ইন্না মৈতৈ লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিং, অকন-অয়াঙশিং, অশৈ অশোন/অশাই-অশম্নচিংবা পুম্নমক শুনা তিন্দুনা মৈতৈ নিংথৌশিংগী মালেম লৈরোন চনফম মংলেন *৫৫ দা নিংথৌ মতীক-মপা চাবা, ভমফম থোকপা পোৎলোই-শমপ্রেৎ, খুদোং-খুদা, খুংগু-খুংলায় পুম্নমক হাপ্তুনা মালেম লৈমগী ফমজাওম্মুংদা য়াতা-হনখি। অদুগা লৈহৌরিবশিংগী ওইনা অমস্মুং লৈখিদ্রবগী য়াইবী থরাই-মিরাংশানগী ওইনা—অতাই ঈরাৎপা, মংথোঙ খিংবা, মুমিৎ ৬ নি লাই-নীং পরৈনদুনা হীরি কোনবা, চুপশা-মোইথেম্বা, লৈভাই-নোংদাইদুনা কোবৌ লনশাবনচিংবা মথৌ-মঙমশিং মথং মথং শুনা পাংথোকখি।

---

An observation—নিংথৌ চরাইরোংবা পুকচৎপা লাইনানা শিখি হাইরে অদুবু মীয়ামগী রাহং অমা চাউনা লৈরে মদুদি State Archaeology না Protect তৌদুনা থম্লিবা Monument খোংনাং হোগাইবী অমদি ভাগ্যচন্দ্রগী মূর্ত্তি অমস্মুং শামুগী লেপফম অনি অসি চরাইরোংবগী শিন্নমদাই পোৎথাফম অমস্মুং থরাই লানফম্নি হায়দুনা মৈতৈ খুদিংগী পুক্লিংদা খঙনরে। মসি মিয়াদ ইরম্বা মুপাদুনা লাননা লমচিংবনি।

# References

* ১—শঙ্গেনবম শ্রীনদিয়া সিংহ : ময়াম্বা গরিবনিৱাজ (ইম্ফাল, ১৯৭১) : লা : অহানবা মসুংগী চেথুম অমসুং লা : ২৫৬।

* ২—লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চৈথারোল কুম্বাবা (ইম্ফাল, ১৯৮৯) (মথংদগী দি লাইরিকসি চৈ : কু : হায়রগা খঙনজরগে) : লা : ৫৫।

* ৩—মথক্তীসিদা : লা : ৫৫।

* ৪—মথক্তীসিদা : লা : ৫৪।

* ৫—শাৎপম য়ুমাকসিগী থুমন ওল্লিবসিগী ৱারি ৱাখোঙ, স্টেট অর্কিওলোজী মনিপুরগী সুপরিন্টেণ্ডেণ্ট, শ্রীশাৎপম ভৈগ্য সিংহগা উন্নবীদুনা ৱারি শাবীৱু।

* ৬- i) কাইবরোন পুয়া থুংঙি,
ii) কোঙেংবম ধন সিংহ : মৈতৈ পুয়া ৱারী মচং (ইম্ফাল,১৯৭৪) : লা :

* ৭—এন : মনিজাও সিংহ : চৗঙদা শাৎপা ইঙেলৈ (ইম্ফাল, ১৯৭০) লা : ১৬৩-৬৪, ফুট নোট।

* ৮—চৈ : কু : লা : ৫৮।

* ৯—মথক্তীসিদা লা : ৫৯।

* ১০—i) শঙ্গাই ফম্মাং, (থুংঙ্গি), ii) খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, অমুবী ১সুং ইবোচৌবা : শাগৈ শলাইরোল :ইম্ফাল, ১৯৮৯, : লা :

* ১১- চৈ : কু : লা : ৭১।

* ১২—খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, অমুবী ১সুং ইবোচৌবা : ম : লাইরিক : লা :

★ ১৩—চৈ : কু : লা : ৬৭।

* ১৪ মথক্তীসিদা, : লা : ৫৫।

* ১৫ মথক্কীসিদা মথংশিংনা : লা : ৫৬ অমসুং ৫৭।

* ১৬—চৈ : কু : লা : ৬৯৩—

কুমশীঙ অসি খ্ৰ: ১৬৯৭ ওইনা পীবি। মতম অসিদদি শকাব্দ অসি তংশংনা চত্রি অমসুং হোত্তোক্কনা পুখোক্রি, শকাব্দ তশেংনা হোত্তোক্কনা চংনরকপা/পানসিনবসি খ্ৰ: ১৭২৮ দগী ওইগনি হায়না থাজনৈ, মরমদি চহিসিগী শকাব্দ পীবদা শক ১৬৫৩ শক্তিবু থাদি থাগুজনা হানএ। পাসোকসু ওইএ" – হায়না পীবিরম্বসিননি। অহুম মথক্কী-শিংসি শকাব্দদা লোয়না পীবিরম্বনা শকাব্দগা খস্টাব্দগা মায়কম থোক-পহুদা হোংচবনি। খুখেত্তদি (খাবানগী) খ্ৰ: ১৬৯৭ ডা মায়রম্বা য়াই।

* ১৭—মথক্কীসিদা : লা : ৬১।

* ১৮—শ্রীভোগেশ্বর : সনামহি লাইকন (ইম্ফাল) ১৯৭২, : লা : ৯৯।

* ১৯ · i) চৈ : কু : লা : ৮৪, ৮৫,

ii) শংজেনবম শ্রীনদিয়াচান্দ সিংহ : ম : লাইরিক : লা : ৯৭।

* ২০ · চৈ : কু : লা : ১৯১

* থাগুফমসিগী ফোটোগ্রাফ মনিপুর য়ুনিভর্সিটি মিয়ুজিয়ম, কাঞ্চি-পুরদা চৈথি।

* ২১—মথক্কীসিদা : লা : ৭০।

* ২২—শক্তি (Sakti) লাংপা/নীংববু শাক্ত ধর্ম্ম কৌই।

B. N. Luniya. Life and Culture in Ancient India (Agra-3, 1988-89) : P. 357—

SAKTI :—The energic female principle was personifide as goddess Devi or goddess par-excellence. It became a source of power. The Devi aspect was manifested as the motivating energy behind many Hindu god-concepts like Brahma, Maheswara (Shiva), Vishnu, etc. If

Sakti or Devi was associated whit Vishnu under the name of Laxmi, she was associated with Shiva under various names and Shiva-Sakti doctrine became popular. Uma, Gauri, Parbti, Annapurna, Lalita, etc. represent the gentle and compassionate aspects, while Chamunda Durga, Kali, Katyayani, Bheiravi, Mahishasuramardini, etc. represent Ugra or Terrific form. In the 5th century, the Maukhari chiedr Anantavarmana installed an image of Bhupati (Shiva) and Devi (Durga) in a cave in the Nagarjuni hill. Some scholars hold the opinion that the rise of Tantric creed in the Gupta period was due to this Devi-worship.

* ২৩—N. N. Bhattacharyga : History of Tantric Religion ( New Delhi, 1987 ) : p.
শক্তিজমসি—(১) দক্ষিন্যচারী ( Rightist ) ·বেদগী রারোল ইনবা, (২) মধ্যচারী ( Middle )·বেদগী রারোল ইনবা-ইন্দবা অমস্তুং (৩) বামচারী ( Leftst ) ·বেদগী রারোল ইন্দবা—হায়না অহুম থোক্লা খাইদোকই।
* ২৪—চৈ : কু : লা : ৬৮।
* ২৫—শ্রীভোগেশ্বর : ম : লাইরিক : লা : ৪৭।
* ২৬—চৈ : কু : লা : ৭১।
* ২৭—i) মথক্কীসিদা : লা : ৬৭
ii) শঞ্জেনবম শ্রীনদিয়াচান্দ সিংহ : ম : লাইরিক : লা :।
* ২৮—চৈ : কু : লা : ৬৯, ৭০: ৭১: অমস্তুং ৭২।

**i নোংথোম্বম থোম্বগী কুম শক ১৬২৭ (খৃঃ ১৭০৫)—**

a) মেরা ২৪ নি লংম জিং—শামু ফাবা চংএ।

**ii) অশাংবম অরোইগী কুম শক ১৬২৮ (খৃঃ ১৭০৬)**

a) ইঙা ২৪ নি থাংজদা কৈ ২ চনএ।

b) ইঙা থাশি শগোনশেন কৈ ১ ফাই।

c) ইঙেন নোংমা পানবা ইরাই হাওতন্দা কৈ ফাই।

d) ২শুবা ইঙেন ১১নি য়ুমশকৈশা কোম্থা ,, ,,।

e) থরান নোংমা শগোনশেন চীঙোম্দা ,, ,,।

f) ,, ২২নি লংমাইজিং লংমাইজিংদা ,, ,,।

g) লাংবন ২৩নি য়ুমশকৈশ ফুমং ,, ,,।

**iii) বামোন মনিগী কুম শক ১৬২৯ (খৃঃ ১৭০৭)**

a) শজিবু নোংমা লংমাইজিং চিংবা য়োং য়াম্না ফাই।

b) লাংবন ২৪নি লৈপাকপোকপা রাংঙুদা শা তানবা।

c) মেরা ১৩নি য়ুমশকৈশ অচানবীকৈ ওকলাবা ৯ ফাই।

**iv) হৈস্নাম অতোনগী কুম শক ১৬৩০ (খৃঃ ১৭০৮)**

a) শজিবু ২৩নি থাংজদা নিংচংরাদা কৈ ফাই।

b) রাকচীং ৪নি নিংথৌকাবদা লংমাইজিং চীংখোঙদা কৈ ফাই।

c) রাকচীং ৯নি ঈরাই খোম্বীদোক কাইরংপোকপী কৈশাল ফাই।

* ২৯—মথক্কীসিদা : লা : শিং মথংশিংনা -৭১, ৭২, ৭২।

* ৩০—i) সমসোক ঙম্বা ( মৈতৈ ময়েক্কী ) খুংয়ি।

ii) মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ : ম : লাইরিক : লা : ৮।

iii) রাহেংবম য়ুমজাও সিংহ : ম : লাইরিক : লা : ৩২ ফুট নোট। শমজোক ঙম্বা খুংয়ি।

* ৩১—i) শমজোক ঙম্বা (খুংয়ি)।

ii) মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ : ম : লাইরিক : লা :

* ৩২—মথক্কীসিদা : লা :

* ৩৩—চৈ : কু : লা : ৭২ ।

* ৩৪—কসা পাউতাকপা হায়বসি তোইবিজম শাগেগী মুপা অমন কোরৌ থরাউচী কৌবা কামত্থনা খোংননবা খেঞ্জেন খোকহন্নবা খুৎলায়দু নিংথৌগী শুমাঙদা কামত্থনা খোংলগা মৈদিংঙু নোঙ্গাখেনচিংবা চীন্না লাউত্থনা থক্কা লৈরিবা, মীওইবগী লাইবক নোংদম্লিবা লাই, লাইয়িংথৌ সনারেন্দা নিংথৌগী পাউদু তাকপনি ।

* ৩৫ —মথক্কীসিদা : লা :

মংলেন : —মৈতৈ নিংথৌগী মালেম লৈরোন চনফম নক্রগা অশি পোৎলোয়কম "মংলেন" অসি হৌজিক হৌজিক অসামগী গভর্নর ৺অকবর হাইভ্তরগী মোংফম-নীংশিং-ফুরা শাত্থনা লৈরিবা মফমসিগী অকোয়বত্থনা লৈরম্মী/ওইরম্মী ।

মসি, মংলেন মংজনফম "নক্রগা মংলেন লুচংফম' নত্তে, লুচংফম/মং-চনফম মংলেনসিদি হৌজিক্কী সিটাডেল, লানবনগী অরাংথংবা লমথৈ, চেকপল থারম্বগী পরেংগী মনুংথংবা চেকপল মনাক্কী পরিংদা "কংলা কম্বাল তোংফম" গী নোংপোক্কা মিটর ৫০ কাথৎলগা হৈবোং পাম্বী হৌ-রিবা মফমত্থগী হৈবোং মখোঙদা মুঙপাক অমা লৈরিবা মফম অত্থদনি ।

# মৈদিংঙু গরিবনিবাজ/ময়াম্বা
# নিংথৌ ওইবগী পুনসি

## পোইরৈ লৈঙাকপা অমা ওইবগী মতম

লাইরেন মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা (খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯) না নোংথৌ কৈরাক কাপ্রবদা মচাইবুংঙো অহন মৈদিংঙুচা নিংথেম ময়াম্বনা মৈতৈ নিংথৌ লৈখিদবা স্থমিং শক ১৬৩১ গী ইঙেন ৭ নি, নোংমাইজীং স্থমিস্তুগী পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক ঙাকপগী থৌদাং লৌখি। মপাইবুংঙোগী নোঙ্গাথৌ পাংথোকপা লোয়খিবগা পোইরৈ লৈঙাকপা অমা ওইনা পাংথোকখিবা লৈঙাক থৌগায়দি - কুম-সিগী ইঙেন ২০ নি পানবা ঈরাই স্থমিং (খৃ: ১৭০৯, আগষ্টকী থাদা) তা শীজ স্নারোকপীগী গুমাঙদা কৈ অমা কাবগী থৌদোক লৈখি * ১।

## নিংথৌ ওইবা (কম্বাল কাবা)

পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ তুবী চরাইরোংবনা খুপপ্রবা মতুং, থা অমগা স্থমিং ১৬ নি শুবা, থোক্লাউজম খুনঙমগী কুম শক ১৬৩১, থরান থাগী ২৩ নি পানবা য়ুমশকৈশ স্থমিং (খৃ: ১৭০৯, সেপ্তেম্বরগী অহানবা থাথায়) তা নিংথেম ময়াম্বনা লৈপাক খুাইগী অয়াবা য়াওনা "মৈদিংঙু ময়াম্বা", (থোংনাং ময়াংঙম্বা) হায়বা মিংথোল লৌহুনা অপুনবা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকী নিংথৌ কম্বাল কাখি * ২। মতমসিদা মৈদিংঙুসি মশাগী চহি ১৮ থা ৬ থক্রা মঙাইরি * ৩।

**কম্বাল কাবা মতমসিদা থম্বীরম্বা-ফংজহৌবশিং**

মৈদিংগু ময়াম্বনা মৈতৈ নিংথৌ ওইনা কম্বাল কাবা মতমসিদা লৈঙাকলোনগী ওইনা মপাইবুংঙোনা থম্বীরম্বা মৈদিংগুসিনা ফংজহৌবা অমসুং পোইরে লৈপাক্ মীয়াম্না থুংশিনখিবা লৈপাকী ওইবা লন-থুমশিংদি :—

১) লৈপাক অমসুং লৈপাক্কী ওমথৈ—

ক) অরাংলোমদা—মকেং থাঙ্গার্ল (ময়াংখাঙ) থুনগী ওমথৈ লোয়বা কাওবগী লমদমশিং, * ৪।

খ) নোংপোকলোমদা—অরা লৈপাক্কা তাইনবা, চীঙগী খুজংশিং—পুঙপুন, কামু, চিরাং, খারোয়, তাঁওয়ীংশা-খুঙক, খুনখা, মক কোঙ্গোং অমসুং তরাউ খুন্দোন-হায়রিবশিংসিগী নোংচুপকী লমথৈ কাওবগী লমদমশিং, * ৫।

গ) খারোমদা —য়েনহাং/য়েল্লাং (হৌজিকী লমকা/চুড়াচান্দপুর) গী অরাংগী ওমথৈ অমসুং তখেন/ত্রিপুরা, নিংথৌ পানবা লৈপাক্কী অরাংনোংপোক্কী ওমথৈগী লমদমশিংদা হৌজিকী লৈমতাক তুরেলগী তমপাক মচাগী লমথৈ লোয়বা কাওবগী লমদমশিং * ৬ অমসুং

ঘ) নোংচুপলোমদা —কাখী/ঘাটি হিরানকমগী কাই/খাই তুরেল (বরাক তুরেল) গী নোংপোকথংবা ষোরবারগী লমদম পরেংশিং * ৭ গী—মখুংসু লৈরিবা মৈতৈ লৈপাক; অসিনি

২) লৈরম্বা লৈপাক্কী থবক্ক পুবা কম্নাইরশিং *৮

১) য়োয়রেনহনবা, ২) মাইরহনবা, ৩) পুখ্রনবা, ৪) নোংথোনবা, ৫) কৈরংহনবা (কোয়ুং মগুংগী), ৬) শেপ্পুংবা (কোয়ুং মগুংগী) ৭) অশৈবহনবা, ৮) থাঙতহনবা, ৯) খুৎকৈবা হনবা, ১০) হিপারু

হনবা, ১১) কোনশাবহনবা, ১২) থাঙশাহনবা, ১৩) চুমাঙহনবা, ১৪) কৈক্রমহনবা, ১৫) শীম্লাইবা হল্লবা, ১৬) নাকপক হল্লবা, ১৭) নাক্পক লাকপা. ১৮) ঈরাংলাংবা, ১৯) ফিরাঙলোই, হল্লবা, ২০) অহল্লুপ শঙলেন লাকপা, ২১) নহারুপ শঙলেন লাকপা, ২২) চোঙ-খানবা হল্লবা, ২৩) লৈচোললাকপা, ২৪) শগোলথেনবা হল্লবা, ২৫) হুইত্রোনহনবা, ২৬) ফিশাবহনবা, ২৭) নাইথুরাকপা, ২৮) নাইকরাকপা ২৯) রাংথৈরাকপা, ৩০) য়াম্বুলাকপা, ৩১) খুইরাকপা, ৩২) খু-রাইরাকপা, ৩৩) শামুহল্লবা, ৩৪) অচানবা, ৩৫) অচানবী, ৩৬) হুইরোই হল্লবা ৩৭) দোলাইরোই হল্লবা, ৩৮) লাইরিকয়েংবা হল্লবা, ৩৯) ক্ষেত্রিহল্লবা, ৪০) লমলৈরাকপা, ৪১) পাচাহনবা, ৪২) অনম-শঙ হল্লবা, অমসুং কমদো-কমলুপ ৪২ অসিগী লুপলাকথম/হিদাকথম কমলুপ ৪২ অসিশিং :

৩) নিঙথৌ লল্লবা শঙলেনশিং অমসুং লোইশঙশিং *৯

১) ওক্রেনশঙ, ২) কৈক্রেনশঙ, ৩) শীম্লাইশঙ, ৪) নাকপক হল্লবা শঙ, ৫) নাকপকলাকপা শঙ, ৬) ঈরাংলাংবা শঙ, ৭) শগো-লশঙ, ৮) ফিশাশঙ, ৯) নাইথুশঙ, ১০) নাইকাশঙ, ১১) শামুশঙ, ১২) অচানবশঙ, ১৩) অচানবীশঙ, ১৪) অহল্লুপ শঙলেন, ১৫) নহারুপ শঙলেন, ১৬) দোলাইরোইশঙ, ১৭) লাইরিকয়েংবশঙ, ১৮) অনমশঙ, ১৯) পাঙল লোইশঙ, ২০) অচানবীশঙ, ২১) পা-চাহনবাশঙ, অসিনচিংবা।

৪) লৈঙাকলোনগী লৈয়াংশিং * ১০

১) অহল্লুপ, ২) নহারুপ, ৩) লোই খুনশিং, ৪) ময়াই খুনশিং অমসুং ৫) কৈ/কই খুনশিং :

## ৫) লাম্লুপ কাবগী লুপশিং * ১১

১) লুপলেন (অঙোমগী), ২) খৌচা (লংমাই/নোংমাইগী). ৩) কোংচা (অকোং/কোংবমগী, কোংবা তুরেনগী তোব্বন্দা তাবশিংগী), ৪) খাইচা (খ্‌ৱাই/অহল্লুপকী), ৫) চিংচা (থাঙমই/থাঙৱাই/থাঙমৈগী) অমসুং ৬) লুপখুবা (খুরায়গী)— তরুক অসিনি।

## ৬) কংলৈ লৈৱাৎ লৈকোক-লৈকায়

১) খ্‌ৱাই, ২) য়াইস্কুল, ৩) খুরায় অমসুং ৪) ৱাংখৈ।

থম্বীরমলিবশিং অসিদা য়ুক্তম ওইরগা মনিপুর ইতিহাসকী ময়ায় ওইবা মতমগী অনৌবা মৈতৈ লৈপাক অমা শেমগৎ শাগৎলকদৌরিবনি। শামু মরানা থিন্দোক্রক্রুবদা মজে থেঙনা য়ৈশিনবা য়াদে হায়বা পাউরৌদুনি।

## নিংথৌগী কংলা-ফম্বাল তোংবা

মৈদিংঙু ময়াম্বনা হাননা মৈত্রবাক্তী লৈঙাকপা অমা ওইত্রিভৈদগী হৌনা লৈঙাকলোনগী লম্বীদা খোঙদাবা হৌরবসু তশেংনমক লৈঙাকখুনঙাকলোনগী লৈপাক-ৱায়েল থৌদাগী-থৌগায় থৌদাং নাইনা চপ চানা থবক পায়বা হৌখিবদি নিংথৌ ফম্বাল কাবা (নিংথৌ ওইবা, খৃঃ ১৭০৯) খুমিং অসিদগীনি। অতুবু নিংথৌ ওইরবদদি মহাকী লৈপাক মীয়ামদা নঙনা য়ুমথংনবদা লৈরিবা লৈপাকশিং, মখা থাবা অমসুং ঙাই শেন ওইমবা লৈপাকশিং অমদি লৈঙাকলোন্দা মরী শম্নরুবা লৈপাকশিংগা শকথঙ- মায়থঙনবা অমসুং মখোয়গী য়ানিংবা য়ানিংদবগী মওং মতৌ থঙদোকপা চঙই। অদুগা মশাগী লৈপাক মীয়ামসু শেনহনবা য়াহনবসু চঙই। মরম অসিনা নিংথৌ ওইবগী অৱেপ্পা মতৌ অমা লেপ্পনবা মৈতৈ নিংথৌশিংনা কংলা ফম্বাল তোংব, (ফম্বাল তো ব'দমক হায়রগসু থঙৈ-), হায়বা হৱাও-কুম্মৈ থবক অসি লাইনিংলোনগা মরী লৈননা মৈতৈ লৈপাকপু ঙাক্রিবা লাইয়িংথৌগী মকমদগী অয়াবা চানবীবা নীজবা, মতম

কুইনা নিংথৌ শুইজবা ওমজনবা অমসুং লৈমা নিংথৌগী পুক্নি লোংশাংনবা/ তোল্লোয়না চওজবা নীজবগী থৌরমশিংগা লোয়ননা পাংথোক্লে। মসিদগী থৌবম মথং মথং হাপকৎনরকপা, কুম্মৈ-হরাও মশীঙ হেনগৎলকপা, ফিজৈৎ-লৈজেং ফিদাম্ন-রকপা অসিনচিংবা মানা মানা পাম্নবা হাপ-কৎনরকপা অহুদি নিংথৌ, নিংথৌ অহুগী অপাম্বগী মতুং ইন্নবা ওাক্তনি।

কংলা ফম্বাল তোংবগী মরমদা

মৈতৈ নিংথৌনা কংলা ফম্বাল তোংবগী চওত্রবা য়াত্রবা, মশাগী অতাবী ওইববা অমদি মৈতৈ লৈমা হায়বদি ফম্বাল তোংগদৌ-রিবা নিংথৌ অহুগী তাল্লোয়নি। মখোয় অনি পুম্না ফম্বাল, ফম্বাক্তা ফম্মিম্নগদবনি। অহুদা নিংথৌহুগী ফম্বাল মতম খণ্ডব, ওয়ৈ হায়না মৈতৈ-শিংনা চেংনা থাজনৈ। মৈদিংগু ময়াম্বনা খৃ: ১৭১৩ চওলকপা মতমদগী কংলা ফম্বাল তোংনবা থৌরাং তৌবা হৌথি। ফাম্বাল তোংকম লৈরিবা কংলাগী শণ্ডলেন-শাগৎনবা তৌখ্রে অমসুং লোয়খ্রে *১২। মতমসিদা মৈদিংগুশিগী তাল্লোয় অহুম্নি।

কংলা ফম্বাল তোংনবা থৌরাং

অহুম অসি নহা-অহন খায়না মাগী-মাগী লৈমফম পীখ্রে। মখোয়গী মমুংদা খৃাইদগী অহন ওইরিবী য়োইরুমলোন ফম্বাম্ন অরাম্বীবু লৈমরেন, খয়োইরোন হাওবীবু অপানবী অমসুং খয়োইরোন ওাংবীবু লৈমথুবীগী লৈমফম ফমথোন হাপখ্রে। ফমথোন হাপখিবা লোয়ননা মৈদিংগু ময়াম্বনা লৈমরেন য়োয়রুমলোনগা লোয়ননা অপাম্বী অমসুং লৈমথুবী য়োইবু লৈমা অনিনা ফম্বাল থৌগল তৌদুনা কংলা ফম্বাল তোংখি (ফম্বাল তোংবসিগী মুমিং থানচিংবদি পীবীরমত্রে)। লৈমা অমসুং ফম্বাল তোংবা নিংথৌ অনিনা ফম্বাল লাংকিউদা

লৈমশিংগী ফমথোন

ফম্বাল মিংহুনশিং অমসুং ফম্বাল তোংবা

মৈতৈ য়োয়রেনহনবনা ফম্বাল মিংছুনশিং কৎখি। মৈদিংঙুগী ফম্বাল মিংছুন কৎপদি *১৩:—

নয়ু খোইমোম লায়িংথৌ থোংনা লিশিং চাইবা মশানওনবু য়োইবু মৈতৈলৈমা থংদা নোংবাললোন লোইবী ? থংবা ওম্বীনা ... ... থমমুং। ংদা তোংচেং কুহি চল্লববু খোইমোম মশানওনগী পলেম পীবুক-মুংগী থাঙলেন হায়ববু কোরৌ নোংবু ওান, মালেম লৈরোন ফাওনা চোংথংখিয়ে। অদুনোংগীবু মৈদিংঙু মচা পামহৈবা থোংনাং লিশিং চায়ব-ও তৌনা কৌয়ে। নয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ মৈদিংঙু মচা পামহৈবা সনা মমিংলেনবু তাংনা শমনা মিংথোংফবা-মৈদিংঙু নোংপোক রাইরং পামহৈবা-ও তৌনা কৌএ।

লৈমরেন য়োইরুমলোন লম্বাম্নু অরুম্বী ফম্বাল মিংছুন কৎখিবদি :— পোইরৈ মৈতৈ লৈমা লোইবী তাপুঙ/তপুঙ/তবুং লাম্বনী— হায়বসিনি।

অপানবী খয়োইরোন হাওবী, হাওবম চমুগী ফম্বাল মিংছুন কৎখিব-দি —পোইরৈ মৈতৈলৈমা খয়োইরোন হাওবম চমু ময়াংওম্বী — হায়বসিনি।

লৈমথুবী খয়োইরোন ঙাংবী, ঙাংবম চমুগী ফম্বাল মিংছুন কৎখিবদি :—পোইরৈ মৈতৈ লৈমা খয়োইরোন ঙাংবম চমু পাঙ্গা কৈথেল থানবী— হায়বসিনি।

মুংঙাইরবা হৱাও-কুম্মৈশিংগা লোয়ননা খোরম অসি মপুঙ ফানা পাঙথোকখি। অদুগা পুকচেল ফজরবা মৈদিংঙুসিনা মনাউ ইবুংঙোশিংগী ফম-থোন থিম্মোকখিবদি — মনাউ ইবুংঙো লোয়ম্বা য়াইমদা রাঙ্গোন নিংথৌ, সনা খমপাম্বাদা য়াইস্কুল লাকপা, *১৪

মনাউ ইবুংঙোশিংগী ফমথোনশিং

মনাউ ইবুংঙো খমলাং পামশাবদা রাংথৈরাকপা *১৫ অমসুং মনাউ ইবুংঙো মুংয়াম্বা খুরায়রাকপা *১৬ অসিশিংসিনি। অদুবু অহানবগী অসিদি অইবা রারোল ওইনা থেংনজবদি

লৈব্রি। চীনবুঙগী পাউ ওইনা তৌই মসি মনাক্তই ইবুংঙোসিনা চহিসিগী মমুংদা, ঙাংলোম/ঙাঙোম চাওবগী কুম শক ১৬৩৫ গী কালেন থা ১৮ নি ঈরাই হুমিং (খৃঃ ১৭১৩, মে-জুন) তা নোঙাখিবসি *১৭ না মরম ওইরমগদ্রা খল্লে। মৈদিংঙুচাসি মশাগী চহি ১৭ থা ৬ হুমিং হুমনি খল্লে।

ফম্বাল লান * ১৮

'ফম্বাল লান' হায়বসি চৌফিকী অনৌবা লোম্বাদা হাম্বুদি নিংথৌফগী মতৌক-মথৌনা চাংবুং তৌবা, নিংথৌ ওইবা মতৌক চারব্রা/ চাদব্রা য়েংবা অমসুং মমিং-মিংচং হেনগৎহন্নবা পাংথোকপা, হরাওতয়াম অমসুং কুম্মৈ-হরাওগী ওইবা লাল্লি। লান অসি, মৈদিংঙু পামহৈবনা ফম্বাল তোংলবা মতুংদা চৎপা মাল্লি *১৯। মৈদিংঙুসিনা ঙাংঙোম চাওবগী কুম শক ১৬৩৫ গী শাজীবু ২৬ নি পানবা ঈরাই হুমিং (খৃঃ ১৭১৩, মেগী অহানবা থাখায়) লান অসি, য়ীস্কাল/ইস্কাল কংলৈগী থা (থা-নোংপোক ওইরপ) মায়কৈরোমদা

| | |
|---|---|
| সাচুঙ/শচুঙ চীঙমী থুন | লৈবা থারম চীঙমী কাংলুপকী মচেৎ অমনা থুম্লিংবা সাচুঙ/শচুঙ *২০ হায়না খঙনবা চীঙমী থুন অচুদা চংখিরম্মী। |

হায়রিবা লান অসি মৈতৈগীদি চৎনবীনা পুন্নবা নিংথৌগী মতীক-ময়াই, মপাঙ্গল-মথৌনা অমসুং মরিংজেন-মরৌশিংগী মশক লেপ্পবা, তাকবা অমসুং খঙহন্নবা লানদাবনি। অচুগা লোয়ননা মখা থাবা নত্রগা য়ুমথং-কৈথংনরিবা থুম্লাকপশিং, য়ুমলোন্নবা নিংথৌশিং অমসুং মথোয়গী লানচিংলানকোক থৎবা অথৌবশিংদা কন-থৌবগী পাউ শন্দোকবা লান্দা লাম্থেংনরিবনি। অসিগুম্বা ফম্বাল লান অসি নিংথৌ মশামক নত্রগা মহাকী থৌগায়-থৌদাং পুবা ঙম্নবা, মহাক্কা তৌবগুম্বগী মপাঙ্গল পুন্নমক শিন্নরবা মীশক্কা নিংথৌগী মচুৎ শিন্দুনা, নিংথৌগী মিংদা লানসি

চৎলি *২১। মৈদিংঙু পামহৈবগী কম্বাল লান অসি মৈদিংঙু মশামক্তা চংখিরম্মী।

শচুঙ থুনগী লানকমসি মৈদিংঙুনা হিদা খোঙ লেংলম্মী *২২। থুনহু য়োম্নগা থারম চীঙমীশিংহুনা থুনগী পম্বোঙ লোনশিল্লগা লানগী-মমক্তা শেম-শাহুনা লৈবগী ঈ-পাউ মৈদিংঙুস্থ তারম্মী। অদুবু মৈতৈ

লানগী লাম্লোং অমস্নুং অহিংগী লানহৌ

লাণ্মীশিংনা থুন্দু কোয়শিল্লগা পম্বোঙ য়ান-থায়দুনা/থুদেক্তুনা লান তাশিল্লগা থারম চীঙমীশিংদুগা মায়য়োক্নমা লাম্থেংনরম্মী। মায়য়োক্লবা লানকমসিদা শচুঙ থুনগী নিংথৌ সেনকুপলেন অথৌববু হাত্তুনা থুন অসি মৈতৈনা লোই চল্লম্মী *২৩। লানকম অসি মৈতৈ ঙম্লে, মথোয়গী থুল্লাকপ। হাংথ্রে অমস্নুং থুন্দু লোই চল্লে হায়না অচম্বা খোঙমী-লাম্মী শিংনা লৌনরিবদু লানক্রিংলেন অমগী মমিং ওইনা পল্লিবা মৈদিংঙু পামহৈবদি লৌরমদে। অদুনা চেকশিনবগী শাক্তেন মহাক্না থক থাদোক্লমদে মরমদি মহাক্কী লানগী মমিং অদুদা মথা তাবা লানগী শাম্মি-লানমি উরম্মী। শাদা হৈবা মীনা থক শাপ্রেম্নদে, লান্দা হৈবা মীনা থক লানপ্রেম্নদে। অদুনা অমুক হন্না লানহৌরকপা ওমদনবা থুক্তীন-থৌরাং তৌবা তাবনা মৈদিংঙু পামহৈবনা মৈতৈ লাণ্মীশিংগা লোয়নন। থুন অদুদা অহিং মাম্লেক্তুনা চেকশিন .থৌরাং লৌখংলম্মী। হায়রিবৈমক্তদা, 'হন্নাহে', হান্নবহুমি। মায়য়োক্লবা লানকমনা মপুরোয়বু মীহাৎ থীনা হাংখিবা অদুগী লমন থুম্নবা অশাওবনা মীকি-লাইকিত্রবী শচুঙ থুল্লাকপী লৈমা

অহিং লানহৌগী লুচিংবা অথৌবশিং

লৈসোক লৈয়োমমু কোবীগী লুচিং মথাদা মৈতৈনা মথুন লোই চল্লিবদু থিংনবা অমস্নুং মথোয় থুল্লাকপা হাংখিবগী মং-শা তাম্নবা অহিংদুমক্তা থারমশিংনা লামহৌরক্তুনা মৈতৈগী তেক্লোন লানবন্দা লাক্কাৎরকখি। লৈমা লৈসোক লৈয়োক্তবু

শোগংলিবা চীঙমী অথৌবশিংদি—১। শচুঙ লৈমসিগী মপ্‌া খোঙকন নাশিনবা, ২। লালোনফাই কৌবা চীঙমী খুন্দগী খুন্দুদা পললম্বা. লৌসেন চীঙমী খুন্দা চংকদবগী লাকপা ওমপু অমস্তুং ৩। পোংলান কৌবা ফু/চফু শাবা চীঙমী খুন্দগী লৌসেন চীঙমী খুন্দা চংননবগীদমক্তা খুনথুদা ফাইরম্বা য়ীমপীলেং —হায়রিবা শচুঙদা মতেংস্তু থাক্তনা পীরিবা অহুমসিনি * ২৪ মখোয়গী লানহৌসিদা মৈদিংঙ্‌না অহিংথুদা চীঙগী নাপোম/থাঙচেন অমদা মৈতৈ লাণ্মীগা লোয়ননা তাম্নথুনা লাম্থেংনরগা অথৌবা অহুমসিগা থাঙ হাইন-য়াম্নথুনা মায়থীবা পীরগা ফাথুনা মঙক কক্ত্‌না হাংখি।

**শচুঙ ঙম্বা মিংথোল**

খুদোংথীরবা অহিংগী লান অসি মায় পাক্লথুনা শাকরক্লবা অমস্তুং নোংস্তু ঙাল্লক্ত্‌না নে তারক্লবা মতমসিদা মৈতৈ লাম্মীশিং নোংশা শ্বর হোন্দোক্লরে। খুদোংথীবগী মমি উদ্রবসিদদি হরাও-তোয়াম্নরক্লে। লাইরেন মৈদিংঙ্‌ পামহৈবদা শচুঙ লানফমসি ঙম্বসিদা কম্বাল লানঙম মিংথোল মিংথুন— লাইরেন মৈদিংঙ্‌ খোংনাং ময়াং-ঙম্বা/ময়াম্বা, হেম্বা উরাংপোক্তা খোদোংবা, লৌশেন অতোনবা ময়ুম্নক্তা তেনশীঙবা লোইবী শচুঙঙম্বা থুয়েন শেনকুপলেন ফাবা *২৫ —হায়না মিংথুনকত্ত্‌না —শচুঙঙম্ব. হায়বা মিংথোলসিমস্তু মৈদিংঙ্‌গী মিংলেন লৈতেং ওইখি। মসিগী মতুংদদি মৈদিংঙ্‌না মৈতৈ লাণ্মীগা লোয়ননা অমুক মৈতৈ কোম্বং কংলাদা হল্লকখি।

## লৈঙাকলোমগী ওইবা পুনসি

মৈতৈগী মবুংঙো খোংনাং ময়াম্বা, নোংপোক ফাইরং পামহৈবা, লোইবী শচুঙ ঙম্বনা লৈঙাকলোনগী পুন্সিদা খোঙদারকপসি মশাগী চহি ১৮ থা ৬ তনী হৌরক্লবনি। মহাক, মৈতৈ লৈপাকী লৈঙাকপা অমা

ওইনা থা ১ গা মুমিৎ ১৬ নি, *২৬ দা মপাইমুংঙোনা থম্বীরম্বা, কংকম খোকপা নিংথৌ ক্যম্বালগী মিংথৌ ওইনা চহি ৩ গা থা ৬ লোম *২৭ অমসুং খ্বাইনা য়ানরবা অমদি মীয়াম্না শকথঙ মায়থঙলবা নিংথৌ অমা ওইনা খৃঃ ১৭১৩ দগী লৈঙাক-খুনঙাক্লোনগী, খুম্নাই-খুৎবাক্লোনগী অমসুং শেনবা-খুম্বায়োনগী থোদাং চপ চানা লৌরবা নিংথৌ অমা ওইনা লেপ্লকখি। মহাক্না নিংথৌ অমা ওইনা অমসুং লৈপাককী লৈঙাকলোনগী ওইনা পায়খৎখিবা, লৌখৎখিবা অমসুং থৌরাংখিবা থৌরম-থোদোশিংগী মরুওইবা পরিং-পারেং লৌখৎচরি।

## শাকম-লানফম অমসুং লান্দা-লানচম

মৈদিংঙু নোংপোক রাইরং পামহৈববু মীরৈপাকী নিংথৌশিং অমসুং খুনঙাক-লৈঙাকপশিংনা হেন্দোক-থোইদোরা শকথঙ-মায়থঙলিবসি মহাক্কী শাকম-লানফম অমসুং লান্দা-লানকনগী হিরমসিদনি। মহাক, হিরমসিদদি মৈতৈ লৈপাকসিগী ওইনদি থ্বাই পুম্নমক্কী হেন্না চাওরবা, মাঙজীন থারবা অমসুং খুমাঙ চাওশিল্লবা নিংথৌরেল্লি। অতুগা মহাকসি, মহাকী মতমদুগী অরাং-নোংপোক ভারতকী অমসুং অরাং-নোংচুপ থংবা থানোংপোক এসিয়াগী লমদম অনিগী উন্নকম লমদমদা লৈবা নিংথৌ পানবা লৈপাকশিংগী মসুংদা খ্বাইদগী হেন্না খুৎকন-পাক্কনবা, মথৌনা-মন্নিংজেন লৈবা অমসুং লান্দা লোইচন থোবা নিংথৌরেল অমসুনি *২৮। লান্দা-লানকন্দা মৈদিংঙুসিনা মিংচৎ ফংজিবসিনদি মহাক, মতম পুম্নমক্তা লান অমসুং লানকমগীদমক্তা চেকশিন-শাজেন তৌতুনা লৈ-হায়বসি মথা তানা থঙহল্লকই। মতু, মহাকী ফম্বাল লানগী (মথক্তা পঙখিবা রারোল) থোদোক অতুনসু খুদম ওইরি।

মৈডিংঙু পামহৈবগী শাকম লানফম অমসুং লান্দা-লোইচনবগী থৌ-ওং থৌদৌসি মথল অনি থোক্না থারদোক্তুনা মৈনবা য়াই, মথোরদুদি—

## (১) ফমবাল তোংজ্রিবৈগী লান্দা-লোইচনবা

নিংথৌ অসিনা কংলা ফম্বাল তোংজ্রিবৈ, নিংথৌ ওইবা হেক চহিসিমক্তদগী লান্দা-লোইচনবগী লৈপাক থৌদাংসি পায়খৎপ্রবনি। হায়রিবা চহি, থৌক্লাউজম খুনঙমগী কুম শক ১৬৩১ (খৃঃ ১৭০৯) অসিদা খাইদগী ঈশান হান্না নিংথৌসিগী মিংদা লান্দাখিবা চীঙমী খুন্দি খুংলাইনি। চহিসিগী হিয়াঙ্গৈ ৪ নি লৈপাকপোকপা (নবেম্বর ২বা থাখায়) মুমিত্তা মৈতৈগী লাম্জিংলেন হাওবমচা অকোঙ শেল্লুংবনা ওইহুনা মৈতৈ লাণ্মী পুরগা লান্দাখি। লানফমসি মৈতৈনা ওন্নক্তুনা লানফা ২০ থক ফারকখি *২৯। অহুগা মৈতৈ লাণ্মীশিং, থা অসিগী ১২ নি শগোনশেন্দা মৈতৈকংলৈদা থুংলখি।

খুংলাইখুন খৃঃ ১৭০৯

থৌদাম খোংজোম্বগী কুম শক ১৬৩২, লাংবন থাগী অহানবা থাখায় (খৃঃ ১৭১০, সেপ্তেঃ ২ বা থাখায়) দা হাওবমচা অকোঙ শেল্লুংবনা লাম্জিংলেন ওইনা মৈতৈ লাণ্মী পুহুনা ওকলু চীঙমী খুন্দা লান্দাখি *৩০। লানফমসিদা মৈতৈনা মায় পাক্লকপগী মমি উবা ফংদে। হায়রিবা চহিসিগী মেরা থাগী ৯ নি পানবা শগোনশেন (খৃঃ ১৭১০, ওক্তোঃ ২বা থাখায়) লৌরেম্বা শেল্লুংবনা লাম্জিংলেন ওইহুনা নহারুপ পানাগী লাম্মীশিং মুঙখন মশেন কৌবা চীঙমী খুন্দা-লান্দখি *৩১। মুঙখন মশেনগী লান অসি মৈতৈনা লান ওন্নকখি অমসুং মশেন খুনগী লানফা ১৬ কারপা পুরক্তুনা মৈতৈ লাম্মীশিং ইম্ফাল কংলৈদা থাসিগী ২১ নি থাঙজদা থুংলখি।

ওকলু খুন খৃঃ ১৭১০

মুঙখন মশেন খুন, খৃঃ ১৭১০

অথাম ঙাইখোম্বগী কুম শক ১৬৩৪ গী ইঙেন থাগী ২৮ নি পানবা নোংমাইজিং (খৃঃ ১৭১২, আগষ্টকী ১বা থাখায়) দা হাওবম অকোঙ

শেন্নুংবনা লাজিংলেন ওইদুনা তোকপা খুন কৌব্রা চীঙমী খুন্দা মৈতৈ লাণ্মীনা লান্দাখি। লান অসিদা তোকপা খুনগী খুনয়ায়গী য়ুমশিং ভুম্না মৈ থাখি *৩২। লানফমসি ওম্নদুনা মৈতৈ লাণ্মীশিং হয়াও-তয়াম্না থো-রা শাদনা হল্লকখি। অদুবু লম্বী লমথাঙদা নোংফৌ খুম্নৌ অমস্নুং থোনম্বা খুনগী চীঙমী লাণ্মীশিং পুম্না লৌতুনরগা লাল্ল্মদুনা লৈরমখি। মখোয়না খঙহৌদনা মৈতৈ লাণ্মীগী মথক্তা লাম্নারকখি। মৈতৈশিংসু অকিং-অকাই ওইনা লান্থেংনখি। অদুবু লানফমদুদা মৈতৈ-লাণ্মী য়াম্না শিখি অমস্নুং অশোক-অপন নংখি। অহল-লুপ পানাগী চিংখ্রাম কিয়াম্বা, হাওদৈজম খোম্মা, খোইদোংবম চাওবনচিংবা মী ১৯ শিখি *৩৩। মমিং পল্লিবা অথৌবা অহুম অসি, মৈথা য়াঙনা —তেন কম্না, থাঙ হাইবা, তা-খৌশা— অকনবা-অয়াংব-শিংগী মশিঙদা শীঙথাদুনা অকন-অথৌগী উৎফম থোকপা ঈকাই খুম্নবা উৎপগা লোয়-ননা মালেম লৈরোন চনখি *৩৪। অদুগা মখোয়বু মরৈপাকীদমক্তা থরাই কৎপ্রবশিংগী মরক্তা চনহন্দুনা মমিং-মথা ইশিন-খোৎচিনখি। অদুগা অতৈ লেমহৌরিবা লান্দা শিখিবা মী ১৬ অদুবুনা লৈপাকীদমক্তা লান্দা থরাই থাখিবগীদমক্তা নিংথৌনা তৌকম থোকপা মথৌ ওইনা অরাবদা শকক য়াদুনা অশি-পোৎলোয়বগী থৌদাং লৌবীখি *৩৫। অস্নুম্না লৈঙাক্লোনগী থৌশিল মথাদা লাণ্মীশিংগী পুক্লিঙ থৌগৎখি।

তোকপা খুন খৃঃ ১৭১২

নোংফৌ খুম্নৌ অমস্নুং থোনম্বা খুন, খৃঃ ১৭১২

থয়াঙলোন চনবা

নিংথেম্মা পোৎলোয়বিবা লাণ্মী ১৬

## ২) কম্বাল তোংলবা মতুংগী লান্দা-লোইচন :—

মৈদিংঙু নোংপোক রাইরং পামহৈবনা খৃঃ ১৭১৩ দা কম্বাল তোংখি অমসুং কম্বাল লান সচুঙ/শচুঙ খারম চীঙমী থুন ঙমখি *৩৬। লানকম অসি নিংথৌসিগী মশামক চৎপা অহানবা লান ওইনা শীঙথানৈ। লানকমসিগী মতুংদা মৈদিংঙুসি শা-লানগী ওইবা থৌদাংদা শা ফাবগী থৌগায় খর নত্তনা অতৈদি পায়থৎপা ঙম্মদে। মরমদি লৈপান-খুনবানলোনগী থাদোকপা য়াদবা থৌদাংশিং, খুদম ওইনা, ঈশিং ঈচাও থোকপগী, মনাও ইবুংঙো লোয়য়ম্বা য়ায়মা শক ১৬৩৫ গী কালেন ১৮ নি ঈরাইদা লৈখিদবগী মথৌ-মঙম * ৩৭ চিংবা তৌবগী, অসিনচিংবা, লৌখৎলিঙৈদা লান্দা-লোইচনবগী থৌদাংসি চহি অমা মখায়রোমগী মতমদদি খুমাঙ চাওশিনবা ঙম্মদে। অহুবু মতমচুগী ওইনা কৈ চনবগী থৌগায়দি তোকপা য়ারমদে।

কম্বাল মতুংদা মৈদিংঙু পামহৈবনা লান্দা-লোইচনবা অমসুং লানকন-লানঙাকপগী থৌদাং অহানবা লৌখৎখিবসি ইরোম কোইজোম্বগী কুম শক ১৬৩৬ (খৃঃ ১৭১৪) তগীনি।

কুমসিগী হিয়াঙ্গৈ ১০ নি শগোলশেন মুমিৎ (নবেম্বর, ২বা থাখায়) তা সল্লাম অপাংনা মৈদিংঙুগী মিংদা লাম্লোয় লান-
কোরৌ নোংঙাপোক
খৃঃ ১৭১৪

জিংলেন ওইদুনা মৈতৈ লাম্নী পুদুনা ইম্ফাল কংলৈগী নোংপোক্রোমদা রাবচীঙ, তোমচীঙ, লমলাইনচিংবা লাম্হোক্রগা লৈবা তাংখুল চীঙমী খুন কোরৌ নোংঙাপোক্তা লান্দানবা খোঙশানখি। লানকমচুদা তরাসু কৌবা অথৌববু হাক্তুনা মায় শাক্রকখি *৩৮। অদুগা অমুক হাওবমচা অকোং শেল্লুংবনা মৈতৈ লাম্নীগী লাজিংলেন ওইদুনা চহিসিগী হিয়াঙ্গৈ থাসিগী ১২ নি শানবা থাংজা মুমিত্তা কংলৈগী খা মায়কৈয়োমদা লৈবা মহৌ কাইবোকচীঙগী মহৌ চীঙমী-খুন্দা লান্দাক্রনবা খোঙশানখি। লানকম-

মহৌ খুন
খৃঃ ১৭১৪

সিদা মরেম চাওবী কাংলুপকী মহৌ ফুরুপসিগী পুটিংবা ডাক্তা *৩৯ কৈয়েংব। অথৌববু হাংলগা অতৈ লানফা ২৮ ফাহুনা লোইচনখি। হায়রিবা মৈতৈ কুমসিগী লমদা থা ২৬ নি পানবা ( খৃঃ ১৭১৫, এপ্রিল ) ঈরাইদা

সুপোংখুন
খৃঃ ১৭১৫

নাওরোইবম মুংরাপ্পনা মৈতৈ লণ্মীগী লাঞ্জিংলেন ওইহুনা সুপোং কৌবা চাওগী খুন্দা লান্দাখি। অহুবু লান অসিদা মৈতৈগী কয়া খুদোং চাদগুম তৌখি *৪০।

চোংথাম লৈশাংগী কুম শক ১৬৩৮-(খৃঃ ১৭১৬-১৭' থরান থা ১৯নি ( August-Sept ) শগোনশেন্দা মঙমহুগী লমহেন্নবা হোংতুং চাওমী (হৌজিক্কী তাংখুল/ম্রু) শিংবু লাকশিন্নবা হাওবমচা অকোংনা লাঞ্জিংলেন

হোংতুংখুন
খৃঃ ১৭১৫

ওইহুনা হোংতুং খুনগী খুনয়াদা লান্নুম্নবা খোঙ-শানখি। লাল্লুমসিদা লান থোক্লহুনা মৈতৈনা হোংতুং চাওমী লানফা ১০ ফারগা হল্লকখি *৪১। অহুবু মহুন। হোংতুং চাওমীশিংবু লাকশিন্নবা ওয়ামদে অমস্তুং মখোয়না মৈতৈ নিংথৌগী মপাঙ্গনবু কোংনা শীংনহুনা লান হৌরকখি। মরমসিনা মৈতৈ কোম্নুংদগী হাওবমচা অকোং শেল্লুংবা অমস্তুং ঙাংবমচা লমলোই কৈরুংবা অনিনা লাঞ্জিংলেন অমস্তুং লাঞ্জিংলেন মথং চিংরা ওইহুনা হোংতুং চাওমীশিংবু লাকশিন্নবা লাংবন থা (Sept-Oct) গী ১২ নি পানবা থাংজদা লাল্লুমহুনা লান্দারুনবা খোঙশানখি। মসিদা মখোয়বু শোগৎলিবা কাংরোং তোমচাওদা খুল্লিংহুনা পানবা মখোয়গী কাংলুপ-ফুরুপকী ল'রোঙ-লাপ্পীশিংগা লান শোক্লখি। লান শোক্লবহুদা মৈতৈনা মখোয়বু মায়থীবা পীহুনা মাকা ৬৮ ফাখি। অহুবু লাম্দি অহুম চথনা থেংনবনা মখোয়না চেনখিবা কম ফাংবা তাম্নখি। অমুমা তাম্নরুকপালিদা কারোং/করাও হাও/চাওমীশিংনা খুল থাদোক্লুনা চংশবা, মী তাম্নবা খুনমন খুনকম য়োৎরুক্কী। মরমসি যৌরক্লবসিদদি হোংতুং

(হন্দুং) তাংখুনশিংদু চেন্নখা থাদোক্তুনা মৈইত্তৈ লাণ্মীগা লেপ্পিনদুনা মায়থা পানবা হৌরক্লম্মী অমসুং মকমদুদা লানিকম ওইদুনা লান শোক্লম্মী। অদুবু লানকমদু মৈতৈনা মায় পাক্লম্মী অমসুং হোংতুংগী লান হৌবশিংগী অরেম্বা শরুক্তগী কাদনা লৈহৌখ্রিবা মখোয়বা লায়োয় ২৮ মক লোয়না কারম্মী *৪২। অফাবা লানকাশিং অদুবু মৈদিংগু নোংপোক রাইরং পামহৈবনা থৌনা কবা অমনা থৌনা কবশিংদা উংফম থোকপা ঈকাই খুম্মদু উত্তুনা অমসুং চংকম থোকপা লমচত্তু চংত্তুনা মখোয়বু মৈহৈগী লামফা ওইবদগী থাদোক্তুনা মনীং-মথা তম্বা মীশক অমমম ওইহল্লম্মী। অদুমসু নত্তনা মখোয় ২৮ সিগা মখোয়গী মমাঙদা ফাখিবা লায়োয় ৬৮ গা পুম্নগা অপুনবদুদগী শিপ্পবশিংনা লৌখোকপ্পগা হিংহৌরিবা মখোয় ৭৬ মকপু অমুক হন্না মখোয়গী মখুলগী খুনকমদা খুন্দাহন্দুনা হুম লেপ্পবা মুমলিংখুল্লিংনবা শেম্মী-শাবিখি। অসুম্না অনৌবা তাংখুল হোংতুংগী খুন অরিবা হায়গী হোংতুং খুনকমদা অমুক লিংখত্তুনা পালহনখি *৪৩।

হায়রিবা চহি, চোংথাম লৈশাংখী কুম (শক ১৬৩৮, বাঙ্গঃ ১০৭৮, খৃঃ ১৭১৬-১৭) অসিদা অরা *৪৪ নিংথৌ টানিন গান-হ্বে (Tanin-gan-Hwe), মৈতৈনা অরা তোংদোই নিংথৌ নত্তগা চেকোক্ত লৈমায়বা কৌবনা "শগোল হঞ্জন কৈনা চাব" মী লাং থাক্লকখি। হায়রিবা চহিসিগী রাকচৌঙ থাগী ১০ নি পানবা (খৃঃ ১৭১৭, জনুয়ারী-ফেব্রুয়ারী) মুমশকৈশা লুমিত্তা মহাকী পাউ পুবা লাইবার কুহৌ নমসোক *৪৫ কী লুচিংবা ৬ না অরাগী মীওই ১৫৬ কা লোয়ননা মৈতৈ নিংথৌ রাজা/ পামহৈবগী মচাম্নপী অহন তম্পা/তম্ফা রাংঙমলোন *৪৬বু অরা লৈমা ওইবা পীরিবু হায়দুনা লৈমা নিবা থুংলেখি। *৪৭ অরাশিংনা শাররক্লিরা

অরাগী শারো-লাংথাক অমসুং

লৈঙাকলোনগী ওইরা চারৌ-মৌরৌনবগী মরী লিংথেংনবগী থাজংলাক্লিবা রাজনিতী মরমদা অরাগী শারো/শরৌ লাংথাকী খুজৌল থৌরাং

মৈতৈগী শোবাক্ত — অমা চাওনা লৈরি। হায়রিবা শরৌ অসি
লুখুম, খৃঃ ১৭১৭ — মৈদিংঙু চরাইরোংবা (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) গী
মতম খৃঃ ১৭০৩ দগী হৌরবনি। অয়াগী

শরৌ-লাংখাকসিগী চাওরাকপা রায়োলদি—

অয়াগী তোঙ্ নিংথৌ শাগৈশ্মী অরোয়বা ওইগদবা নিংথৌগী হেক থংনবা মথক্কী নিংথৌ টানিন-গান-রেনা পানবা মতমসিদা অরা/বর্ম/ম্যাগ্মার লৈপাক্কী কোক্লুংসি সগাঙদা *৪৮ দা ওইরম্মী। মহাক্কী নিংথৌ ওইবগী হৌগংলকপা ভাংকক্কী মতমদা মৈতৈ লৈপাক্কা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা পান্নি। মতমসিদা অরা লৈপাক্কী অরাকান (Arakan) গী লমদমশিংদা পাল্লিনা মোন/টালেং (Mon/Talaing *৪৯) শিংসি অরা নিংথৌনা লাক্লবা গুম্নমদে * ৫০। মথোয়না লান হৌরক্লুনা অরা লৈপাক্কী খাথংবা শরুক (Lower Burma) তা ইরাবতী তুরেলগী য়েং-ওয়গী তোর্বান্দা তারিবা লমদমশিংদগীনা সমুদ্র য়োবা ফাওবা অমসুং অরাংথংবা শরুক্তুনা প্রোম (Prome *৫১) সহর য়োবা ফাওবা মথোয়গী মপাঙ্গল-মতীক শন্দোক্লুনা পানখিরম্মী। অতুগা খা-নোংপোক্কী লমদমশিং অয়ামবনা শ্যামীজ (Siamese/Thai *৫২) শিংনা লৌশ্রে। অরাংনোংচুপলোমদা মৈতৈশিংনা কাসে-শান (Kase-shan) নত্রগা মৈতৈ কবো (Meithei / Meitei / Kabaw / Kabo * ৫৩) গী লমদমশিং, হায়রবদি, নিংথি (Ningthi/ Ningtha/Khendawen/ Chindwin) তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্বানগী লমশিং লোই চনশিন্দুনা অরা লৈপাক্কী লমগী লমথৈ হুম্বহল্লম্মী। অসিগুম্বা খুদোংথীরবা তাঙ্গা অসিনা অরা লৈপাক্কী মকোক থোংবা ফমাইবা নিপান অমসুং অরা নিংথৌ পুম্না রা শরখিরম্মী। মতুদা মথোয়গী অরা লৈপাক্কী নোংচুপ-লোমদা লাংলিবা, লৈপাক ইরাং থোকহল্লিবা লৈপাক অনিগী মী কাঙলুপ অনি —টালেং অমসুং মৈতৈ — অসি লান থেংনহন্দুনা মপাঙ্গল হুম্বহন্নবা অমসুং মখোয় মশেল হাস্তোক্নহন্নবা খুজিল-থৌরাং শীম্নবা রারেপ

লৌথিরম্মী ৫৪। মায়েপসি থবক ওইরা থোকহৌরবা, অরা নিংথৌগা মৈতৈ নিংথৌগা চারো-মৌরোনবগী লৈঙাক-খুনাইলোনগী মরী (Socio-political matrimon ial alliance/relation) লিংখৎলগা টাসেং-শিংগা মৈতৈশিংগা লাম থেংনহল্লবগী শয়ৌ-লাংথাক শীন্নবা লেপখি। মতুংগী মতুং ইরা অরা নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবগী মচাইবেম্মা তম্পা খৃ: ১৭০৩ গী অরাগী রাঙমলোন চকপা মখাও ঙম্বী ( মৈদিংঙু খুন্জীল-থৌরাং পামহৈবগী পোকমিন্নবা মচনুপী ) বু

অরা লৈমা ওইহন্নবা পীবিন্নু হায়তুনা অরাম্বম খুঞ্জানবগী কুম শক ১৬২৪ গী ফাইরেন নোংমা পানবা শগোলশেল মুমিত্তা (খৃঃ ১৭০৩ গী ফেব্রুয়ারি, ২বা থাথায়) লাইবার থারক্লুনা ইস্থালদা থৃংলখি ৫৫। অস্নুমা থাক্লকপা লাংথাকসি খঙদবনা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা লৈপাক নিংথৌগী ওইনা অপাম্বা, য়ানগদবা রাফম অনিগী মখাদা মচাইবেম্মা থাজগে হায়বীরম্মী। রাকমশিংতুদি—

(১) মহাক্কী মৈতৈলৈপাক্তা লোই হাবা খুনশিং —i) পুঙপুন, ii) কামু, iii) চিরাং, iv) খরোয়, v) জীওয়ীংমা, vi) মরু কোন্দোং অমসুং vii) তরাও খুন্দোন —অরা নিংথৌনা লৌশিনখিবতু হন্দোক্লকপা ;

(২) চকপা মখাও ঙম্বীবু অরাগী লৈমাকমথোন ( অরা নিংথৌগী লৈমাময়াম/৫০ গী মথক থোংবা লৈমরেল কমথোন ) মরিগী মসুংদা থম্বা — অনিসিনি।

হায়রিবা রাকমশিংসি অরা নিংথৌগা য়ানতুনা তম্পা রাঙমলোন চকপা মখাও ঙম্বীবু থাজরতুনা মথংগী চহি, খুমুকচম মোইরাম্বগী কুম শক ১৬২৫ গী লমতা থা (খৃ: ১৭০৪ গী মার্চ-এপ্রিল) দা অরা লৈপাক্তা থিলহন্লুনা পীখি। অদুবু অরা নিংথৌনা হায়নখিবা/য়ানখিবা রাকমশিং অমতা থবক ওইনা পাঙথোক্লকখিদে অমসুং চকপা মখাও ঙম্বীবু অরাগী লৈমরেন মরিগী কমদগী চহি অনি লৈরগা খৃ: ১৭০৬ তা থৈথরে হায়বসি মৈদিংঙু তুবী

চরাইরোংবনা পাউ কংখি। য়ানখিবা রাকম ঙাক্লক্তবা অমসুং মচাইবেম্মবু কমথোক্দগী লৌথোক্তুনা ঈকাইবা পীবা অসিগী মৈদিংঙুসিনা অরা লৈপাক্তা লাম্মাগে হায়না মপুক্লিংদা লেপখি। মতুনা অরানা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংববু মখোয়গী শরৌ লাংথাকুদা থ্ হনগে হোৎনরকপদা মায় পাকখিদে। অতুগা লাইবক থিবা অমনা মৈদিংঙুসিগী পুন্সি তেম্লকপনা মপুক্লিংদা লেপখিবা মজাইবেম্মবু ঈকাইবা পীবা অমসুং মৈতৈ নিংথৌবু উশিং-থৌওইদবা অনিসিগীদমক লমন খুমগে নীংখিবা অতুদি পাংথোকপা ঙমদনা হায়রিবা রাকমশিংসিগী লমন খুম্লরবা নিংথৌ খুবম শিলহৌগদবা মচা ইবুংঙো অহল মৈদিংঙুচা ময়াম্বা/পামহৈবদা শীন্নরম্নগা মশাগী চহি ৩৭ চঙলকপদা নোঙ্গাখি।

মথক্তা পঙ্করিবা অরাগী লৈঙাক্লোনগী শরৌ লাংথাক অসি অমুক হন্না মৈদিংঙু নোংপোক রাইরং পামহৈবগী মকমদা নোংপোকহারমচাশিংসিনা থাক্লকখি। হায়রগী মখোয় অরাগী লৈঙাক্লোনগী ফিবম চেন্তবা অমসুং তাউবতুগী চৈঙাক অমসুং তিংথংগী চৈশু থ্দেক্লবগী পাম্বে ওইনা টেংলেংগা/মোনগা মৈতৈগা থেজায়নহন্দুনা তুম্নইনগে অমসুং মপাঙল হন্থহনগে হায়বা খুজিল-থৌরাংসি খোয়জিদা থন্নগা অকবা শাতুনা মোমোন নোকশিন্নরগা মৈদিংঙু পামহৈবগা ঙাই-শেন ওইনবা অমসুং মৈতৈগা অরাগা চারৌমৌরৌনবগী রাকম অসি পুথৎলকখিবনি।

মৈদিংঙু পামহৈবা/গরিবনিরাজগী স্নাহাক্তক, খৃ: ১৭১৭ অসিদা অরাগী "তাং নত্তনা তাং তৌবা, তাংনীঙ তাংমাঙ ওয়বা" শরৌ লাংথাক অসিগী মরুমদা লৈরিবা অরোনবা ফত্ত-লৌশিংগী খুজীল-থৌরাং অসিগী শামিন মৈদিংঙু পামহৈবনা ফংলমগনি হায়বসি থল্লুবা নত্রগা থাজবা ঙমদে। অতুবু লাইনা থাবা নিংথৌনি, তমথৎলক্লিবা পান্দমদা মবুথৌ সনানা থৌজালবীবনি। মতমসিদা নিংথৌরেলসিনা খঙলম্বা য়াবদি — মপাবুং ইবুংঙোনা চহি ৮/৯ গী মমাঙদা শিন্নরবা নীংথা থ্ংদবগী রাকমশিং অমসুং মতুগী হৌরককম, — মচন ইবেম্মা

ঈকারককপদা খোই থাকপা — চকপা মথাও শুম্বীবু মতীকচাবা ঈকাই খুম্নবা উৎকনি হায়না চহি ১৪ গী ময়াঙদা লুহোংচুনা লোৎপগা অমা নিংথৌনা মশাগী রাকম ঙাকপগী মহুত্তা মচন ইবেম্মবু কম লৌখোক্লুনা ঈকাইবা পীবা অমসুং মৈতৈ নিংথৌবু উশিন্তবা উৎখিবা —অসিসিংসিনি। অচুগা মপাবুং ইবুংঙোনা পুন্নমকসিগী লমন খুম্নবা অমা লৈপাক্তা লান্দানবা হকথেংননা শিন্নরম্বসিগী মথক্তা পুন্নমকসি কাউশিন্নচুনা, খঙশিন্নদবগা লোয়ননা মৈতৈ লৈপাক অমদি মৈতৈ নিংথৌবু তুমিৎ-কাঙগুম উশিন্তচুনা হৌজিক অমুক চহি ১১ দা ঙাইজরিবী মজাইবেম্মা পৈহিয়ু হায়চুনা য়োংতাৎ তৌররিবা অসিদা মৈদিংঙু পামহৈবগী থম্মোইদা কয়ি কাওরমবা য়াবগে —হায়বচুদি খ্বাইনা হেন্না খঙবিয়বা রাকম্নি। অচুবু শামু রাকম নিংথৌ রাকম, হৈবা অমসুং রাখল লৌশিং চঙখোনবা নিংথৌনিনা অউবনসু কজবা, অত্তাবনসু য়ুংশিবগী লৌ অসি শীজিন্নরকথি, লাংবন ঈকাঙারক্তা খোই থারকথি। অমা নিংথৌগী পাউ পুচুনা লৈমা নীবা লাক্লিবশিংবু হরাম্না ওক্লুনা পীজ-পীথক তৌচুনা পেলহল্লগা মখোয়গী লুচিংলকপা নন্দ সরা কৌবা অঙম্বচুদা য়াথং তাউথবিখি—

"নহাক্কী নবুংঙো অমা নিংথৌ চেকোং লৈমাবদা মৈতৈ নিংথৌ পামহৈবগী মচা ইবেম্মা থাজবসি য়ারে. অচুনা মথং চহিগী পোটম্ন পোংলেন *৫৬ থাদা মৈতৈশিংনা মচাইবেম্মা পুরক্লুনা লৈমা থিনবা কবোরোমদা লাকনি। কবো তম্পাক্কী য়ু ( Yoo/Yu ) অমসুং নিংথি ( Ningthi/Ningtha : Khendewen, Chindwin ) তুরেল অনিগী ঈতিন্নকমদা লৈবা কোংতা / কোংদা/ হিঙাইকম/ হিয়ানকম ( Ferry ) দা লৈমা খুংশিন্নগনি। মকম অচুদা লৈমা ওক্লবা শেম-শাচুনা ঙাবম্মু- হায়না পাউদমলু—"

হায়না শোয় কম্বা, পাং চাবনা শোয়কম খঙনা লু থুম্বগুম য়াথংসি হরাও হরাও পীবিখি। মৈদিংঙুগী পাউথুমসিদা মথৌদা মায় পাক্লে

হায়না হুরাওজরবা সমজোক নন্দ-সরা, মবৈবাক্তা হনখিদুনা মথুংঙো অরা নিংথৌদা হুংঙাইরবা পাউজি তম্লদুনা পেনহনখি। তাম্লোয় তুথিনা লৈঙাকলোনগী থোং থাপে থললবা, অরা লৈমা ৫০ গী মপু অরা নিংথৌ অমসুং মহাক্কী কংলা ফদৈ ফম্বা অঙম-অথৌশিং অম্রুম্মা মথং চহি ঙাইদুনা লৈনখি।

মথক্কী অরা, অমসুং মৈতৈগী চারোৈ-মেয়রোৈনবগী য়্মনবা রাকম অসি লৈনখিদুনসু অরাশিংনা অরোনবা শরোদা মৈতৈগী মপান্নদা ময়েং ঙাহল্লবা শিনবদি থক লেপ্পমদে। তশেংনমক জাতি অনি অসি অমগা অমগা থোঙ্গল/ তং তারবা য়েক্নবা হায়বদু ওইনরবনি। মরম অসিনা অরাশিংনা ঈনশিন্দুনা সমজোক্কী মীশিংনা খৃঃ ১৭১৭ কী নবেম্বর থাদা মৈতৈগী ম্যায়োক্তা থুংলাই পায়রকখি (অকুপ্পা মরোল সমজোক্কী মৈতৈ লানগী মতাংদা য়েংবিয়ু)। অম্রুম্মা লৈঙাকলোন্দা লম হেক্লকপা অমসুং লানহৌরকপশিং অ সগী ঈ-পাউনা মৈতৈগী মবুংঙো পামহৈববু খোয়শাঙ-লিনশাওহনখি। মরম অসিনা মহাক্না মতমদুগী মৈতৈ লৈপাক্কী অকন-অয়াঙশিং, অরিং-অশিংশিং অমসুং অঙম-অথৌশিং পুম্নমক্পু পুম্না কৌথরুনা য়াইতোং-থমতোংবশিংগা লোয়ননা মৈতৈ লৈপাক্কী লান্দা-লানকনগী হিরম-থবমশিংদা থল্ল-নৈনখি অমসুং তাথোক-তাশিন তৌনখি। রাতান-রারেপ্পকসিদা স্নাওরিবা মীপুম খুদিংমক্না মৈতৈ লৈপাক্কী অমসুং মৈদিংঙু গরীবনিরাজ পাম্বোম তিংখি অমসুং চহিসিগী অরাশিংগী উশিন্নবা মতৌসি জাতিগী ঈকাই থুম্নবা শোকপা রাকম্নি হায়না ফেপ্লখি। মরম অসিনা অরা নিংথৌদা থক্হনখিবা অরা কবোগী কোংদা / হিরানক্কদা লৈমা ওক্নবা ঙাইরম্মু হায়খিবদুগী মতুং ইমা কোংদাসিদা অরাশিং মৃত্যুক ওকপা তৌননবা শোরারুদা চঙলবা লিল্লবোপকুম কাক্পা হাপ্তোক্লবা অমসুং সমজোকশিংবুসু মরীল স্নুকনবা, রারেপ্লখি। অতুদসু নত্তনা সমজোক্কী অকোয়বদা লৈরিবা লমদমশিংগী লমহেনবা হেক্লকশিং

কংলা য়াশঙ্কবা অমস্তুং পুম্নমক্কীস্থু সমজোক্কী লোইনমা মপান লাল্লম-লাম্ষোঙ শিন্নবা ফুক্কনবা মৈতৈ কংলাদা য়াশঙ্কখি *৫৭। হায়রিবা য়ারেপশিং অমস্তুং য়াশক অসি থবক ওইনা ওহ্নোক্কবা লাল্লম-লাম্ষোঙ শিন্নখি। অমস্তুং মখোয় মখোয়না পুংদবা লাল্লম-লানফমশিং অমদি পাংথোকদবা, ঙাক্কদবা অমস্তুং তৌগদবা থৌদাংশিং পুম্নমক যাঙজৌননা য়েন্ষোক্কখি। য়েন্ষোক্কখিবা লাল্লম-লানফম, লাম্ষোঙ অমস্তুং থৌদাংশিংঙদি *৫৮—

১) লাইফম পানা লাকপা, (পুন্নবা), শাংপমচা লাপা/লাবা/কিয়াম্বনা সমজোক্কী খারোমদা লৈবা হুন্দুং তাংখুলশিংগী লানজেনফম ওইনবা লমতুদা লৈবা নানদা খুনগী থোঙজাও ঙাক্কদবনি।

২) লাইফম পানাগী নাকপক থনবা, অচোয়বা শঙলেন লাকপা, শারক/শরোকথায়বমচা অপোঙনা মৈতৈ নিংথৌগী হকথং থনবা, ঙাক-শেনবা ওইগদবনি।

৩) খাবম পানাগী লানফম-লুচিংবা, অচানবা (অচ্নবা) লোইশঙ লাবপা মাইবথীয়াম্বচা পুকচাওনা সমজোক্কী নোংপোক্তা অজোচীঙগী নাকন্দা লৈবা থুমখোং মপান্দা তেঙ্গোল শাহনা নোংপোক মায়কৈ ঙাক্কদবনি।

৪) খাবম পানাগী খুঙ্গা-লাক্পিংবা শমলোইবমচা য়াকচীঙস্থু মৈতৈ নিংথৌ ঙাক-শেন, অয়োক-অকন ওইগদবনি।

৫) শেন্নুংবা, অহল্লুপ শঙলেন লাকপা হাওবমচা অকোঙনা সমজোক্কী নোংচুপ্তা লৈবা মকন, কাম্বচীঙ লাম্ষোক্কগা লৈবা মাকলং তুরেল মপান্দা তেঙ্গোল শাহনা সমজোক্কী নোংচুপ মায়কৈ ঙাক্কদবনি।

৬) অহল্লুপ শঙলেনগী হিদং, কৈরুংবা ঙাংবমচা লমলোইস্থু মৈদিংঙুগী অয়োক-অকনগী ঙাক-শেন থৌদাং শরুক য়াগদবনি।

৭) নহারুপ শগুলেন লাকপা স্নসমচা হোংলাইনা নহারুপ পানাগী লাক্নুপ লাণ্মী পুহনা সমজোক্কী থারোমদা, শামন কৌবা উয়াম হৌরিবা মক্মমতুগী মনাক্তা লাম্থোক্কনা চৎথগা লাংজাশিংনা চাক্তানবা মক্ম, খুন ভায়স্বদগী খুম্তাকখিহনা খুন্দানদ্রবা, অমনবা খুনকম লৈরিবা মক্মমতুগী মনাক্তা তেঙ্গোন শাহনা লৈরগা সমজোক লাণ্মীশিংবু মপান থোকহন্দনবা মক্মমতু ঙাক-শেন্দুনা থমগদবনি।

৮) নহারুপ শগুলেনগী হিদং নাওরোইবমচা মুংয়াংস্থু মৈদিংঙু ঙাক-শেন লাণ্মী ওইগদবনি।

৯) উম্লংতা খুম্লাকপা, রাঙ্গোল কৈরুংহনবা থাঙজমচা কোপেংনা অখন্নবা মৈতৈ লাণ্মী তেঙ্গোনগী মম্লংদগী পাংঙন নোংমৈ কাপ্পা লোইশঙগী লাণ্মী-লাল্লোই পুহনা ইরোমচা তেকহৈবা/রুপকা লোয়ননা লাইয়িংথৌ সনামহি অমস্থুং লাইয়িংথৌগী তাল্লোয় শকপী মনাইস্থুবীশিং— চীনফুরোন তাংখোম্বী, রাংঙমচম্নু তোম্নু মায়খুবী, তাম্থোঙ অহোঙবম চম্নু চাওবী তোংবুরা অমস্থুং থৌনাওজম চম্নু হোঙবী— মরিমক্তা লোয়নহনা ক্ষোংদাদা লান্দাবা চৎকদবনি। অরা-কবো লৈপাক য়ৌরগা হিয়াঙ হিরেন থোংজোম্বা, শেঙ্গোয়রোকপা কৌববু মক্মমতুগী হিজগাংদগী চিংথোক্কনা লম্বীদা লৈরম্বা চীঙ অমস্থুং তমগী লোক-ভায়, তুরেল ঈচেম্নচিংবা পুম্নমক্কী মথক্তা থোং শাবগুম হিহু থা-থাহনা মৈতৈ লাণ্মীশিং লানহনগদবনি। ক্ষোংদা য়ৌরগা

ক্ষোংদাগী লাল্লোং শিনবা

মক্মমতুদা মৈদিংঙুগী মচা ইবেম্মা অহল ওক্নবা ঙাইহনা লৈরম্লিবা অরাশিংবু মবুক পেনহন্নবা রাঙাং ঙাংহনা মুংঙাইহল্লগা মৈদিংঙুগী লাণ্মী য়ৌরক্লিবা ক্ষাওবা ঙাইহনা লৈগদবনি।

১০) মৈদিংঙু নোংপোক রাইরং পামহৈবনা মৈতৈগী মপুঙ ওইবা লাণ্মী-লাল্লোয়শিং পুহনা কবো তম্প্যাক্কী তমলৌরেন হায়না মৈতৈনা কৌনবা মৈতৈ উমংলাই লাইয়িংথৌহনবা অমস্থুং পাম্থোইবীগী

উয়োক-উমংগী লাইফম লৈরিবা উমংচুনা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরগনি। মফমদুদা মৈ হৌগত্লুনা অতিয়াদা মৈখু কাহন্দুনা মৈতৈ লাণ্মী থ্ংলরে হায়না খুদম তৌদুনা খঙহল্লকনি। অদুগা মৈতৈ তেঙ্গোন্দা নোংমৈ তোপকী মখোল তোপ কাপ্লুনা থোকহল্লগা লানগী খুদম পীরকনি। হায়রিবা খুদম অসি পীরক্লবদি রাজ্যোল কৈরুংহনবা কোপেংনা পুরিবা লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাণ্মীশিংনা লানগী মতম ওইরক্লে, মৈতৈ লাণ্মী চঙশিল্লক্লে, অমসুং মৈদিংঙু য়াওবা মৈতৈগী মপুঙ ওইবা লাণ্মী নকশিল্লক্লে, ফোংদা থ্ংলরগনি হায়বসি খঙগদবনি অমদি লানগীদমক শেম-শাগদবনি।

চঙগদবা লানগী লাল্লোং অসুম্না শিল্লদুনা লাম্থোঙ-লাঙ্গঙ তাক্লদুনা ৱারেপ্পরগা মাগী মাগী মথৌ থৌদাং ফংলবা অকন-অথৌশিংদু অপীবা, অকংবা মথৌ-থৌদাংদু পাংথোকপা ঙম্নবা শেম-শাম্লগে অমসুং থৌরাং-থৌশিলগী থবকশিং য়েংশিনখ্রে। শেম-শাবা লোয়নরবদা মথোয় মখোয়দা শিন্নবা থৌদাংশিংদুগী মতুং ইন্না থবক লৌখৎনবা থোঙশাম্লখ্রে। মশীঙ য়ামদ্রবা লাল্লোয় মশীঙ ২০,০০০ মুক্তগী মৈতৈ লাণ্মী তেঙ্গোনদু অরা অমসুং সমজোক লান্দারুনবা মাগী মাগী শরুক য়েন্থোরুদুনা লাম চৎনখ্রে। থুৎলাই পায়দুনা মৈতৈগীদমক, মৈতৈ লৈমগীদমক থরাইনা পোম্বা থাবা চৎনখ্রে।

হাইস্নাম লাইবগী কুম শক ১৬৩৯; গী পোইন্নুগী নোংমা পানবা শগোলশেন মুমিৎ ( 1718 A.D. 2nd fort night of December : 1080 B.E. ) সিদা হাম্নবা লেপ্পথিবগী মতুং ইন্না রাজ্যোন কৈরুংবা, উন্নুংতা থুল্লাকপা, কবো থাঙজম কোপেংনা থৌগল তৌদুনা লাইয়িংথৌ সনামহীনা তাল্লোয় মনাইন্নুবী য়াওনা মৈতৈগী অথম্নবা নোংমৈ পায়বা লাণ্মী পুদুনা ফোংদাদা লৈমা থিনবা য়াওবা ওইনা থোঙশানখি *৫৯। মুমিৎসিগী মতুং ৬ কোনবা পোইন্নুগী ৭ নি য়ুমশকৈশদা শিন্নথিবা লাল্লোং কায়দনবা মৈদিংঙু পামহৈবনা মৈতৈগী মপুঙ ওইবা লাণ্মী পুদুনা

"সমজোক লাম্দাবনি" হায়রুনা মৈদিংঙুসু লানগীদমক খোঙশাংখি *৬০। মৈতৈগী মবুংজোসিনা কম্বাল লানগী মতুংদা নিংথৌ মশামক্রা চৎপা লানশিংদগী খ,ইদগী ইহান হানবা মীরৈপাক নিংথৌশিংগা শয়েং তৈনগে, পাম্বোম ভানগে হায়বা শীঙনবা তাংককী অহৌবনি। চহিসিমক্তদা, থাসিমক্তদা ( গ্রীগরীয়ান কোলগুরগীদি থাসি জনুৱারীগী অহানবা থাথায়দা ) তোংঙান তোংঙানবা জাতি অনি —অৱা অমসুং কবো অনিমকসিগা খুথোক-লাম্থোক্লবা অমসুং লাম্থেং-লানশোক্লবগী থৌদোক য়াথোককী পরেং অমা হুমিৎ ৫/৬নি

অৱা অমসুং কবো অনিমক্তা অহানবা ওইনা লান্দাবা খ,: ১৭১৮-১৯

থক্তা কায়না মৈতৈ নিংথৌ পামহৈবা অমসুং মহাককী অকন-অথৌশিংনা তোংঙান তোংঙান থৌদাং য়ান্দুনা থেম্ব-থেম্বা মকমশিংদা লানকম মায়য়োক য়ানখি। মতাংসিগী তাংকক অসিবু ইংগ্রেজী অইবশিংনা--

From this period .... .... emerging from their mountain strongholds wage war succesfully in the fertile valley of the Irrawaddy, attacked and reduced the must important Burmese towns and villages on the banks of the Moo (Mu), Caindwin and Irrawaddy rivers and at last they plant their standard in the capital itself. .. *৬১

হায়রম্মীবসিনি। তশেংমমক চহিসিনা মৈতৈ লৈপাককী লানডম-কিয়ান অৱা কোম্মুংমক্তদা য়ুংবা ঙমহনখিবনি।

পোকৈরে মৈতৈ লৈপাকী লাইবক নোংদম্বীৱিবা লাইহিংথৌ সনামহীনা লুচিংবা, কোপেং উমুংতা খুল্লাকপনা লানঙাকচবা, পাংঙন নোংমৈ কাপ্পা লাগ্নীশিং, শিন্নখিবা লাল্লম-লাল্লোং কায়দনা মৈত্রবাকী লংখৈ

লাম্ছোয়রক্লা কবো ভম্পাকী লময়মদা থ্রেখি। হিয়াঙ হিয়েন খোংজোম্বা শেজোয়য়োকপা শীজিন্নত্না চীঙ-তম পূরমক লান্দুনা খোংদা তম্না চঙশিল্লকলম্মী। খোংদা/হিঙাইকমগী লান অমস্তুং লানকম অসিদা থোকখিবা থৌদোকশিং অসি হৌজিকী মতমগী ইতিহাসকারশিংনা য়াম্না চিংনরিবা রাজপূতনা অমস্তুং দিল্লিগী সম্রাটশিংগী ইতিহাসকী থৌদোক অমগুম্বনি। থৌদোক অসি মেৱারগী মহারানী পদ্মীনীগী থৌদোক, চিত্তোরগী রানা রতন সিংহনা দিল্লি সম্রাট অলা উদ্দিন খিলজীগী লাম্মীশিংগী মথক্তা লোথংখিবা লাল্লোং অহুমক্কি *৬২। চিত্তোরগী মহারানীসিগী থৌদোকসিগী য়াম্না অশম্বা য়ারোলদি —

খোংদা/হিঙাইকমগী
লান অমস্তুং লানকম
খৃ:১৭১৮

Ala-ud-din was captivated by the beauty of Padmini, wife of Rana Ratan Singh of Chitor. So in 1303 A.D. he sent an expedition against it and took it by assault in spite of most heroic resistance of the famous Gora and Badal and other brave Rajputs (There are reasons to doubt the historical character of the Padmini episode).

অসিনি। অছুবু মৈতৈগী খোংদা লানকমগী লানগী লাম্হোক থৌদোক অসিগীদি থৌইদোক্লা চিংননীংঙাই ওইদে। মৈতৈ লাল্লোয় লাম্মীনা তীঙয়ীগুম্না মীপুক হু, থারাগুম্না মীশুম য়াইথানবা লাইমিংথৌগী তাল্লোয় মরিনা লৈনা জগোয় শাবসি মুপানি-মুপীনি খঙকম থোকই। অয়াগী তাল্লোয় করম্বা মিংথৌগী মনাই স্যাম্মা রাধন কবনা মুপী লৌবা-ওকপা লাকপনি, মুপীনা লৈনা জগোয় শাবনি হায়না রাধন মুংঙাইথোকখিবনা মুপী ঙাক্তা লাকপনি. মমাংদমু মত্তোংগ্রে থনখিবনা থুমোংখিবা থোকনি

হায়রবগী মশাদা চিংনবা লৈরমগনি থাক্লদে। মরমদি মখোয়গী মরিংমা উরে-দোলাই লেংঙকও অমা লৈ-মচু (অঙাংবা) শংবা ফিনা কোয়শিল্লগা মিংথন-মায়থন ওইনা শেমল্লগা লৈমা তোংলক্লি। মৈতৈ নিংথৌগী মচাইবেম্মগী মমাম্ববীশিং মপী-মমা, মন্দোন-মম্মানশিং মহাকপু থিল্লো-কপা লাক্লি, অউম্বাই নাইমুবী য়াওরক্লমগনি, খুংথেক জগোয় হৈবী মরিনা জগোয় শাহুনা হরাও মখোই কাহল্লি। অদুগা মৈতৈ লাম্মী, খুংলায় পায়বা ১০/২০ না মখোয়বু অশোয়-অঙাম থোক্কনবা অমদি লম্বীদা চীঙমীশিংগী মথুক্তা খুদোংথীবা থোক্কনবা ঙাক শেল্লক্লিবনি। অম্মুম্না উনা উনা নকশিল্লক্লনা শক-শা থঙনা উনগদবা মকম য়োৎলকপদা মৈতৈ লাম্মীশিং তুরেল রাংমগী মফম চাবা অমদা লেপখ্রে অমম্মুং লানশঙ-লমশঙগী মঙংদা থনগং শাগত্তুনা থুপকম লৈফম শেম-শাবা মানহনখ্রে। তেঙ্গোল শেম—শারিঙৈসিদা লাইয়িংথৌ পৌগন লুচিংলকপা উমুংতা খুল্লাকপা কবো থাঙজব। কোপেংনা অরা মরোল হৈবা পাউপুবা থাহুনা অরা লৈমা ওকপা লাকপশিংগী লুচিংবদা থঙহনখ্রে—

অরা লৈমা ওইগদবী, মৈতৈ নিংথৌগী মমোম তঙ্কা রাংঙমল্লোন অহনবীদি থুংলরে, অচবু অওং-অউনপোৎ অয়াম্বদি থুংলদ্রি থুংলরগনি, মদু য়োৎলগা অরা লৈমা ওকপা লাকপীরিবা অরা লুচিংবগী মথুক্তা শিন্নজগে। মদু থুংলবা মুমিং নিনি, হুমনিদং ঙাইমিন্নথিসি।

হরাওরিঙৈ, মুংঙাইরিঙৈদদি পোৎ খুদিংমকসি ফনা, চম্মা, ফজনা উবা ঙাক্তনি; অদুনা অরাশিংদুদি চিংনবা লৈতনা লৈমগী অউনপোৎ ঙাইবদু শরুক য়ারি।

হায়নখিবা রাকমদা থাজব। থম্বা অমম্মুং চীন পুথদবা মৈদিংগুসিনা মৈতৈ অকন-অথৌ কয়া য়াওরবা মরু অমম্মুং মপুঙ ওইবা লাল্লোয় মশীঙ তুববা লাম্মী মপৈ অমা পুরক্লনা সমজোক চঙখ্রিঙৈদা কবো তমল্লোরেনগী

লাইরেম্বী পান্থোইবীগী উয়োক-উমংদা থংলয়ে। কবো কোপেংগী লাম্মীনা খোঙশানখিবা মুমিং '৬ নি হানথ্রবস্থ অকরুবা পান্দম অমগী মথাদা অতম্বনা লাকপা মৈদিংঙুনা লুচিংলকপা লাম্মীনিনা লম্বী লমশাং চংলকপদা মতম পঙলৌ লৌরমদে; মাঙদা চংখিবা লাম্মীনা ফোংদাদা থংখিব' মতুং মুমিং নিনি ফোনবদা মৈদিংঙুগী লাম্মীসিস্থ কবো তমলৌরেন্দা থংলখি। হায়নখিবা মতুং ইল্লা নোংমদোম্না মৈথু মরী-মবী কারকপা উম্মুংতা খুল্লাকপনা উবা ফংখি। অদুগা পঙকুই কুইদা ঙাইহাক্রুংগী মম্নুংদা কামার/কামন/কেনোন/তোপ কাঙ্গগী মখোয়না ফোংদাদা লৈরিবা মৈতৈশিংগী মথৱাই হাপখ্রে। ফোংদা লানফমগী লুচিংবা কবো কোপেংনা মোংমৈ-তোপ মখোনগী লানপাউ ফংলবদা অরা মরোল হৈবা পাউপুবা থাদুনা অরা লৈমা ওকপা লাকপশিংগী লুচিংবদা—"পোইরৈ মৈদিংঙু চমু তঙ্কা রাংঙমলোন অহনবী অরা লৈমগী অওং-অউনপোং থংলয়ে, অরা লৈমা থুংশিন্নরগনি, মথং মুমিংকী চাকচা মতুংদা লৈমা ওকপা-লৌবা লাকউ, মখোয়স্থ থিল্লকে, ফোংদাগী নোংচুপ থংবা তোবর্বান্দা শিন্নরগে, মফমদুদা য়ৌরকউ"—হায়না পাউ থাখ্রে। অদুগা অমুক কবো কোপেং রাজোল কৈরুংবনা কবো তমলৌরেন্দা লৈরিবা মৈতৈ তেঙ্গোন্দা-ফোংদাদা তৌনম্নিবা, ঙাংনরিবা মরম পুন্নমক্তু চিংথদনা মৈদিংঙুগী স্না নাক্তা পাউ হঙ্গংলুনবা মী থাখ্রে অমসুং মথা তাবা চথবিরক্তদবা থৌরমগী স্নায়াথং তাউথবিরক্লবস্থ হঙ্গংচখ্রে।

মৈথু পাউজেল অমসুং
তোপ মখোনগী লানপাউ

মৈতৈ নিংথৌরেলসিগী স্না রাখন্দগী থোক্লকপা অঙকপা লাম্লোং-লাম্থোঙনি। মৈতৈগী অথম্রবা অকনবা লাললোয় পুন্নমক ফিশেং মমুং-মপান নাইনা শেংনখ্রে। মদুংদা অকন-অথৌ ফিজেং কপত্রেং ফিজেং, কপত্রেং মথক্তা মুক্রা ফিজেং নীঙকি/নীঙ্গী শেংলগা থাঙলেন নাইন্নেপ

হকথেংনবা লানকম
কোংদা, খৃঃ ১৭১৮

মেৎসে অমম্বুং খুৎত থাঙলেন থাঙপাং নাকন্দা য়েপ্তুনা য়ারে। অদুগা মথক ঈথং থংনা মপান্দা অখোং-অমেংগী কিক্কোল অচোনবা, খোঙ-দোন খুম্বা চম্ব-নিংঙোনদী তাংথক নাইবা হকচাংবু লোৎপা কিক্কোল শেন্তুনা লেপ্লরে। মৈতৈসু নিংঙোল থিন্দোকপা অরাম্ব মৌ ওকপা, পোইরৈসু য়াংঙমলোন খুংশিন্নবা ম্যাখাম্ব লৈমা লৌবা লাক্লরে. নিংথি থোংবান য়োনরক্নে। অয়োংপগা অকোংবগদি, অয়োংপনা উই, অকোংবা কোয়চং-চক্কুনা থি। অদুনা অরাশিংনা নিংথিগী নোংচুপ তোক্ব'ন্দা হি থৌখিল্লকথি, থাক্তিল্লকথি। ঙাইহাক্কংগী মমুংদা খুংনা, শানা লাম্বা ফংনরকথি। লাপ্পরিঙৈদদি মুপী ওইরম্মী, নকশিন্নরক্লবসিদদি অরাগী মুপা অমম্বুং লাল্লোয় পুম্নমক লোং-উপা উপ্লবা ঙা ওইরে। হকথেংনবা—শাগোম্লবা য়াদবা মৈতৈগী পিথোর-ক্লবা মক্তিক-ময়াইনি, মশাদা শাগোম্লনা পোক্লক্লবা মুক্লাগী লোংথ্রৌনি। ঈন্না থোক্তিল্লগা লদা তানশিন্দুনা চঙলবা অরাগী লাল্লোয় লাম্মী পুম্নমক য়াউ থারবা ঙাগা চপ মান্নরে, খোঙহেন-খুংহেনবা ঙমথিদে। অদুবু থৌদোক থোকফমগী মনাক্তা হকথেংনদনা লাপ্পপ লৈরিবা অরাগী মপুঙ ওইবা তেঙ্গোলগী লাম্মী-লাল্লোয়শিং অমম্বুং নিংথি তুরেলগী ঈপাকথক্তা লৈমা ওকপা লাকপা হিজাওথক্তা তোংলকপা লাম্মী-লাল্লোয়শিং পুম্না নিংথি থোংবানগী লৈমা থিনবা শাবা মৈতৈ লাম্মীগী মথক্তা লান্দারক্লে। মাঙ-তুং য়েংনা লাম্থোঙ-লাল্লোং শিল্লকপা মৈদিংঙু পামহৈবগী পম্নীঙ অমম্বুং পনমাঙ নাইবা তেঙ্গোম্নিনা নোংমৈ পায়বা মশেল কাপ্লরে, খুংলায় পারবা মশেন হুম্নরে, থিম্নরে, য়াম্নরে। অদুবু মৈতৈগী মরায়বক্তা চৌঙঙ্ নোংমম্বুনা লেপঞ্জবনিনা অরাশিং থাঙবা য়াথিদে লাস্মেদা য়ুরান পাইশি-ল্লকপঙুম থোকথি। মতমদুগী লানঙম-য়ায়েল—অশিংবনা শিংহৌবা, অচেনবনা চেনথিবা, অকাবনা ফাজহৌবা অমম্বুং মায় পাকপমা লানকম-মুদগী থোম্বা য়াবা, লোকপা য়াবা পোং-পুম্নমক লানখোম, লাল্লোকলোং

মঙমচুগী লানঙম-রায়েল

অমসুং লানফা-মরান ওইনা লৌখিবা-ফংখি-বা — হায়বসি মঙমচুগী লানগী রায়েল্লি। লৈরম্বা লানঙমবা খুনশিং/খুন থুগায়বা, মুম, শঙনচিংবা পুম্নমক তুম্না মৈ-থাদোকপা, মমল লৈবা পোৎ মখৈ লৌবা য়াবা লৌরগা ঙম্বমখৈ মাঙহনবা-তাকহল্লম্বা হায়বসি খ্বাইদগী হেন্না চংনৱিবা থৌদো-থৌওংনি। অম্সুম্না অরাবু কবো তম্প্যাকী য়ু (Uyu/ Yoo/Yu) অমসুং চিন্দৱিন (Chindwin) কৌবা তুরেল অনিগী ঈতি-মকম * ৬৩ হিরানকম (কোংদা/হিঙাইকম) দা মৈতৈনা মায়থীবা পীহনা তোঙ্ নিংথৌ-শাগৈ (Tungoo dynasty) গী মমিং চৎলবা অরাগী নিংথৌরেল মুংয়োং মঙত্রা/মঙত্রা নিংথৌনা শারম্বা মনিমুক্তা হৎপা হিয়াং-হিরেন অচৌবচু শীঙজঙনা য়ানখায়রগা মৈ

কোংদা-লানফা

থাদোক্ত্না মাঙহল্লগা নিংথি তুরেন্দা তাউথহনখি। হিরানকমগী হি অমসুং শঙশিং ঙাক্লি-শঙলিবাশিংগী লুচিংবা অমসুং মহাকী তাল্লোয় (কোংদা হিঙাইবা, হিঙাইবী) মখোয় অনিমকপু হাংখি অমদি খাম্রন (Khamer /Mon-Khamer)গী কেঙমু ফুরুপকী লুচিংবা অথৌবা লোনগি-মুকনচিংবা লান-হিং-লাকফা মুপা ৯০, মুপী ১১ ফাখি *৬৪। হায়রিবা ঈ-পাউসি, কবো তমলৌরেনগী রাংঙমলোন পাম্হোইবীগী উয়োক-উমংদা তেঙ্গোন শাহুনা লৈরিবা মৈতৈ-গী নিংথৌরেলদা উম্লুংতা খুল্লাকপা কবো কোপেং লাঞ্জিংলেম্মা পাউদম্বগা লোয়ননা ফোংদাগী লানখোমপোৎ অমম্ভুং লানফানাইশিং কৎচখি। অহুগা মৈদিংঙ্না লাঞ্জিংলেন উম্লুংতা খুল্লাকপবু চৌঙঙ্ পুম্নমকী নোংদম্বা লাইয়িং-থৌ সনামহীবু মৈতৈ লৈপাক্তা লানফা-লামখোমশিংগা লোয়ননা লেঙখ্রো, পোইরৈ মরৈপাক্তা হনখ্রো, নিংথৌ মহাক্তি সমজোক্তা লান্দারুখিগে-হায়না স্নায়াথং তাকপীখি। ময়মসিম্না উম্লুংতা খুল্লাকপনা মহাকী লাল্লোয়-লাম্মী খুপুহুমগা, লাইয়িংথৌগী তাল্লোয়শিং, মনাইশিং পুম্নমক্তা লোয়ননা লাইয়িংথৌগী থৌমল তৌহুনা লানফাশিং পুহুনা লাকখি

অমসুং মৈতৈ কংলৈফদা পোইন্থু থাসিগী ১৪ নি পানবগী মতুং (খ্ৃঃ ১৭ঃ১৯গী জান্যুৱারীগী অহানবা হান্তা ঃ ১০৮০ বিঃ ঈ) দা থ্ৃংলখি * ৬৫।

কবো তম্পাক্তী কোংদাগী থোদোকসিদা ম্যান্মশিংবু য়াই থাবগা ফাখিবা-হাংখিবা, মাঙহন-তাকহনখিবা অমসুং মখোয়বু ঈকাইবা পীহনা নৈহৎ-নোইহৎখিবা অসি অরা নিংথৌনা লায়না লৌবা ওয়মদে। লমন থুমদনা তোক্লৌংলমদে। মরম-সিনা অরাগী অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোন

অরাগী অহানবা লান্দা, মংসা লানফম, খ্ৃঃ১৭১৯

অমা মৈত্ৰবাক্তা লান্দাক্ৰনবা থারক্লম্মী। হায়রিবা লান্দারকপগী পাউ, মৈতৈগী লোইলমশিংদা অরা লাম্মীনা চঙশিল্লকপগী লানপাউ অসি মৈতৈগী লোইলম ওইবা কবো মংসা থুনগী থুম্লাকপা তখেন কৌবহুনা পুৱকপনি। মহাক্না তম্বা পাউগী মতুং ইন্না—অরাগী অথোইবা লাঞ্জিংলেন অনি—অরা/ ব্ৰাম্মা চৌথাপ/চওথাপ/ চাও-থাপ (Chao-Thap) অমসুং তাক্ৰং তেকৱা/থেক-ৱা (Thek-twa)না লাঞ্জিংলকপা অরা (বর্মা/ম্যান্মা) গী তাক্ৰং কৌবা মী কাংলুপকী মীশিংনা মরু ওইনা, মশীং য়াম্না য়াওবা অরা লাল্লোয়-লাম্মীগী লানপু-তেঙ্গোন ১০ না শাবা লাম্মী মপৈনা খঙহৌদনা মংসাদা লান্দারকখি * ৬৬— হায়বসিনি। হায়রিবা লান্দারক্লিবসি মায়য়োক য়ানবা মৈদিংঙু নোংপোক ৱাইৱং পামহৈবা মশামক্না লাঞ্জিংলেন ওইবা মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোন অমা মংসা তম্না চহিসিগী কাইরেনগী থাগিন, নোংমাইজীং হুমিং (ফেব্ৰু-মাৰ্চ) তা খোঙশানখি *৬৭। হায়রিবা মৈতৈ লাম্মীসি মংসাদা থ্ৃংখিহনা মফমহুগী 'তুহাং' কৌবা লমদা তেঙ্গোন লিংহনা লৈখি। মংসাগী লায়ফমসিদা শরুক য়ারিবা অকন অথৌ শীঙথাবা য়াবশিংদি— ১) রাজোল কৈরুংবা কবো থাঙজবা কোপেং, মহাক্না শাগোল্লরিবা লাম্মীনা হীদাকফু ৱানবা (নাই) লাল্লোয়শিং, ২) তেনগুবা রূপক, ৩) কবো থাঙশাবা চেকশা/

চক্রপানী, নম়পোক চৈথংগী লাল্লোয় ( Personal body-gaurd of his Majesty in the King's Security Gaurd); ৪) অথনবা শণ্ডলেন লাকপা লাইরেনময়ুম মুবা ৫) খুমন্থেম্বা লুরাং, ৬) শাংপময়চা কিয়াম্বা, ৭) সোরোকখায়বা অপোণ্ড, ৮) মাইবখিয়া পুকচাণ্ড, ৯) সমলোইবা রাকচীণ্ড, ১০) হাওবমচা অকোণ্ড অহল্লুপ লাকপা, ১১) ণ্ডাংবমচা লমলোই, কৈরুংবা, ১২) ময়সম্বা হোণ্ডলাই, ১৩) নাউরোইবা মুংয়াং, ১৪) পলিবা লমথোক অসিনচিংবনি। মংসাগী লানফমসিদা অরা লাম্মীশী লাঞ্জিংলেন চৌথাপ হাংখি অমস্নুং লাঞ্জিংলেন মথং তরুং তেকরা ফাখি। অদুদগী নত্তনা অরাংগী পোংনোংচা লাকয়া নন্দমিং অমস্নুং কবো লাইফ্রা অনিবুম্নু হাংখি অমদি অরাগী লাকহাই ক্রাম্বুম্নু ফাখি। অদুগা মৈতৈগী মায়কৈদা লানসিদা হাওবমচা মরোনগম্বা, পুরনবা শিখি। মংসাগী লানফমসিদা থরাই পাম্মুদনা মরু ওইনা লানফম শরুক য়াখিবসি মৈতৈগী

পোলিবা লমথোক * ৬৮

ময়ুম মোইরাং য়েক্নী পোলেম য়ুম্নাকশাগৈ মচা লমথোক ( পোলিবা লমথোক ) নি * ৬৯। লানথুদা অরা লাম্মীশিংনা মৈতৈ লাল্লোয়শিংবু মায়থীবা পীদুনা লানফা ওইনা ফাবা হৌগৎলক্রবদা পোলিবা লমথোক্না শগোল তোংবা লাম্মী অমা ওইনা শগোল থৌজিল্লক্রগা অরা লাম্মীশিংগী মথক্তা লান্দাদুনা ভানখায়রগা মৈতৈ লাম্মী লাল্লোয়শিংবু কনখি। মহাক্না থৌদৌসিনা লানফমদুদা মৈতৈনা লান মায়পাকপা পুরকখি। মসিদা পেনবীরবা থৌনা ফবশিংবু য়োকখৎপা, অথোবশিংবু ঈকাইখুম্নরবা অমস্নুং অকনবশিংবু ঈরাৎচবা মৈতৈগী মবুংণ্ডো নিংথেম পামহৈবনা পোলিবা লমথোকপু অরাবা (হম্বা থাক) খৈবিক (পুম্নমক) কোকপীখি *৭০। হায়রিবা লানফমসিদা অরাগী অহিংবা অমস্নুং অশিবা পুম্না লানফা ১৫৭ ফারকখি, নোংমৈ ( খুদোং/খুথোং— খুত্তা থোংগক্তুনা পায়বা অণ্ডবী রাইফল ) ১৬০ অমস্নুং শগোল ১০ লানথোম ওইনা লোক্লকখি * ৭১।

মংসাগী লানকমদা অৱাশিংনা শাথিনা মায়থীবা কংথিবসিগী মতুং চহি খরদি অৱাশিং তুমিন্না লৈশিনখি। মতমসিদা মখোয়গী অতৈ জাতি-শিংগী ৱাখোক-লাম্বোক লৈরম্বসু ৱাই। অদুবু অশেংবা মওংদি মখোয়না মৈতৈগী মথুম্বা নংখিবা মায়থীবা অমসুং ঈকাইবা অনিদুগী লমন খুম্নীংবনা মখোয়গী মপাঙ্গল থাকপা, লান্মী শেমগৎপা অমসুং মখোয়গা মতেং পাংনদুনা অপুনবা মীচঙ লান্মী শেমগৎমিন্নবা ৱাগদবা মৈতৈগা ৱানদবা লৈপাক অমসুং জাতিথিবগী খুদোংচাবা লৌবনি। মখোয়না মতমসিদা লৈপাক-লৈপাকশিংগী ঈ পাঙ্ড লৌরকপদা — মতমদুগী মনিপুরগী খা অমসুং খা-নোংচুপকী লমথৈদগী শন্দোকখিবা লৈপাক তখেন/দক্ষিন/ ত্রিপুরা হায়বা নিংথৌ পানবা লৈপাকসিগী নিংথৌগা মনিপুরগী নিংথৌগা ৱানদে, মুংঙাইনদবা, নীংঙাই-শাংদানবা হিরম কয়ামুক্তা লৈনৈ (মসিগী মরোল-'তখেন-মৈতৈগী লানগী' ৱারোম্দা য়েংথিয়ু) হায়বসি তারম্মী। অদুগা খৃঃ ১৭২৩ গী মার্চ থা (১০৮৫ বিঃ ঈ) দগী হৌনা তখেনগা মৈতৈগা ঙাইহাক লৈতনা মতেক মতেক ওইনা লান্থেংনদুনা লৈরি হায়বসি খঙলম্মী। মরম অসিনা তখেলশিংসিগা নকশিন্নবা মরুপ-মপাং ওইনবা ৱাপত্রা, মখোয়গা করম্না নকশিন্নবা শীনগদবগে অমসুং অৱা-তখেনগী অপুনবা মায়কৈদি তোথায় ভোথায়নবা, লান্মী অনিনা নোংপোক-নোংচুপগী থাঙচপ্পনা মতম অমতদা লান্দামিন্নবা শীনবা ৱাগদগে হায়দুনা মহাক্কী কংলা কদৈ কন্দা অঙম-অথৌ ৮ গা *৭২ লোয়ননা ৱাতানবগী মতম লৌবা মান্নি। অসুম্না খয়-নৈনরুবগী মতুংদা মখোয়গী অনিংবদু থুংলদুনা মতমদুগী অৱাগী খা ই পুন্নমক্কী অথোইবা ওইরিবা লাক্ষিংলেন, নহা ওইরিবা সেনাপতি মণ্ত্রা কেঙতু ভদ্রগী মখাদা শগোল্লাম্মী ১০০০ অমসুং শামুলাম্মী শামু ২০ য়াওবা অচৌবা অৱা লান্মী মপৈ থাদুনা মনিপুরদা লান্দারক্লম্মী *৭৩। হায়রিবা

অৱাগী অনিরকতবা লান্দারকপগী খোঙ-

অৱাগী অনিরকতবা লান্দারকপগী খোঙ কম অসিদা লাক্ষিংপুরেনগী লাম্হোঙ-

**খোঙকম, খৃঃ ১৭২৪**

লাল্লোং খুৎশীল-খৌশীকপী মতুং ইল্লা — লাঙ্গিংপুরেন মঙত্রা কেঙতু ঙম্বা মশামক্লা লুচিংবা, চীঙগী লম্বী, চীঙলক্তা চঙলকপা চীঙলম-লাল্লম অমা অমস্তুং লাঙ্গিংপুরেন মথং-লাকয়া নন্দম্বিংনা লাঙ্গিংবা ঈশিং-ঈচেল/তুরেল মপানগী লম্বীদা লাঞ্জঙলকপা ঈরম-লাল্লম অমা হায়না অনিথোক্লা লানমী শমজী খায়দ্রুনা লান্দারক্লম্মী *৭৪। মখোয়না লান্দারকপগী লানবাউসি মৈতৈ লৈপাক্তা ৱামনবা মেরাগী কুম শক ১৬৪৫ কী ৱাকচীঙ থাগী ১২ নি পানবা ঈরাই মুমিৎ (খৃঃ ১৭২৪ জানুৱারীগী অকোনবা থাথায়) কী মমাঙদা তাখি। অদুনা মুমিৎসিদা মখোয়গী লানগী ফিবম য়েংনবা অমস্তুং ঙাকথোক কম্থোকপা য়ারগনা, মদু তৌননবা শনথিনবম কৈরুংবনা লাঙ্গিংলেন ওইবা লানমী কাঙবু অমা ইম্ফাল কংলৈদগী খোঙহৌদুনা খোঙশানখি *৭৫। অদুবু অদ্না লাগ্নীনা চীঙলোনশিং লানশিল্লকুনা মৈতৈগী লমদম তরেৎ নমথৌ চীঙগী চীঙদোন্দা অরাগী মপুঙ ওইবা লাঙ্গিংপুরেম্না পুবা লানমীগী তেঙ্গোন শাদুনা থাসিগী ২৪ নি পানবা য়ুমশকৈশ মুমিৎ (কেব্রূঃ অহানবা থাথায়) তগী লৈখি *৭৬। শনথিনবা কৈরুংবগী লানমীনা লানবাউ থায়কপা নত্তনা করিস্তু তৌবা ঙমখিদে। নমথৌ চীঙদোন্দা অদ্না তেঙ্গোন শাধে হায়বা লানবাউসিনা মৈতৈ লৈপাক শিনবা থুংখি অমস্তুং মুপী-অঙাংশিংদি কিবনা মিপাইনখি। মৈতৈগী মবুংঙো গরিবনিৱাজনা মৈতৈগী অকন-অথৌ, অয়াঙ অরিং অমস্তুং অঙম-অশীঙবশিং পুন্নমক্না লোয়নরগা মৈতৈ লানমী পুদুনা থাসিগী ২৮ নি পানবা নোংমাইজীং মুমিৎ (কেব্রূঃ) তা খোঙশানখিদুনা লাম্থেংননবা চৎখি *৭৭। অদুগা হায়রিবা মুমিৎসিমক্তদা শল্লুংকমদা থুংদুনা মকমদুদা মৈতৈগী মপুঙ ওইবা তেঙ্গোন শাদুনা লৈখি *৭৮।

**ৱাংজীঙ লৌবুকী লান, খৃঃ ১৭২৪ কেব্রূৱারী**

অহিং অদু লানশঙ মৈরিংবা য়ায়েক, মিংশেন থাঙবা লাল্লোয় লানমী শীন্দোক্লদুনা খোঙশঙ মৈরিংবা, লাঙ্গা-লাল্লুম মৈরিংবা, অসিনচিংবা

থগ্নহুনা লানগী ফিবম য়েংনখি। মথংগী ছুমিত্তসু অহু মঙাই, মায়কৈ অনিমক লানগী খুদোংচাবা কংগদবা/লৌগদবগী অমনা অমগী অচেৎ-অকোম য়েংনহুনা লানফম কগদবা অহোবা-অশোয়বা থিনহুনা লৈনখি। লাম্বেংনগদৌৱিবা লানমী অনিমকী তেঙ্গোন অনিমক ৱাংজৗঙ তুৱেনগী ৱাংমা ৱাংমা খোংলমগী ওয়-য়েত্তা শানবা ঙাক্তেন্নিনা অমগা অমগা ঈউ উনবা, ঈখঙ খঙনবগুম তৌই। অমগা অমগা পাক হাইজিন্নবা য়ানদহুনা ছুমিত্তুমসু মুরুহুনা লেনখিরম্মী। অৱানা লান্দাৱকপনি, মৈতৈনা লানঙাকপনি, অহুগীসু মথক্তা মৈতৈগীদি ময়মদম-ময়মথৈগী লমদমদনি অহুগা অৱাগীনা মীৱাইলম-মীৱাইলেনগী লমদম্নি। অহুবু অথোম্বগা অঙাকপগসি অথোম্বনা হানবা হৌনবনিনা অৱানা মথোয়গী লানশঙ লিংহুনা তেঙ্গোন শারিবা তৱেৎ নমথৌ চৌঙদোন্দগী তম্পাক্তা থাসিগী থাশি লৈপাকপোকপা ছুমিত্তা কুমথৱকখি *৭৯। মতমসিগী মমাঙদা মৈতৈগী মবুংঙোনা লান-শোক্লগদবা লাম্লোং-লাম্থোঙ শিন্দোকখি, — লানফমস্লিগী অৱাং মায়গৈদদি খাবম অমসুং লাইফম পানা অনিগী লাম্লুপ লাণ্মীশিংবু লাইফমগী ৱাজোন কৈরুংহুনবা কোপেংনা লানজিংহুনা শোক্লগদবনি, খা মায়কৈনা অহল্লুপ অমসুং নহারুপকী লাম্লুপ লানমীশিংনা লোইনাই অহল্লুপ লাকপগা হুইদ্রোম্বা পানশাগা অনিগী লাঞ্জিং মথাদা লাম্থেংনগদবনি, অহুগা লানমী ময়ায় থংবা শরুক, লানয়ায়দনা পাংঙন নোংমৈ কাম্বা লাম্লোয়-লাণ্মীশিংগা ঈরমখী ঙেন কাম্বা ঙেম্লোই ঙেনহৈৱ-শিংগনা বামোন চক্রবর্তিগী লাঞ্জিং মথাদা অৱা লাম্থেংনগদবনি *৮০। অসুম্বা মখোয় মখোয়গী লাম্থোঙ য়েম্থোক্লগ্রবা লানমীশিংসিনা অৱাশিংনা তম্পাক হেক তারকপগা মথৌ মথৌ পায়থংনবা হোঞ্জে। অৱা লানমী-শিংসু লাম্লম অনি খায়না লাক্লমবহু পুনশিনখিহুনা লাঞ্জিংপুৱেনগী লাঞ্জিং মথাদা চঙশিল্লক্লুনা ৱাংজীঙগী লৌবুক্তা লানকম ওইনা লান শোক্লরে *৮১। লানকমসিদা অৱানা ল্যানমী মশীঙ য়াম্না হেনখি অমসুং নোংমৈ মশীঙদসু হেনখিৱনা খৱ ল্যাকচবকী মতৌ অল্লানবা হৌগথল্লকপদা মৈদিংঙুনা উবা ফংলম্মী। মসিদা লাপ্পুল্লিং ৱাজয়বা মৈতৈগী মবুংঙোসিনা

মশাগী শাগোন্নরিবা লাইয়িংথৌ সনামহীদা লান মায় পাকহনবীবু অরাগী মাঙথানা চঙলক্লিবা খ্,াইদগী হেন্না রাংলবা শামুছু কৎচবা গুম্বা পীনবীমু হায়না নীজরম্মী। লান্দুদা মৈতৈ লাল্লোয়শিংনা হকথেংননা খুংনা ফংননা য়ান্নবা য়ানবা থৌশীল্লম্মী অমসুং মন্থমক ঘংখিন্নম্মী। হকথেংনবা লানফমদদি অমসুং লান্দদি — অয়াংবা খুংগু-খুংলায় পান্নবা, হকচাং কোম্বা লানপোৎ শীজিন্নবা অমসুং মশা খিংবা য়াবা ফিজেৎ শেৎপনা লানমী-লাল্লোয়শিংগী মপাঙল হাপকৎলিবনি —, মরমসিনা মৈতৈনা লাকচরক্ন্,না তমদা কুম্নকপা অরা লানমীশিং অয়াম্বা অশিবগী খয়াম্বা থাদখি। অদুবু মসিনা অয়োয়বা লানফমদি/লান্দি ওইবা য়াদ্রি, তরেং নমথৌ চীঙদোন্দা শাবা মপুঙ ওইবা অরা লানমী তেঙ্গোন লৈরি।

রাংজীঙ লবুকী লান্দা মৈতৈনা শোক্লখিবা লানশোক্লসি তরেং নমথৌ চীঙদোন্দগী নীংথিনা ময়েক শেংনা উহৌরবা অরাগী লেমহৌরিবা লাঞ্জিংলেনশিং অমসুং খোঙমী-লাম্মীশিংগী মপুক্লিংদা হগ্গানবা পোকখি। লাঞ্জিংপুরেন মঙত্রা কেঙতু গুম্বা মশামঙুস্ মসি ফাওখি, মরমদি মৈতৈ লাম্মীগী লাল্লোয় মশীঙ্দি অরাগীগা য়েংনক্লরদি খুজোক অমথক্তনি অদুবু লান্দা—খোঙলৈ-খুংলৈ থ্,বা, লান্দা-লানকন য়াঙবা অমসুং লানশোক লাম্থেং কনবদি মৈতৈ অমগা অরা গুয়াগা পানবা য়াপনি। মতুংগী লাম্মী মশীঙ্দি মঙত্রা কেঙতু গুম্বনা পুরক্লে। অমরোমদা অমুক অতৈ লাঞ্জিংলেন থর, লাঞ্জিংবা থর অমসুং লাম্মী-লাল্লোয় অয়াম্বা লান তৌননীংদবগী রাকম চীন থোক্লরক্লে।

অরা লানমী হুনখিবা

অদুগা লেমহৌরিবা লাম্মীশিংগী মথরাই কনবা হায়বসি লাঞ্জিংলেনগী তৌত্রবা য়াত্রবা মথৌনি। মরম অসিনা লৌশিং অমা তৌদুনা নাম্থোকছৌবং। অমসুং লাম্মীশিংগী মথরাই মাঙহন্দবনা লাঞ্জিংলেনগী হৈ-শিংবগী মতিক ময়াইনি। অদুবু মমান মমান্নবগী মমাঙদা থঙচোপ চোপ্পসু য়াদে, লৈপাক নিংথৌ পান্নরিবা, কুরুপ-কাংলুপকী ঊকাই খুন্নবা ভাক্লরিবা মশেঙ্কি। অদুনা মথা ভামা

লান ভৌনবগী খুদম ফংত্রবসু নোংমা নিমি চোম্বনা লৈৱম্বগী খুদমদি ফংলম্মী। অদুবু নোংমা অহিং অমদা ঈখঙ খঙহৌদনা অৱা লাম্মী শিং হনখিরম্মী।

অৱাশিংনা লানফম অমম্তুং লানবন থাদোকপ্রবা মতুংদা মৈতৈশিংনা মখোয়গা লান হৌরকপদগী ফাহৌবা লানফাশিং অমস্তুং লোকহৌবা মরু ওইবা পোৎলম-চৈরমশিং মশীঙ থিরুবদা– শামু অহিংবা অহুম অমস্তুং লানফা অচঙবা অমদি অশিবা পুম্না মশীঙ ২,০০০ শুরম্মী। অস্থুম্না রাংজীঙগী লানফমসি লোয়শিন্দুনা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ মৈতৈ কংলৈদা চহিসিগী ফাইরেন থাগী ৪ নি পানবা (খৃ: ১৭২৪, ফেব্রুৱারীগী অনিশুবা থাখায়) থাঙজা মুমিত্তা থংখি। অমস্তুং মতম অমতদা খমত্রাঙননা মায়কৈ অনিদগী থাঙচপ্পনা অৱা অমস্তুং তথেম্না লান্দারকপদা অৱাগী লানফম লোয়শিন্নহনা তথেলগা লান শোক্লনবা থৌৱাং শেম-শাখি।

অৱাশিংনা মথংগী চহি শক ১৬৪৬ (খৃ: ১৭২৪-২৫, নিং ঈং: ১০৮৫) তা তাং অমা শান্নরকথি। তাং অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি মখোয়গী মরমদম সমজোক্তা ঙাইহাক লৈতনা লান হৌদুনা মৈতৈ লৈপাক্কী লমথৈদা ঈরাং থোকহল্লিবা সমজোক লাকপা থৌমান কোংকোয়, মচাম্বপা লাখমনচিংববু ফাজিন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্তা থম্লিবশিং অদুবু বন্দিদগী নাম্বোক্লনা চেনহনখিবনি। মরম অসিগীদমক মৈতৈ লৈপাক্তা অৱা লাম্মীশিংনা লান্দারকলে—হান্নবা তোকঙা অমা শন্দোকহল্লকপা অসিনি। অদুনা অৱা লাম্মীশিংনা লানগী থৌৱাং অমস্তুং লান্দারকপগী মওং মালহন্নবা শেম-শাবগী থৌৱাং অমা লৌথংলম্মী। হায়রিবা তোকঙাগী পাউনীন-খোনসি মৈতৈ লৈপাক্তা য়ৌরকখি। মতম-দুদা মৈতৈনদি হায়দগী মতম পুম্নমক্কী য়েক্লবা

অৱাগী মতাং,
খৃ: ১৭২৫ জানুৱারী

ওইরবা অৱানিনা—অচুম্বা-অশেংবা ওইরবোই নীংদুনা লানগীদমক্তা

লাংতক্নদবা ওয়মদে। অতুনা মরৈপাক্কী ওমথৈ অমস্যুং ঈকাইখুম্নবা ওাক্নবা লানগী থৌরাং লৌথংখি। মৈতৈ লৈপাক্কী পানা ৪ মী লৈজরিবা লাম্হীনা মায়থৈ অময়মদা পানা ২/২ রোয়তুনা তেঞ্জোল অমা য়ংসারোয়মদা অমস্যুং অমনা ঈপাক্নোমদা (রাংজীগু তুরেলগী হৌরককম য়ক্লারোয়মদা) লান ওাকপা পোইন্নুমী ১১ নি পানবা নোংমাইজীং গুমিং (ডিসেং-জান্যু:) তা খোঙশানখি * ৮২। অতুবু চংল্লিবা লাম্মী তেঞ্জোল অনিতুনা অশেংবা অরাগী থৌওং খঙক্নগা—অরা লান লাকপা নত্তে, সমজ্জোক্কী কাজিন্দুনা থম্লিবা লুচিংবশিংতু চেনহনখিবা য়ানবা তাং ভৌবনি হায়বা খঙলবদা মৈতৈ কোম্নুংদা পাউ খঙহল্লখি * ৮৩।

মৈতৈগা অরাগগী মরী অসি অরা নিংথৌ টানিনগানরেনা খৃঃ ১৭৩৩ (বিঃ ঈঃ ১০৯৫, শক ১৬৫৫) দা নোক্সাপ্রতুনা মচানুপা মহা ধম্মা রাজা দিবাটি (Maha Dhamma Raja or Mahadammayaza Dipati) না নিংথৌ ওইরবদস্যু * ৮৪। অতুম্মক ফগৎপা ওমত্রি *৮৫। লুংঙাইনদবগী উংখৎনবসিনা মরম ওইতুনা অমস্যুং হায়দগী পুরকপা লমন খুমীংবগী থক্নম অতুনা মৈথৌ হাপ্তুনা মৈদিংগু গরিবনিৱাজনা অরা লৈপাক্তা লাল্লানবা শেম-শারম্মী। মতুবু সাহেব ইতিহাসকার অমনদি মৈদিংগু নিংথেম পামহৈবগী কম্বাল চহিসি খৃঃ ১৭১৪-৫৪ কাওবা পারগা খৃঃ ১৭৪২ দগী মহাক্না শিত্রিবা কাওবা কুম কাংদনা চহি খুদিংগী অরা লৈপাক্তা লাল্দারম্মী হায়না পীরি অমস্যুং মৈতৈশিংসি মতমতুদা অরাশিংগী অকিবী ওইনা পল্লি।

অরাশিংগী অকিবী মৈতৈ জাতি, খৃঃ ১৭৩৩-৫৪

হায়রিবা রারোলতুদি * ৮৬—
Manipur ... .... ... Under their Raja Gharib Newaz 1714-54 the Manipuri raiders became a terror; from 1742 till his death they came nearly every year, sweeping the country upto Ava and carrying off loot, cattle and thousands of people.

Once they massacred two-thids of a royal army including the commander, who was drunk.—অসিনি। অদুগা মৈতৈগী ইতিহাসিক সাহিত্যকার অমনদি-খৃ: ১৭৩৪, ৩৫, ৩৬, ৩৭, ৩৮, ৩৯, ৪০ হায়রিবা চহিশিংসিদা গরিবনিৱাজ মহারাজনা অরাদা চহি ৭ লক থংন-থংনন লাম্বাখি—হায়না পীরি *৮৭; অদুবু চৈথারোল কুম্বাবনা য়েক্রবদদি অরা, ববো, পোং, মেতু, অসিনচিংবা ময়েক শেংনা থায়দোকপীরম্বনা ঈশাগী ঈপোৎসিগী খুদুং ইজরি।

মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ মহারাজনা অকন-অথৌ লাংপা অমা ওইনা অকন-অয়াঙলোই ওইবা বাম লাংপা লাইনীঙ লৌরবা মতুংদা নোংচুপ-লোমগী তখেল, ময়াং/মাইবং, তেথাওনচিংবা কয়া দ্বিগবিজয় চক্না লাগ্না পানকররবা অমম্মুং লোই চল্লুববা মতুংদা শক ১৬৫৯ (বি: ঈ:১০৯৯, খৃ: ১৭৩৭-৩৮) তা অবা লৈপাক্লা লান্দানবগী পুক্লীং থিংডিল্লকখি। মরম অসিনা খোঙ্গং খুৎকংনা লম্বী চৎপা য়াবা নীংথমথাগী মতম চঙলকপদা থবক পায়থৎখি। চহিসিগী মেরা থাগী ১০ নি পানবা (ওক্তোবরগী অরোয়বা থাথায়) শগোনশেন মুমিত্তা মৈদিংঙুগী স্নায়াথং মতুং ইন্না অরা লৈপাক্লা লাম্লারুনবা মৈতৈ লানমী তেঙ্গোল পুদুনা চাওরেম্না লাঙ্খিংলেন ওইরগা খোঙশানখি *৮৮। হায়রিবা লানমী তেঙ্গোল অসি মৈতৈ লৈপাক্নী খাবম অমম্মুং লাইকম পানা অনিসিগী লাম্লোয়শিংনা শাবনি। অদুবু হায়রিবা লান্দা অসিদা মৈতৈগী খুদোং চারকপগী খুদম ফংদে। মরম অসিনা মৈদিংঙুনা অমুক হন্না স্নায়াথং পীদুনা মচাইবুংঙো শ্যামশাই খুরাই লাকপগা শিলোটিয়া শান্তিদাস গোষাই, গুরুগা অনিনা লাঙ্খিংলেন ওইনা খাবম অমম্মুং লাইকম পানা অনিগী লাম্লোয় লানমীশিং পুদুনা

অরা লৈপাক্লা লাম্লাবা
খৃ: ১৭৩৭-৩৮

থা অহুমগী অরা লান্দা
খৃ: ১৭৩৮, জানু/মার্চ

অৱা লৈপাক্তা লান্দারুনবা চহিসিগী পোইন্থু থাগী ১১ নি (খ: ১৭৩৭, ডিসেম্বরগী অকোনবা থাখায়) পানবা লৈপাকপোকপদা খাঙশানখি *৮৯। অতুগা অমুকস্থু থাসিগী ১৭ নি (খ: ১৭৩৮, জানুৱারীগী অহানবা থাখায়) পানবা নিংথৌকাবা মুমিত্তা গরিবনিৱাজ মহারাজগী মচা ইবুংঙো চিংসাইগা হাওবম পুখ্রনবগা অনিনু লানমী থরগা লোয়ননা অৱা লান্দাবদা য়াওরুনবা খোঙশানখি। অৱাগী লমদা লানমী লাল্লোয়শিং অমস্থ মতীক চারবা লাঞ্জিংলেন অনি (শ্যামশাই অমস্থুং শান্তিদাস) লৈরনা থাবম লাকপা অমস্থুং লাইফম লাকপা অনিনা রাকচীং থাগী ২ নি নিংথৌকাবদা অমদি চিংসাইগা হাওবম পুখ্রনবগা মথংগী মুমিৎ লৈপাকপোকপা (জানুৱারীগী অরোয়বা থাখায়) মুমিত্তা ইফাল কংলৈদা হল্লকখি। অৱা লৈপাক্তা

মচিং লানফম, খ: ১৭৩৮ জানু:

লৈরিবা মৈতৈ লানমী অসিগা অৱাগী লানমী-শিংগা রাকচীঙ থাগিগী ৭ নি পানবা থাঙজা মুমিত্তা মচিংদা লান শোক্লখি। লানফম অসিদা মৈতৈনা মায় পাক্লুনা অৱা লানমী লাল্লোয় ৩২৭ হাৎখি অমস্থুং লানহিং ২০ ফাখি * ৯০। লানফমসিদা

অৱানা তাইশিন্নবগী রাফম পুথংলকপা

মায়খীবদগী অৱাশিংনা লান লেপ্তুনা তাইশিন্নবগী রাফম পুথংলকখি। মখোয়না গরিবনিৱাজ মহারাজগী গুরু, লানফমতুগীমু লাঞ্জিংলেন শান্তিদাস মহন্তদা চঙজন্থুনা উন্নবগা, 'ফনরসি লান তৌনরৱোইসি' হায়না য়ানবা পুরকখি। য়ানৱিবা রাফমসি শান্তিদাসনা লানমীগী লুচিংবা অমা ওইনা মৈতৈ নিংথৌদা পাউ হল্লংলকু-না পাউসি কোন্থুংদা রাকচীঙ থাসিগী ১০ নি পানবা লৈপাকপোকপা মুমিত্তা হল্লংলকখি *৯১; অতুবু মতম থরগী ওইনা লান লেপ্লবমু অৱাশিংনা তৌরিবন্থ লৈঙাকলোনগী থুজীল খৌৱাংনি হায়বসি মৈদিংঙুনা থিম্নদনা খঙলকখি। মৱম অসিনা অৱান্থু মতীক থোকপা লারুগে হায়না মৈদিংঙুনা জেপথি অমস্থুং অৱা লৈপাক্তা থা অনিয়োম

চুপ্পা লৈহ্না য়াম্নাক্লনবা থৌরাং অমা লৌখৎলম্মী। মতুংদমক পনম্বা হায়বা মফম অদুদা মৈতৈগী চিঙ্খাক পৈরা লানশঙ অমসুং লানবন শান্ন-নবা হায়াথং পীরম্মী। অদুগা রাকচীং থাসিমকী ১৭ নি পানবা (ফেব্রু: গী অহানবা থাথায়) মুমশকৈশ তুমিত্তা পানা ৪ মকী লৌমীশিংনা চেঙ হোঙ্গিন্দুনা পৈখি *৯২। মৈদিংঙুনা অরা লান লেঙনবগী থৌরাংদা মোইরাং লনহাম্বা (কতহান/বহান/কোতরাল *৯৩) না ফাইরেন থাগী ২ নি পানবা (ফেব্রুয়ারীগী ২বা থাথায়) মুমশকৈশ তুমিত্তা লমফাংপা লাম্মী থুংপু (পাইওনিয়ার কোপ') পুহ্না খোঙশানখি। অদুগা মৈদিংঙুনা থাসিগী ৬ নি পানবা (ফেব্রু: ২বা থাথায়) নোংমাইজীং তুমিত্তা অরা লান্দানবা খোঙশানখি *৯৪। অসুম্না মতমতুগী থা-নোংপোক অমসুং থা এসিয়াগী লমদাই-লাংদাই চীঙসকী অথোইবা লাঙ্গিংপুরেন পরিবনিরাজনা অরাগী তাপ্রং (মৎসেম: Matsem town on the bank of river Khodo-ung Choung) কংলৈদা লান্দাখি *৯৫ মফম অসি লৌর-বা মতুংদাসু মাঙলোমদা চঙশিনবদি লেপ্পমদে। তাপ্রংদগী চঙশিনখিহ্না নিংথি (Chindwin. R) লাম্থোক্লগা শ্যাংশি (Dabayen) কংলৈ ফাওবা তকশিল্লম্মী। হায়রিবা লান-কমশিংসিদা অরা লাগ্মী কয়ামরুম অমা হাংখি অমসুং কয়ামরুম অমা লানফা ওইনা ফাহ্না পুরকখি, শগোল-শাম্মু লোক্লকখি, নোংমৈ কয়ামরুমসু খোম্ন-কখি। অদুদসু নত্তনা লন-থুম ওইবা পোৎ-চৈ য়াম্না পুরক্লগা চহিসিগী লমতা থাগী ১৪ নি পানবা (মার্চ থাগী অনিশুবা থাথায়) মুমশকৈশ তুমিত্তা ইম্ফাল কংলৈদা থুংলখি *৯৬।

পনশাদা লানগী চিঙ্খাক হোঙ্গিনবা, খৃ: ১৭৩৮ ফেব্রু:

তাপ্রং (Matsem) লান্দাবা খৃ: ১৭৩৮, ফেব্রুয়ারী

শ্যাংশি (Dabayen) লান্দাবা খৃ: ১৭৩৮ ফেব্রু:

মথং চহি খিংবাইজম কাকপী কুম শক ১৬৬০ (বিঃ ঈঃ ১১০০, খৃঃ ১৭৩৮-৩৯) দা মৈদিংঙু গরিবনিরাজনা চহিগী লেপ্পুনা অয়া লৈপাক্তা লান্দাবগী থৌরাংলি লৈখৎলী। অহম অসিনা মৈদিংঙুগী য়াথং মতুং ইন্না শুক শান্তিদাসনা লাক্তিংলেন ওইহনা অয়া লান্দাকনবা মৈতৈ লাগী তোজোম অমা চহিসিগী পোইচুগী থাগী ১১সি পানবা (খৃঃ ১৭৩৮ গী ডিসেম্বরগী অরোয়বা থাখায়) নোংমাইজিং সুমিত্তা খোঙশামখি। অদুবু অয়াশিংগা শাখিবা মওংদা খুৎ থোক্নগী য়ারোল থোইনা কংদে। মৈতৈগী চৎখিবা লাগী তেলোল অদু সুমিৎ ৪৭ খিরোম অয়াগী লমশিংদা খুৎলায় পুহনা চৎপা খোঙচৎ ওইনা কৈরুরগা চহিসিগী য়াকচৌঙ থাগী ২৯ নি পানবা (খৃঃ ১৭৩৯ ফেব্রুৱারীগী অহানবা থাখায়) থাংজা সুমিত্তা ইম্ফাল কংলৈদা থ্রংলখি। চহিসিগী লমদা থাগী ২৯ নি পানবা (এপ্রিলগী অহানবা থাখায়) লৈপাকপোকপা সুমিত্তা পোং লৈপাক্তগী লৈঙাকলোনগী পাউপুবা মীশিং মৈতৈ কোয়নুংদা থ্রংলখি। মখোয়না মখোয়বু থারক্লিবা মখোয়গী লৈঙাকমপুগী/নিংথৌগী মচুৎশিন্দুনা অয়া লৈপাক্তা লান্দাবিনবা হায়জরখি ৯৭। মখোয়গী য়াকমসি য়'নবা পুরকখি হায়না থাজজে। অদুবু অমরোমদা পোংগী লৈঙাকলোমগী পাউ-পুবশিংসিনা ইম্ফালদা সুমিৎ ১৮ নি লৈরম্রগা মবৈপাক্তা হনখিবা সুমিৎ, শক ১৬৬১ গী শজিবু থা ১৮ নি পানবা (বিঃ ঈঃ ১১০১, খৃঃ১৭৩৯, এপ্রিলগী অনিশুবা থাখায়) নোংমাইজিং সুমিৎ অসিমক্তদা অয়া লৈপাক্তগী লৈপাক-নিংথৌগী লৈঙাকলোনগী পাউপুবা থারক্নুনা থ্রংলখি। অয়াগী লৈঙাকলোনগী পাউপুবশিংগা করি য়ানখিবা, করি য়ানখিদবা মদুগী ময়মদা করিস্সু খঙবা ঙমদে। অদুবু পোংগী অয়া লৈপাক্তা লান্দাবিনবা তকশিনবা লৈঙাকলোনগী পাউপুবা/পাউহনবা মী অনি অমুক হন্না চহিসিগী থয়ান থাদা মৈতৈ লৈপাক্তা থোক্লগা সুমিৎ ১০০ নি লৈরম্রগা হিয়াঙ্কৈগী

খৃঃ ১৭৩৯ গী অয়া লান্দাবা

পোংনা অয়া লান্দাবিনবা নেকপা খৃঃ ১৭৩৯

থাশি মুমিং (ডিসেম্বর) তা অরা লৈপাক্তা লান্দানবগী পাউ তংডানা খঙলগা মরৈবাক্তা হনখিরম্মী *৯৮। মখোয়গী মফমদা মৈতৈগী মবুংঙো গরিবনিরাজনা খিম্বদনা অরা লৈপাক্তা লান্দানবগী অরেপ্পা রাফম খঙহনবিরমগনি হায়বা অশাদি থম্বা য়াই।

মৈদিংঙ্ গরিবনিরাজ মহারাজনা পোংগী পাউপুবশিংনা মরৈবাক্তা হনগ্রবা মতুংসিদা — পোং লৈপাক (হৌজিকী অরাং থংবা ম্যাণ্মারগী কাচিন ষ্টেটকী মথা ইথং থংবা মোগাউং ডিষ্ট্রীকী খোম্নুং মোগাউং/ Mogaung সহরদা কোম্নুং এইরগা পাল্লম্বা টাই-মাও/মাও-শান জাতিগী লৈপাক) পু য়েথায়-থিঙ্গায়বা লৈতনা পালহন্নবগীদমক অরাবু মায়থীবা পীহুনা নমথবা হায়বসি তংঙাইফদবনি — হায়মা লেপ্লহুনা অরা লৈপাক্তা লান্দানবগী থৌরাং পুম্নমক শেম-শারম্মী। নিংথৌসিংগী হন্দকী খোঙফমসিদা অরা লান্দাবগী পান্দমদি — মতমসিগী অরাগী কোম্নুং চেকোঙ/ চেকং/সেকং/সগং/সগাং (Sagaing) অমস্নুং অরা/অভা (Ava) থুগায়বনি অমস্নুং মহুদগী পোং লৈপাকলোমদা চুমথ্রিং হাইগংখিহুনা পোং লৈপাক শেমগংলুবনি। পুম্নমক অসি মৈতৈগী অঙম-অথৌ, অকন-অয়াঙ অমস্নুং অরিং-অহেনবশিংগা কুপ্ন খন্নহুনা তানরবা মতুংদা লান্দানবগী মতম লেপ্লখি। অহুনা হায়রিবা কুম শক ১৬৬১ সিগী পোইন্ন ১৩ নি

| | |
|---|---|
| | পানবা (বিঃ ঈঃ ১১০১, খৃঃ ১৭৩৯ |
| চেকং/সগাং (Sagaing) | ডিসেম্বরগী অরোয়বা চয়োল) |
| লান্দাবা, খৃঃ ১৭৪০, | নোংমাইজিং মুমিত্তা চেকং/চেকোঙ |
| জায়ু : - ফেত্র : | লান্দারুনবা মৈদিংঙ্ গরিবনিরাজনা |
| | মৈতৈ-লাম্মী তোঙ্গোল পুহুনা |

খোঙশানখি *৯৯। লান্দা অসিদা মৈদিংঙ্ সিনা পুরিবা লাম্মী-তেজোন্দিখোঙমী-লাল্লোয় ২০,০০০ অমস্নুং শগোল লাম্মী ১,০০০ থক্তনি। খোঙফমসিদা অরাগী লমথৈ হৌরকপ, নিংথী তুরেল লাল্লকপদগীদি লানগী মমি থর থর উরকখি। মমাংগী লান্দাশিংদা থ্ গায়হুনা উফুল তাহল্লমবা অরাগী সহরশিং — তাপ্রং/মৎসেম (Matsem), শ্যাংশিং/ডবয়েন

( Dabayen ) অমসুং খুঙংশিং পুম্নমক অমুক নৌনা শেমগৎলম্বনা মখোয়শিংসিগী লাল্লোয়শিংগসু মতেক মতেক লান শোক্লম্মী। অদুবু মখোয়না থিংবগী পনশিং অদু নমথায়দুনা চঙশিল্লকপনা মু তুরেল ( River Moo/Mu ) অদুগী তোর্ব্বান য়ৌশিল্লক্লনা অরা লৈপাক্না মমিং চংলবা মু তোর্ব্বানগী সহর মেতু/মেদু/ম্যেদু (Myedu) মোংফম ওইহনখি। হন্দক্কী লান্দা অসিগী মরমদা অরাগী ইতিহাসকারশিংনা হায়রম্বা রারোন্দি *১০০ —

মেতু/ম্যেদু (Myedu) থুগায়বা, খৃ: ১৭৪০ জনুয়ারী

" ..... ... Without stopping attacked and carried stockaded positions around the ancient capital of Sagaing of which he obtained possession."

অসিনি। মেতুদগী অমুক চঙশিল্লক্লনা অরাগী খ্বাইদগী মরুওইরিবা তুরেল ইরাবতি ( Irrawadi ) গী তোর্ব্বান্দা ক্লা-দলান কয়ামক্লম অমসুং মরু ওইবা পেগোডা (Pagoda : Stupa) কয়ামক্লম্না লৈতেংলবা অরাগী কোম্নুং ওইরিবা সহর সগাং ( মৈতৈনা চেকোঙ/চেকং কৌবা) দা লান্দাখি। হায়রিবা কোম্নুং-লানবন অসিবু ভাক্লনবা

সগাং ( Sagaing ) থাঙফম খৃ: ১৭৪০, জানু-ফেব্রুয়ারী

অরা নিংথৌনা অকনবা লাল্লোয় কয়া মরুম্না শারবা লাম্মী তেঙ্গোল অমদা শিন্নবনি। অদুবু মখোয়না মৈদিংগু গরিবনিৱাজগী লানফম-লাম্ফেং অসিদা কুইনা লেপ্পা ভমখিদে। খোঙফমসিগী পীরম্লিবা রারোলশিংদি—

i ) * ১০১ .....Under their Raja Gharib Newaz 1714-54 the Manipuri raiders became a terror; Once they massacred two-thirds of a royal army including the commander .... ... In 1738 they burn every house and monestery under the wall of Ava and stormed the stockade built to

protect the Kaungmudaw pagoda, staughter'ng the garrison like cattle in a pen and killing a minister of the Hluttaw Council, the old door-leaves of the pagoda's eastern gateway shew a gash made by the sword of Gharib Newaz when he was forcing the entrance.

ii ) *১০২......The Manipuri people advanced into Burmese territory ...... Two years later they again invaded Burma in great strength and defeated an army sent against them. So threatening was the danger, that a strong stockade was built at Sagaing and one to defend the Kaungmudaw pagoda ...... ... They marched down the Mu and Irrawadi rivers and took by assault the stockade at the pagoda, but could make no impression on that at Sagaing........

iii ) *১০৩ .....In 1714 Gharib Newaz ascended the throne of the state ........ in 1738, carried his victorious arms as far as the the capital of Burma, Tsit Kaing, which he occupied.

iv ) *১০৪.......ঐরাবতী লাইজ ঈপাম তাম। অর তোংদোই নিংথৌশি সনা খোঙলেন ওমখংনমা চেক্যং মপুংয়ায়দা খোশাথবদি হয়েন লাম্নীদি মাংলেক্রথোং অথোবমু কাইন হুরে। কোংমদা লাইকম চাইরে। চেক্যং মপুং তাকলে। ... ....

অসিসিংসিমি। গরিবনিৱাজ অমস্তুং মহাকী লানমীশা সগাংদা লান্দা-রকপমক্তদা কংলৈ/সহর তাক্লগা অরা লামমীশী লাম্নোয়শিং পুম্নমক লানবন থাগোক্তুনা সহরদগী কায়হুমা চেম্নখি। লানগী চৈথেংনা কনমনখিবনা অরা নিংথৌ, মহাকী অঙম-অথৌশিং অমস্তুং লৈপাকী অকন-অয়াঙ্গশিং পুম্নমক সগাং কোম্নুং অমস্তুং লানবন থাদোক্তুনা ইরাবতী লাকপা অরা/অতা কোম্নুংদা চেম্নখি *১০৫। খুম্নাক লানশিংবা

সহর/কংলৈ অদুদা মতমদুগী মমিং চৎলবা কোঙমতু / ক্যাউংমডো (Kaungmudaw) মতোমতমক লেপ্তুনা লৈহৌখি। মহাকমকসু মশাগী নোংপোক থংবা থোঙনাদা গরিবনিৱাজ মহারাজগী স্নাথুংশু থাঙগী থাঙয়ান কংথ্রবনি।

ক্যাউংমডো (Kaungmudaw/ Kowngmhudao) পেগোডা*১০৬

ক্যাউংমডো পেগোডা হায়রিবা ফুরা/ ফরা / কিয়োং/ ক্যোঙ/ক্যাউঙ (Kyaung)

অসি সগাং সহরদা লৈবা খ্বাইপুন্নমক্তগী হেন্না চাওবা, খা, ৱাং, নোংপোক অমসুং নোংচুপ মায়কৈ মরিমক্তা থোঙজাও ৪ ফাংপা বৌদ্ধধর্ম্মগী লাইশঙ (stupa, ম্যাম্মা মরোন্দা, প্যাগোডা/পেগোডা) নি। মসি ঙাক্লনবা অৱা নিংথৌনা হাম্লনা লানমী থমদুনা শেম-শাগ্রবনি অদুবু মাগী মতমদা মপা লৈতবা কন-থোৱবা মৈতৈ নিংথৌসিনা ঙাক্লিবা লাইশঙসিগী তেঙ্গোন শারিবা লানমীশিংবু—মায়থীবা পীদুনা লাইশঙ অসি চায়থায়খি। অদুগা পেগোডাসি ঙাকপগী লুচিংবা ওইরিবা কন-থোৱবা লাম্জিংলেন সরননচিংবা লাল্লোয় কয়া হাংখি *১০৭। অমসুং লাইফম অদুগী লাই, কৌতুমমুনি/গৌতমমুনি লানদগী ফংলকপা পোং ওইনা লোকখি। অবাগী খুঙ্গং কয়া অমসুং সহর খৱ উং ওনখি।

মৈতৈগীরোমদা অশি-অনা নংখিবা

অদুগা মৈতৈগী মায়গৈদসু মমল নাইদ্রবা লাল্লোয়, মমিং চৎলবা খর, মরু ওইনা, নহারুপ শঙলেন লাকপা শাৎপমচা কিয়াম্বা, পোল্লীবা লমথোক অথৌবা অনিসি য়াওনা শিখি। অমরোমদা মৈতৈ নিংঙোম্না মৈতৈ মচা ওইনা পোক্লগা অৱা ওইনা য়োকলকপা, মতমদুগী অৱাগী খ্বাই পুন্নমক্তগী হেন্না কন-থোৱবা অমদি মতীক চাৱবা লাম্জিংপুৱেন মংত্রা/মঙত্রা কেংতু ঙম্বা লানফমসিদা থৱাই থাখি। তশেংনমকসুং সগাংগী খু: ১৭৩৮ অমসুং ১৭, ৪০ গী লানফম অমসুং লান অসিনা মৈতৈ অমসুং অৱা/বর্মীজ/ম্যাণ্মা/ব্রাম্মা অনিনা শোক্লখিবা লানফমশিংদগী খ্বাইদগী হেন্না চাওবা অমসুং লান-

শিংদগী খ্বাইদগী হেন্না কনবা লাল্লি। হাৱরিবা লান অসি লোয়রবা মতুংদা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ পোং লৈপাক্তা হাইগৎখিদুনা মকম অদুদা পোংগী নিংথৌমচা মচীন-মনাও লৈবদগী অহল/ময়াম্বা অদুগী মকমদা নিংথৌ খুবম পীদুনা নিংথৌ হাপ্পীরম্মী। অদুগা নিংথৌগী পোৎলোয় শমপোং পুন্নমক থায়দুনা মত্তমদুগী নিংথৌ অমগী লৈফম থোকপা পুন্নমক লৈহল্লমগা অমসুং পোং নিংথৌগী মনাও অদুবুসু নিংথৌগী মনাও নত্রগা মখং খনবা ওইবগী ফংফম থোকপা পুন্নমক ফংহল্লমগা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ মৈতৈ লৈপাক্তা চহিসিগী ফাইরেল থাগী ২৬ নি পানবা ( মার্চকী অহানবা থাথায় ) লৈপাকপোকপা হুমিত্তা থুংলখি *১০৮।

সগাং শাথিনা চায়থায়রম্বা অমসুং মৈত্রবাক্তগী সগাং লান্দাবা লাকপদা লম্বীদা লৈরম্বা খুন অমদি সহর মচা-অচৌবা কয়া অমা মৈ থাদোক্তুনা তাম্বী ওনহনখিবসিদা অৱাশিংনা মখোয়না ফন মপাক্তন শোম্বরবা জাতি অমসুং লৈপাক ওইদুনসু তুম্মিন্না লাইবক্কী নোংদম্নি খন্দুনা পেনথোক্তুনা লৈথোকপা ঙম্মদে। লমন খুম্মীংবগী মৈরিদুদি অদুম মুথ-নেমথরমদে। মরম অসিনা মখোয়না (ঈপান লমদমগী অৱানা) মখোয়গুম লাইবক চপ মান্নবা থৌমিন্নরবা মেতু/ময়েদুগী মীশিংগা তানদুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দানবা শেম-শাৱম্মী। অৱা ময়েদু লৌতুনবগী পাউ অমসুং মখোয়না লানগী থৌৱাং তৌদুনা তত্তনা লৈপাক ঈৱাং হৌহনবগী পাউ পুন্নমকসি নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা থেৎপনিনা গরিবনিৱাজ মহারাজগী স্নানাকোঙ য়ৌরক্লম্মী। মরমসিনা মখোয়বু অমুক হন্না নমথবগী থবক লৌথৎলম্মী। অদুনা অৱা লান্দানীংবা মত্তমদা লান্দাবা য়ানবা হান্না খোঙশান্দোক্তুনা লৈবগী মওংসি লৌথৎলম্মী *১০৯। শক ১৬৬২ গী পোইন্থ ১১ নি পানবা ( খৃ: ১৭৪০ গী ডিসেম্বর লোয়রমদায় ) লৈপাক-পোকপা হুমিত্তী যাত্রা তৌদুনা পুন্নি মপান (নিংথেমপুন্নি মপান, ৱাংখৈ)

অৱা-ময়েদু লৌতনব',
খৃ: ১৭৪০-৪১

দা লৈখি অমস্নুং অরাদা লান্দারুনবা খোঙশাবখিবনা কুমসিগী রাকচাঁঙগী নিনিপানবা (খৃঃ ১৭৪১ গী জন্মুয়ারীগী অরোয়বা থাখায়) লৈপাক-পোকপা হুমিত্তনি। মৈদিংঙুগী মমাঙগী লানকমশিং অমস্নুং লানশিংদা খুখিগ্রবা অরাশিংহ্ নাথৈখিরম্মী। লাল্লোইনরিবা অরা ঈপান অমস্নুং মেতুগী শমজী খায়হনা লাকপা লাম্মী ভেঙ্গোন অনিহু চেনখ্রে হায়বসি মৈদিংঙুগী স্নানাকোঙদা রাকচাঁঙ থাসিগী ২৫ নি পানবা (ফেব্রুয়ারী অহানবা থাখায়) শগোনশেন্দা য়ৌখি *১১০। হায়রিবা তাঞ্জা অসিদা কবো তম্পাক্তা তাইনহনা লৈরিবা মরিং চাঁঙশাংগী মরিং চাঁঙমী কাংলুপ-সিগী ফুরুপশিংনস্নু অরাগী মীচঙদা য়াওশিনখিবগুম তৌরহনা লান হৌরকখি। মখোয়না তম্পাক তারক্তুনা থুমখোং-পল্লেন, লাংঙ-খেন, ককচাঁঙ খুল্লেন অমস্নুং হৈ-রোক, খুন ৪ সি মৈ থাখি, মী ১০৫ হাংখি। থৌদোকসি ফাই-

মরিংশিংনা অরাগী ভেংবাংদা লান হৌরকপা অমস্নুং অয়া লান, খৃঃ ১৭৪১, জানু -মার্চ

রেন নিনি পানবা (ফেব্রুঃগী অকোনবা থাখায়) দনি. অহুগা মখোয়স্নু নাথৈহনা চাঁঙশিংদা হাইগত্তুনা লৈখি। অস্নুম্না লাংনরিঙৈসিদা চেনগ্রে হায়হনা পাউ তাখিবহু .থাক্লুনা মৈদিংঙুগী লাম্মীগা চহিসিগী ফাইরেন থাসিগী ২৮ নি পানবা (মার্চ থাগী অহানবা থাখায়) নোংমাইচিং হুমিত্তা মায়য়োক্লহনা মেতু/ম্যেতুদা লাম্হেংনখি। লান অসিদস্নু মখোয়বু মায়থীবা পীখি। সগাংদগী মনিপুর ফাওবদা লৈরম্বা খুঙ্গংশিং অমস্নুং কংলৈশিং পুম্নমক তাঙ্গোয় তানা অমুক হন্না মৈ থাদোক্লগা মৈতৈগী লানঙম ফিরান পুরক্তুনা মৈদিংঙু গরিবনিরাজ মৈতৈ কংলৈদা লমদাগী ৩ নি পানবা (মার্চ থাগী অরোয়বা থাখায়) ঈরাই হুমিত্তা থংকখি *১১১। অস্নুম্না অরা লৈপাক্তা হুমিৎ ৫৮ রোম কোয়হনা লান তৌরবসিদস্নু রাজ্রহনা পম্বদনা অমুক অরা লৈপাক্তা লান্দাবা মৈদিংঙুসি লেংশিনখিহনা অরা-শিংগা লাম্হেংনখি। অহুগা হন্নক্তুনা লমদা থাসিগী ১৭ নি পানবা

( এপ্রিলগী অহানবা থাখায় ) থাঙজা মুমিংকী য়াচঙবা মতমদা থুংলখি *১১২।

কবো লাসোংগী কুম শক ১৬৬৩ (বিঃ ঈঃ ১১০৩, খৃঃ ১৭৪১-৪২) অসিদদি খোঁশীল-খোঁৱাং অমা হোংলকখি। মখোয়না মতম চুপ্পগী য়েক্লবা ওইনৱবা জাতি অনি অসিগী মৱক্তা মতম থৱগী ওইনা শান্তি থম্নবা লৈঙাক-লোনগী পাউপুবশিং মথং মথং ওইনা চহিসিগী কালেন ১৬ নি পানবা (জুনগী অহানবা থাখায়) দগী ২ ৱক থারক্লুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লাকখি *১১৩ অমসুং মৈতৈ নিংথৌগী মজাইবেম্মা পীয়ু হায়দুনা লৈমা নিবা অনিরক লাকখি *১১৪। অদুবু অৱাশিংগী লৈঙাকলোন্দা লৌ অমা লৈবগুম ঈতৌ তৌরম্মী। মদুগী থুদম ওইরিবদি শক ১৬৬৪ (বিঃ ঈঃ ১১০৪) গী ফাইরেন থা ২২ নি ঈৱাই (খৃঃ ১৭৪৩ গী মার্চকী অহানবা থাখায়) মুমিত্তা চকপা মখাও ঙম্বীগী নাইউল-নাইকং ২গা পুৎহম্চা ১গা চেল্লকপসিনি *১৩৪। অসুম্মা মুংঙাইনদবা-উংথৎনবা অসি হৌরক্লুনা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী স্না য়াথং মতুং ইন্না শান্তিদাস গোসাইনা লাক্লিংলেন ওইদুনা মৈতৈগী লাম্মী তেঙ্গোল পুরপা অৱা লৈপাক্তা লান্দাক্লনবা কোমোন লমজাগী কুম শক ১৬৬৫ ( বিঃ ঈঃ ১১০৫) গী পোইনু থাগী পুর্নিমা মুমিং নোংমাইজিং (খৃঃ ১৭৪৪-৪৫) দা লানগীদমক য়াত্রা তৌরগা রাকচীঙ থাগী নোংমা পানবা জানুৱারী) লৈপাকপোকপা মুমিত্তা খোঙশানখি। অদুগা অৱাদা লানবন শাদুনা লাল্লুমদুনা লৈখি। অৱাশিংনা লৌ তৌদুনা লানগী মমি উহন্দনা থমখি। অমরোমদা অমুক মখোয়না লানগী শউম উহন্দুনা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা অৱা লৈপাক্তা অমুক হন্না লান্দারক্লবদি মখোয়দা খুদোং চারোয়দোবা মাঙজগদোবা ময়াম অদু থম্ব-নৈনরম্মী। অসুম্মা তৌরিঙৈগী চৈরকসিদা

অৱাগী অনৌবা খোঁশীল-খোঁৱাং খৃঃ ১৭৪১-৪২

শান্তিদাস গোঁসাইনা অৱাদা লান্দাবা খৃঃ ১৭৪৪, জানুৱারী

মৈতৈগী অৱা লৈবাক্তা লৈরিবা তেক্তোক্সগী তেনশৃবম খোম্বগী কুম শক ১৬৬৬ (খ্রিঃ ঈঃ ১১০৬, খৃঃ ১৭৪৪) কী ইঙাগী ১৮ নি পানবা ঈরাই (জুলাইগী অহানবা থাখায়) দা থংলখি। অদুগা অৱা লানগী লানবাউ ওইনা মখোয়গী ফত্ত-লৌশিং পুম্নমক তম্নখি। মরম অসিনা মহারাজ গরিবনিৱাজগী মচাইখুংভো অহল শ্যামশাই খুরাই লাকপনা অনিশুবা ইঙাগী মরিনি পানবা নোংমাইজিং ( জুলাই ১বা থাখায় ) দা অৱাদা শারিবা মৈতৈ লানবন ভাক্রুনবগীদমক্তা খোঙশান্দুনা অৱাদা চঙখি। অমুক মরকসিদা অৱা নিংথৌগীদমক গরিবনিৱাজগী মজা ইবেম্বা পীমু হায়দুনা অমুক হন্না লৈমা নিরদুনা মৈতৈগী চহিসিগী লাংবন থা ( ওক্তোবর-নবেম্বর ) দা তায়-শিন্নখিরম্মী। অরাশিংনা মৈতৈ কংলৈদা চহিসিগী লাংবনগী ২২ নিদগী মেরাগী ৪ নি ফাওবা লৈদুনা মুপী হায়জরম্মী। অমরোমদা অৱা লৈপাক্তা লাল্লমদুনা লৈরিবা মৈতৈগী লানবন্দা শান্তিদাস গোষাই চহিসিগী হিয়াঙ্গৈ থাগী ২৭ নি পানবা ( খৃঃ ১৭৪৫ গী জানুৱারীগী ১বা থাখায় ) লৈপাকপোকপা মুমিত্তা নোঙ্গাখি *১১৭। অদুগা লৈহৌবিবা লানমীশিংদু শ্যামশাই খুবাইলাকপনা পুরকনা মুমিং ৩ গী মতুং, থাশি মুমিং ঈরাইদা ইস্কাল কংলৈদা থংলখি। অম্সুম্না অৱাগা যেংথিনবগী লান পুম্নমক মৈদিংঙসিনা মনাও ইবুংঙো খম্লাং পামশাবা, রাংখৈরাকপা/সেনাপতিগী মচাইবেম্মা সত্যমালাবু অপোকপা মমোম-শক্রা অৱা নিংথৌ দিবৌটি/ডিবাটিদা থাজদুনা মখোয়গী অনীংবম্মু থংহল্লগা তাইশিন্নখি।

শান্তিদাস গোষাই অৱা লানফমগী লানবন্দা শিবা খৃঃ ১৭৪৫, জানুৱারী

## সমজোক্তা মৈতৈগী লান

সমজোক অমসুং মৈতৈ, জাতি অনি অসিগী লানগী মরম অমসুং মঙাদি অৱানি। অৱা নিংথৌনা মমাঙতৈদগী মৈতৈগী লোই ওইবশিংসিদা

খুংগু-খুংলায় অমসুং লানগী ওইবা পোৎ-চৈশিং পীশিন্দুনা মৈতৈগী মায়য়োক্না লেপ্পনবা শীন্নী হায়বসি খৃঃ ১৭১৮ কী জানুৱারী থাগী অৱানা লৈমা নীবা লাকপদা সমজোক্কী পাঙ্গা কাংলুপকী মী ৬ য়াওরকপসিদগী *১১৮ খঙবা ঙমই; সমজোক্কী পাঙ্গ শিংসিনা অৱ/ ম্যাগ্নাশিংসিগা জাতি কাংলুপ মান্নব্রবসু অৱাশিংনা ইনশিনবতু লৌহুনা সমজোক লাকপা থৌপান/থৌবান কোল্লোন অথৌবগী মচা লাথম (লাথমতোন) না লুচিংলগা মথোয়গী অথৌবশিং—লাপোন, লাহোং (ঈমিঙ লাকপা), লাসোং অথৌবা লুথক (পাঙ্গা থোঙজাও ঙাকপা), তৈমু (পাঙ্গা ঈমীঙ ৱাস্তেম্বা) *১১৯ নচিংবা য়াওবা লানমীনা লান হৌরক্লুনা মৈতৈ

সমজোক লান হৌ
খৃঃ ১৭১৭, নবেম্বর

লৈপাক্কী খুম্হোঙ/কোন্থোং/কান্দোং খুন কুম শক ১৬৩৯ (বিঃ ঈঃ ১০৭৯) গী মেৱা থা ২৬ নি পানবা ঈরাইদা মৈ থাখিরম্মী *১২০। অতুদসু নঙনা মংসাদসু লান্দাহুনা ঈরোই কাংপোৎ থোন্নখি *১২১। মরম অসিনা মৈদিংঙুনা মৈতৈগী অঙম-অপৌশিংগা কুচুদা থল্লরগা সমজোক লান্দানবা লেপ্পখি। অদুগীদমক অমসুং অৱাবুসু মায়খিবা শীনবগীদমক লাম্হোঙ শিন্নখি (মথক্তা অৱা লানগী মতাংদা য়েংবিয়ু)। অনি তুনা সমজোক অমসুং ফোংদা/হিঙাইফমদা লান্দাবগী থোঙফমসিদা মৈদিংঙুসিগী লান্দাবগী অশেংবা নাম্ব্রমফমদি সমজোক্কি। সমজোক লান্দারুনবা মৈদিংঙুনা কুম শক ১৬৩৯ গী পোইন্নু ৭ নি পানবা যুমশকৈশ (খৃঃ ১৭১৭, ডিসেম্বর ২বা থাখায়) দা থোঙশানখি *১২২। অৱাগী ফোংদারোমদা লাক্লুনা মুমিং থরনি লৈরম্নগা, ফাংদা লান লোয়বদগীদি সমজোক-লোমদা হাইগৎলক্লুনা শীন্নখিবা লাম্হোঙশী মতুং ইন্না লান্দাখি। অমুম্না সমজোকপু মায়কৈ মরিমক কোয়শিন্দুনা থল্লগা মৈদিংঙুনা

সমজোক লান্দাবা
খৃঃ ১৭১৮, জানুৱারী

মরকসিদা চান্দা খুনম্ভু লান্দাহুনা থ্বগায়খি *১২৩। অতুদগী সমজোকপু কোয়শিন্দুনা থল্লিবা তেঙ্গোন্দা থ্বংলরগা লান্দাখি। সমজোকী পাঙ্গাশিংবু শাথিনা মায়থীবা পীখি অমসুং মমাঙ্গুইঙেঙ্গম চহিগী লোইপোৎলপ্তুনা কাগদবনি হায়না, চাবা-থকপা ফংদবনা মায়থীয়ে হায়বা মশানা যাঙ্গহনা চঙজরক্লবা পাঙ্গাশিংদা থডহল্লগা ঙাকপীখি। অতুগা মৈদিংঙু গরিবনিরাজ সমজোক্তগী মৈতৈ কংলৈদা কুমসিগী রাকচৌঙ থাগী নিনি পানবা থাঙজা (খৃঃ ১৭১৮ গী জানুয়ারী ২বা থাথায়দা) দা থ্বংলখি *১২৪।

সমজোকী পাঙ্গা হায়রিবা জাতি/কাংলুপ অসি মৈতৈ নিংথৌদা চঙজগ্রবস্তু মখোয়না মৈতৈগী লোই ওইবসি শুপয়া য়ানীংদে। মরম অসিনা মখোয়সি ঈকুই কুইদনা থা ২/৩ গী মতুংসিদা অমুক মখে লাংলকখি। মখোয়না লম হেল্লিবসি লাকশিন্নবগীদমক্তা সাইরোম পনশাগী কুম শক ১৬৪০ (খৃঃ ১৭১৮-১৯, বিঃ ঈঃ ১০৮০) দা ঙাংখমচা কৈরুংবা লমলোইনা মৈতৈ নিংথৌগী মায়কৈদগী লমহেনথশিংঙু য়েংনমবা অমসুং থিংনবা লালন্নুম্বা চংখি *১২৫। মফমতুদা মুমিৎ ২৫ নিরোম লৈরুরগা কালেন ১৮ (জুন), নিংথৌকাবদা পাঙ্গা লমহেন ৭ ফারক্তুনা হল্লকখি। অতুগা হাওবমচা শেল্লুংবা অকোঙ/কৈবিরামবু অহল্লুপ লাকপগী ফম খিন্দোক্লগা মুমিংসিদা/মুমিংসিগী মতুংদা সমসোক্তা লৌ ফিংহুনা থাবদগী হৌগৎলক্লবা ফৌ ফোয়দোক্তুনা খুন্দাবা ঙমহন্দনবগী দমক থাখি। অঙম্বসিনা মুমিৎ ১১/১২ মফমতুদা লৈতুনা থবক পাংথোক্লুবগা লমহেনবা সমসোকী মী ৯ ফারগা ইঙাগী ৫ নি জুন য়ুমশকৈশদা হল্লকখি *১২৬। অতুবু সমজোকী মীশিংনা লমকেৎ-লমহাইবা হেনগৎলকপগী পাউ লাকপনা থীন্থদনা ইঙেন থাগী ১২ নি (জুলাই) ঈরাইদা হাওবমচা শাগোলশেনবা হুপ্তবগা শাপমচা শেল্লুংবগা সমজোক্তা লাল্লুম্ব থাখিরম্মী অতুগা মফমতুগী লমহেনবা পাঙ্গা লাল্লোয় ৪ কারগা থাসিগী ২৩ নি (আগষ্ট) লৈপাকপোকপদা হল্লকখি *১২৭। অতুগা অমুক সমজোকী পাঙ্গাশিংনা উত্রিবা

লৌকপশিংতুগী মপুদি মৈতৈ নিংথৌনি, মতুদগী থোকলকপা কৌরোক্না মৈদিংঙুদা লোইপোৎ হাগদবনি, কৌ তমগদবনি হায়বসি মখোয়গা মানবা পুরক্লবা শেল্লুবা মাইবা খিয়া পুকচাওবু লাংবন থাগী ৯ নি (সেপ্তেম্বর) ঈরাইদা থাখি অমসুং শেল্লুংবনা মরৈ চক্রি তৌবা মী অনি ফাবগা পুরক-খি *১২৮। পাঙ্গাশিংসিনা লানহৌনবগী ইরাং হেনগৎলকপদগী কুমসিগী লমদা থাগী ২নি পানবা (মার্চ) নোংমাইজিং মুমিত্তা হিরমসিদা য়েংশিল্লুনবা অমসুং নমথবমনবা মৈতৈগী লাঞ্জিংলেন ৫ — খুমলেম্বা ঙাংবম কৈরুংবা, শনখিনবা কৈকংব, হীদাক ফানবা শঙলেন লাকপা কবো কোপেং অমসুং শাৎপম শেল্লুংবগী মখাদা তোঙান তোঙানবা লাম্মী খুৎপু অমমম মাযকৈ তোপ্পা তোপ্পা সমজোক্তা মাঙজীন থাবা লাম্মী ওইনা থাখি। মখোয়গা পাঙ্গাশিংগা লান শোক্লবদা লানহিং ১৪ অমসুং লানশি ১০ ফারম্মী। সমজোক্কী লানহৌসিগীদমক মৈদিংঙুসু থাসিগী ৫নি পানবা খুমশকৈশদা খোঙপানখিহুনা থুংলগা লাল্লু মফমদা মুমিৎ ১৫ নিবোম লৈরগা থাসিগী ২৪ নি পানবা (এপ্রিল) নিংথৌকাবা মুমিত্তা সমজোক্কী অকোযবদা কোয়শি-ন্দুনা খাবগা লানবন ওইরিবা পনগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লান শোরখি। সমজোক লানবন মসুংদগী মখোয়না নোংমৈ, তেম্মচিংবা খুৎলায় শীজিন্নবা অমসু, লানকুংগী খুদোংচাবা হেনখিবনা নোংমখক্তং শোক্লবা লান্দুদা মৈতৈশিংসু অরাবা য়াম্না নংখি। লানকমসি মৈতৈনদি ঙমখি, পাঙ্গা লাল্লোয় লানফা ২৫ দি ফাখি। অতুবু মৈতৈগী লাল্লোয় লাম্মী ৩১ অথনবা লোইশঙগী হিদং লাইরেন *১২৯ ম বা য়াওনা শাখিনা/শৈনাইহুনা শোকখি অমসুং মখোযগী মসুংদা ৫ না পুবকপদা লমলৈগী লৈয়াৎ য়ৌবদা শিখি অতুগা লাইরেন মুবনা অনিশুবা লমদা থাগী ৮নি পানবা (এপ্রিল) নিংথৌ-কাবদা মযুমদা লৈখিদে। মৈদিংঙুনা লানকমসিদগী ২ নি পানবা লৈপাক-পোকপদা কংলৈ কোম্মুংদা থুংলখি *১৩০।

চহি অমা হেন্না তুমিন্না লৈকরবা সমজোক্কী পাঙ্গাশিংসি শক ১৬৪২ (খৃ: ১৭২০-২১ : বিঃ ঈঃ ১০৮২) গী কালেন থা (মে-জুন) দা অমুক হন্না লান হৌরকখি। লানহৌসি লাকশিনবা মৈদিংঙুনা হাওবম অকোঙ

অহল্লুপ লাকপা অমস্তুং ভাংবমচা লমলোই কৈরুংবা অনিনা লুচিংবা মৈতৈ লানমী অমা কালেনগী থাশি ( জুন থা ), য়ুমশকৈশদা থাখি *১৩১। অদুবু লানকম অসিদা মৈতৈনা কয়া খুদোংচারমগদবা মাল্লে।

শক ১৬৪৩ (খৃ: ১৭২১-২২ বিঃ ঈঃ ১০৮৩) গী ইঙা থাদা মৈতৈগী লানমীদা য়াওরিবা কবো লানমী ( শান ) অমস্তুং পাংঙন ( বেঙ্গোলীঃ মুস্লীম ) লানমীগা লানগী মহৈ মশিংদা হৈ শিংবা তাল্লবগী রাকম হৌদোক্লরকখি। রাকমসিগা চাননা লমকেৎ-লমহাইদুনা লৈরিবা সমজোক্কী পাঙ্গাশিংসি লাকশিন্নবগী রাকম খন্নদুনা লান শীঙনবসিগী অহানবা থৌদাং-চাংয়েং ওইনা পা'ঙনশিংনা মখোয়গী লাঞ্জিংলেন হাওবম অকোঙ পুখ্রনবা/অহল্লুপ-লাকপগী মখাদা মৈদিংঙুগী য়াথং লৌদুনা সমজোক লান্দানবা ইংঙা থাগী ১৪ নি পানবা ( জুন থা ) লংমাইজীং/নোংমাইজীংদগী খোঙশানখি। অদুগা লানদু মায়পাক্কনা থাসিগী ২৩ নি (জুলাই থা) লৈপাকপোকপদা লানকা ৬৭ খক ফারক্কনা মৈতৈ কংলৈদা থংলখি *১৩২। অদুবু মসিনা সমজোক্কী পাজাশিংবু লাকশিনবা ওল্লমদে, মখোয় অমুক হন্না লানহৌবগী পাউ তাখি। অদুনা পাংঙনগা লান শীঙনখিবা মৈতৈগী কবো লানমীশিংনা মখোয়গী লেং ওইনা মখোয়গী লাঞ্জিংলেন ভাংবমচা লমলোই, রাঙ্গোল কৈরুংবগী লাঞ্জিং মখাদা থরান থা ( জুলাই আগষ্ট )গী নোংমা পানবা শগোলশেন হুমিত্রা সমজোক লান্দারুনবা খোঙশানখিববু খুদোং চাদবা থরদগী লান্দাকম য়ৌদনা হল্লখি। অদুগা অমুক হন্না ভাংবমচা কৈরুংবসিনা মেরাগী ২৯ নি ( নবেম্বর থা ) লংমাইজীংদা সমজোক লান্দাবা চংখি। অদুগা মথং থাগী থাশিদা শাৎপমচা মোইরাম্বা শেল্লুংবনা লাঞ্জিংদুনা মৈতৈ লানমী খুৎপু অমা সমজোক্কী লৌবুক্তা হৌরিবা মমুন ফারক্লবা কৌশিংদু য়ৈবা চংখি। মখোয়না মখোয়গী খুদোং চাদবগী অমস্তুং কৌপী মমুন ফাবগী পাউ থারকপদগী রাজোল কৈরুংবদগী য়াইস্কুল লাকপগী কমখোন কাপ্রবা মৈতৈ লৈমগী মপাবুং ভাংবমচা লমলোইনা মভীকচাবা মৈতৈ

লানমী পুত্থনা পোইম্ন থাগী ৫ নি পানবা ( ডিসেম্বর থা ) মিংথৌকাবদা সমজোক্কী ক্যো হৈবা/লোকপগীদমক খোঙজহৌখি। মখোয় মকমমুদা থ্ংলুত্থনা মখোয়দা পীরকপা মায়ং পাংথোক্লবা হোংনবদা লম হেল্লকপা সমজোক পাঙ্গা মচাশিংগা খুং থোক্লত্থনা মখোয়বু মায়থীবা পীরম্নগা লানফা-লানহিং ৫ অমসুং লানশি ৫ ফারত্ত্না থাসিগী থানি ঙ্গমিং শগোনশেন্দা ইম্ফাল কংলৈদা থুংলখি *১৩৩। অত্থবু মত্থনসু সমজোক্কী লমহেনবত্থবু নমথবা ঙম্মদে। কক্-লা শৌ-রা, কক্-লা শৌ-রা হৌবা চেঙ্মগা মান্নখি। অত্থনা কুমসিগী লমদা থাগী নোংমা পানবা (খৃঃ ১৭২২, মার্চ থা) নিংথৌকাবদা উন্নুংতা থুল্লাকপদগী শেল্লংবা ফমথোন ফংলবা উশবা/উশমচা কোপেংনা লাঞ্জিংত্থনা সমজোক লান্দাবা চংখি। লান্দাবা অসিদসু মায় পাক্লত্ত্না লানফা ১২ ফারব্লগা থাসিগী ২৫ নি পানবা (এপ্রিল থা) নিংথৌকাবদা ইম্ফাল ক'লৈদা থ্ংলখি ।

পুথেম ঈথাইগী কুম শক ১৬৪৪ (খৃঃ ১৭১২-২৩ ; বিঃ ঈঃ ১০৮৪) দা লমহেনবগী লোয়শিনবা নাইদ্রবা সমজোক পাঙ্গাশিংগী মথক্তা কান্দা-কনবা গোংশঙবা শঙলেনগী হিদং থাঙজমচা চেকশা ( চক্রপল্লি ) না লাঞ্জিংলেন ওইত্থনা শজিবু থাগী ৫ নি পানবা (এপ্রিল থা) লংমাইজি দা সমজোক্কী ফিবম য়েংবা অমসুং লম হেল্লম্নগা নমথনবা মৈতৈ লাম্নশিং থাখি *১৩৪। অত্থগা অমুকসু থরান থাগী ১০ নি পানবা (আগষ্ট) ঈরাইদা রাযেনবা/রাযেনবমচা ( মোইরাংথেমচা ) নহারুপ শঙলেন লাকপনা লাঞ্জিংত্থনা নহারুপ পানা লাল্লুপ লাম্মীনা সমজোক লাল্-হ্না চংখি। অত্থগা লানফা ১০ ফারক্ত্না খাশি মুমিং ( সেপ্তেম্বর ) শগোনশেন্দা হল্লকখি *১৩৫। মসিনসু সমজোক্কী পাঙ্গাশিংগী লান-হৌদা মৈথায়বা পীবা ঙম্নদে, অত্থনা মেরা থাগী ১০ নি পানবা (অক্টো-বর থা) নিংথৌকাবদা চৈদাকক্ ফানবা শঙলেন হঞ্জবা ঙাঙোমচা মায়তেক্লা লুচিংত্থনা সমজোক লাল্হ্না চংখি। অত্থগা ২১নি (নবেম্বর) ঈরাইদা থ্ংলখি *১৩৬। অত্থগা অমুক হিয়াঙ্গৈ থাগী ১৯ নি (ডিসেম্বর থা) ঙাঙবমগা লমলোই, শীজা'মপা, য়াইস্কুল লাকপনা লাঞ্জিংলেন

ওইদুনা সমজোক লাল্লু্বা চৎখ্রে। পোইন্নুগী ৬ নি (ডিসেম্বর থা) লংমাই-জিংদা হল্লকখি *১৩৭। সমজোকসিদা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা কাইরেন থা (ফেব্রুৱারী-মার্চ) দা চাস্তা/চান্দা খুঙ্গাও লান্দাবদা তেঙ্গোল শাঙম (বেজ : Base area) ওইনবা য়ুমলেম্বা কোপেংনা লুচিংবা লাম্বী থুৎপু অমগী তেঙ্গোল লিংহন্দুনা শীজিন্নখি *১৩৮। অদুবু মখোয়না মৈদিংঙু-সিনা লানকম অতৈশিংগী লানশোক্লবগী লৈকম, তেঙ্গোল লিংকম (Base -Camp) ওইবসিদা মবৈ-ময়া তৌরকপদগী লানকম অতৈদু লোয়রগা মখোয়দা ওনশিন্দুনা, রামনবা মেরাগী কুম শক ১৬৪৫ (খৃ: ১৭২৩-২৪ : বিঃ ঈঃ ১০৮৫) গী কালেন থা (মে-জুন) দা লমহেনখিবা পাঙ্গা লাল্লোয়শিংবু কাদুনা ঈস্কাল কংলৈদা পুরক্নুনা, ৮ নি পানবা (মে থা) য়ুমশকৈশদা থুংলখি *১৩৯। মখোয়বু মৈতৈ খুন্নাইদা থমখি। অদুবু মখোয়সিদগী থরদি মোইরাং খোয়দোংগী কুম শক ১৬৪৬ (খৃ: ১৭২৪-৩৫ : বিঃ ঈঃ ১০৮৫) গী কালেন থা পোইন্নু থা (ডিসেম্বর-জানুৱারীদা) মরৈপাক য়োনবা লোল্লা চেনখি *১৪০। অসুম্না নমথখিবসিদগী মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী মতমসিদা খৃ: ১৭২৪ গী মতুংদগীদি সমজোককি মৈতৈগী মথাপোনবা ওইনা লৈখি। অমুক লানহৌ-লান্দারকপা নত্রগা লামগী ঈরাং তৌরকপগী রাকম লৈখিদ্রে।

## কারোং/কোরৌ নোংঙাপোক লান্দাবা

মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী সনা য়াথং মতুং ইন্না ইরোম কোইচোম্বগী কুম শক ১৬৩৬ (বিঃ ঈঃ ১০৭৬, খৃ: ১৭১৪) গী হিয়াঙ্গৈ থাগী ১০ নি পানবা শগোনশেন (নবেম্বর ২বা থাথায়) দা সলাম অপাংনা কোরৌ নোংঙাপোক চীঙমী থুন্দা লান্দাখি *১৪১। লানকমসিদা লানফা ১ থক ফারকখি।

## মহৌ চীঙমী থুন্দা লান্দাবা

কোরৌ নোংঙাপোক লোইচনবগী কুম অসিগী থা অসিমকী ১২ নি পানবা (বিঃ ঈঃ ১০৭৬, ১৭১৪, নবেম্বরগী ২বা থাথায়) গী থাঙজা চুমিত্তা

মৈদিংঙুগী মিংদা মৈদিংঙুগী মজাইবেম্মগী মতৈ, শেল্লুংবা হাওবম অকোঙ/কৈবিরামনা মৈত্রবাকী মপুংগী মহৌ ( কোম ফুরুপ ) চৌঙমীশিংগী খুন *১৪২ লোই চনখি *১৪৩। মফমতুগী লানফা ২৯ কাহুনা চহিগী লোইপোৎ কাহনখি।

## সুপোং চৌঙমী খুন্দা লান্দাবা

কোবৌ নোংঙাপোক লোইচনবগী কুম অসিগী ফাইরেন থাগী ২৬ নি পানবা ( বিঃঈঃ ১০৭৬, খৃঃ ১৭১৫, মার্চকী অহানবা থাখায় ) ইরাইদা মৈদিংঙুগীদমক নাওরোইবম মুংয়াম্বনা লাজিংলেন ওইহুনা মৈত্রবাকী লমখৈ মপুংগী সুপোং চৌঙমী খুন লোই চনবা চংখি *১৪৪। লানফমসি মায় পাক্লমগনি থাজে।

## হোংতুং (হুন্দুং, হৌজিক্কী) চৌঙমী খুম লান্দাবা

চোংথাম লৈশাংগী কুম শক ১৬৩৮ ( বিঃ ঈঃ ১০৭৮ ) থৱান থাগী ১৯ নি পানবা ( খৃঃ ১৭১৬, সেপ্তেম্বরগী অহানবা থাখায় ) শগোনশেন্দা মৈদিংঙুগী য়াথং লৌহুনা শেল্লুংবা হাওবম অকোঙ, কৈবিরাম সিংনা মৈতৈ লানমী পুহুনা লম হেল্লক্লবা হোংতুং ( হৌজিক্কী হুন্দুং, উখ্রুল ডিষ্ট্রিক ) চৌঙমী ( রুঙ *১৪৫ : তাংখুল ) শিংবু লাকশিন্নবা লান্দা-লাল্লুবা চংখি। অহুবু খুৎ থোক্লহুনা মখোয়গা লাম্থেংনরগা লানথা ১০ ফারকখি। মসিদা অমুক হন্না লমহেল্লকপদগী হাওবম অকোঙ শেল্লুংবা অমসুং ঙাংবম লমলোই কৈরুংবা ২ না মৈতৈ লানমী পুহুনা লাংবন ১২ নি পানবা ( সেপ্তেম্বর ২বা থাখায় ) দা অমুক হন্না লাল্লুম্বা চংখি, মহুদসু খুৎ থোক্লহুনা মখোয়গী কাংলুপকী মঙ্গুংচনবা কারোং তোমচৌঙদা খুন পানবা ফুরুপকী চৌঙমী লানফা ৬৮ কাহুনা হোংতুং-চৌঙমীশিংবু লোই চনখি *১৪৬। মখোয়বু শৌগৎলিবা কারোং/করাও তোমচৌঙ তোংবশিংসিদা নওনা কারাও খুমমনদা লোক্তুনা লৈহৌরবঃ

হোংতুং লানহৌবু শোগৎপা হোংতুংগী তাংখুল ২৮ অমসু থাসিগী ২৮ নি পানবা (ওক্তোবরগী অহানবা থাখায়) নিংথৌকাবদা ফারগা মৈতৈ কংলৈদা পুরকখি। মখোয় ৯৬ (৬৮+২৮) অসিদগী শিখিবা ২০ না শিগ্রগা লেমহৌরিবা ৭৬ অদুবু মখোয়গী মৈ থাদোকপ্রবা হোংতুং খুনফমদুদা থাখিদুনা অমুক হন্না অনৌবা হোংতুং খুন লিংহনখি। অদুবু হায়রিবা চৌঙমী ফুরুপ অসিনা অমোম রাকোংবগী কুম শক ১৬৫৫ (বিঃ ঈঃ ১০৯৫) গী মেরা থাগী ৩ নি পানবা (খৃঃ ১৭২৩ গী ওক্তোবর গী অনিশুবা থাখায়) নোংমাইজীঙ হুমিত্তা মৈতৈ নিংথৌগী মথক-থোংবগী মপাঙলব ফোংনা শীঙনদুনা লান হৌরগা মৈতৈ নিংথৌগী মথাদা লৈবা কায়োং চৌঙমী খুন্দা লান্দাদুনা খুন অদুবু থ্‌গায়রখি *১৪৭। মখোয়বু লাকশিন্নবগী-দমক মৈতৈগী অকন-অথৌ খর য়াওবা মৈতৈ লানমী তেঙ্গোন অমা কৈকংবা থাঙজবা চেকশা/চক্রপানীগী লাঞ্জিং মখাদা থাখি। মৈতৈ লানমীশিংনা মখোয়বু মায়থীবা পীদ্‌না অমুক হন্না লোই চনখি। মসিদা মৈতৈগী মবুংঙো মহারাজ গরিবনিরাজনা পেনবীদুনা চেকশা চক্রপানী লাঞ্জিংলেন অমসুং লান্দুদা য়াওখিবা লাঞ্জিংবশিংদা হোংচুং চৌঙমীশিংনা পানবা চৌঙমী খুনশিংবু মখোয় মরন্নাই মরোই (লোই) ওইজনবা পীনবীখি অমসুং মখোয়সু লান্দাবদুগী মরন্নাই ওইনা লোইলম লৈদুনা তোংজবা ফংখি *১৪৮।

অনিবকশুবা হোংতুং লানহৌ, খৃঃ ১৭২৩

## তাংখুল ইতোক খুল লান্দাবা

তাংখুল ইতোক চৌঙমীশিং অসি খৃঃ ১৭১৭ কী মমাঙদদি মৈতৈগী লোই ওইদুনা লৈরম্মী *১৪৯। অদুবু রঙ/তাংখুন ফ্‌রুপসিনা মৈতৈ নিংথৌগী মপাঙলবু শীঙনদুনা নিংঙোম্বম ক্যাম্বগী কুম শক ১৬৪৯ (বিঃ ঈঃ ১০৮৯) গী লমদাগী নোংমা পানবা (খৃঃ ১৭২৮, গী মার্চকী ২বা থাখায়) য়ুমশকৈশ হুমিত্তা মৈতৈ মায়পৈ অদোমদা পুবা লম্বু

হাংখি। মরম অসিনা লমহেনবশিংসিবু নমথনবা মৈদিংঙু মশামক্না মৈতৈ লানমী পুহুনা খা অ সেগী ২০ নি পানবা (এপ্রিলগী ১বা থাখায়) নোংমাইঙীং মুমিত্তা মখোয়গী মথক্তা লান্দাবা চংখি। মৈদিংঙুনা ইতোক খুন য়ৌত্রিদুৈদা তাংখুনশিংনা হায়না মৈতৈনা লান্দারকপগী পাউ ফংহুনা মখোয়গী চৌঙশাং পুয়মক্তী খুন্নাকপশিং তিন্নহনা মৈদিংঙুদা চঙসহনা খুদোন, লোইপোং কংলগা লান্দারকপা লেপ্পিনবা হায়জবা হায়না লেপ্প-রম্মী। লেপ্পবসিগী মতুং ইন্না অপুনবা চৌঙমী খুন্নাকপশিংহুনা শংগুং ১, হামেং ১ অমসুং পুখম, য়োং, খাঙনচিংবা কত্তুনা চঙজ্ককখি অমসুং খুন্দা-লান্দা গীৱগত্নু লাঞ্জরে হায়জখি *১৫০। ৱাফমসি য়ানহনা মৈতৈগী মবুংঙোসিনা লান তৌনদনা থাসিগী ২৩ নি পানবা ইন্নাইদা মৈতৈ কংলৈদা হল্লকখি। অহুবু হায়রিবা চৌঙমীশিংহুনা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা নোংচুপলোমদা চরোই চৌঙমী খুন *১৫১। লান্দাক্লিদুৈ তাংখুল লান হৌরকখি।

তাংখুল ইতোক
লানহৌ, খৃঃ ১৭৪৮

লানহৌসিবু নমথনবা মৈদিংঙুসিনা চবোই চাগোংকী লান চংলুবগী কোম্নুংদা হেক থংলবা, খুংলেম পাঙনগী কুম শক ১৬৭০ (খ্রিঃ ঈঃ ১১১০) শজিবু থাসিগী মনুংগী মুমিং অসিমক্তা তাংখুন ইতোক খুন্দা লান্দানবা খোঙশানখি। লান শোক্লবহুদা মৈদিংঙুগী মনাই মৈয়েংবা শেকমুনা ইতোক তাংখুন চৌঙমী লানফা ২ ফাখি। মখোয় অনিগী মকোক্না মুঙগোয়বী লাল্লু চনখি *১৫২। মসিনা চৈথারোল কুম্বাবদা মুঙগোয়বী লানমিং/লাল্লু চনবগী অহানবা ৱারোলনি (লাইনীং-লোনগী মতাংদা য়েংবিয়ু)। থৌৱমসিগা

অহানবা মুংগোইবী
লানমিং/লাল্লু চনবগী
ৱারোল. খৃঃ ১৭৪৮

কংলা লানবাউ তম্বগা কোম্নুনা চংপনিনা লানবাউ তম্বসিমু মতমহুদগী তৌরক্লম্বা য়াবগী থাজবা লৈ।

## মখেৎ লমনান লান্দাবা

মখেৎ লমনান হায়রিবা খুঙ্গং অসি নোংপোকলোমদা সমজোক চৌগী লম্বীদা লৈবা করো/শানশিংনা পান্বা খুঙ্গংনি। খুঙ্গং অসি মৈদিংঙু পামহৈবনা সমজোক লান্দানবা থৌশীল-থৌরাং তৌদুনা লান্দাবগী মায়কৈ য়েঙ্খোক্লবদা হাওবম অকোঙ শেল্লুংবগী কমখৈদা তাবা খুন্নি। অহুনা অঙম্বসিনা শক ১৬৩৯ গী পোইন্সু ৭ নি পানবা (বিঃ ঈঃ ১০৭৯, খৃঃ ১৭১৭ গী ডিসেম্বর অরোয়বা থাখায়) য়ুমশকৈশদা লান্দানবা খোঙশানখি। লানফম অসিগী অতৈ মরোল অমত্তা চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লমদবসিনদি লান শোক্লরমদবা য়াই।

মখেৎ লমনান লোইচনবা
খৃঃ ১৭১৭, ডিসেম্বর

## নান্থা খুল্লেন লান্দাবা

নান্থা/নান্দা হায়বা খুন অসি সমজোক্কী মনাক্তা লৈবা নিংখি তুরেলগী মপান্দা খুন্দাবা করো/শানশিংনা খুল্লোইংবা খুঙ্গং অমনি। খুঙ্গং অসি মৈদিংঙু পামহৈবনা সমজোক্তা খৃঃ ১৭১৭-১৮ (বিঃ ঈঃ ১০৭৯) দা লান্দাবা মতমদা সমজোক্কী মীচঙদা লেপ্পুনা লৈবা খুঙ্গংনি। সমজোক লান্দানবগী লম য়েঙ্খোক্লবদা নান্থাসি হাওবম অকোঙ শেল্লুংবগী লমখৈ মক্থুং তারম্মী। হাওবম অকোঙনা মখেৎ-লমনান লান্দাবা চংপদা খুন অসিদা শক ১৬৩৯ গী পোইন্সু থাগী ১৪ নি পানবা (বিঃ ঈঃ ১০৭৯, খৃঃ ১৭১৭-১৮ গী ডিসেম্বর-জানুয়ারী) য়ুমশকৈশ হুমিংত্তা কান্দাখি। মখোয়বু লাকশিল্লবা কাওবদা মখোয়গী থৌওই উশিত্তবা মতৌ অহুনা লমজিং ওইদুনা মখোয়গী খুনয়ায়গী য়ুম পুম্নমক তুম্না মৈ থাদোক্লম্মী। অহুগা লানফম অসিদগী লানফা অচঙবা অহুম কাখি অমম্বুং ৫৪ হাংখি ❋১৫৩।

নান্থা খুনয়ায় মৈথাবা খৃঃ
১৭১৭-১৮, ডিসেঃ-জানুঃ

## তরাও লোই-চনবা

তরাও হাব্রবা চৈথবী কক্লপ অসি মৈদিংঙু খাগেম্ব খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) গী মতমদা য়ামা লানবী শাক্ অমম্বা ককুন্নি। মৈতৈগী মবুংগো পামহৈবনা খৃঃ ১৭১৭-১৮ দা সমজোক লান্দানবা থৌশিল থোরাং তৌহুনা লাঙাঙ মায়কৈ য়েনখোক্লহুনা থোরাংবদা ঙাংবম জমফোই কৈরুং-বগী লমথে মহুংদা তাহুনা খৃঃ ১৭১৮ গী অমুরাবী থাদা অঙম্বা অসিনা তরাও খুন্দোন খুঙগী মী/লানকা ১৩ ফারগা পুরকখি।

## তোংতোই/তোংদোই-মরাউ খুন লান্দাবা

মরাউ হায়বা করো/শানশিংগী খুঙংসি মনিপুরগী নোংপোকলোংদা তোংদোই (তোমতোম) খুঙং মনাক্তা লৈবা খুঙংনি। মৈদিংঙু পামহৈবনা হি শেঙ্গোয়বোকপা তোংহুনা মাকলং তুরেল (হৌজিক্কী মুঙ্গাই?) দা হোন্থরগা নিংথি তুরেল তারগা অমুক চথহুনা তোংদোইগী মনাক্তা লাক্লগা শক ১৬৪২ গী লমদাগী ৪ নি (বিঃ ঈঃ ১০৮২ : খৃঃ ১৭২১ গী মার্চকী অরোয়বা থাথায়) নোংমাইজিং মুমিত্তা লান্দাবা চংখি। লানফম অসিদা লমসিগী খুন ৫, মায়াক খুঙং ৭ অমস্নুং মুরাউগী খুঙং ৬, পুম্না থেংনখি। লানফম অতুগী লান্দু মৈতৈনা মায পাক্তুনা অপুনবা লাগ্মীহূদগী লানকা ২২ থক ফাখি। লানফম অসিগী লান অসিদা লমহেল্লবা তুমুরাক অমস্নুং মংসারাকপা অনিনা লান মায়থীরবা অমস্নুং মখোয়না চংখিবা মরমচংকিদমক্তা অকনবা চৈরাক পীবা য়ানা লৈরক্লবদা মখোয় অনিনা মশা কঞ্জনবগীদমক্তা মখোয়গী মচাম্নুপী অমমম মৈতৈ নিংথৌদা খুদোল ওইনা কংলকখি ৫৪। হায়রিবা মুপী অনিসি রানা দোলায় শাহুনা তোংহল্লগা মনিপুরদা পুরকখি।

> তুমুরাকপা, মংসারাকপা
> হুনা মচাম্নুপী কংলকপা

## তোংমোন-নমমোন অপুনবা লান্দাবা

মৈতৈগী মবুংঙো পামহৈবনা শক ১৬৪৩ গী শজিবু থা ২২ নি পানবা ( বিঃ ঈঃ ১০৮৩ : খৃঃ ১৭২১ গী মেগী অহানবা থাখায়দা ), মদাইরেম হাওবমচা অহল্লুপ লাকপনা লানমী তেঙ্গোল অমগী লানথিংলেন ওই, মৈদিংঙুনা লানমী তেঙ্গোল অমগী লাম্বিংলেন ওইরগা তোংমোন-নমমোন হায়না খোন্দুনা য়ানবা অমগী মথাদা থুঙ্গাও অনি পুনশিনবা লমদমস্থদা লান্দাখি। লানফমসিদা মৈদিংঙুনা খুঙ্গং ১৩ অহুগা হাওবমচা অহল্লুপ লাকপনা খুঙ্গং ৪৫ লাম্বা পানহুনা লাম্থেংনখি। লানফম খুদিংমক্তু মৈতৈনা মায় পাক্কুনা অপুনবা লানকা ২২ থক ফাখি *১৫৫।

## তখেলগী লান্দা-লানকন

তখেল/দক্ষেন/দক্ষিন ( ত্রিপুরা : মমাঙতৈদা মখোয়গী লৈপাকসি য়াম্না পাক-চাওনা শন্দোক্লম্মী, হৌজিক্কী লুসাই চীঙশাং লাম্থোক্কুনা চিম-হিল্লসকী লমথৈ য়োরম্বগী মওং মাল্লি, মতমস্থদা মখোয়না মনিপুরগী খা-থংবা মায়কৈদা লৈ হায়বদগী মিং অসি খোল্লম্বা য়াই: হৌজিক্কী খা-থংবা কছারগী শরুক অসিস্থ মখোয়গী লৈপাক্কী লম ওইরম্মী, মখোয়গী নিংথৌমচাম্বপী অমা ডিমাসা/কছাড়ী নিংথৌমচানা লৌবদগী অউন-লম ওইনা উনখিবদগী (ডিমাসাগী লম ওইখিবনি) শিংনা মৈদিংঙু পামহৈবনা নোংপোক্লোমদা সমজোকশিংবু নমথনবা হোনরিতৈগী মতম শক ১৬৪৪ গী লমদা থাদা (বিঃ ঈঃ ১০৮৪ : খৃঃ ১৭২৩ গী মার্চ-এপ্রিল) মৈতৈ লৈপাক্কা অহানবা ওইনা লান্দারকখি।

তখেল্না অহানবা লান্দারকপা
খৃঃ ১৭২৩, মার্চ-এপ্রিল

মখোয়না লান্দারকপসিদা মৈতৈগী হাওলস্থ মরি অমস্থং আইমোন হায়না শঙনবা খুনগী খুঙ্গা তরুক-থকস্থ ফাহুনা পুখিরম্মী *১৫৬। লানগী পাউ অসি মৈতৈ নিংথৌনা তারগা তখেলগী মথক্তা লমন থুম্নবা মৈতৈ লানমী তেঙ্গোল অমা বামোন

তথেল্গী হন্দুনা লান্দাবা

শগুলেন হল্লবগা নহারুপ শগুলেম লাকপগা অনিগী লাঞ্জিং মথাদা তথেল লান্দারুনবা থাখি। অদুবু মহুদা থোইনা কাল্লবা কংলকপগী রারোল থেংনদে। মীনা লাকচবা য়াদবা নিংথৌনিনা সমজোক লানকমদগী শক ১৬৪৫ (বিঃ ঈঃ ১০৮৫) কালেনগী ৮ নি পানবা (মে থাগী অরোয়বা থাখায়) য়ুমশকৈশদা হল্লগা সমজোকী লানকাশিংগী অমসুং নিংথৌসিগী খুম্নাই পুন্সিগী মথৌ-মগুম লোয়বগা তথেল অমুক হন্না লান্দানবা থৌরাং তৌখি। নিংথৌসিনা থৌরাংসিদা মহাক্কী অচানবা কম্লাইবা হাওবমচা অহল্লুপ লাকপগী লাঞ্জিং মথাদা অচৌবা মৈতৈ লান্মী তেঙ্গোল অমা তথেল লান্দারুনবা চহিসিগী কালেনগী ২৯ নি (জুনগী ২বা থাখায়) য়ুমশকৈশদা থাখি *১৫৭। খোগুকম অসি মৈতৈনা মায়পাক্ল-ক্লুনা তথেল লানফা অনিথক্তুং কাল্লক্লগা ইঙাগী ২৭ (জুলাই ১বা থাখায়) ইম্ফাল কংলৈদা থুংলখি।

শক ১৬৪৫ (বিঃ ঈঃ ১০৮৫ : খৃঃ ১৭২৩-২৪) অসিগী হিয়াঙৈগী ২৯ নি (খৃঃ ১৭২৩, ডিসেঃ, ১বা থাখায়) ঈরাইদা সনসম নহারুপ

তথেল্গী ২য়কগুবা লান্দাবা
খৃঃ ১৭২৩, ডিসেম্বর

লাকপগা হিদাকফু কানবা হিজং কবো থাঙজবা কোপেংগা অনিবু লাঞ্জিংলেন ওইহন্দুনা মৈতৈ তেঙ্গোল পুহন্দুনা তথেল লান্দা-রুনবা চৎহনখি। হায়রিবা লানমীশিনা তথেল লাল্লমুহুনা কৈরিকৈজিদা তথেল লানমীনা খগুহৌদনা লান্দারক্লুনা পুরুম চীঙগী চীঙথক্তো শারিবা মৈতৈ তেঙ্গোল পোইন্নু থাগী ১৭ নি (খৃঃ ১৭২৪, জানুঃ ১বা থাখায়) লৈপাকপোকপদা থুংগায়খি। লানকমসিগী লান্দা তথেল্গা শান্দীনা লাকচখিহুনা নোংমাইথেম কিয়াম্বনচিংবা মী কুন শিখি। *১৫৮ পাউ অসি তাবদগী লান ঙাক্লুনবা অমসুং মৈতৈ লেমহৌরিবা লান্মীশিং কল্লুদবা শাৎপমচা পুশ্রনবনা লাঞ্জিংলেন ওইহুনা লানমী তেঙ্গোল অমা কোল্লুংদগী

থাখি। অদুগা মথংগী মুখিং য়ুমশকৈশদুদা মৈদিংগু গম্ভিরসিংহ মহারাজ মশামকসু ভখেল লান্থেংনবগীদমক্তা লানমী পুদুনা খোঙশানখি। অদুবু ভখেল লান্মীশিংদুনা পুক্নমদা শাবা তেঙ্গোল থুগায়রম্লগা চৎথিরম্লদুনা খেংনবা ওমদবদগী মৈদিংগু গম্ভিরসিংহ থাসিগী ২০ নি পানবা ঈরাইদা কোল্লুংদা হল্লকখি।

হায়রিবা কুমসিদা ভখেলনা অরাগা লৌতুনদুনা মতম অমতা মায়কৈ অনি—নোংপোকলোমদগী অরানা অমসুং নোংচুপলোমদগী ভখেলনা রাকচৌঙ-কাইরেন (খৃ: ১৭২৪, জানুয়ারী) দা লান্দা মিন্নরকখি। অরাগী লানমীনা

নোংপোক-নোংচুপ ফাংননা
অরা অমসুং ভখেল অনিনা
মতম অমতদা লান্দামিন্নরকপা

ছান্না নোংপোক্লোমদা থুংলখনিনা মৈদিংগুনা নোংপোক্লোমদা রাংজৌঙগী লানফমদা লেঙদুদা লান শোক্লনবা হৌরিঙৈদা ভখেল লানমীসু মোইরাংলোমদা থুংলখি। পাউ অসি ফংলবদা মৈদিংগুনা অচানবা, কন-থৌরবা, অথন্নবা অকন-অথৌশিং থাদুনা লৌ ভৌদুনা অরাগী লানফম লোয়ন্ত্রিবা ফাওবা মৈতৈ কোম্লুংলোমদা লাকহন্দনবা মথোন্না মোইরাংগী লোকলৌ অচনবদা শান্নিবা তেঙ্গোন্দা অদুম কাদুনা থম্নবা থাখিরম্মী *১৫৯। মৈতৈ অথৌবশিংদুনা মবুংঙোনা পীবা য়াথংদু পাংথোক্লবা থরাই থুবাক্তা হাপ্পুনা হোংনখি। ভখেলগা অসুম্না মতম লেন্নবা/ঙাইনবা লাম্বা তৌনখিবা লানমী তেঙ্গোলদুগী লুচিংবদি হাওবমচা অকোঙ/কৈবিরামসিং শেল্লুংবা, অহন্নুপ শঙলেন লাকপনি *১৬০। তেঙ্গোল

ভখেলগা থেংনখিবা
মৈতৈগী লাল্লোং

অসিদা য়াওবা অথন্নবা অকন-অথৌশিংদি—(১) চোংথামচা খোম্বা, (২) থুমশ্বেম্বা লুরাং, (৩) নাউরোইবা শকথী, (৪) কবো ঙাংশাবা, (৫) ম্নসবা হোংঙাই, নহারুপ লাকপা, (৬) চেকশা চক্রপানী, (৭) অপোং সোয়োকথাইবা (৮) চিরোমচা ব্রজসিং/ওম্বা, (৯) হুইরোংবা

লোমোদা (১০), শাক্সংবা-খাইচৌ (১১), মংসালম্বু চিরোম কিয়াম্বা (১২) কাইরেম্বা কোঙবা (১৩), তখেম্বা কেলেম, (১৪) পুকচাউ অয়েকপা, (১৫) খোরি ভাংবমচা, (১৬) শোনবা য়েলাংবা (১৭) নানফৌ মেন-কোকপা, (১৮) শাংপমচা কিয়াম্বা, অসিনচিংবনি। লান অসিদা মৈতৈনা কাঙ্গাদা তেঙ্গোল শাই *১৬২ অদুগা তখেলনা মোইরাং লোকলৌ অচনবদা তেঙ্গোল শারম্মী *১৬৩। অরা লান লোয়রগা, অহানবগী মশীঙ অহুম কাওবসিদংনা তখেল লান ভাক্নুনা লৈরম্বদগী, অতৈশিংসি থোমজিল্লক্নুনা লানকমদা মৈতৈ লানমীশিং শেম-শাদুনা হাওবমচা অকোঙনা তখেলশিংবু লান তৌনদনা হুনখো হায়দুনা কবো চাংশবা তখেলসম্বু থাদুনা কয়ারক হাম্লহনখি অদুবু তখেলনা শুপয়া য়াদদুনা নোংমা নোংমগী ওইনা লান খর খর শোক্লবা হৌরকখি। নোংমা থাংজীঙ চীঙ্গোনগী লানফমদা মৈতৈশিং য়াম্না অরাবা নংনখি। মৈতৈ অথৌবশিংনা অমমমতা শগোল থৌজিল্লগা তখেল লানমী অমমমতা হাংপা অমসুং কন-থৌবগী মতীক উৎনবগী লাল্লোংনচিংবা শীজিন্নখি।

মৈদিংঙু গরিবনিরাজনা চহিসিগী কাইরেলগী ৪ নি পানবদা অরা-শিংবু মায়থীবা পীরম্লগা ( কেব্রুয়ারী ২বা থাখায় ) থাঙজা মুমিৎসিদা ইক্কাল কংলৈদা থৃংলরগা থাঙজবা চেকশা চক্রপানিনা লুচিংবা মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোলনা নোংমা পোত্থারগা ৬ নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিৎসিদা তখেল লাম্থেংনবা কোম্লুংদগী কাকতা তম্না খোঙশাল্লকখি *১৬৪। অদুগা মৈদিংঙু গরিবনিরাজ মশামক্না চহিসিগী থাসিগী ১৩ নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিত্তা মোইরাং মায়কৈগী তখেল লান থেংনবা খোঙশাম্নখি। মৈতৈ নিংথৌনা লাক্রিকৈ/য়ৌরক্রিকৈ অমসুং সনা কোম্লুংদা লৈরিকৈগী মতম-

মোইরাং মায়কৈগী
তখেল লান, খৃঃ ১৭২৪

শিংদা মৈতৈ অথৌবশিংনা হাওবমচা অকোঙগী লাঞ্জিং মথাদা মথল মথা অয়াম্বা লাল্লোং পুথোক্নুনা লাম্থেংনখি। অদুবু তখেলনা শাখিরবা লাল্লোং অমা তৌদুনা ১৩ নি পানবা নিংথৌকাবো মুমিৎসিদা তকশিল্লকখি।

অকনবা লান্দাসিদা মৈতৈ লানমীশিং খাঙবা ঙমদদুনা কাক্কাদা শাবা মৈতৈ তেঙ্গোলগী লানবন লানশঙ কায়রম্মী। অদুগা মফম—মরাং খঙনদনা লাঞ্জেল্লরম্মী। লাঞ্জেনরকপা মৈতৈ লানমীশিংনা অরাংলোমদা হাইগৎলকপদা কোম্মুংলোমদগী লাকপা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা লুচিংলকপা মৈতৈ লানমীগা ফুবালা (পুপালরা), নিংথৌখোংনচিংবা লমশিং ওক্ত-থেংনরম্মী *১৬৫। মৈদিংঙুগী লানমীগা ওক্তবদগী লাঞ্জেল্লকপা মৈতৈ লানমীশিংদু অনৌবা থৌনা কংদুনা অমুক হন্না তেঙ্গোল লিংদুনা লৈখি। অদুগা মতমসিদা লাঞ্জেল্লকপা য়াওদবা অকোঙ হাওবমচানা লুচিংবা লানমীশিংদি তকশিল্লক্লিপা তখেল লানমীশিংগা লান্বানদুনা লান শোক্ক্রম্মী। শোক্ক্রিবা লানফমসিদদি তখেলশিংদু হাইক্কেং শাথীনা অরাবা নংলম্মী। লানফদুদা মৈতৈ লানমীনা তখেল লানমী তরাখক হাংখিরম্মী *১৬৬।

ফাইরেন থাসিগী থানিন/পুর্নিমা মমাঙগী লৈপাকপোকপা মুমিং অদুদসু মৈতৈশিংগা তখেলশিংগা শাথীনা লান শোক্করম্মী। মতমসিদা মৈতৈ নিংথৌনা পুরকপা লানমীগা অমসুং লাঞ্জেল্লুবদগী অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা লাক্লবা মৈতৈ লানমীশিংগী অপুনবা লানমী তেঙ্গোলদু থংলরদুনা রাকতাগী লানশঙদা লানফম মায় পাক্লগনি, মৈতৈনা লান ঙম্লগনি হায়বগী মওংদা লানমী-লাল্লোয় খুদিংমক্তা অনৌবা থরাই হাপ্পুনা সুংঙাইনরে। হৌজিক্তি মৈতৈগী লান্মী-লাল্লোয় অমতসু শিগনি হায়বগী রাখল লৈনখিদ্রে। অসুম্না মৈতৈ লান্মী তেঙ্গোন্দা তৌনরিবা, অনৌবা লান্মী তেঙ্গোন পুরক্কুনা মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিৱাজ মহারাজনা থংলরিবা' অনৌবা লান্মী থোমজিল্লক্লিবসিগী ঈ-পাউ পুন্নমক-সি তখেলগী লাঞ্জিং পুরেল ছত্রজিৎ নারল (ছত্রজিৎ নারায়ন/নারান) না

মোইরাংগী লোক্লাউদা শারম্বা তখেল তেঙ্গোলগী লান্মীশিং

লোয়নমক লৌরম্মী অমসুং তারম্মী। মৈতৈ লান্মী লাল্লোয়শিংদা হাপকৎলক্লিবা

অহিংদা মথন্তা লোম্না চেনখিবা থৌনাসি উরুবদা লাঞ্জিংলেন অমগী মথৌ — মাগী লাম্মী

তেঙ্গোলগী য়াইক্কনবা খম্বা হৌৱকখি — লান্দামিন্নসি হায়দুনা লান্দামিন্নৱকপা অৱা লাম্মিশিংদি মায়খিবা ফংদুনা হনখ্রে। মৈতৈ নিংথৌনা লুচিংবা অনৌবা মৈতৈ লাম্মী থোমজিল্লক্লে। হান্নন লৈরম্বা মৈতৈ লাম্মীশিং ফাওবদা লানগী লাম্বা পানবদা অৱাবা ওইৱিঙৈসিদা নোংশাঙুম্নবা মৈতৈ নিংথৌ অসি অমসুং মহাক্না পুৱকপা লাম্মীশিংসি বৱম্না লান থেংনগদৌরি; তখেলগী অথৌবা কয়াগী পুন্সি মাঙখ্রে, হৌজিক অমুক মখা তানা মাঙহল্লুবগী মথৌ তাদ্রে। মৱম অসিনা লানফম অসি থাদোক্লুনা লাঞ্জেনখিবনা অফবা ওইৱগনি *১৬৭ — মহাক্কী ৱাথল অসি তখেলগী লাঞ্জিংলেন অতৈগসু তানৱগা মখা তাবা থবক চথখ্রে। থাবল ফৱবা অহিং ওইদুনসু অচিকপা অমসুং নীংথমথাগী অঈংবগী মতেং লৌদুনা পুর্নিমাগী অহিং অসিদা মোইৱাং লোকলাউগী লানবন-লানশঙ থাদোক্লুনা লাঞ্জেন্নখ্রে *১৬৮। তখেলনা অহিং মথন্তা লাঞ্জেনখ্রে হায়বসি মৈতৈশিংনা কাইৱেন পুর্নিমা/থানিন মুমিংকী নোংঙানবগী অমুকসিদা খঙলক্লম্মী। তখেল লাঞ্জেনথবা মতুংদা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ, মৈতৈ কোন্নুংদা থাসিগী ১৬ নি পানবা য়ুমশকৈশদা ( খৃঃ ১৭২৪, মার্চ থা হৌগৎলকপা ) দা খুংলখি *১৬৯।

মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা তখেলশিংগী লম হেল্লকপা মতৌসিবু লাকশিন্নবা থৌৱাং তৌৱম্মী। মহাক্না শক ১৬৪৯ হিয়াঙ্গৈ থাগী ২০ নি পানবা ( বিঃ ঈঃ ১০৮৯; ত্রিপুরী ঈৱা ১৪০৭, বঙ্গালী সন(Old). ১১৩৬ঃ খৃঃ ১৭২৭, ডিসেম্বৱগী ১বা থাখায় ) গুৰু শান্তিদাস গোষাইনে, হাওবমচা অহল্লুপ লাকপনে, মনাও ইবুংঙো ৱাংখৈৱাকপনে লাঞ্জিংলেন অহুম অসিগী মখাদা মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোল অমা তখেল লান্দারুনবা থাখিৱম্মী। অহুবু তখেল য়োৱগা লান তৌনৱমদে।

তখেলগী তায়শিন্নবগী ৱাফম ঙাংনৱকপা মখোয়না মৈতৈগা য়েংথৌনবা পামদে, তায়শিন্নবা পামই হায়দুনা লানগী মহুত্তা

চায়রবগী রা ভাংনরগা হন্নকুনা মৈতৈ লান্মী তেঙ্গোল চহিগী পোইস্থু থাগী ১৩ নি পানবা (ডিসেম্বর থা লোয়রমদায়) য়ুমশকৈশ ম্নমিত্তা কোন্নুংদা থুংলখি।

মৈদিংগু গরিবনিরাজ মহারাজনা থরুম চাওরবা ভখেল মচাশিং (ত্রিপুরী : Tripuri ethnic people) অসিবু মতীক খগুহনগে খল্লকম্মী। মরম অসিনা ভখেলগী লৈপাক্কী লমশিংদা লেপ্তুনা লান্দাশিনখিবা খোঙচৎ (Expedition Of Conquest : দ্বিগবিজয়) অমা লৌখৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। নিংথৌসিনা হায়রিবা খোঙচৎসি থুমন চৈরাকপম লমকেনগী কুম শক ১৬৫৬ [বিঃ ঈঃ ১০৯৬, ত্রিপুরী ঈরা; Tripuri Era; ১৪১৪, সন (Old), ১১৪৩ : খৃ; ১৭৩৪-৩৫] তা পায়খৎখি। থবক অসিগীদমক মহারাজনা খোঙশানগদবা থা অহুমগী মমাঙদা শগোল, শামু, নোংমৈনচিংবা পুম্নমক্কা লোইননা সিলেটিয়া ব্রাহ্মন শান্তিদাসতা শীন্নদুনা লাংজীঙদা থৌরাং তৌদুনা চহিসিগী মেরা থা ১০নি (ওক্তো: ২বা থাথায়) শগোলশেন্দগী থমহনখি *১৭০। অদুগা মৈদিংগুনা লৈপাক্কী তৌফম থোকপা পুম্নমক তৌরগা চহিসিগী পোইস্থু থা ১১ নি (খৃঃ ১৭৩৪, ডিসেঃ ২বা থাথায়) নিংথৌকাবা ম্নমিত্তা ভখেল লান্দারুনবা মৈতৈ কোন্নুংদগী খোঙশানখি। লৈমতাক-থৌবুমগী লম্বীরোমদা চৎখিদুনা ভখেন্দা লোই হাবা. ভখেলগী লোইনি হায়না লৈবা লাংলোং কৌবা খ্বাইদগী হাননা মনিপুররোম থংনা তারিবা খুজং-খুঞ্জাওদুদা লান্দাখি। মকম/খুজং অদু পুমচায় চায়খায়খি। অদুগা মকম অদুদা ভখেল নিংথৌগী মখাদা রসকোন কন্বা [রসজ্ঞতা : Connoisseurship (রাধাকৃষ্ণ সচদেব, ৫১০)?] ভখেল মুক্তকলাইবু কারগা হাংখি। অসুম্না লাংলোং খুজং

ভখেলদা লেপ্তুনা লান্দাশিনবা খোঙচৎ (দ্বিগবিজয়) খৃ: ১৭৩৪-৩৫ তা লৌখৎপা

ভখেল লাংলোং খুন চায়খায়বা, ১৭৩৪

থ্‌ গায়রগা নোংচুপলোমদা মখা তানা চঙশিল্লম্মী। মকমতুদগী চংলগা কুরাই (থ্রাই: বরাক: R. Barak or Kushiyara in Bangladesh) তুরেল খোং শাতুনা লাল্লম্মী। অতুগা মঙাইতাং চীঙোন চঙলগা চীঙগী চীঙদোন লোয়্না কাতুনা লাল্লগা চঙশিল্লকখি অতুগা থ্রাই/বরাক তুরেলগী ভোর্ব্বান ওইরম্বা লৈবা চীঙশাং অতুমগী চীঙশা অক্লম্বক্লা তিল্লতুনা লৈরিবা রাঙকোল্লোক/রাংগোল্লোক (রাঙকোলোক হায়না) কৌবগী লোকশা নাপোম ৩ পুনবা মফম, সেকচাই হায়না কৌবা মফম অতুদা মৈতৈ তেঙোল লানশঙ শাতুনা লৈখি *১৭১। তখেল খুঙ্গং চাইন্ন হায়না কৌবা মফমতুদা লান্দাতুনা খুঙ্গং অতুবু তুম্না মৈ থাদোক্লনা চায়খায়খি। হায়রিবা খুঙ্গং-খুঙ্গাওসিগী চরাই কৌবা মফমতুদা লৈবা তখেলগী অথোইবা লাঞ্জিংপুরেন ওইরবা, মফমতুগী লৈঙাক রায়েল-থৌদা তৌরিবা ছাত্রজিৎ/শাত্রাজিৎ নারন্নচিংবা তখেল লাম্মীশিংবু মায়থিবা পীখি অমসুং লোই চন্দুনা লোইপোৎ লৌরম্মী *১৭২।

মৈদিংগু গরিবনিরাজনা তখেল লুচিংবা ছত্রজিৎ নারানবু লোই চনখিবা অসিদগী তখেলগী লোইলম ওইরম্বা মফমশিং পুম্নমক মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিরাজ মহারাজদা চঙজরক্লম্মী *১৭৩। মতমসিদা তুয়াই (Tuivai) চিবুরোমদা চেম্থরক্লিবা তুরেল, চুরাচান্দপুর ডিষ্ট্রিক, মনিপুরদা চেল্লিবা তুরেল ] তুরেনগী ঈরোঙ (বরাক অমসুং তুয়াই/তুভাই: Tuivai ) তুরেন্না ঈতিন্নবা মকমতুগী উমং রামং-শিংদগী উ য়ান্দুনা হি শাখি। মকমসিদগী হিয়াঙ অতু তোংতুনা থ্রাই/বরাক তুরেলগী মরীল ইম্না কাখৎপ্রগা কছার ( হৌজিক্কী মতমগী ) দা

রাম লক্ষ্মন
খুরুম্বা চৎপা

মতমতুদদি তখেলগী লম ওইরম্মী ) লৈরিবা রাম লক্ষ্মনগী খুবম *১৭৪ দা লাই খুরুম্বা চৎলুরম্মী। অতুগা মকমতুদা রাম-লক্ষ্মনগী মুর্ত্তি লাৎলম্বতুবু খুরুমলুই *১৭৫। খোঙচৎসিগী হন্নকপদা মৈদিংগুগী হিয়াঙ হি ঈশিংনা ঈকাই চন্দুনা হিরাক্লম্মী। হি লাকপা অতুদা মৈদিংগুগী কোইরেং ( চীঙমী কোইরেং : Bodo ethnic group or

an akin tribe of Manipur : না শীজন্নিবা তা মখল) তা—১ অমসুং হীদাকফু খুদোং ১ ঈশিংদা তাহনা মাঙখি। মৈদিংঙু সিনা হন্নগা তুয়াইদা লেক্লগা য়ুংলম্মী *১৭৬। অসুম্না তখেলগী লমদা লান্দাহনা থা ২ মথায় সুমিং ১০ নিরোম লৈক্লরগা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ, কাইয়েন থাগী ৭ নি নিংথৌকাবা (কেত্রু ৱারী ২বা থাথায়) সুমিত্তা সনা কোম্নুংদা হন্নকখি অমসুং তখেল লানফা অহিংবা ১১০০ ফাখি, ১ না হাৎখি। মসিগী মতুংদগী দি তখেলশিংনা অমুক হন্না মনিপুরদা লান্দারকখিদ্রে।

## অনাল খুল্লেন লান্দাবা

মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা শক ১৬৪৮ গী মেরা থাগী ১৪ নি পানবা (খৃঃ ১৭২৬, ওক্তোবর লোয়রমদায়) য়ুমশকৈশদা খা-নোংপোকলোমদা লৈবা অনাল-নানফৌ খুল্লেন্দা লান্দাবা চৎখি। লান অছুদা অনালগী খুল অছু চায়খি অমসুং লানফা অমা ফারগা থা অসিগী ২৩ নি পানবা (নবেম্বর ১বা থাথায়) ঈরাইদা কোম্নুংদা থংলখি *১৭৭।

## তাংখুল চীঙশাংগী লানহৌ

তাংখুল হায়বা চীঙমী কাংলুপ অসি ফুরুপ য়াম্না কাংলুপ অমনি। মখোয়সি মতমহুদসু হৌজিক মখোয়গী

তাংখুল চীঙশাং ফুরুপশিংনা পাল্লিবা ঈরিল/লিনরাই তুরেলগী হৌরকফম মরু, হৌজিকী কমশোন খুন

লৈরিবা চীঙগী লমদম অসিগী চীঙশাং পরেংশিংদা খুন্দাহনা পান্নম্মী। অহনা মায়কৈ অদোমগী লমদমবু তাংখুল চীঙশাং হায়রগা খঙনরম্মী। মখোয়না মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ মহারাজনা শক ১৬৪৯ (খৃঃ ১৭২৭) দা হৌদোকপা, মৈতৈ নিংথৌগী মথাদা লৈবা

লানহৌবগী মরম চীঙমী ফুরুপ-কাংলুপ মখেবু মাগী মাগী লেং (পালি) নাইনা মৈতৈ কোম্নুংদা লান্নুপ

কাহল্লবগী ৱাথং থোক্লকপা অমসুং লাম্লূপ কাহল্লকপা অতুগী মায়থোক্তা লান হৌখি *১৭৮। হায়রিবা লানহৌ অসি কুম তরিগী পোইল্ল থাগী ৭ নি (ডিসেম্বরগী ২রা থাখায়) শংগোলশেল ফুরিল্লগী হৌখি। মখোয়না লান্দাবরকপদা মৈতৈগী লৈরিবা তম্পাকলোই *১৭৯ পুম্নমক্কা লান শোক্লখি। লান হৌরকপশিংবু নমথদুনা মখোয়দগী লোইপোৎ য়াম্না লৌখি অমসুং মৈতৈ চৌঙলোই খুন মশীং হেনগংখি। অদুগুম্না মখোয়গী লুচিংবশিংদি চৌঙদা চেনশংখিদুনা লোৎনখি। হায়রিবা কানহৌগিগা

মরী লৈননা তাংখুল চৌঙশাংগী লমখৈ

তাংখুল ঈতোক্কা — মসুং চনবা তাংখুল - ঈতোক, খুন্দা লৈবা

মৈতৈ-লম্বু হাংখিবা — তাংখুলশিংনা মায়কৈ অদোমদা পুবা মৈতৈ-লম্বুবু হাংখিরম্মী। অসুম্না লম হেল্লক্লবা তাংখুলশিংবু নমথনবা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা তাংখুল লমশিং অমসুং তাংখুল ঈতোক্কা লান্দাক্লনবা কুম অসিগী লমদা থাগী ২০ নি (খৃঃ ১৭২৮ গী এপ্রিলগী ১বা থাখায়) নোংমাইজীং মুমিগ্রা মশামক্কা

অচৌবা মৈতৈ লানমী তেঙ্গোল অমা

তাংখুল চৌঙশাংগী — পুদুনা খোঙশানখি। মৈদিংঙুসিগী

তাংখুলশিংনা চঙজরকপা — অশাওবগা লোয়নরবা শাক্ অসিদা ঈলোক খুল তাক্লোয় ওন্দুনা তাখিরম্মী।

হায়রিবা পাক্ত অসি তাংখুল চৌঙশাংগী লুচিংবশিং অদুনা তারুরগা মখোয়দা মথং লাকদৌরিবা খুদোংথীবদু শঙজরম্মী অমসুং মখোয়না— মৈতৈ নিংথৌদা চঙজবা নত্রবদি থুংলগদৌরিবা তমথীরবা মহৈ অদু ওাক্লথোক্কপা ঋমল্লোয়--হায়বসিদু শঙকম্মী। মরম অসিনা মখোয় লুচিং-বশিং পুম্নমক পুন্দুনা মৈতৈ নিংথৌদা কৎনবা *১৮০ খুদোল—শঙং ১, হায়েং-১, পুথম খর, য়োং মতুম খর, থাঙ খর পুরক্লুনা মৈতৈ নিংথৌদা চঙজরকুনা পুক্লমক্লম্মী। মখোয়না মৈতৈ নিংথৌবু অমুক মথা তানা মখোয়গী চৌঙশাংগী খুনশিংদা লান্দাখিরগদ্র, মখোয় লাঞ্জরে—হায়না হায়জরম্মী; অসুম্না লানহৌ অসি নমথরগা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ

তাংখুলশী লমদগী হল্লক্কুনা থাসিগী ২২/২৩ নি পানবা লৈপাকপোকপা মুখিত্তা কোম্মুংদা থংলখি *১৮১।

## মরিং খুঙ্গংশিংদা লান্দাবা

মরিং হায়বা চীঙমী কাংলুপ অসি মনিপুরগী খা-নোংপোক্রোমদা লৈরবা চীঙশিংদা পানবা খুঙ্গং/খুন য়াম্মা, তরাও চীঙমী কাংলুপ/কুরুপকা য়ায়স্থু মায়বা, য়ায়স্থু মরী নক্কবা কাংলুপনি। মখোয়না লম হেল্লকপগী পাউ মৈদিংঙু সনা নাকোঙ য়েৌরকখি। মরম অসিনা মৈদিংঙু পামহৈবনা মহাক্কী গুরু শান্তিদাস গোসাইগা লোয়নননা মৈতৈ লানমী পুন্থনা মরিংগী খুনশিংদা লান্দারুনবা শক-১৬৫০ গী মেরাগী ১০ নি পানবা (খৃ:১৭২৮, ওক্তোবর ২বা থাথায়) মুমশকৈশ মুমিত্তা খোঙশানখি। খোঙকম অসিদা মরিং খুনবী, লমলোং, করোংথেল ১স্থুং মচি, খুঙ্গং মরি অসি চায়থায়খি। অতুগা লান্দা-লানঙম্বা অসিগী নীংশিং খুদম ওইননবা মরিং খুনবীগী খুনয়ায়দা মৈতৈগী লাইশঙ অমা অরাগী ক্যাওংগী মুমশাদা শাখি *১৮২। লান অসিদা মরিংগী লাল্লোয় ৫ থক হাংথি অমস্থুং অহিংবা লানকা ৪ থক ফাখি। অস্থুম্না মরিংশিংবু মায়থিবা পীরম্লগা মৈদিংঙুসি হল্লক্কুনা থাসিগী ২৮ নি পানবা (নবেম্বর ১বা থাথায়) নোংমাইজীং মুমিত্তা মৈতৈ কোম্মুংদা থংলখি।

অহানবা লান্দাবা, খৃ: ১৭২৮

মরিংশিংসি লানকমসিদা মায়থীরে হায়তুনা মতুং তারকপা লানহৌ হৌননবা শেম-শাবা হৌগংখি। মখোয়না মখোয়গী খুঙ্গং চীঙশাং পুম্নমক্কা *১৮৩ লৈবা খুঙ্গংশিংদা পুম্না লান হৌননবা খোম্নরম্মী। হায়রিবা অসি মায় পাক্কতুনা পুম্না লান হৌরক্লগা মৈতৈগী থুমখোংশিং লৈরিবা মকমশিং— পলেল, লাংগথেল, কাক-চীং খুন্নন অমস্থুং হৈয়োকপা লৈবা মৈতৈ

মরিং খুঙ্গং চীঙশাং পুম্নমক্কী লানহৌ, খৃ: ১৭৪১

খুঙ্গংশিংগী মুমনচিংবা লৈময়বা শঙশিং তুম্না চহিসিগী কাইরেন থাগী নিনি পানবা (খৃ:১৭৪১ গী ফেব্রু: ২বা থাখায়) শগোনশেন মুমিত্তা মৈ থাখি। লালহৌসিদা মরিংশিংনা মৈতৈ ১০৫ হাৎখি অহুবু ককচীঙগী মীশিংনা মরিং লানহৌবা অমা হিংনা ফাহৌখি *১৮৪। মতমসিদা মৈতৈ নিংথৌদি অরাশিংনা লান্দারক্লুনা অরা লান শোক্লনবা চৎখিবদগী কুমসিগী কাইরেন থাগী ২৮ নি (খৃ: ১৭৪১ গী মার্চ থাগী ১বা থাখায়) নোংমাইজিংদগী অরা লান শোক্লহুনা লৈখি *১৮৫। মরম অসিনা মরিংশিংসিবু থিংননবা মৈদিংঙুনা য়াথং পীহুনা হাওবমচা শগোন শেনবা হঙ্গবনা মৈতৈ লানমী পুহুনা মরিংশিংবু লান ভাক্লনবা চহিসিগী লমদা থাগী ৪নি (মার্চ থাগী ২বা থাখায়), থাঙজা মুমিত্তা খোঙশানখি । মৈতৈ লানমীনা মরিংশিংবু লাকশিনবা ঙমদ্রহুনা থাসিগী ১০ নি পানবা শগোলশেন মুমিত্তা মৈতৈগী কম্নাইবা অনৌবা কম হাপ্লা মন্ত্রীনা লুচিংহুনা মৈতৈ লানমী পুরগা খোঙশানখি। অহুবু মন্ত্রীগী লাম্মীসি মরিংশিং থেংনদনা অমুক হন্নকখি। মরিংশিংনা খোইবু লম্বী অসি পুমথিং থিংহুনা থমখিবনা অরাদা লৈবা মৈদিংঙুনা অরারোমদা লান্দাবা চৎকদবহু য়ারমদে। অহুবু পোৎশংবা শঙলেনগী শঙলাকপা মুম্নাবা অয়োই, ভম্পাক্লোই লোইশঙগী হাওবা, নিংভোম্বম মাইজৌ অমসুং কবো উম্নুংতা খুনগী পুন্সি, মখোয় মরিনা অনানগী লম্বীরোম (শুগ্নু-চকপীকারোংলোমগী লম্বী) দা চৎপা য়ানবা থৌরাং তৌহুনা অরা লান্থেংনবা লম্বী ফাওহনখি অমসুং মৈদিংঙুবু চৎহনখি *১৮৬। অরাদগী হন্নক্লগা মৈদিংঙুনা য়াথং পীহুনা মন্ত্রী অমসুং মচাইবুংঙো শ্যামশাই খুরায়লাকপনা লুচিংবা মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোল ওইনা চহিসিগী অহানবা লমদা থাগী ২৩ নি পানবা (এপ্রিলগী ১বা থাখায়) ঈরাই মুমিত্তা মৈতৈ লৈপাকী লাম্মী পুম্নমক মরিং লান্দাবা খোঙশানখি *১৮৭। মরিং লান্দাবগী লানকমসিদা থাসিগী ২৫ নি পানবা নোংমাইজীং মুমিত্তা মরিংগী তেম্না পান্দুনা মৈতৈগী তেল্লোই (তেন পারবা মৈতৈ লাম্মী) হিদং (Next to the officer-in-Charge) ঈরোম হাওচৌ শিখি। মসিদগী শাওরবা মৈতৈ লাম্মীনা করোংথেন, খুনবী অমসুং

লমলোঙগী খুঙ্গা লাম্মীশিংগী মথক্তা লান্দাহুনা মখোয়বু মায়থীবা পীরম্মী। অহুবু মরিংশিংবু লাকশিনবসি য়ানা থোকখি। মৈতৈনা হোৎনবহু মায় পাক্তহুনা গুরু শান্তিদাস মৈতৈ কোম্নুংদা হল্লকখি *১৮৮। লাকশিনবা ঙমদ্রবা মরিংশিংসিবু লৈঙাকলোনগী পাম্বৈ অমা তৌহুনা লাকশিন্নবা হোৎনখিরম্মী মরিংশিংসিবু য়ায়া-য়াঙাই শান্নহুনা লাকশিন্নবগীদমক্তা অঙোমচা খোংজোম্বু য়ায়ীশান্নবা শক কুমশীঙ ১৬৬৩ গী শজিবু থাগী ২৯ নি (মেগী অহানবা থাখায়) দা থাখি *১৮৯। য়াকম পুম্নমক য়াম্নহুনা মরিংশি মসিগী মতুংদগী অমুক হন্না মখে লাংদনা তুমিন্না লৈখি অমসুং মৈতৈসু অহুম তুমিন্না লৈখিরম্মী। অহুদগী মরিংশিংসি মখোই অমা কাখিরম্মী। মখোয়না মৈতৈগী লমশিংদা মখোয়গী মনীং তম্বা কংলবগুম লৌখিহুনা মৈতৈ লম করোই তম্পাক্তা মখোয়গী হক কংলবগুম্বা লিচৎ চৎলকখি। মসিদা মৈতৈশিংনা থাঙবা ঙম্নমদে। অহুনা হায়রিবা লম অসিদা লম হেল্লকপা মরিংশিংবু মৈতৈশিংনা মতীক ওকপা তৌখিরম্মী। মরিংগী করোই তম্পাক্তা কুম্বা মী ১২০ কাহুনা

অরোয়বা লান ওইনা
মরিংশিংবু লাকশিনবা
খৃঃ ১৭৪২

চহিসিগী থয়ান থাগী ১৩নি পানবদা থমখিরম্মী। মসিদা মৈতৈ নিংথৌনা মরিংশিংগী মায়য়োক্তা অকনবা চৈয়াক লৌখৎলকদোয়ে হায়বসি মরিং লুচিংবশিংনা খঙখিরম্মী। মরম অসিনা মরিং লুচিংবশিংসিনা খুদোনপোৎ-লোইপোৎ শেনবুঙনচিংবা লীহুনা থম্বা পোৎশিং কৎলগা মৈতৈ নিংথৌদা "কনবীয়ু" হাযজহুনা চঙজয়ক্লম্মী *১৯০। মহুনা মৈতৈ অমসুং মরিংগী কৎলমদবা মরী পুম্নমক তায়শিনখিরম্মী।

মৈদিংঙুসিনা মশামক্লে, গুরু শান্তিদাসনে অমসুং মনাও ইবুংঙো য়াংখৈয়াকপনে অহুমক্তা লুচিংহুনা মতমমহুদা মখোই কারবা শাইরেম খুন লান্দাবা শক ১৬৫০ ( খৃঃ ১৭২৮-২৯ ) গী লমতা থাগী ১৭ নি পানবা (খৃঃ ১৭২৯ গী এপ্রিল থা হৌগৎলকপদা) লান্দানবা খোঙশানখি। খোঙচৎসিদা থা ১গা মুখিং ৮ নিয়োম চঙখি অমসুং

শাইরেম চৌঙমী খুল
লান্দাবা খৃঃ ১৭২৯

শক ১৬৫১ গী শজিবু থাগী ২৫ নি পানবা ( খৃ: ১৭২৯ গী মে থাগী ১বা থাখায় ) থাঙজা নুমিত্তা মৈতৈ কোন্নুংদা থ্বংলখি। খোঙচৎসিদা শাইরেম খুল, মুংসাই চীঙমী খুল অমসুং উরুপখুল লোইচল্লগা লানকা অহিংবা ৩১ ফারকখি *:১৯১।

হায়রিবা কুম, শক ১৬৫১ গী রাকচীঙ থাগী ২২ নি পানবা (খৃ: ১৭৩০ গী কেব্রুয়ারীগী অহানবা থাখায়) য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মৈদিংগু গরিবনিরাজনে গুরু শান্তিদাস গোষাইনে লান্দারুনবা খোঙশানখি।

কবুই মুংসাই চীঙমী খুল লান্দাবা, খৃ: ১৭২৯ ৩০

অতুগা খোঙচৎসিদা মায় পাক্ন্না লানফা য়াম্না ফারকখি অমসুং লানখোম পোৎ শেনবুঙ-শেনমন য়াম্না লৌরুরুগা মথং থা, ফাইরেন থাগী নোংমা পানবা শগোনশেন্দা কোন্নুংদা থ্বংলখি *১৯২।

কুমসিগী কুমমৈসিদা মনাও ইবুংঙো রাংথৈরাকপা মনশাই, খমলাং পামশাবা ( চৈঃ কুঃ ১৯৬৯, ৭১ ) রায়েনবমচা নোংথোনবা ( খেল্লেম্বা, খেল্লৈ-নুঙনাং তেলহৈবা, খৃ:- ১৭৬৪-৬৭-৬৮ ফাওবগী মৈত্রবাকী লৈঙাকপসিগী মপা ) অনিসিনা লুচিংহুনা নানকৌ (অনান নানকৌ) চীঙমী খুন্দা লান্দানবা ফাইরেল থাগী ২০ নি পানবা ( খৃ: ১৭৩০ গী মার্চকী ১বা থাখায়) দা খোঙশানখি: খোঙচৎসিদা মৈতৈ লানমীশিং নানকৌ খুলসিগী খুলয়ায়দা চয়োন অমা লেকখি *১৯৩। অতুবু কুমসিগী লমদা থাগী ৪ নি পানবা ( মার্চকী ২বা থাখায় ) লৈপাকপোকপদা কোন্নুংদা থ্বংলখি। অতুবু নানকৌশিংসিনা লম হেল্লক্ন্না শক ১৬৫৩ গী ফাইরেন থাগী ২৩ নি ( খৃ: ১৭৩২ গী মার্চকী ১বা থাখায় ) ঈরাইদা হাওবমচা কৈরুংবা অচৌনা লাম্বিংহুনা নানকৌদা লান্দাখি। অতুবু খোঙচৎসিগী থোইদোকপা রাম্নোল ফংদে।

অনান নানকৌ চীঙমী খুল লান্দাবা, খৃ: ১৭৩০

শক ১৬৫৪ গী কালেন থা ২৩ নি থাঙজ (খ্ঃ ১৭৩২ গী জুনগী ১বা থাখায়) দা লৈরিক চৌঙমী খুল লান্দারুবা হাওরোংবম অরোইনা লুচিংবা মৈতৈ লানমীনা লানফা ৮৪ অমস্তুং লাখোম পোৎ শেনবুং-শেনমন পুররুগা কোম্নুংদা থংলখি *১৯৪।

শক ১৬৫৫ গী মেরা ৩ নি (খ্ ১৭৩১ গী ওক্তোবর ১বা থাখায়দা ছুংতুং (হুন্দুং) চৌঙমীশিংনা লান হৌরক্তুনা কারোং খুল থংগায়রে। মখোয়সিবু থাঙজবা চেকশা চক্রপানী কৈরুংবা (মতুংদা নোংথোনবা ফমথোন ফাওবা ওইখি) না লাকশিনখি অমস্তুং মহাক্কী মরোই ওইজখি *১৯৫। হায়রিবা কুমসিদা ওকক্রুন/উথ্রুলগী তাংখুলশিংনা লান হৌখি। মরম অসিনা চহিসিগী পোইন্নু থাগী ১১ নি পানবা (খ্ঃ ১৭৩৩ গী ডিসেম্বরগী অরোয়বা থাখায়) শগোলশেল মুমিত্তা হাওবমচা অচৌ শগোলশেনবা হঞ্জবনা লাঞ্জিংলেন ওইত্তুনা উথ্রুল চৌঙমী খুল লান্দানবা খোঙশানখি। লানগী খোঙচৎসি মৈতৈবু তুইনীং তাংখুলগী মীশিংনা লম্বী লমতাক লমজিংত্তুনা চৎপনি। লানগী খোঙচৎসিদা মৈতৈ লানমী ৫১ অমস্তুং তুইনীং হাও লমজিংবা ১৯ পুম্না মী ৭০ শিরগা মায়থীত্তুনা থাসিগী ১৬ নি পানবা ঈরাইদা হল্লকখি *১৯৬।

ওকফ্রুন / উথ্রুল লান্দাবা, খ্ঃ ১৭৩৩

চহিসিগী মথংগী চহি, শক ১৬৫৬ মচাইবুংঙো শ্যামশাইনে, মনাও ইবুংঙো থমলাং পামশাবা রাংথৈ-রাকপনে অনিনা লুচিংত্তুনা মৈতৈ লানমী পুরগা লোঙকাপাই চৌঙমী কবুই থুন্দা লান্দাখি। মখোয়না খোঙশানখিবসি লমতাগী ২ নি পানবা শগোলশেলদগীনি অত্তুগা ১৭ নি শগোলশেন্দা কোম্নুংদা থংলখি *১৯৭। থা মথায় অমগী খোঙচৎসিগী রারোল কুপ্না ফংবা ঙমদে।

লোঙকাপাই চৌঙমী খুল লান্দাবা, ১৭৩৫

মেতু হায়বা লমসি অরাগী লমদা লৈবা লমনি হায়বতু মথক্তা পঙ্গক্রে। মকমসিদসু অরাগী লানমী তেঙ্গোল পৈতুনা লৈবনিনা মকমসিগী লুচিংবতু মঙক খর কল্লি। মখোয়বু নমথনবগীদমক মৈদিংঙু গরিবনিরাজনা লান্দানবগী থৌরাং লৌখৎখি।

মেতু/ম্যেড্ু (Myedoo) মেতু / ম্যেড্ু (Myedu)

লান্দাবা, ১৭৩৫, ১৭৪১ লান্দাক্লনবা শগোল-শামুনচিংবা

খোঙশান্দোকপা শক ১৬৫৭ কী মেরা থা ১০ নি (খৃঃ ১৭৩৫ ওক্তোবর ২বা থাখায়) নিংথৌকাবদগী হৌরগা পোইসু থাগী ১২ নি (ডিসেম্বর ২বা থাখায়) দা লৈপাক মীয়ামনা খোঙশান্দোক্লগা অমসুং থাসিগী ২৭ নি (খৃঃ ১৭৩৬ কী জানুঃ অহানবা থাখায়) মৈদিংঙুনে, গুরু শান্তিদাসনে থংবিচৌদগী মেতু লান্দানবা চৎখি *১৯৮। হায়রিবা খোঙচৎসিদা থা অমগা হুমিৎ ৭ নিরোম লৌরগা মৈদিংঙুনা লানফা ১৩০ কারক্তুনা কাইরেন্দগী ৪ নিদা কোমুংদা থৎলখি। মখোয় অরাশিংনা লম হেল্লকপদগী অরা লান্দাবগী শরুক অমা ওইনা শক ১৬৬২ গী লমদা (থা অনি পানবগী) থা অমদি মৈদিংঙু গরিবনিরাজ মেতুদা কৈরম্মী *১৯৯।

শক ১৬৫৯ গী থরান থাদা মরিংগী মচি মাল্লক চীঙমী খুল লান্দাক্লনবা মৈদিংঙুনা য়াথং পীতুনা মোইরাং য়ুমথংবা ললহাম্ববু মৈতৈ লানমী পুতুনা চংহনখি। খোঙচৎসিদা থা অমরোম মতম লৌরগা ললহাম্বা চহিসিগী লাংবন থাগী ২৪ নি পানবা (ওক্তোবর ১বা থাখায়) য়ুমশকৈশদা হল্লকখি।

খোংজাই হায়রিবা চীঙমী ফকুপ অসিনা মৈত্রবাক্কী চীঙগী লমথৈদা লানগী ঈরাংনা লাংবসি শক ১৬৬৩গী অহানবা ঈংঙেন থাদগী হৌরক্লবনি। মখোয়না মতমসিদা চোথেকাংলুপকী চীঙমী ৯ থক কাতুনা পুথিরম্মী। অদুবু মখোয়সি হেক্তমক খেংনবা কংবা কাংলুপ্তু ওইদবনা মৈতৈনা তাঞ্জা লুমহনা লৈখি। মখোয়সিগী ঈ পাউসি কুপ্পা লৌরবা মতুংদা মখোয়গী

খোংজাইথুন লান্দাবা খৃ:১৭৪৩ — মথক্তা লান্দাক্লমবা কুমসিগী ফাইরেন থাগী ৮নি পানবা (খৃ: ১৭৪৩ গী ফেব্রু-য়ারীগী ২বা থাখায়) নিংথৌকাবা হুমিত্তা শান্তিদাস গুরুগী লুচিং মথাদা মৈতৈ লাম্মী থাখিরম্মী ✱২০০। লান্দা অসিদা মায় পাক্লকুনা শান্তিদাস গুরু থাসিগী ১৩ নি পানবা (মার্চকী ১বা থাখায়) থাওজা হুমিত্তা ইম্ফালদা থংলখি।

শক ১৬৬৫ গী কালেন থাদা কবুইশিংনা হায়দগী লোই ওইহুনা লৈজরবসু লম হেল্লকখি। মখোয়না শল হুয় হায়হুনা মৈতৈগী অথন-অতেংবা লোইশঙনা মখোয়দগী হায়গীদগী হেন্না লোইপোৎ লৌননবা চংখি ✱২০১। মহুদা মখোয়গী মী .০০ হেন্না ফাহুনা পুরকখি।

শক ১৬৬৫ সিদা মনিপুরগী অরং নোংপোকলোমদা লৈবা মানযা (Mon-Anam?) শিংনা মতমহুগী পোং (Mao-Shan/Tai-Mao: PONG/BONG means Paddy in Dimasa or Bodo langauge)—মৈতৈগী মরীদা অয়েৎপা পীগদবগী হোৎনয়কপদগী মৈতৈ নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মোইরাং ললহাম্বা কতুরাল (Kotoyal : Head of the City/Town Police) না মৈতৈ লাম্মী পুহুনা লান্দাখি। খোঙচৎসিদা থা ১গা হুমিৎ ২৪ মি লৌরগা ফাইরেন থাগী ২৪ নি পানবা (খৃ: ১৭৪৪ গী মার্চ-কী ১বা থাখায়) নিংথৌকাবদা হল্লকখি ✱২০২।

মানফাথুন লান্দাবা, খৃ: ১৭৪৪

শোংবু হাও [(অহানবদদি মৈতৈ ভম্মীগী শরাং-লৈশাংথেম (চেংলৈ গী লয়েকসাংগী চাদা-নাওদা (অ:খে:ভো:ই:১৯৯৪,১১,৪৯, etc.)] শিংগী চীঙ-শাংনা কুমশীঙ শক ১৬৫৭কী ফাইরেন থাগী ৭নি (খৃ: ১৭৪৬ কী মার্চকী ২বা থাখায়) ঈরাইদা লান হৌখি। মখোয়গী লান-হৌসি কবুই অতৈশিং — কবুই খিংলোং, কবুই চোথেনচিংবনসু মখোয়গী মভেং পাংলম্মী। মখোয়গী লানহৌসিগী

শোংবু চীঙশাংগী লানহৌ, খৃ:১৭৪৬

অহানবা শরক্তা মৈতৈগী মী অমা হাংখি। মসিদগী মৈতৈগীস্তু ইবুংঙো ঘুমথংবা, শঙ্গোই তাবা, নোংথোনবা অজিনচিংবনা লুচিংদুনা মৈতৈ লাম্মী পুদুনা লান চংলগা মথক্তী কবুইশিংসিনা অমুক লান্দারক্তুনা শামুংন্দা লান শোক্লখি। লানকমদুদা লোইতোংবা তখেল কবুইশিংনা তানা থিল্লম্মী অমস্তুং থোচোমচা অমগী মকোক কক্তুনা পুখিরম্মী। মসিদা থ্বাইরাকপা গঙ্গাস্তু কবুইশিংবু লান্দা-লানঙাকপা চংখি। মসিনা ময়ুরোন কবুই খুন ফাওবা চঙশিন্দুনা লান শোক্লববু কবুইশিংনা তকথোক্লকখি। অস্তুম্না শোংবু হাওশিংগী লানহৌসি থা অমা থর হেল্লপ শোক্লখি *২০৩।

কবুইশিংগী লমহেনবা মতৌসি মৈতৈশিংনা থাঙবা ঙম্লমদে।

**কবুইশিংগী মথক্তা লান্দাবা, খৃঃ ১৭৪৬-৪৭**

অদুনা কবুইশিংগী মথক্তা লান্দানবা মৈতৈশিংনা শক ১৬৬৮ গী লাংবন ২৪নি থাঙজদা মহাবলী হনুমান্দা শাক্ষী থম্লদুনা কবুইশিংগী মথক্তা লান্দাগনি হায়না রাশক্লখি। মসিগী মতুং ইন্না মৈদিংঙুনা য়াথং পীদুনা মেরা থাগী ২ নি পানবদগী হৌনা কবুই লান্দানবা খোঙশানখি *২০৪। অদুবু কবুইশিংনা লানফমদা লাক্তুনা হায়জরবদগী মৈদিংঙু গরিবনিরাজ লানফমদগী হল্লকখি *২০৫। অস্তুম্না মথং মথং চখরকপসিনা রাকচীং থা ১৩ (খৃঃ ১৭৪৭ কী ফেব্রুঃ ১বা থাখায়) লৈপাকপোকপদা য়াশিন্নদুনা লান লেপ্লখি। অদুবু কবুই অনৌবা (নোনে খুন্দা কৈবশিং) না লমথাংদা লাল্লুম-লমদুনা মৈতৈ লাম্মীবু চায়থায়খি। হায়রিবা কবুইশিংসি লাকোক কবুই-শিংদা চেনশিনখিবদু তাম্নদুনা মখোয়বু লাকশিন্নবা খৌরাংখি *২০৬।

শক ১৬৭০ গী শজিবু থাসিদা চরোই চীঙমীখুননা লম হেক্লকপদগী খুনসিবু লাকশিন্নবা মৈদিংঙু গরিবনিরাজনা হান্দখি। মখোয়গা লাম্হৈং-

**চরোইখুন লান্দাবা খৃঃ ১৭৪৮**

ননবগীদমক্তা তুবুল ঈরোংদা তেজোল শাখি *২০৭। মতমসিদা ঈচাওথা ওইবনা তুবুল তুরেলনা ঈমায় চোন্দনা চেনবদগী তুরেল লানবা য়াত্রবদা মৈয়েংবা

শেকমুনা তুরেলদু ঈরোইহনা লাম্বোক্লগা তেঙ্গোল লানবা য়াননবা থোং শেমহনা মৈতৈ তেঙ্গোল লানহনখি। মসিগী দমক মৈয়েংবা শেকমুবু মনা পীখি *২০৮। অসুম্না চরোই চীঙমী খুন্দ লান্দাহনা লোই চনখি।

## অতৈ অতৈ লান্দা-লাঙ্গনখিবশিং

মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী মতমসি মৈতৈ লৈপাক্কী মিংথৌ অতৈদগী খ্বাইদগী হেন্না মৈতৈ লৈপাক্কী লমখৈ চাওখিবা অমসুং লমখৈ শন্দোকখিবা মতম্নি। মৈতৈ মবুংঙোসিগী অতৈ লান্দা-লাঙ্গল্লম্বা খুন-খুলংশিং অমসুং মফমশিংদি : *২০৯।

১) শাইরেম চীঙমী খুন শক ১৬৫০-৫১ (খৃ: ১৭২৯) দা, ২) কবুই মুংশাই শক ১৬৬১ (খৃ: ১৭২৯) দা, ৩) নানকৌ (অনাল) শক ১৬৫১ (খৃ: ১৭২৯), ৪)লৈরিক চীঙমী খুন শক ১৬৫২ (খৃ: ১৭৩০)দা ১সুং ১৬৫৩ (খৃ: ১৭২৯ অমসুং ১৭৩১) দা, ৫) লাইথন চীঙমী খুন শক ১৬৫৩ (খৃ: ১৭৩১) দা, ৬) ওকফুরুন/উগ্রুন, শক ১৬৫৫ (খৃ: ১৭৩৩) দা, ৭) লোংকাপাই চীঙমী খুন শক ১৬৫৬ (খৃ: ১৭৩৪)দা, ৮) মেতু, কবো পাঙ্গাখুন শক ১৬৫৭ অমসুং ১৬৬২ (খৃ: ১৭৩৫ অমসুং ১৭৪০) দা, ৯) মচি মাল্লক, মরিং চীঙমী খুন শক ১৬৫৯ (খৃ: ১৭৩৭-৩৮)দা ১০) অৱা চাওরেল খুল শক ১৬৫৯ (খৃ: ১৭৩৮-৩৯), ১১) খোংচাই চীঙমী খুন শক ১৬৬৪ (খৃ: ১৭৪২-৪৩) দা, ১২) কবুই খুন শক ১৬৬৫ (খৃ: ১৭৪৩-৪৪) দা, ১৩) মানফা চীঙমী খুন শক ১৬৬৫ (খৃ: ১৭৪৩-৪৪)দা, ১৪) শোংবু চীঙমী খুন শক ১৬৬৭ (খৃ: ১৭৪৫-৪৬), ১৫) কবুই খিংলোং চীঙমী খুন শক ১৬৬৭-৬৮ (খৃ: ১৭৪৫-৪৬), ১৬) কবুই চোথে খুন শক ১৬৬৭-৩৮ (খৃ: ১৭৪৫-৪৬), ১৭) কবুই অনৌবা খুন শক ১৬৬৮ (খৃ: ১৭৪৬-৪৭), ১৮) কবুই লাফোক শক ১৬৬৮ (খৃ: ১৭৪৬-৪৭) অমসুং ১৯) চরোই চীঙমী খুন শক ১৬৭০ (খৃ: ১৭৪৮) দা লান্দাখি অমসুং লোই চনখি *২১০। অসুম্না অৱা, কবো, খাগী, খাম্রন, ভখেল, ময়াং, তেখাও অমসুং পোংশিংবু লানচন-লোইচন্দুনা

মৈতৈ লৈপাকী লমথৈ ঙাকখি অমসুং শেমখি। মসিগী থুদমদি ম্যাম্মারগী কৈ্যাংখুদো পেগোদাদা থনখ্রিবা মাগী থাঙর্কমসিনি।

## লৈপাক মনুংগী খুনকন-লৈকনবা

মৈদিংঙু নিংথেম পামহৈবা, গরিবনিৱাজ মহারাজনা মৈতৈ লৈপাক মনুংগী খুনকায়-লৈকায়দনবা ঙমখিরবা শাশিং—কৈ, শামুনচিংবু ফাবা/ঙাকপনচিংবগী থবক-থৌরম কয়ামুকসু লৌখৎখিরম্মী। অসুম্না লৈপাক মনুংগী শাদান-শাফাবগী থৌরম লৌখৎখিবশিংদি:—

মৈদিংঙুসিনা নিংথৌ হেক ওইরকপদগী খ্বাইদগী ইহান হানবা কৈ ফাখিবসি শক ১৬৩১ গী রাকচীঙ থাগী ১৩ নি পানবা (খ্ৰ: ১৭১০, জানুৱারী ২বা থাথায়) নোংমাইজীং মুমিংতনি, মকম্না অঙোমগী শৌপোনরাদনি, ফাখিবা কৈশক কৈচুনা কৈ অমুবনি *২১১। মসিদা মী অনি কৈনা চিকখি, অমদি শিখি। অসিগী মতুংদা শক ১৬৩৬ কী কালেন থা ৪ নি পানবা (খ্ৰ: ১৭১৪, মেগী ২বা থাথায়) মুমশকৈশদা শংজেন (কংলা মনুংদা লৈবা মৈতৈ নিংথৌশিংগী পোৎলোইফম হৌজিকী অসাম গোভর্নর অকবর হাইদ্রিগী মোংফম ফুরা লৈরিবা অদুগী অকোয়বা লমদমশিং) দা কৈ ১ ফাখি *২১২। অদুগা থাসিগী ২৪ নি পানবা (জুন ১বা থাথায়) লৈপাকপোকপদা মুরা নিংথৌগী লাইকোন (হৌজিক্কী চীঙমৈরোঙগী চীঙ্গোন নিংথৌগী লাইকোন্দা) দগী কৈ অমা ফাখি। অদুগা অমুক ২৭ নি পানবা ঈরাই মুমিত্তা অঙোমগী সৌপোনরাদগী কৈ ৩ ফাখি *২১৩। অদুগা শক ১৬৩৯ গী থৌরান থাগী ১১নি (আগষ্ট ২বা থাথায় খ্ৰ:১৭১৭) নিংথৌকাবা মুমিত্তা কংলাদা লৈবা লাইয়িংথৌহনবগী লাইফমদা কৈ অমা ফাখি *২১৪। শক ১৬৪০ কালেনগী ২৯ দি পানবা (খ্ৰ: ১৭১৮ জুনগী ১বা থাথায়) ঈরাইদা চীঙঙাদা কৈ ফাবনা য়াইস্কুল কংলৈ লৈকায়দা কৈ ঈরগা ফাখি অমসুং কৈফাপুঙ (মতুংদা নিংথেম পীশঙ্গা পাল্লিভৈদা মতোন ইবুংঙো নরসিংহনা থোনবা চীঙঙামথা লীরা লম্বীগী মকম) থোনখি *২১৫।

অতুগা চহিসিগী মেরা থাগী ২০ নি পানবা ( নবেম্বরগী ১বা থাখায় ) য়ুমশকৈশদা লাইরিকয়েংবা চাওবাগী ঈংখোন্দগী কৈ অমা ফাখি। শক ১৬৪২ গী হিয়াঙ্গৈগী হুমনি ( খৃঃ ১৭২০ গী নবেম্বর, ২বা থাখায় ) নোংমাইজীঙদা রাইরী ( ককচীঙ ) গী চীঙচেনগী কৈশুম ( কৈ ফাননবা লাং ) দা কৈ অমা চঙতুনা কৈতু হিংনা ফাখি *২১৬। শক ১৬৪৩ গী থরান থাগী ২৫ নি (খৃঃ ১৭২১ গী সেপ্তেম্বর, ১বা থাখায় ) নিংথৌকাবদা মহারাজ মশামক চত্তুনা নিংথৌপুরেন্দা কৈ অমা ফাখি। শক ১৬৫৪ গী ঈংঙেন থাগী নিনি (খৃঃ ১৭৩২ জনুৱারীগী ২বা থাখায়) লৈপাকপোকপদা কৈ অমা লমদেংদা ফাখি *২১৭ অমসুং ১৩ নি পানবা নোংমাইজীঙদা থংবিচেৌদা কৈ অমসু ফাখি। অতুগা লাংবন থাগী ৮ নি পানবা ( সেপ্তেম্বর ২বা থাখায় ) ভাইরোংদসু কৈ অমা ফাখি। শক ১৬৫৬ কী ঈংঙেনগী ২৮ নি (খৃঃ ১৭৩৪ আগষ্টকী ১বা থাখায় ) য়ুমশকৈশ হুমিত্তা শাগী খোঙ্গুল লীবদা হুইরোই থোকচাউচাম্বা সনাখোনবু মথদাং হন্দোকপা কৈ ফাখি *২১৮। শক ১৬৫৮ কী কালেন থাগী ২০ নি লৈপাকপোকপদা সুগৈদগী কৈ ৫. ইংগাগী ৮ নিদা লোকলেন্দগী কৈ ১, ২৭ নিদা লাইরিকয়েংবা কোঞ্জিন্দগী কৈ ৩ ফাখি *২১৯। শক ১৬৬৬ গী ঈংঙেন থাদা থাশি, থাঙজদা ( খৃঃ ১৭৪৪, জুলাই অরোইবা থাখায় ) খেমা লরাইদা নিংথেম মশা চত্তুনা কৈ ২ ফাখি। অতুগা থরান থাগী ৫ নি য়ুমশকৈশদা কৈরাওদসু নিংথেম্না কৈ ২ ফাখি। শক ১৬৬৭ কী শজিবু থাগী ২৩ নি পানবা (খৃঃ ১৭৪৫ মেগী ১বা থাখায় ) থাঙজদা লাইরিকয়েংবা লরাইদা কৈ অমা ফাখি। চহিসিগী ইংগা থাগী ১৮ নি শগোলশেন্দা অথামগী য়ুমদা কৈ চঙতুনা নিংথেম মশানা ফাখি *২২০। শক ১৬৬৯ কালেনগী ৩ নি (খৃঃ ১৭৪৭, মেগী ২বা থাখায় ) ঈরাইদা নহারুপকা থাবমগা অনি পুন্নগা কৈ অমা ফাখি। অসুম্না লৈভাকলোনগী থৌদাংদা খুনকন-লৈকনগী থৌগায়শিংসি পাংথোকখি।

লোইরে।

# REFERENCES


* ১—চৈ: কু: লা: ৭২

* ২ —মথক্কীসিদা : লা : ৭২

*৩ —মথক্কীসিদা : লা : ৫৫ অমসুং ৭২ :—

ল': অনিসি পূন্না য়েংবিয়ু। চহি ২০ হায়না পীবিরম্লিবসি পোকপগী চহিগা নিংথৌওইবগী চহিগা চহি মচেৎ অনিসি খুথেক্কা মপুম ওইনা লৌগনা অমমম পারগা চহি ১৮ মশাগীসিদা চহি অনি হাপচিলগা চহি ২০ হায়না পীবিরম্বনি হায়না লৌকৈ।

* ৪ –i) মথক্কীসিদা : লা : ৫১, ii) থাঙমইরোন (খুৎয়ি)।

* ৫—i) সমজোক ঙম্বা (খুৎয়ি),

ii) মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ : সমজোক ঙম্বা : লা : ২

* ৬—চৈ: কু: লা : ৩৯— মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমগী লমখৈদনি।

* ৭—মথক্কীসিদা : লা : ৩৫— মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমগী লমখৈদনি।

* ৮—এন : খেলচন্দ্র সিংহ : ফমলোন (ইম্ফাল, ১৯৮৯) : লা : ৩— ৬।

* ৯—মথক্কীসিদা : লা : ৩-৬

* ১০--i) মথক্কীসিদা : লা : ৫, ii) চৈ : কু : লা :

iii) কৈ-লোই লিংবা (খুৎয়ি), iv) সঙ লিংবা (খুৎয়ি)

v) মশিন (খুৎয়ি)।

* ১১—i) চৈ : কু : লা : ৯, ii) খেলচন্দ্র : ম : লাইরিক : লা: ৪।

* ১২—চৈ : কু : লা : ৭৪-

* ১৩—i) নিংথৌরোল লম্বুবা (খুৎয়ি)।

ii) ওইনাম জে গেশ্বর : নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল, ১৯৬৭) : লা : ৩৪৩ ৪৪।

অদুবু মিংচুনসিদা উৎ চায়হুনা ময়াংমচা অমনা ফম্বাল মিংচুন, "গরিবনিৱাজ" নি হায়না পীরি, গরিবনিরাজ- মিংসিদা বনান চুম্না ইবিরম্লবদি থাগৎচরমগদবনি।

iii) M.Bhattachary :op. cit; P.37.

......Pamheiba became the Raja of Manipur and assumed the name of "Garib Newaz".

মসিময়াং বেঙ্গোলীসিগী মরান্নি হায়রক্নিংদে. মৈতৈগী অখঙ-অহৈশিংনা ইতিহাসকী ঈ-পাউ লাননা পৌশিনবননি হায়জনীংই। হে মৈতৈ মাইচৌ-পণ্ডিত, অঙকপনি নখোয়গী থৌরাং!

* ১৪—রা : কু : সনাহল সিংহ (গুনেশ্বর) : সংজাল (ইম্ফাল, ১৯৭০) : লা : ৮৬

* ১৫, * ১৬ —i) খেলচন্দ্র, অমুবী, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা: ম : লাইরিক: লা : ২৫০ ii) মিয়াদ (খুংগি)।

* ১৭ - চৈ : কু: লা ৭৪।

* ১৮—চৈ: কু: লা: ৩১

কম্বাল লান—হৌজিক ফাওবগী ওইনা থিজিন-হুমজিনবগী থাক্তা 'কম্বাল লান'গী কংলিব' লাইরিকী অইবা ঈ-পাউগী ওইনদি লান অসি চংপা/তৌবা হৌদোকখিবা মৈতৈ নিংথৌসি চীঙঙু মৈদিংঙু লাইয়িংথৌ শেনবী থাগেম্বা ( খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২ ) না ওইরি। মহাক্না খৃ: ১৫৯৭ তা তোনঙৌ খুন্দা লানসি চংখি অমসুং মায় পাক্লকখি।

* ১৯—i) ওয়নাম ভোগেশ্বর : নিংথৌরোল লম্বুবা : লা : ৩৪৪—৪৫ নিংথৌসিগী খৃ: ১৭০৯-১২ ফাওবগী মতমদা খোকখিবা লান্দা-রুবগী রাকমশিংসি নিংথৌরোল লম্বুবদা চনখক্লগা খৃ: ১৭১০ গী কম্বাল লান—শাচুঙদা লান্দাবা অসিদগী নিংথৌসিগী শা-লানগী রারোল, হৌরি। মসিনা খম্বহল্লিবদি লানকমসি কম্বাল মতুংগী লানকম্নি, হায়রবসিনি।

ii) সাচুঙ ঙম্বা ( খুংগি )।

* ২০ —মোইরাংথেম শ্রীচন্দ্রসিংহ : পোইরৈত্তোন খুন্থোক ( ইম্ফাল, ১৯৭৯ ): লা: ৫৩-৫৭

মফম অসি বর্ম'া সুগ্নু-রোডক্তা ইক্সালদগী কিঃ মিঃ ৬০ রোম চংলগা, সুগ্নু স্মোন টাউন্সগী কিঃ মিঃ ১৫ রোম হায়গংলক্লগা লৈরিবা তোনশেন লমথায় হায়বক্নুগী মমুংদা চঙশিল্লগা লৈগদবা মফম্নি হায়না অহল-লম্মনশিংনা তাকপীরম্মী।

* ২১—মসিগী ছুংগী ওইবা রাখল্লোনসি, হিন্দু রাজসূয় যজ্ঞগী দ্বিগবিজয় চংপগা হাইরপ মাম্নবা রাখল্লোন অমা চেল্লি।

* ২২—সাচুঙ ছম্বা ( খুংগ্নি )।

* ২৩—i) চৈঃ কুঃ লাঃ ৭৪ ii) নিংথৌরোল লম্বুবা (খুংগ্নি), iii) ওয়নাম ভোপেশ্বর: নিংথৌরোল লম্বুবাঃ লাঃ ৩৪৭।

* ২৪—মথক্তীসিদা : লাঃ ৩৪৮

* ২৫—মথক্তীসিদা : লাঃ ৩৪৮।

* ২৬—চৈঃ কুঃ লা ৭২।

* ২৭—মথক্তীসিদা : লাঃ ৭২ অমসুং ৭৪।

* ২৮—M. Bhattacharyya : op: cit: P. 39.

.......But his military success were due in a large measure to the weakness of the Burmese Goverment under an incapable ruler. The Manipuris under Garib Newaz were only occassionaly troubled by the Burmese levies and otherwise seldom met with serious resistance. Perhaps Garib Newaz did not realize that Burma was several times the size of Manipur and he was laying up for Manipur frighful vengeance and the only reason vengeance never seemed to come was that Burma happened to be under the rule of a tottering dynasty which was soon to be end.

এম: ভট্ট চায্যগীসি — ইতিহসিকী হৌধবা তাংকক অমদা মৈতৈনা বর্মীজশিংবু ঙমখিবহ্ন ঙমহন্নীংদবগী রাকম্নি। অদুবু ঙমহন্নীংদবদুদি অতম ঙমশ্রে। মসিদা কে: মিশ্রানাভট্টাচার্যদা হংজনীংলিবদি—হৌধবা ইতিহাসকী থোদোক্তুবু তুংগী মৈরোন ঐথোয়না ওইহন্নীংবা ওইহনবা ঙম্বরা নত্রগা য়াবরা? মদুদি সৃষ্টিকর্তা ব্রহ্মামরুস্নু ঙম্নরোয়।

* ২৯—চৈ: কু: লা: ৭৩
* ৩০—মথক্কীসিদা: লা: ৭৩
* ৩১—মথক্কীসিদা: লা: ৭৩
* ৩২—মথক্কীসিদা: লা: ৭৪
* ৩৩—মথক্কীসিদা: লা: ৭৪
* ৩৪—মথক্কীসিদা: লা: ৭৪
* ৩৫—মথক্কীসিদা: লা: ৭৪
* ৩৬-i) মথক্কীসিদা: লা: ৭৪
  ii) ও ভোগেশ্বর : নিং : লম : লা:
* ৩৭-i) মথক্কীসিদা : লা:
  ii) চৈ: কু: লা: ৭৪
* ৩৮—মথক্কীসিদা : লা: ৭৫
* ৩৯-i) মথক্কীসিদা: লা: ৭৫
  ii) ও: ভোগেশ্বর: নিং: লম: লা:
* ৪০-i) মথক্কীসিদা: লা:
  ii) চৈ: কু: লা: ৭৭
* ৪১—মথক্কীসিদা: লা: ৭৭
* ৪২—মথক্কীসিদা: লা: ৯৩
* ৪৩ - অরা/ঔরা/অভা (Ava) সহরদা কোম্বং ওইদুনা শাক্লবা বর্মন/বর্মীজ নত্রগা হৌজিকী ম্যাম্মা/ম্রাম্মা—

—Compiled by Authority : Gazetteer of Burma Vol. I (Delhi, 1987): Pp. 141-42—

The name of which the Burmese called themselves is Myam-ma or Mram-ma commonly pronounced Byam-ma or Bam-ma .... ....

The Burmans are undoubtedly descended from Tartar origin and ... ... they settled and built the city of Tagoung ... ...

* ৪৪—কবো ( Kabo/Shan/Tai )—অৱাংথংবা ব্ৰহ্মদেশ (upper or Northern Burma/Myanmar ) গী সহর মচা মচাশিং অমস্তুং অচৌবশিং কয়ামকুমদা লৈঙাক য়ায়েল থৌদাফম লিংখত্তুনা পাল্লম্বা চাইনাগী টাই জাতিগী কাংলুপ-কুরুপশিংসি বর্মাদা মমিং হোংদোক্কুনা 'শান' কৌখি।

—Ibid : P. 173.—

The shans are immigrants who have appeared in the lower portions of the valleys of the Tsit-toung and of the Irrawddy of comparatively late years. By themeselves they are called Tai...

* ৪৫—Oxford University Press : The Oxford school Atlas: (Delhi, 1990) : Pp. 28 and 76.

i) P. 28—Thaungdut ( Hsawnghsup )

ii) P. Thaungdut (28)—Burma—24.43 ·N.94.42·E.

* ৪৬—চৈঃ কুঃ লাঃ ৭°

ঙম্পা য়াংঙমলোনসি শকাব্দ ১৬২৮, হিয়াঙৈ ১১ নি, লৈপাক-পোকপা ( খৃঃ ১৭০৬, নবেম্বর ২বা থাখায় ) ছমিত্তা মৈতৈ লৈমা লখাম্নু/অৱাম্বী, তাপুং লান্থাবীনা মৈদিংঙু পামহৈবগী য়াইদগী ঈশ্বান হায়া কংজবা অঙাং ওইনা পোকখি।

* ৪৭—মথকীসিদা : লাঃ ৭৭।

* ৪৮—Oxford University Press: op. cit: Pp. 28 and 74

i) P. 28—Sagaing.

ii) P. 74—Sagaing (28)- Burma- 21.54·N.,96.02·E.

—SAGAING—ব্লাহৈসি অৱাশিংনা সগাঙ হায়না পাই। অহুবু মৈতৈনা ১৮ শুবা খৃস্ট কুমশীঙ চাদা সকাঙ / চকাঙ / চেকাঙ -চেকোঙ/চেকোং—হায়না লোম থৈথদুনা চেকোঙগী নিংথৌবু, চেকোঙ লৈমাবা/ নিংথৌ কৌনরম্মী। মতুংদা সগাঙদগী মী খুন হোংলক্লুনা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন লিংখৎলবদা মখোয়গী খুন্দুবুম্থু সগাঙ/সগাং হায়না মমিং থোল্লি। কুম্বী স্মোল টাউনগী নোংচুপ্তা কি: মি: ৩/৪ গী য়েঙ্খদা লৈরি।

—TOUNG-NGOO—অসিস্থু মৈতৈনা সগাংদগী "চেকোঙ" তাবগুম—তৌঙ ঙু / তোঙঙু / তোঙ্গু অসি মৈতৈনা, তোঙতোয়/ তোংদোই হায়দুনা মখোয়গী নিংথৌবু অৱা তোংদোই/তোংতোই নিংথৌ কৌবৈ।

* ৪৯-i) Compiled by Authority: Pp. 153-54.

.... ... The people of Pegu are known to the Burmese, to the Indians and thence to Europeans by the name of Talaing ... ...

The people of Pegu .... .. called themelves Mun, Mwan or Mon.

... ... In physical appearence the Mun-people are scarcely distinguishable from the Burmese.

ii) Ibid : P. 305. The country now known locally as Pegu in ancient times included the whole coast from Hmajo -deng to Maulmain together with the lower portion of the valleys of the Irrawaddy, the Tsit - toung and the Salween ... .... Concerning the foundation of the city of Pegu ( Tsit-Kiang : Sagaing ) the legend relates ... ...

Tha-ma-la founded Martaban three years after he had founded Pegu.

* ৫০—শঞ্জেনবম শ্রীনদিয়াচাঁদ সিংহ : ম: লাই: লা:

* ৫১—Oxford University Press: op. cit.: P. 28 and 73
P.-28—Prome (Pye) (28).
P-73—Prome (Pye) (28)—Burma—18. 47°N, 95. 20°E.

* ৫২ -P. Gogoi: op. cit.: P.
"Thai" শিংসি China গী Tai শিংনি। অহুপা "Thai" রাহৈ/মমিংসিগী রাহম্লোক্তি, "Free" হায়বনি।

* ৫৩—R. B. Pemberton: Report on the north-eastorn Frortier of British India. ( ): P.
—নিংথি (Ningthi / Chindwin) তুরেনগী নোংচুপথংবা তোবর্'ান্দগী মনিপুর য়েৌবা কাওবগী লমদমশিং।

* ৫৪—শঞ্জেনবম শ্রীনদিয়াচাঁদ: ম: লাই: লা:

* ৫৫—চৈ: কু: লা: ৬৭
* চকপা মথাও ঙম্বীসি নিংথেম ময়াম্বা (১৬১২/৯/২২) গা নিংথেম লোইয়ম্বা য়াইমা (১৬১৭/৮/১৫) গা অনিগী মরক্তা পোকখিবনি হায়জনীঙই। মতমসিদা চরাইরোংবগী মুপী অতৈ লৈত্রি।

* ৫৬-i) থারোন (খুংরি): পোইমু থাগী অরিবা মমিং (Archaic name) দা 'পোংলেন' থা হায়না কৌই।

* ৫৭—মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ: ম: লাইরিক: লা: ১০।

* ৫৮—মথক্তসিদা: লা: ১১-১৩।

* ৫৯—চৈ: কু: লা: ৭৮।

* ৬০—মথক্তসিদা: লা: ৭৮

* ৬১—E.W. Dun: op. cit.: P, 37.

* ৬২—Dr.R.C. Majumdar: A Brief History of India (Calcutta 1979): P. 94.

* ৬৩ –Ozford University Press: op. cit.: P. 28.

The Uyu/Yoo/ Yu river empties to the Chindwin river and the uniting spot of these two rivers stands at –24°.86°N and 95°E.

হায়রিবা মকমসিবু কবো-অরা মরোন্দা ফোংদা/ফোংতা কৌই। হিরানকম/খেরা (Ferry) লৈ, মকমদুদা হিরান্নবা হি ঙাইকম শেম-শাদুনা থম্মী, মদুবু ফোংদা (কবোলোং/অয়ালোন ?) কৌবদু মৈতৈনা মদুগী য়াহন্নোক তৌরগা হিঙাইযম খোল্লি। মনিপুরগী মোংচুপলোমদা বাঙালী/কছারী/ত্রিপুরী মবোম্না "ঘাট/ঘাটি" কৌবদগী মৈতৈনা খাটি/কাথি কৌবা "হিদেম/হিথেন" হায়দুনসু য়াহন্নোক তৌরগা থঙনবা অদুগুম্বনি।

* ৬৪—i) মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ : ম : লাইরিক : লা : ১৫

ii) চৈ : কু : লা : ৭৮

iii) ও: ভোগেশ্বর : নিংথৌরোল লম্বুবা : লা :

* ৬৫ – চৈ : কু : লা : ৭৮-৭৯।

* ৬৬ –মোইরাং : চন্দ্রসিংহ : মথকী লাইরিক : লা : ২৪।

* ৬৭—চৈ : কু : লা : ৭৯।

* ৬৮—শজেনবম শ্রীনদীয়াচাঁদ সিংহ : মথকী লাইরিক : লা : ৯,১৪

শ্রীনদীয়াচাঁদ সিংহনা মফাকী লাইরিক ঐতিহাসিক উপন্যাসসিদা মথকী লামায়শিং অসিদা— পলিবা (পোলিবা হায়দে) লমথোকসি মৈদিংঙু পাইখোম্বগী সনা হাঙক (খৃ: ১৮৬৬-৯৭) তা অহল্লপ লাকপা পায়রম্বা অথৌবসিগা মাগী তাল্লোয় ঙাইখোংঙবীগা অনিসিগী মপারী ওইনা পীবিরম্মী। হাওবম কোইরেম্বা অহল্লপ লাকপসি হাওবম লৈকায় (হৌজিকী বাবুপারা, জন্মস্থান্দগীনা সিং এমঃ গী বাঙগ্লো লৈরিবা লম ফাওবা) দা লৈরম্মী হায়নসু পীবিরি।

য়াফমসিদা হায়রুনিংলিবদি — পলিবা/পোলিবা লমথোক হাওবম মচানি — হায়না পীরিবা য়ারোলসিংগী মতাংদনি। "পলিবা লমথোক" হায়বসিদা "পলিব/পোলিব" না মুম্নাকনি, "লমথোক" না মমিংনি (চৈ : কু : ১৯৮৯,৭৯)। পোলেমনা "পোলিবা" হায়বা মুম্নাকমচা/শাগৈমচা ওাকপা য়াহৈসিনা মাগী মুম্নাক-শাগৈনি। পোলেম মুম্নাক-শাগৈসিদি— মোইরাং কৌবা/অনৌবা লক্লাইগী কৌবা অঙাংঙা হায়বা পুকোক্কী মচানুপা অহন য়োয়থোকচাও থোকচাও অহনবগী চাদা-নাঙদা থোকচোম শাগৈ-মুম্নাক (মোইরাং থোকচোমলোন,খুংথি) দগী খায়থরকপা— কৈরাঙ ওাবা পাংঙন মমুম (থোকচোম', পোংশঙবা পলিবা লমথোক মমুম (অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা, ১৯৯৪, ১২৩) — হায়না লৈরিবসিদগী পোলেম মুম্নাকসি পোক্লকপনি (মথক্কীসিদা, ৭৭, ১৫৭, ২১৯, ৩২৩), হাওবম (লোকখা হাওদগী লাকএ হায়দুনা হাওবম কৌএ : মথক্কীসিদা, ৩৯) নত্তে, পোলেম (মথক্কীসিদা, ৪২ : পোন শাবা হৈএ হায়বগী পোন-লেম/পোলেম কৌএ) নি হায়বা ওাক্লি।

অদুগা হাওবম কোইরেঙসি শক ১৬১৪ গী কাইরেন থা, ১৫ নি থাঙজা (খৃ: ১৬১৪ + ৭৮ + ১ = খৃ: ১৬৯৩, ফেব্রু : - মার্চ) দা অরা লান্দা নিংথি মপান্দা শিহৌই (চৈ : কু : ১৯৮৯, ৫৬ : ১৬-৭)- হায়না পীরি। অমুক, "ওাইথোংঙম্বী/ওাইথোম্বী" হায়বা মিংথোনসি খুমন য়েক্কী ওাংবম চমু/নিংঙোলমু খঙনৈ (পেলোন তেংথা, খুম্নি)। চুম্না পঙকৌ কৌশিনবা মিংনি— হায়সি হায়রবমু, মমাঙথৈগী মতম (ইতিহাসকী) দগি হৌজিক্কুম মথোঙ-মরুম খঙদনা মিং থোঙদে। য়াহন্দোক (Meaning), খঙনবী (Denotation) অমসুং হায়নবী/চংনবী (Connotation) কায়নদে। মরমসিনা পলিবা লমথোক্কী মমাগী মমিং ওাইথোংঙম্বীসি "খুমমচমুনি" হায়না লৌজদবা ঙমজদে। হাওবম খুমন য়েক্লি, ওাংবম খুমন য়েক্লি, অদুনা ওাংবমচমুনা হাওবমদা ওংবা (লৌন-লৈনবা) য়াদে, হাওবম য়েক-শাগৈ-মুম্নাক ওইবা পোকপমু য়াদে। অদুগা পলিবা লমথোক্কী মমাসি মৈদিংঙু চমু ওইরম্বা য়াই, অদু ওইরশনা হাওবম ওংবা, হাও-

যমচা পোকপা য়াই। অহুবু মসিগী অচাবা প্রমান মক্রগা অয়াবা পীবা পোলেম য়ুম্নাকসিনা য়াদে। মরূম অহুনা মমিংসিনা চুন্না পঙকৌ কৌশিনবা মমিং ওইরগনা পলিবগী মখাসি হাওবম কোইরেঙবী মচানুপী ওইরম্বা য়াই। মহাক্না খোকচোম ওংবগা লমথোক পোকপা অহুগা লমথোক্না পোনজিবা ".পাল্লিবা" হায়বা থবক/শীনফমগী ওইবা মি'থোল (Professioal or occupational or working/work nickname/titte),—পোন জিবা/লোনবা /শাবা/তুশিনবা/তোপশিনবা—হৈবগী মিংচৎ ফংলক্লবদা মাগী চাদানাউদাবু পোলেম/পোনলেম (খাগেম্বা য়ুমজেপ, অমুবী খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বর, ইবোচৌবা, ৪২) হায়না খঙনরম্বা/থোল্লম্বা ওইরমগনি।

* ৬৯—চৈ : কু : লা : ৭৯
* ৭০—মথকৌসিদা : লা : ৭৯

পীজরিবা রারোল মত্তেকসিগী অকোনবগী রাহৈ মরিসি চৈথারোল কুম্বাবদা লৈবহু কায়দনা শিন্দোকচবনি। রারোল অসি কুম্বারোল (Annal/chronicle) হৈবগী চৎনবী (Traditional and Customary style) থুংয়িনা পুন্দুনা রাহৈ ৪/৫ সিদং ইবিরম্বনি। "অরাবা থৈবিক কোকপীথি"—হায়বসিদা হৌঅবা, শাংলবা রারী অমা লোত্তুনা লৈস্নি। রারীহুদি—শঞ্জেনবম শ্রীনদীয়াচাঁদ সিংহগী মথক্কী লাইরিকী রারী মশাংহুনি। — মহু শুপচিন্নগা —

মৈদিংঙু চরাইরোংবগী মচানুপী অহন, পামহৈবগী মচন চকপা মখাও ঙম্বীনা লৈশাবী কায়ক্লবদা পলিবা লমথোক্কা শকথঙ-মায়থঙনখি। লৌনসি-লৈনসি হায়না মপুক মপুক য়ানহুনা লোয়নবদগী চকপা মখাও ঙম্বী চমু চরৈ-চিনখি, তাউজীং তুয়াল তমখি। মতমসিদা মখাও ঙম্বীবু অরা নিংথৌনা থাজখি। মহাক্না অরা লৈপাক য়োখিবদা অপন-অকায় খোঙ্কনবা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা পলিববু কাজিল্লগা কৈগুমদা থমখি। মখাও ঙম্বীনা অরা য়োঙ্গগা মাগী মচানুপা অমা পোকখি। মরমসিনা অরা নিংথৌনা চকপা মখাও

ঙম্বীবু অরাগী লৈমরেল ও পী. মমুংগী ফমথোক্লগী লৌথোকখি। হায়রিবা মরমসি মতমমতুগী মৈতৈশিংনা মমুংদা পলিবা লমথোক নত্তনা কনাসু খঙখিদ্রে। চাকপা মখাও ঙম্বীগী মচা মুপাহু অমা নিংথৌগী মচানুপা ওইনা য়োল্লকখি অমসুং মতমমতুগী অরাগী লানগী ইতিহাসতা মমিং লৈরবা অমা লাঞ্জিংলেম মংত্রা/মংগ্রা কেংতু/কেংহু ঙম্বা ( Mungta -Keng-tu Ngamba ) হায়বত্তুনি। মহাক খৃঃ ১৭২৪ দা অমা লানমী পুরগা মৈতৈ লৈপাক্তা লান্দাগ্লক্লুনা মৈদিংঙু পামহৈবগী লানমীগা রাংজ্রীঙ শম্লুংকমগী লানকমদা লান থেংনরগনি। মতমমতুদা মহাক চহি ১৭ শুরে। অতুগা মহাক, মমানা তাক্লুনা মপায় অপোকপগী মমিংদি খঙই, মশক-মশাদি খঙদে।

মৈদিংঙু চরাইরোংবনা খুপত্রবদা মৈদিংঙু ময়াম্বনা নিংথৌ ওইরবদা লৈঙাক্লোনগী মীচঙথোম্বগী থৌশিলংথৌরাংগী মখাদা মৈদিংঙু-সিনা কৈশুমদা শুম্বা মীশিংবু থাদোকপীখি। মতুদা পলিবা লমথোকসু য়াওখি। অতুবু কৈশুমদা শুম্লুবগী কৈশুমনাই ওইবগী মিংদা থিবতুদি কোকপা লৈত্রি অমসুং কংলৈ লৈকায় অমসুং পানা মচা ওইবগী থাক অতুদি ফংদ্রি। হায়রিবা থাক অসি মহাক্না মৈতৈগী মায়পাকপা পুরকহনখিবা চহি খৃঃ ১৭১৮ অসিদগী ফংলে, লৈকায়মচ', পানা মচাগী মরক্তা তিনহনবীরে হায়বনি, "অরাবা খৈবিক কোকপীখিএ" হায়রিবসি।

খৃঃ ১৭৩৮ দা মৈদিংঙু পামহৈবনা অরাগী সগাং ( Sagaing ) য়োনা লান্দাবসিদা পলিবা লমথোকসু য়াওরম্মী। সগাংগী লানকমসিদা মংগ্রা কেংহু ঙম্বগী মমাঙদা লেপ্লুনা ফনাসু লাম্বা তৌনবা ঙমজ্রবদা পলিবা লমথোক্লা শগোল থৌজিল্লক্লগা নারোন্দগী মংগ্রা কেংহু ঙম্বগী মথুং ককথংখি। মতুদা কেংহু ঙম্বনা মহাক্না মপা পলিবা লমথোক্লা মহাকপু হাংপগী লমন খুম্লগনি হায়না শকতাক্লম্বদগী মপা মচা শক খঙনবগা মংগ্রা কেংহু ঙম্বা শিখি। পলিবা লমথোকসু মতোমতা খাঙনা

থিঞ্জহনা শিজখি। অসুম্না মপা-মচা পুন্সি লোয়খিবা মক্কমসিদা চকনা মথাও ভম্বীসু অহিংদা মচাগী অশিবা মশা থিরকপদা মপা মচাগী থোৌদোহ উবদগী মহাকসু মতোমতা হাংচহনা মক্কমহুদা শিখি।

অরাবা রারীসি রাসিয়াগী আজারবজানগী রারী "রস্তম অমসুং সোরাব" মপা মচা অনি হাংনহনা শিমিন্নখিবগী রারীগা থিম, প্রোব্লেম অমসুং প্লোট চপ মান্নৈ।

*৭১—চৈ: কু: লা: ৭৯।

* ৭২—শঙ্গেনবম শ্রীনদীয়াচাঁদ: ম: লা: ১৩৮

১) মঙত্রা/মঙদ্রা কেঙতু/কেঙহু ভম্বা, অরা লাজ্জিং পুরেন (সেনাপতি), ২) কেঙমুচা তরুং থাঙগুবা, ৩) হক্কউতি, ৪) অত্রাংচান কিয়াং, ৫) তরেংচা চৌ: তাপ, ৬) লাকয়াক্রস্ন, ৭) লাকয়া-নন্দমিং অমসুং ৮) নন্দক্য, ৯) লুথক অরোননাই হঞ্জবা।

* ৭৩—মথক্কীসিদা: লা: ১৪০, ১৫২

* ৭৪—চৈ: কু: লা: ৮৪।

*৭৫—মথক্কীসিদা: লা: ৮৪।

*৭৬—মথক্কীসিদা: লা: ৮৪।

*৭৭—মথক্কীসিদা: লা: ৮৪।

*৭৮-i) এস শ্রীনদীয়াচাঁদ: মথক্কী লাইব্রিক: লা: ১৬০

ii) ও: ভোগেশ্বর: তথেল ভম্বা (ইম্ফাল, ১৯৮৬): লা: ২৪

iii) তথেল ভম্বা (থুংই), M.S.M., M.S.A.

*৭৯—চৈ: কু: লা: ৮৪

*৮০-i) তথেল ভম্বা (থুংই), at M.S.M., M.S.A.

ii) ও: ভোগেশ্বর: তথেল ভম্বা: লা: ২৪-২৫

*৮১—মথক্কী রিফরেন্স নং: ৭৯।

*৮২—চৈ: কু: লা: ৮৫

*৮৩—মথক্কীসিদা: লা: ৮৫

*৮৪-i) Lieut-General Sir Arthur P. Phayre: History of Burma ( London, 1967 ): Pp. '141, 286

ii) Orient Longmans LH: Out line of Burmese History (Calcutta, 1954): Pp.123 and 195.

*৮৫ -- চৈঃ কুঃ লাঃ ৯৪ ।

শাইখোম লুরাংগী কুমদি শক ১৬৫৫ ( বিঃ ঈঃ ১০৯৫, খ্ঃ ১৭৩৩-৩৪ ) ··· থৌরান থা ৮ নি পানবা লৈপাকপোকপদা গুরু অরারম চঙখিএ। রাকচীং থা ৩ নি পানবা ঈরাইদা গুরুনা অরারম চঙখিববু চঙকদহনা হন্নকএ।

*৮৬—Orient Longmans Ltd: op. cit.: P. 123

*৮৭—শঙ্কেনবম শ্রীনদীয়াচাঁদ সিংহঃ মঃ লাইঃ লাঃ ৯৭

*৮৮—চৈঃ কুঃ লাঃ ৯৮

*৮৯—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৯৮

*৯০—মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৯৮

*৯১,*৯২ মথক্কীদিদাঃ লাঃ ৯৮

*৯৩--Radhakrisna Sachadeva: Hindi-English Dictionary (New Delhi): P. 136

(Kot val) m. Chief police officer of a town.

*৯৪ —চৈঃ কুঃ লাঃ ৯৮

*৯৫-i) E.W.Dun: op. cit: Pp. 37-38

— .... Very shortly after Gharib Newaz ascended the throne .... In 1725 he attacked and defeated a Burmese force at the mouth of the Maklang river: the following year repulsed an army of 30,000 men, which had penetrated into the valley, and captured three divisions. In 1735 he crossed the Ningthee river, attacked and destroyed the town of Myedu, on the bank of the Mu ( Moo ) river and carried of numerous

captives. Two years subsequently he successfully defeated two Burmese armies amounting to 7000 foot, 700 horses and 20 elephants, and devastated the whole country from the banks of the Khodoung Choung to Dabayen. In 1738 he again crossed the Ningthee river, attacked and dispersed a Burmese army of 15,030 foot, 3000 horses and 30 elephants; and at the termination of the rain of the year, at the head of a force of 20,000 men, marched between the Burmese army, three division of which occupied the towns of Matsem, Dabayen and Myedu, and to use the langauge of Burmese historians "without stopping attacked and carried the stockaded positions around the ancient capital of Sagaing of which he obtained possession"

ii) ওয়নাম ভোগেশ্বর: নিংথৌরোল লম্বুবা: লা: ৩৭১-৭২

*৯৬ -i) মথক্কীসিদা: লা: ৩৭২

ii) Orient Lodgmans Ltd: op. cit: P. 123.

*৯৭—চৈ: কু: লা: ৯৯

*৯৮—মথক্কীসিদা: লা: ১০০

*৯৯—মথক্কীসিদা: লা: ১০০.

*১০০—E.W. Dun: op. cit: P.

*১০১—Orient Longmans Ltd: op. cit: P. 123.

থাগৎচরম অসিগী কোটোগ্রাফ মনিপুর য়ুনিফর্সিটি মিয়ুজিয়মগী, কাঞ্চিপুরদা উবা ফংবিগনি।

* ১০২—Sir Arthur. P. Phayre : op. cit. : P. 140-41
* ১০৩—Compiled by Authority : Gazetteer of Burma (Delhi, 1987) : P. 305
* ১০৪—ওয়নাম ভোগেশ্বর : নিংথৌরোল লম্বুবা : লা: ৩৭২-৭৩
* ১০৫—শঙ্গেনবম শ্রীনদিয়াচাঁন সিংহ : ম : লাই : লা : ২৪১
  The last two lines.
* ১০৬—সগাং লাম্বাবা, কাউংমুডো পেগোডা চায়খায়বা অমসুং খোঙ-না-দা থাঙনা য়াল্লম্বগী ঐতিহাসিক থৌদোকসি — বর্মীজ হিস্টোরিশিং অমসুং য়ুরোপীয়ান ইতিহাসকারশিং অমদি অতৈ অতৈশিংনা পীরম্বদা চহি/মতম পীবগী মতাংসি খৃ: ১৭৩৮ ওইনা পীবিরম্মী। অদুবু মৈতৈগী চৈথারোল কুম্বাবনদি শক ১৬৬১ গী পোইম্ন-রাকচৌঙ-কাইরেন (খৃ: ১৭৪০) ওইনা পী-বিরম্মী। চৈথারোল কুম্বাবগীসিনা মৈতৈগী ওইনা চৎনবনিনা ইজ্জাতিগী ওইবসি ওইনা লৌজরে।
* ১০৭—ওইনাম ভোগেশ্বর : নিং : লম :
* ১০৮—চৈ : কু : লা : ১০০
* ১০৯—মথক্কীসিদা : লা : ১০১
* ১১০—মথক্কীসিদা : লা : ১০৩
* ১১১—মথক্কীসিদা : লা : ১০৩
* ১১২—মথক্কীসিদা : লা : ১০৪
* ১১৩—মথক্কীসিদা : লা : ১০৪
* ১১৪—মথক্কীসিদা : লা : ১০৫
* ১১৫—মথক্কীসিদা : লা : ১০৭
* ১১৬—মথককীসিদা : লা : ১০৮
* ১১৭—মথক্কীসিদা : লা : ১১১
* ১১৮—মথককীসিদা : লা : ৭৯

পাজাশিংসি কবো/শান/টাই কাংলুপদি অহুগা অমা/য্যাম্মা/

ম্‌্যাম্মাশিংসিনা টিবেটো ব'মন কাংলুপনি।

* ১১৯—i) মো : চন্দ্রসিংহ : সমজোক ভন্বা : লা : ২১, ২৩, ২৮

ii) চৈ : কু : লা : ৭৮

* ১২০—মথককিসিদা : লা : ৭৮

* ১২১—মো : চন্দ্র সিংহ : ম : লাই : লা : ১০

* ১২২—চৈ : কু : লা : ৭৮

* ১২৩—i) মো : চন্দ্র সিংহ : সমজোক ভন্বা : ১৮-১৯

ii) ও : ভোগেশ্বর : নিংথৌয়োল লম্বুবা : লা :

iii) চৈ : কু : লা : ৭৮

* ১২৪ - মথককিসিদা : লা : ৭৯

* ১২৫— do লা : ৭৯

* ১২৮— do লা : ৭৯

* ১৩০— do লা : ৮০

* ১৩১— do লা : ৮১

* ১৩২— do লা : ৮২

* ১৩৩— do লা : ৮২

* ১৩৪— do লা : ৮২

* ১৪০— do লা : ৮৫

* ১৪১— do লা : ৭৫

* ১২৬— মথককিসিদা : লা : ৭৯

* ১২৭— মথককিসিদা : লা : ৭৯

* ১২৯—লাইরেনময়ুম নন্দ্রগা লাইরেনলাকপম।

* ১৩৫—মথককিসিদা : লা : ৮৩

* ১৩৬— do লা : ৮৩

* ১৩৭— do লা : ৮৩

* ১৩৮— do লা : ৮৩

* ১২৯— do লা : ৮৩

* ১৪২—হৌজিক ব'মা স্থু ্যোডগা কৈরিবা পাংগল তাবীগী মমাংদা উরিবা চীঙশাং পরেং অদুদনি।

* ১৪৩—মথকীসিদা : লা : ৭৫

* ১৪৪—মথকীসিদা : লা : ৭৫

* ১৪৫—K. B. Singh : Introduction to Tribal Langauge and Culture of Manipur (Imphal-1976): I.

* ১৪৬—চৈ : কু : লা : ৭৭

* ১৪৭-* ১৪৮—মথকীসিদা : লা : ৯৩।

※ ১৪৯—মথকীসিদা : লা : ৮৮

……. হাইরাম লাইবগী কুম শক ১৬৩৯ …. থরান থা অহন-নোং ঈরাইদা রাংথৈ মায়মুনা নোংথোনবম অতোনগা তাংখুন ইতোক লোই মুরবগী লান শোক্নৈএ।

※ ১৫০—মথকীসিদা : লা : ৭৮

※ ১৫১ –i) ও : ভোগেশ্বর : নিংথৌরোল লম্বুবা : লা : ৩৭৩
চরোই চাকোংলোং/চাকোংথুন

※ ১৫২—চৈ : কু : লা : ১১৯

※ ১৫৩—মথকীসিদা : লা : ৭৮।

※ ১৫৪—মথকীসিদা : লা : ৮১। ১৫৫—মথকীসিদা : লা : ৮১

※ ১৫৬—মথকীসিদা : লা : ৮৩। ১৫৭—মথকীসিদা : লা : ৮৩

※ ১৫৮—মথকীসিদা : লা : ৮৪।

※ ১৫৯—i) তখেল ঙম্বা (থুংয়ি)।
ii) ওয়নাম ভোগেশ্বর : তখেল ঙম্বা. ১৯৮১ : লা : ১৮

※ ১৬০—মথকীসিদা : লা : ১২,১৮,: অহুবু মহাক্তি অরা লান লোয়বগা লাকখি (৪৬-৭)।

※ ১৬১—মথকীসিদা : লা : ১৩, ৪০, ৪৮, ৬০, ৯১, ৯৬, ১০১, ১১০, ১১২

※ ১৬২—মথকীসিদা লা : ৪৭। ※ ১৬৩—মথকীসিদা : লা : ৪৮

※ ১৬৪—চৈ : কু : লা : ৮৪

※ ১৬৫—i) তখেল ঙম্বা (থুংয়ি)।
ii) ওয়নাম ভোগেশ্বর : তখেল ঙম্বা : লা : ১২১।

※ ১৬৬—চৈ : কু : লা : ৮৪।

※ ১৬৭—ওয়নাম ভোগেশ্বর : তখেল ঙম্বা : লা : ১২৬-৭।

※ ১৬৮—i) মথকীসিদা : লা : ১২৭ ii) চৈ : কু : লা : ৮৪

※ ১৬৯—মথককিসিদা : লা : ৮৪। ※ ১৭০—মথককিসিদা : লা : ৯৫

❋ ১৭১—Ibid : লা : ৯৫। ❋ ১৭২—Ibid : ৯৫

❋ ১৭৩—Ibid : লা : ৯৫ (১২)।

"ভখেল লোই থৈপিক্না নিংথেম্বু খুরুমলএ।"

❋ ১৭৪—নিংথৌরোল লম্বুবা (খুংগ্রি)।

❋ ১৭৫—চৈ : কু : লা : ৯৫। ❋ ১৭৬—Ibid : লা : ৯৫।

❋ ১৭৭—মথক্কীসিদা : লা : ৮৭

❋ ৭৮—মথক্কীসিদা : লা - ৭৮-৮৮

❋ ১৭৯—i) মশিন (খুংগ্রি), ii) ভম্পাকলোই মশিম (খুংগ্রি), iii) কৈরোই লিংবা (খুংগ্রি), iv) শন্ড লিংবা (খুংগ্রি), v) শন্ডলোন (খুংগ্রি)

১) অন্দ্রো, ২) ফয়েং, ৩) খা-শেকমাই, ৪) অরাং শেকমাই, ৫) লৈস্রাম, ৬) খুরখুল, ৭) মোইরাং, ৮) ককচীঙ, ৯) কুম্বী, ১০) খোংয়াং, ১১) রাংঙু, ১২) চাইরেন, অসিনচিংবনি।

❋ ১৮০—য়োত্তুম খুদোল তৌনবা নজ্জবা মৈতৈ নিংথৌদা কংনবা/পীনবা অসি, সমজোক ঙম্বা (চন্দ্রসিংহ, ১৯ , ), নোংশাম (ভোগে : অমসুং জনাব, ১৯ , ) নচিংবা লাইরিকশিংদসু য়াওরি। মসিনা তাক্লিবদি—মনিপুরদা মতম অহুরাইদা য়োৎ মরাং কায়না ফংলমদে—হায়বসিনি।

❋ ১৮১—চৈ : কু : লা : ৮৮।

❋ ১৮২—মথক্কীসিদা : লা : ৮৮

মথল অসিগী লাইশঙসিবু মৈতৈনা—ফিয়োং-হায়।

❋ ১৮৩—চীঙশাং অসি ছৌজিক্কী "পলেল" গী মনাক্তা লৈবা "থারম" কৌবা চীঙমী. কাঙলুপকী অহানবা অচৌবা থুনগী মনাক অকোয়বা লমদমতুদা লৈবা মরিংশিংনা থুংনা ভাবা চীঙশাংনি। মসিনা খোইবু চীঙশাং পরেং কাওবা শন্দোকুনা মরিংশিংগী খুরুংশিং লৈরিবনি ;

* ১৮৪/১৮৫ —মথকীসিদা : লা : ১০৩।
—মথককিসিদা : লা : ১০৩।
* ১৮৬—Ibid : লা : ১০৩-১০৪।
* ১৮৭/১৮৮/১৮৯—Ibid : লা : ১০৪।
—Ibid : লা : ১০৪।—Ibid : লা : ১০৪।
* ১৯০—Ibid : লা : ১০৬।
* ১৯১—চৈ : কু : লা : ৮৯।
* ১৯২—মথককিসিদা : লা : ৯০।
* ১৯৩—মথকীসিদা : লা : ৯০।
* ১৯৪— do লা : ৯২।
* ১৯৫—Ibid : লা : ৯৩।
* ১৯৬— do লা : ৯৪।
* ১৯৭—Ibid : লা : ৯৫।
* ১৯৮—Ibid : লা : ৯৬।
* ১৯৯—Ibid : লা : ১০৯ (lsat)
* ২০০—Ibid : লা : ১০৭
* ২০১—মথককিসিদা : লা : ১০৮।
* ২০২— do: লা : ১০৯
* ২০৩— do : লা : ১১৩-১৪
* ২০৪/২০৫/২০৬— do : লা : ১১৬
* ২০৭—Ibid : লা : ১১৮।
* ২০৮—মথককিসিদা : লা : ১১৯
* ২০৯—Ibid : লা : ৮৯-১১৯।
* ২১০—মথককিসিদা : লা : ৮৯-১১৯
* ২১১— ,, লা : ৭৩
* ২১২—মথককিসিদা : লা : ৭৫
* ২১৩— ,, লা : ৭৫
* ২১৪— ,, লা : ৭৮
* ২১৫— ,, লা : ৭৯
* ২১৬— ,, লা : ৮৭
* ২১৭— ,, লা : ৯২
* ২১৮— ,, লা : ৯৪
* ২১৯— ,, লা : ৯৬
* ২২০— ,, লা : ১১৫

---



